কালিদাসগী

# রঘুবংশ মহাকাব্য

( মীতৈ শৈরেংদা )

# অশোঙবগী ৱাহোল

কৰিঙৰ লোল অমগী সাহিত্যগী চাউখৎলবা হোৎনবদা অনুবাদ সাহিত্যনা মরু ওইবা চাক অমনি। অমরকবি কালীদাসকী "রঘুবংশ মহা-কাব্য"বু মণিপুরী লোন্দা পুথোকপা অসিনা জাতিগী সাহিত্য চাউখৎলবা হোৎনবদা থাকল্লি লৌইনা পরিষদনা অমক লেপ্সি পাংথৎচে। অসিগী মথক্তা মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যনা এম. এ গী থাক্তা ওইনবা বিষয় অমা ওইরকপা অসিদা সংস্কৃত লোলগী হন্দোকপা ওইনবা লাইরিকী অৱাংবা অদুম কোঙ-নবগীদমক লাইরিক অসি কোঙথোকচরি। লাইরিক অসি কোঙনবগীদমক মতৌকচারবা সংস্কৃত পণ্ডিত শ্রীকালাচাঁদ শাস্ত্রীনা মাহাকাব্য অসিবু মণিপুরী লোন্দা ইথোকপীনবা হায়জবদা হয়াঙ হয়াংনা য়াবীরকই, মসিগীদমক শ্রীশাস্ত্রীবু থাগৎচরি। ভাগ্যবতি কার্যালয় চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসকী থবক পীনবীরিবা অমসুং লোৎপীরিবা কাংবুনসু অরাবা কয়া থাদবীদুনা লাইরিক অসি পুথোকপদা মতেং কয়া পীবিখি। মসিগীদমকসু মখোয়বুসু পাম্বদা থাগৎচরি।

ইম্ফাল
তাং ১। ১১। ৭২ ইং।

শ্রী হিজম গুণ সিংহ
জেনরেল সেক্রেটারী

# বা অমনীদং

মহাকবি কালিদাসনা কদাইলা।
ময়েক্‌কাও চমচন্নিবা ঐনা কদাইদা॥
ইরিবা লোম্ন সংস্কৃত দনি,
উপমানা কবি কালিদাসগীনি।
মখীক্‌ লেখনা মাংলবা উটেবু
লাম্ন্নকগুমু মৎসলি মংতোই খঙ্‌বনা
হোংলজকই ইরোল্‌ হমবা শৈরেংদা।
থর্বক্লি অটে-অশিংতনা তৌসনবা
খঙ্‌ন খঙ্‌না তৌজে অসঙ্‌-খোঙাদা
কবিনি থজরিবসা কবি নচাত্রে।
সংস্কৃত ছন্দ-শাস্ত্রগী পরিংদা
ছন্দোকৃচগে থটেস্থু খীয়োনবনা
ভমজরমজে, পোকৃচৈ শীওভমদবা।
অরাল্‌-অছুই য়েংবিদনা খোইনা
কালিদাসগী গুণ-ত ময়োংবিদুনা
গুণগ্রাহী সজ্জন ওইবশিংনা
পাবিগনি থটে ঐহাক্না।

কালাচাঁদ
তাং ২৯ ১০। ৭২ ইং।

# মহাকবি কালিদাসকী

## রঘুবংশ

( মণিপুরী শৈরেংদা )

## অহানবা সর্গ

বাগেং বাহৈগী অর্থবু
থোকহনবা মপুংফানবু
বাহৈ-অর্থ 'নীওম্ থিরবিব'নীবু
খুরুম্জৈ শিবপার্বতীবু। ১

সূর্যগী থোকখিব বংশনা কৈদা।
পীক্রবা ঐগী বুদ্ধিনা কৈদা।
ঈপাক্পু লানগে তাঙন পোঙ্দা
থম্বুরে ডাওঙনা বাংলব আশাদা। ২

মিহৌকবি কবিগী মিংচংপু ঐনা
নীক্নেলনা বাংলব উহৈ লাম্জন্না
থেরবা বুদ্ধিনা ঈত্রৌক-ইপা ওইরনা
নোক্নি মীনা ঐবু শোয়দনা। ৩

হুংথ্রবা মনি-হূজব নুংনা
চঙ্খিবগুম্ মণিদা পীক্রব লংনা
কাংলব শৈরেং-থোঙ্দা কবিশিংনা
চঙ্খিবদিগুম্নি থজে ঐনা। ৪

পোক্লপগী থম্মোয়-হকচাং-শেংলবা,
মহৈগাস্ত্রিকাও তৌকবা-থাবা,
ঈপাকুমৌন পাকচাউব লম্বু ঙাক্হৈবা
পদ্মব রথনা লাইরৈবাকুমৌক্পা। ৫

বিধি কায়দনা যজ্ঞ তৌওম্বা,
নিজররিবগী পাম্ব পীবদ হন্দবা
অয়ান্বশিংবু চুম্ন যারকপহৈবা
মতম্গনা লৈবাক্ ঙাক্হৈবা । ৬

দানধর্মগী দমক্তা শনবু তাহিন্বা
অচুম্বগী দমক্ত ৱায়াম্ ঙাঙ্দবা
মিংচৎকীদমক্ত লাল্ডম্ব পাম্বা
শাগৈ মুক্তনবগীত মুম্বান্বা । ৭

অঙাং ওইরিঙৈদগী মহৈ কম্ন তম্মকপা
মথোক্ কারকপদ মুংঙাইব থরম্ন পাম্বা
অহল্ ওইরকপদ মুনিগুম্ মতম্ লেপ্পবা
যোগতনা মমৈদ, মীরম্লেল্ থাডম্বা । ৮

'সিগুম্ব গুণতন লৈতেংথ্রবা
মথোয়গী বংশ শকচগে, থয়দং ঙম্জবা
বুদ্ধি থেলবম্ন তাবদা মপান্নাইদ্রবা
গুণবু থম্নুরে থবক্, তৌগে তৌওম্দবা । ৯

অচুম্-অরান্ খঙ্ব কবিশিংতনা
তাবিগনি শৈরেংসিবু, লেংজবা ঐনা।
শেংডিশেংদে খঙ্বদি সনানা
মৈতনা থঙ্ডিঙ, খঙদে কনানা । ১০

অশিংবশিংনা শিংডি শীংথানবিবা
বিবস্বান্গী মচা মনুকৌবা
লৈরম্মি নিংথৌশিংগী খুাইদগী অহান্বা
বেদশিংগী অহান্বা ওঁকারগুম্বা । ১১

মহুগী শাটেংদা লেংলবা,
হেন্‌মুক্ লেংলবা মিন্নীশকোবা,
নিংথৌখ পোকৃথি অচৌবা
ঈপাকৃহুংবগী থাজবা পোকুবা। ১২

থবাক্ পাম্বদা শঙ্গাওঙ্গম্ মরেং কললবা
মশাখোম্ চাউরবা, চৌংথঙ্গম্ থাংবা
ক্ষত্রিধর্মমক্কা মশাবু ভাকৃতম্বা
তাইবং হকুচাংদা চঙ্‌ঙম্বা। ১৩

মরিল্ মথৌনাদ থ্বাইদগী হেন্‌বা,
মতিক্-মঙাক্তনা থ্বাইবু নম্‌হৎপা
তোম্‌থিন্ ওইনা থ্বাইদগী হেন্‌বা
মালেম্‌থক্ত সনজীংন লৈঙম্বা। ১৪

শাঙংশাবাঙম্ মরৌশিংগু চাউবা
মরৌশিংঙম্ শাস্ত্রগী জ্ঞানগু লৈবা
জ্ঞানকুগী তুংইন্নন থবক্ তৌবা
থবক্‌গীগু নীঙ্‌থিব মহৈ চাগন্‌বা। ১৫

মণিমুক্তা কুণ্ডীরনা থল্লবা,
ঈপাকুম্ নিংথৌগী কলব থোংলবা,
গুণথিবিক্কা পুলপ্ তিল্লবা
নিংথৌনি চঙ্‌নীংকম্-চঙঙম্‌দবা। ১৬

হৈরবা সাম্বিগী মথগী চাকানা
চংপাঙম্ চংলকুপ লীক্লম্ কায়্‌দনা
মহুগী মতম্‌দগী এক্লামিংনা
চংমরকুপ চংজি লীক্লম্ কায়্‌দনা। ১৭

ঈপাক্ ভোর্বায় লৈপল্ ওইনা
ঈপাক্ অকোয়বদ থাকবাং ওইনা
অহৈত নিংথৌ 'এনা খুং শিংজিন্‌না
ঙাক্‌খি পৃথ্বীপুখ্বা নগরী 'মতশুম্‌না । ৩০

মগধ নিংথৌ শাগৈদ পোক্‌পী
কোলোয়মিংনা সুদক্ষিনা কৌবী
যজ্ঞগী লোয়নবী দক্ষিণাগুম্বী
লোয়নবীনি মাগী শুগনা তিম্নবী । ৩১

লৈমকোন্দ লৈবী, নীংথিবী কয়ানা
লোয়নবীশিংন ভৌই, সেবা ভক্তনা
অদুবু রাজলক্ষ্মীদি, সুদক্ষিনা 'সীতনা
ওইরিবদি থলি, গৃহস্থাশ্রমদ মহাক্‌না । ৩২

সুদক্ষিনা কৌবী সতীদগী
মচাগী মশক্ উনিংবদগী
কৈদৌঙৈ নীংব থুংগনি হায়বগী
থাথন্দ লেন্‌থি মতম্না মাগী । ৩৩

যজ্ঞ-ব্রত-পূজা ভৌগে, মচা কংনবা থন্দুনা
মন্ত্রীশিংদ শিন্নথি পোৎলুমবু, লৈবাক্ ঙাক্‌পগী মহাক্না । ৩৪

নিংথৌ-মহারাণী অনীনা
প্রজাপতিবু মচা কংনিংদুনা
পূজা ভৌরম্‌গা নীংথিনা
চৎথি বশিষ্ঠগী আশ্রম তান্না । ৩৫

শামু ঐরাবত লোংথাং 'নীনা
বর্ষা-লোংথক্ত ভোংশুম্‌না
রথ' মথক্ত ওংলখা থোৎন লুম্‌না
নীংথিজে থোইনবু, অনীমক্তনা । ৩৬

আশ্রমদ ওৎপুবা খোঙনি কিছুনা
পুরক্কে নিংথৌন খোঙ্লোয়্ থাম্না
অহুমু থরহুগী মতীক্-মঙাল্না
কোয়্শির লাকুম্বি লাম্বী মপৈনা। ৩৭

হায়ব পাখেল্-চীংঙ-মমম্না
নৈরাং নৈরিক্ মপৈ, চাইনন চাইনা
হৈপাহৈপানুগী মনা, মশাবু হম্না
থৌগজি অনীবু, নাথিব মালংবনা। ৩৮

রথ-মখোন্বু লোংগীনি থন্নুনা
অনীখোক্ত শকপা যড়্জগী খোঙ্থাংনা
ঔশেবু বাহোং লাব, 'মোম্শিংনা
মুংঙাইনা চৎলি 'নীন তান তানা। ৩৯

তুংইমরিবা খোইনবু লাপ্পনা
রথদা মীৎকম্ থম্লিব লেঙ্দনা
শজী লাব 'মোম্শিংগী 'নীনা
চৎলি মায়'-মীত্তা, য়েংয়েংহুনা। ৪০

মখোঙ্ মাঙদব সনখোঙ্থকী, লৈপরেংগুম্ পরেং শানা
পাইরি কাংগুী পরেংনা, মুংশিবা খোজেল্গা লোয়ননা
মখোয়গী কজব। মতৌব্, য়েংনিংহুনা নিংথৌ মহারাণীনা
রথ 'মুংদগী মায়্থাংগত্নুা, লোংখক্তা য়েংলি হয়াউনা। ৪১

মজলগী খুদম্ ওইহুনা, তুংইমবা মুংশিৎনা হবদা
শগোল্নী মখোঙ্গী উমুয়', শোকৃত্তম্দে লুহুপ্ শয়াংদা। ৪২

উয়ারদা শাংপা থবাল্গী, ঈংলবা লাইজগা থেংনবদা
ঈংন মুংশিরবা মনম্ মশাগী, লোয় মনম্গুম্ মুংঙাইরি নবদা। ৪৩

মশানা তৌখিব যজ্ঞশিংগী মুখীনা
থরব মুনশিংদগী ব্রাহ্মণশিংনা
ওকপিমি নিংথৌবু আশীর্ব্বাদ তৌনা
কৎলম্‌ কৎলম্নগ দান, যুকপি 'নীন খোল্লা। ৪৪

খীশজোম্বু, গুপুহনা
থুনগী খাল্‌-অহন্‌ লমম্না
ওকপি, মখোয়দ হংহংহনা
হৈপালনৈপাল্‌-মমিং চৎখি 'নীমা। ৪৫

নীঙ্‌থিব ফীজোম নৈতেংবা
তপোবন-লম্বীদ চৎলিবা
লম্‌দা-খাজনা চিত্রাগ লোয়ননা
কজ'ঙম্‌ ওইরি 'নীগী কজবা। ৪৬

লাইগুম্বা শক্ত-বুদ্ধি লৌশিংদা
লোয়নবীদ তাক্‌ তাক্‌না লাকপদা
থেংনরকপ খিবিকপু লম্বীদা
থঙ্‌হোদে লম্বী হুপ্‌ লাপ্নকাও লাকপদা। ৪৭

মি'চৎ চাউরবা নিংথৌ দিলীপকী
শগোলশিংহু বারক্কে লাপ্ন লাকপগী
য়ৌরকপদা মতম্‌ হুমিদাংবাইগী
য়ৌরকলে রাণীগ আশ্রম বশিষ্ঠগী। ৪৮

অতোপ্প বনদগী উইহবাহৈ, যজ্ঞগী শীংবু থিরুহনা
হঞ্জিলহনগ অমুক্‌ তপোবনদ, মৈ মুংপদু ঊহনা
'হুরুবা মুনিশিংহুতনা, নৈরবা শিকপু থম্না
আশ্রমহুন থুংনৈ দিলীপনা, অর্ঘ্যপা কৌবীদ লোয়নমনা। ৪৯

ঋষিশিংগী, লোয়নবীশিংগী, মচাশুম লৈরবা
উনাগী থাংলোক্‌থোঙ্‌যালা, থোঙ্‌শঙবশুম লৈরবা
ভবিরকপ কৌমরু হবাইনরু, ঙাইহনা চপ্‌চপ্‌ লোম্লিবা
'হুশুম শজীশিংনা থজবা, আশ্রমদা থুংঠে অকনবা। ৫০

লৈকুং-কোমুংকী ঈশিংতম্‌, বিজব ঈথৌ লাংলবা
উচেক্‌শিংন চিংনব লৈতনা, থক্‌চহৌনব হায়রুনা
চাইরম্ চাইরম্মগ থনবা ময়োক্‌তা মুনিকন্যাশিংনা
'হুশুম হৈপাল্ লৈপায় থজবা, আশ্রমদ থুংঠে মিংথৌনা। ৫১

হুংশান নেমথরক্লবদ, হুংশাদ কৌরবা
কৌ হবাই মনা-মশীং, মাহোম্ম পৈখিবা
মনাক্কা শগুপ্ শায়রুনা, শজীশিংন কুজিবা
'সিশুম থাংপোক্‌শঙতনা, থজবা আশ্রমনি শেংলবা। ৫২

নামিব হুংশিংন হম্নবা, হোমগী মৈনম্মি শাক্লিবা,
যজ্ঞ তৌথিব-ই মনম হায়বা, মৈথুনা মনম্ হুংশিবা
আশ্রম য়েংজগে লাক্লিবশিংগী, থম্মোয় হকচাং শেংবিবা
অহুশুম আশ্রমনি শেংলবা, থুংথি মাহুদা অকনবা। ৫৩

শগোল্‌শিংবু পোথাহন্নু হায়না, সারথিদ য়াথং পীরগা
আশ্রম য়ৌরবদ দিলীপনা, মহারাণীবু রথদৈ থাংথরগা
মশামক্ কুম্‌থে তপ্ন তপ্না, গুরুগী আশ্রম উরগা।৫৪

হৌনব থঙলবা ইন্দ্রিয়বু খুহুম্ চল্লব তপস্বীশিংনা
নীতিবু খুহুম্ চল্লবা, লাক্লিব লোয়নবী লোয়ননা
রাজনীতিতনা লোইন উরবা, ঙাক্লিব লৈপ কপু ধর্মনা
দিলীপ কৌব অকনবা, নিংথৌবু ঙকখি তরাম্না। ৫৫

হুন্দিলাংবাইরম্গী নিত্যকর্ম
লোইরবদ বশিষ্ঠবু দিলীপনা,
কন্নিয়রিবা অরুন্ধতীগ লোয়ননা
উংর উবগুম্ মৈবু স্বাহাগ লোয়ননা। ৫৬

দিলীপ নিংথৌনা লোয়নবী
মগধ নিংথৌন লোকৃচবী
সুদক্ষিণাগ খুরুম্নি খোঙ লোক্লা
হুংশিন নানৃথি অনিবু অনীনা। ৫৭

অতিথি সেবাবু কংজরবা
রথথক্ত লাপ্প লাকৃপগী 'রাব কোক্লবা
রাজর্ষি দিলীপত মহর্ষি ব থোইবা
বশিষ্ঠনা হংঙি মঙ্গল ওইরিব্রা হায়না। ৫৮

অথর্ববেদবু হৈরব মুনিদা
হায়রকুই অসুম্ন ধর্ম অর্থদা
হৈরবা ভয়ব য়েক্কববু লান্দা
ঝাহৈবু নিংথৌনা মহেক্ চুম্নব অর্থদা। ৫৯

লাইনা মীন পীরক্পা 'রাববু
কোকৃপিহৈবা গুরুনা লৈবিরিদবু
অজ তয়েৎন তিন্নব ঐগী রাজ্যবু
কনানা লাকৃচগদগে কয়মবু। ৬০

তেল্‌শিংদি ঐগী অউবা, য়েক্কবতদ মপাল্লি
মন্ত্রগী তেন্দি গুরুদেবগী, উদববুস্থ মাঙ্‌হল্লি
য়েক্কবশিং 'নীথক্ লৈত্রবন লেল্লি
মথৌ লৈত্রবগুম্ মপুল্লি, তেন্দোংদ তেলশিংনা তুল্লি। ৬১

কংলুবব লৌদ্রক্ পুব নোং তাদবনা
বিধি কায়দন তৌবিব যজ্ঞ মহৈনা
মহেক্ চুম্নব মহৈ মরোংঙনা
পুম্‌খল্‌ থল্লি 'মুক ঈনৌনৌনা। ৬২

গুরুদেব ! গুরুদেবগী ব্রহ্মতেজনা
নিংথৌ ঐগী প্রজা পুম্বনা
অশাব পুম শীব নাইদ মীনা
কংজেল্লনা লৈজরি ঋতুং হুংগাইনা। ৬৩

ব্রহ্মাসজগী পোকপা গুরুদেবনা
থন্থিন্নুন তাক লৈরিবা ঐগুম্বনা
কবিগী লৈরোই অশাব লৈজনা
কবিগী লৈরোই লন্থুম লেঙ্ননা। ৬৪

অহুম গুরুদেব নমোত্থীসিগী
মবুঙগী তাজব ঈচা 'মতং উবদগী
মণিমুক্তান থদবী পৃথ্বীসিনা ঐগী
সুঙাইব পীঙমদে, অচৌংব লৈতে থম্মোয়গী। ৬৫

লাঙৈরেবাক লৈরিব ঈবুধৌশিংনা,
ঈহাকুথকগী পিণ্ড, কংথমোই থজনা
শ্রাদ্ধদা পীরকপ পিণ্ডমথৈ চাদনা
পৈথত্তুন থয়হৌরি লায় লায়া। ৬৬

মমাটৈঙদ কচ্ছথিবা পিণ্ডশিংদুবু ঐনা
মতুং 'সিদগীদি কংথুমোই উহনা
হোৎজোরকপ অবাবগী হুংশাশোয়না
থয় থয় শাহলগ চারি পাম্মু-পাম্মুনা। ৬৭

থম্মোয়দি শেংজরে, তৌজবা যজ্ঞনা
অদুম শাগৈ মুৎলব মীশক ওইরবনা
উগব্-উদগম লৈব চৌংগুম্ তায়া
লৈজরে ঐদি মশেল্ মজাংনা। ৬৮

হয়েংমুকী হুংঙাইনমনি, মঙালনগী মচৈন্না
শেংলব শাগৈদ পোক্পা মচানা
হয়েংমুক হন্দক্মুক, মপোক্ 'মীব শোয়বনা
হুংঙাইব পোক্হল্লি ওমৈগে লৈজনা। ৬৯

হে বিধাতা! গুরুদেব! 'শুম্ ওইহন্‌গেন্ড ওয়
নখুৎন ঈশিং চাইহনা শেম্‌জবা
পামেল্‌বু উবদা আশ্রমদ মচৈ মান্দবা
বাবগুম্ করিগী বাবিদে, ঐবু উবদা গুরুদেব! ৭০

পুন্দুন লৈবগী ঈরুজব কংব্রবা
শামুদ উচুরু শীবগুম্ 'বাবা
তোল্লব লময় ঈপাদ, শিংব ওমমোইদোবা
পীরি থম্মোইদা ঙম্‌থিন 'বাবা। ৭১

গুরুদেব! গুরুদেবন লমন্‌সিংগী কোল্লবা
থিবিয়ু পাইখ অমতং, নচাগী লাইবক্ থীরবা
ইক্ষ্বাকু শাগৈগী নিংথৌন কংনিং কংলিংবা
কংজেদবু কংহন্‌বদি, নখুত্ত লৈরে অঙবা! ৭২

নিংথৌ দিলীপকী বাহৈসি ভাবদা,
বশিষ্ঠ লৈ ওহাক্তং, মীৎ পাঙদনা ধ্যানদা
তা তুমথ্রবা পুত্রীগুম্ অহিংদা
থম্বাথি নিংথৌনা, মচা পোক্কবগী মরমদা। ৭৩

মচা পোক্কবগী নিংথৌনা, মরম্ পুবা
উরে শক্তিনা তপস্যাগী, তপস্যা কল্লবা
খঙ্‌লে বশিষ্ঠনা, উপায়দু কংননবা
মীৎ পাঙ্‌থোক্লগা হায়রক্‌ই মরম্ পুবা। ৭৪

নোংম নোংমদোহৈক্তে হন্নকূপদা
ইন্দ্রগী পুজা তৌদনবা জবীদা
নহাক্ক ঊথি করকক, পাযেল-ঊকযদো
কুন্দুনা লৈবী কামধেনুগী মতোম্না। ৭৫

লোয়নবী রাণীগী থক্তু, পাকন হুমিংনি থন্দুনা
ধর্মগী জাক্কনবগী নংনা, মাহুত্তু থন্দুনা
খুক্কমুগদবী ধেনুবু যেং-ওইননা কোয়ন্থনা
যেংলম্দন চংথি মাবু থৌপাদনা। ৭৬

থৌওইদে হাক্কনা, শাউদুনা খেপ্পুনা
তৌখিবনি শাপ, নঙোন্দ কন্না
"পুজা তৌদ্রিমথৈ, ঈচাসিবু ঐগী নহাক্না
নচা পোক্কবা ওইরসু" অঙ্গুম্ হায়না। ৭৭

থৌরী থংদংথুনা মাঙ্গথৈ ঙ কুপা
শাখুনা শারবগী ঈংেন্ থিংগকুপা
মাহুদা শাউদুনা মন্দাকিনীন ঙংলকুপা
মথোন্দুন তাখিদে শাপ, ধেনুন তৌরকুপা। ৭৮

শরীরু থৌওইথিদবনা, নিংথৌ নংনা
কংনিংবনু কংখিদবনি, থক্তু মাঙ্গমকনা
পুজা তৌননীঙ্গাযবু পুজা, তৌদ্রবা মীহুনা
নীঙজবদ অপনবা কংবনি শোয়দনা। ৭৯

কামধেনুদি হৌজিক্ লৈথি পাতালপুরদা
বী শজোম্ পীখিনবা, বরুণগী চাউরবা মজ্জা।
লিক্কনা থোঙ ওইনা থিংবা, অক্কমঙ্গুদা
মজ্জ লোইদ্রিথথৈ, লৈখিপনি খেক্কনা মাহুদা। ৮০

অদুনা মাগী মহক্তা, মাগী মচাহ্নপীগী
সেবা তৌ ভক্তিপা লোয়ননা, নীংজবহ্ন কংননবগী
মানবু পেল্লবদি শোয়জনা, পেল্লবনি মমানহ্ন মাগী
তৌরিব আশাহু থুংগনি, মচাগী সেবাদি সেবানি মাগী। ৮১

অন্তুম হায়রিজেদ কামধেনুগী, নোমরবী মচানুপী শবী
যজ্ঞগী বী শজোম্ পীনহৈবী, নন্দিনী কৌবী নীংথিবী
মশাদ অবাংপ লৈতবী, বশিষ্ঠন লুনা থম্জবী
হল্লকই বনদগী নোম নোয়া, ময়েংবগী শেনুব নাইদবী। ৮২

থোংন নোরব উনাগী, মচু-মানুবী কজবী'
ঙৌরবা ভুরেনা লাইবক্তা, থোইরপ্ন থবাল্-শাবী
ঙৌরনব থাজন লাইবক্তা, লৈতেংবী সন্ধ্যারাণীগুম্বী
নীঙথিজবীনি নন্দিনী, ময়েংবদ মীৎকী কুপ্নে ওইবী। ৮৩

মচা উবদৈ নঙথরকপা, লুখু শাববা শেংলব থোয়াংগী
ধারানা পৃথ্বী লৈমায় থক্তুবু, হেয়া শেংহন্দুনা যজ্ঞ স্নানদগী
সন্ধ্যাদেবীগুম্ সন্ধ্যা মতমদা, মচাউনিংবনা লাক্তক্লবী
নন্দিনী হল্লবৃই বশিষ্ঠগী, আশ্রমগুম নীঙথিবী। ৮৪

থোঙ্দগী হৌরকপ, পাইথোরকপা
উফুল্ মরীক্ মরীকনা মনাক্ত লেপপা,
নিংথৌগী মশাদা তত্তন ময়রকপা
'তুমক্তনা শেংদোকপি তীর্থগী, ঈশিংগুম্ নিংথৌবু থীক্লকপা। ৮৫

অক কত্ত লোইন উগনুব মুনিনা নন্দিনীন হরাউন লাকপদা
নিংথৌন নীঙজবা থুংলনি থওদুনা, হায়রকই স্নুম নিংথৌদা। ৮৬

মথিং পনুবত্তদ থুংওয়ে, মঙ্গল-মশক্ ওইবীন হরাউনা
অদুনা নীঙজব পূর্বো, শোয়দন থুংলনি থীজনা
থোইন লাপত্রে থওঙ্ নিংথৌ! থুংননব মতম নীঙজব নখয়া
বাক্সমহ্ নিংথৌ! থোইদোক্না, চানুবিরনি থওলে নন্দিনীনা। ৮৭

থবনী মনা মশাংগী চাহুনা, পুক্লৈং অনী লোঙ্‌না
পেন্‌খিদ্রি কাওম নন্দিনীনা, মতুং কোবিন্‌ ইরুনা
খিত্তার অভ্যাগতনা পেন্‌হন্‌বগুমা, থাগী সেবাগী তৌদুনা
নৈগাদবনি নিংথৌ নহাক্‌না, অহিং হুংখিল্‌ লেপ্তুনা। ৮৮

মহাক্‌ চৎলে চৎকনি, মহাক্‌ কুলে কম্‌থনি
মহাক্‌ লেপ্লে লেপ্পুন লৈনি, কৌরোই মতুংইন লৈনি।
ঊনিং মহাক্না থক্লবতনা, মত্তম নিংথৌ নহাক্‌সু থক্নি
চৎনিং চৎনীংবদ চৎপদা মতুং কোবীন্‌ ইমনি। ৮৯

নিংথৌ নংগী লোয়নবী, ঊথৌ মহারাণীসিসু
অচেৎপ ভক্তিগা লোয়ননা, পুক্লৈং থম্মোয় হক্‌চাংদসু
নন্দিনীগী সেবা তৌগনি, অহিংদসু হুংখিলদসু
তুংইমনি অযুক্ত তপোবন থম্‌ত্রিকাও, ওক্‌উনি হুমিদাংবাই কারক্‌পদসু।৯০

মতৌ'সুম থেণুনা পেন্ত্রিকাওবা
সেবাদ নৈয়ু 'নীমক্‌, মতম্‌ অমাম্বা।
মঙল ওইসনু, ওইগনি নপাবুংগুবা
মচানিপা লৈখবশিংগী লুচিংবা। ৯১

মক্‌ম্‌-মতম্‌ 'নীবু, মুম থঙ্‌লবা নিংথৌনা
লোয়নবী মহারাণীগা, হরাউ হরাউনা
ওক্‌খি গুরুগী মাথংবু, কীগাউ শানা নোঙ্কা
চিংনবা নৈতনা হুংঙাইনা, থুবাং তম্না লোয়না। ৯২

হুমিদাংবাইরম্না মৌরক্লবদা
অম্বাইমচা জ্ঞানী, হায়গন্‌ব ওইগদবদা
বশিষ্ঠনা কংজম্নবা হুংঙাইজব থম্মোয়দা
পোথাক্লনবা মাথং, পীবিথি নিংথৌদা। ৯৩

তপস্যাগী শক্তিনা নিংথৌগীদমক্তা
নিংথৌগী মতৌক্ চাব অহাও 'থুমক্তা
পুরকপ ভম্রবস্ত নিয়ম ব্রতগীদমক্তা
মুনিনা লাওথি নিংথৌগী, যনদগী ফংবা ম-াকুমক্তা। ৯৪

নিংথৌনা লোয়নবী-রাণীগ লোয়ননা
লেন্থি অহিং উনাগী, থাংপোক পীবিব ওকনা
শিষ্যশিংগী বেদ, পাঠগী থোঙ্গেন্না
নোংভালমদাই য়োরে, থঙ্থি অনীনা। ৯৫

মকম্ অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদা
হন্দোকপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী অহান্বা সর্গ লোইরে ॥ ০ ॥

# অনীশুবা সর্গ

নোংঙাল্লবদ মিংচৎ চাউরবা, প্রজাপিংগী মপু মিতীশদা
মমা-ই-খোয়াং পীথক্লবা-মচা-পুন্শিল্লবী হুংশিনা
কচ্চব হু'শিল্লব লৈরাং পরেং-হরাউন লৌহল্লবী মাপীনা
মুনিগী শদীবু থাদোয়ক্‌ই, উমংগী-মায়গেবু তম্না । ১

মোথ মঙীক্ মাঙক্রবী-সতীরক্ক অথোইবী
সুদক্ষিণা কৌবী মাপীনা, শ্রুতিগী অর্থগী ফুংইরবী
স্মৃতিন শ্রুতিবু ইল্লবঙুম্, নন্দিনী-থুম্না উকুম্ন শেংলবী
লদীদ ইল্লক্লি শদীবু, তহা তহাদবী ঙৌথিবী । ২

থৌজাল্ হৈবা-মিংচৎ চাউবা, নোঙ্‌কুপা-খোইন কল্লবা
নোমনল্লকপী লোম্নবী সতীবু, হলহল্ ধ্রুগ নিংথৌ মাইকবা
সমুদ্র খোয়াং মরিন তিল্লবী, শদীগী মশক্ পুরিবা
পাক্লব মরৈবাক্‌পু শেমগি, মশামক্ক মনীং থুংনবা । ৩

হল-হন্থি খোঙ্লোয় অতৈসু, মথক্ত ইল্লক্‌ই নিংথৌনা
নিংথৌ মশাবু শেল্লনবদা কাম্নবসু লৈতে 'মগী খোইনা
মহুগী শাগৈদা পোক্লবা, হক্‌-াংগী পাজল মথৌনা
মল্লিল লৈরবা নিংথৌশি'দি, মশান মশাবু ঙাক্‌চৈ ঙম্না

হাউরবা নৌরব নাপী থুদাপ., থঙ্‌ন ইম্বি মযাদ থুংনা
হাক্‌জব হোৎপী মখুংমকুনা, কাঙ্ হম্বিং হুমুদোকুই কীজিনা
শদীন চৎপদা মনীং ওয়া, অথিংব-অপাম্ব লৈহন্দনা
শেমৈ সেবা তৌই ঋন্না, নিংথৌ পুম্বগী নিংথৌনা । ৫

শদীন লেপ্পি নিংথৌ লেপ্পী, শদীন কুম্বদ কম্থৈ নিংথৌনা
ঈশিং থক্লগ নিংথৌসু থকুই, শদীগী মাকা মে'ফুনা
শদীগী অপাম্ব মেং মেংফুনা, নিংথৌন তৌই 'মত মাঙনা
পোথাবা লৈতন তত্তনা, মমিশুম্ শদীগী নিংথৌনা । ৬

থৌগল্ লাঙল্-কাওহ্রাই চানম, য়াওয়বস্থ নিংথৌ মপাদা
রাজ লক্ষ্মীন তত্তনা ইরনা, মকম মতম পুখনা
নিংথৌগী মশেক্ মতাম, থুক্‌নুনা লৈবন মচুংবা
থবুংদ থুম্‌ব মতীক্ ময়াম্-পুবশামুত্তম্ লোংজমদে খুইদা। ৭

বনগী মফম্ পুম্বদ চঙ্‌বদা, উরী বাগীন শময় যেংলবা
তেজা থো'শব নীকংবু- থুহ্নম্ চেংন পায়রবা
নি'থৌন উম'দা লাকপদি, শাক্তিনচুন মুনিগী শজেঙবা
বনগী তম্থিব জীবশিংবু, বায়কপৈদমক্তি তশেংবা। ৮

থৌগল্ থোঙ্লোব কনা য়াওব্রবা, বরুণগুম্ব নিংথৌ মাগী
শক্পগুম্ তৌরি মগুণবু, উপাশ্বীশিংনা লখীদ বনগী
উশাথক্ত তোংজিবা, মথোম লোখী চেক্লাশিংগী
বনগী উচেক্ বায়া যাওবা, মশক থঙ্গুম্মি নি'থৌগী। ৯

নি'থৌন লেঙথোকপ মতম্‌দা, কোম্বু'গী নীংথিবী কন্যাশি'না
লৈরাং কবোক্ থজোক্ থজোক্, নিংথৌ-ই-কোক্তা চাইরকপগুম্বা
নামিব স্থংশি'ন রৈবদা, হাইহুগী তলৌবী উবীশি'না
লৈরাং থজোক্ চাইশিন্নি, নি'থৌ-ই-কোক্ত তরাম্না। ১০

অকিবগী মশক্ ফ'লবা, তেজা থোংব লীকংবু
পায়রবস্থ নিংথৌ মহাক্তী, শেংলব থম্মোয় থৌজালবু
মপান্দ উৎলিব হকচাংবু, উবদ কিদন থোইনবু
মেংজরি মাজি লজী 'মোম্‌শি'না, মমীৎ চঙ্‌থোম পাঙ্গবৈ মহৈবু। ১১

অহোবদ চচ্চব হু'শিংন থল্লবা, মরিল্ হোয়বা বাপাত্তীশিংগী
মুকলী-লোঙ্গেনগ লোয়ননা, শক্রকপ বনগী লাইয়েব্বীশিংগী
জৈশব, ঘি'চংন থল্লবা, নিংথৌ মশাগী নিংথৌরোলশিংগী
তাখি মশান তানতানা, চংলি চীক্কব লখীদ বনগী। ১২

বশিষ্ঠগী শশীগী তুং ইরনা, থাল বনুদগী হলকপা
মপুরোইবা নিংথৌ মাহথোংবু. লৈত্তন লেঙ মথীং কুপ্পা
লৈত্তন থুরাক্ লাইখল্ ভানা, য়েংজবী রাণীগী মীংত্ত তোরকপা
ব্রত্তন ঊথৌ লা'হুন পেয়া, কংজঙ্গি মাহথোং-লাইজত্ব থকপা । ১৯

বনটৈ হেক্ হেক্ হলকপদা, কাইদ কাইদ তুংইরবা
মথাঙ্ থানবু চংলিবী শকুহেন্বী রাণী-নিংথৌ অকয়া
অনীগী মরক্ত লৈবী শশীগী, মপা লৈত্তে কজবা ।
অহিং তুংদ্বিল্ 'নীগী মরক্তা, লৈবী সন্ধ্যাগী 'তুমক্কি কজবা । ২০

পূজাগী পাত্র খুত্ত পায়বী, সুদক্ষিণা কৌবী শকুহেন্বী
নন্দিনীবু য়েং-ওইনন কোয়রগা, খুরুম্মী নোঙ্কু গুরু-ই শশী
নীংজব থুংজব লশীগী, অমত্ত ওইন চঙকম্ ওইবী
লাইবক্ত মচী 'নীগী মবক্তা, কৎলি হৈ-লৈ চেঙ্ সিন্দুর নশী । ২১

মচা উনিংবন লাঙত্তরুবী, নন্দিনী কৌবী শশীনী,
অ হুবু কেপ্তুনা হয়াউনা, বচ্চবত্তু লোবিবদা মহারাণী
নিংথৌ অনীমক্ হরাওজে, মসিন অশেংব থুদমী,
থবক্ মহৈ য়ানুগদবগী ; চঙ্জবথু চাম্বিবসিনা মরুনী । ২২

মপাথোম্ পাজম য়েক্লব ওবা, নিংথৌ দিলীপ অকনবা,
বশিষ্ঠ গুরু গুরুগী লোয়নবী, অনীগী চরন খুরুমজবা,
অহুগ সন্ধ্যাগী নিত্যকর্ম, লোইরগ ত্তোই শশী ই-সেবা,
শশীগী সেবাদ অহিং তুংথিল্, লুপ্তন লৈ নিংথৌ রাইকবা । ২৩

গুরুগী শনুগী শঞ্জেন্বা, দিলীপনন্থু দক্ষিনাগ লোয়নন্বা
ধূপ থাউমৈ কচ্চে পূজা, ত্তৌজে শশীগী নোঙ্কুনা ।
নন্দিনীন তুমগ তুম্ম অনী, হোয়রগ হোগংজি অনীমক্তা ।
শশী ই মাথং-ঊজিং কংদনা, কম্বিত্তুব'মত্ত ত্তোবে অনীনা । ২৪

জোম্বনী অবাব কোক্লিবদা, হৈনখুব মিংচৎ চাউশবা
দিলীপনা য়াদীগ জোম্বননা, ওয়ব মচাবু মদীত্ত উবগা
অহুম জৌহুম সেবাবু, হুমিং কুন্‌গবাথোইবু লেবা
খঙ্‌হৌদে সেবাদ লুপ্‌খিবনা, খঙহৌদে কৰ্মিন্‌ অবাবা । ২৫

নোংমদি মুনিগী শঙ্কীনা, মাবু শেঙ্গমিব নিংথৌগী
সেবাদ তঙ্কিম কদায় কাওব, য়োখ্রবগে খঙ্‌গে হাবনী
চেম্বরূপ গঙ্গাগী ঈচেম্‌, শংলব নৌম্বব হান্নৌগী
মপৈন খঙ্গব হিমালয়গী, কোক্লুংদ চঙ্‌খ্রে চীংখোঙ্‌গী । ২৬

শঙ্কী মাবু অবাবা, পীবদি বনগী তম্‌খিবা
মপুক্লোং কাও'দা জীবশিংনা, ওন্ফদে খন্দুন খঙ্গবা
লৈখোক্‌উরে ওহাক্ নিংথৌদো, য়েংদুন চীংগী কজবা
খঙ্‌হোদন লাক্‌খুররে শঙ্কীবু, নোংশা 'মনা 'কিব কংলবা । ২৭

সাম্বখিনা চুপ্পী থৈদুনা, ওলৈহনখিওম মযায় য়ম্বু
চীংসুং 'কোম্বব শীন থুংন, মৈহম খোল্লাউনা খোম্বাংবু
শাখিন কংলব অবাবগী, চীংবু য়েংবদ হোংদব মীকম্
খৌরানিচিংবওম্‌ ওলৈহন্‌খি, অবাব কোক্‌হৈব নিংথৌ মীৎয়েংবু । ২৮

ভাঙ্‌লৈনরবী শঙ্কীখক্তা কুম্বদুন লৈরব নোংশাগুম্‌
কিব লৈতনা খুঠম্‌ চেৎনা পাম্বম্বি শাংলবা জীক্কংবু
ভাঙ্‌লৈনরব চীং তম্পাক্তা, তুখম্বব মপাম্‌ খঙ্গব চীঙ্‌খ্রাউবু
উবওম্‌ উখি মশোং শোঙ্‌লবা, মী নিংথৌন শাগী নিংথৌবু । ২৯

শাজৎ শাবান্‌ নোংশা মান্‌বা, মপাথোম পাঙ্কত্তন য়েক্লবক্তবা
চঙ্‌লব ভোম্বব কখিহৈবা, নিংথৌন মশাবু মাম্বদীবা
কংহদে নোংশানা খন্দুনা, অশাঙ্ক ঈকায় পোক্লবা
নিংথৌন মাবু হাংলগে খন্দুনা, তেল্লোংদগী হৎলি তোক্‌ অথৌবা । ৩০

তেন্দা থোংহুন লীরীচিংবা, মতম নিংথৌগী থেকৎংবা
খুৎকী খুংখা মঙামক, নপ্‌শিনথে্র তেন্‌ট্রৈ-ন মাঙম তেঙ্‌বা
ঊকাল্লি কাপ্পুন তেক্তচিঙ্‌বা, চেদ থেক্‌পা লাইতেম্বা
নিংথৌন লৈথি খুজীনুশি না, তেনবুত্ত মঙামদো কজহনবা। ৩১

মপাথোম্ লেঙ্‌ব মাত্রবা, মনাক্ত লৈরবা অরানুবচুগী
মশা কাওব লোকৃত্মৃত্রবা, নিংথৌচু ঈদাক্ মরুগী
মরাইন পান্দল্ মতীক মযাম, ত্তমৃত্রব মতৌঙম লিন্দুগী
খঙুংদ চাক্লিব থৌনা যৈদা, চাক্‌হন্‌খি হুকচাংবু মশাগী। ৩২

মমাইঙেদ'মুক্ত থোক্‌থিল্লিবা, মপাথোম্ শিথবনু ঊরবা
অঙক্‌পা অশাউবন থল্লবা, নোংশাগুম মরীলৈরবা
মচু শাগৈগী মৈতাল্ অরাবা, নিংথৌদ থোইন'মুক্ ঙক্লবা
তাইবং মীগী মরোম্না হায়রকই, নোংশান শৰী লাক্‌থুরিবা। ৩৩

কায়রোই নিংথৌ। অরেম্বদ', ঐঙোন্দ কাপ্ল ঙম্মোই কায়দে
কল্লব হুংশিং ঈপোয়া, উজাউদ্বত্ত ফুক্‌পনি করি খঙদে
মরু ফ'ন ফুক্‌ঙম্বা, পামেল উজাউব্ হুংশিংন ঙম্‌দে
লোইবী চীংজাও ফুকপদি, নিংথৌ নংন করিগী তাদে। ৩৪

শঙ্কোরিশাল পুঙবা, মহাদেব-ই মনাই ঐহাক্লি
ঈমিংন কুম্ভোদর কৌবনি, নিকুম্ভগী চায়ব মরুপ্পি
ঈনজল-শিবু চরণন'মুক'মুক, শেংদোক্‌পিরগ কাল্লিবনি
কৈলাসগুম্ ঙৌরব শঙ্গা, উথক্তা শঙ্করন'ঙুগুম ঐহাক্লি। ৩৫

উত্রা মাঙদ হৌরিব পামেল, উজাউ দেবদারু কৌবসে
বৃষভন শাদোং ওইব শিবনা, মচাগুম্ হুংশিন থম্মসে
কার্ত্তিকেয়বু পোক্‌পী ভবানীগী, অমৃত থোয়াং মহাউ খঙমসে
লম্বা-ই চফুগুম থোয়াঙ্গদগী, শিয়রকপ 'থোয়াং লাইজন থোকপসে। ৩৬

নোংমা থবক্কী শাথুনা, মাগী চাক্ককংন তঙ্‌লদা
দেবতাকী মতু হঙোকুপি, মাতু হেক্কপু উবদা
নচা সেনাপতি কার্ত্তিকেয়বু, হিংচাবগী তেন্ন হোগায়ব উমদা
যাকরুক্‌ ঙাপি মঙোয়া, চাওবিংথোগী শুক্রব থনসিদা। ৩৭

মাতুগী হুবিত্তগী হৌহুনা, শঙ্কর সদা শিবনা
বনগী শায়ুশিংবু, কিহন্নুনা, দেবতাকবু কয় শেয়ৌ হায়না
থম্‌থিবান ঐবু মকবসিদা, শেন্নবা উশিবু তক্কনা
যাথংন্দুয় পীবিথি হেক্‌ অয়াক্‌পা, জীবনা চীঙাক্‌ ওইজৌ হায়না। ৩৮

সদা শিবনা ঙসিগী হুমিত্তা, ঐবু থৌজান্‌বিহুনা
তাখিরে শচীসিবু ঙসিগী, ঐগী ঈচীঙাক্‌ ওইজৌ হায়না
যাহনা থাজ-অমৃত থক্কগা, থোইন পেঙব'হুগুম্বা
ঙসি শচীগী হাত্তরব ঈবু, থকে ঐন্দু, ঈবুক্‌ পেম্মা। ৩৯

নহাক্কী করিন্দু তৌনিংঙাই লৈতে, হঙথো সিদগী তুমিম্মা
মতাক্‌ চানা তৌরে ভক্তি, গুরুগী মকমদ নহাক্কা
খুৎলাইন ঙাব্‌প যাববু খুৎলাইনা, ঙাকনি তোকনি উমদবনা
যাতুদ খুৎলাই পায়রবাশিংগী, কায়ব লৈতে মিংচত্ত থোইনা। ৪০

শাগী নিংথৌগী নাপল্‌ যাঙাং, তাবদ থক্তলে নিংথৌ-ই-নিংথৌনা
মাগী খুৎলাইবু থিংবনি হায়বসি, শিবগী শক্তিন তশেংনা
ফংখিত্রবা কনাগী মথুত্তা, মায়থীব মহাক্ক 'সিয়োনা
'হুত্তব নিংথৌ দিলীপকী, থোয়জব লেম্‌জব চৎথে্র লোইনা। ৪১

মথাতৈদ'হুয় তেজাথোংলবা, তেন্ন থক্‌ তাখিদে'রেবদা
অহুবু 'থুত্ত ‹ল্ল পায়রবা, ইন্দ্রন কত্রন মেংশিন্নক্‌পদা
ঈপঙ্‌-পঙ্‌বন লৈথিবক্তম, থোঙ্‌ থুং লেঙ্‌ব যাবনা
লৈরব নিংথৌ দিলীপনা, লোংশাদ হায়রক্‌ই অশুম্বা। ৪২

শাগী নিংথৌ অথোইবা। লেপ্লীংবম্ থোক্ই নঙোন্দা
হায়গদৌরিব ঐগী বাহৈসে, অদুগে কথা ঈশাকপ লৌথোক্‌থিবদা
নিংথৌ অম ওইবনা শীগী, থঙজগনি থম্‌না লৈঙ্গিব পুক্লীংবা
হায়রিবনি ঈকাই ঈকাইনা, বা·থবসি ঐন নঙোন্দা। ৪৩

জগৎকী থুংলেম্-ডাকুপ'নীমক্, মীকুন্ত মাওহম ওস্‌হৈবা
মহাদেবদি অহিং হুংথিন্দা, ঐগীদি ঈরাৎনকপি অথোইবা
ঈমাঙ্‌মকুন্দ গুরু-ই-শনবু, হাৎখিববু'হুন যেংহুন লৈবা
'সিমহু অরাম্বনি হৌনদবনি, কামদ্রে'হুন হিংহুনা লৈবা। ৪৪

অহুন ঐগী হক্‌চাংসিমক্তা, ওসিগী চীক্তাক্ ওইহল্লু নংগী
মুনিগী শর্মীসে থাদোক্‌পিয়ু নংনা, অদুম্ হুম্ থেঙ্‌লক্লগা মচাগী মাগী
হেক্তিল্লক্‌নি বাব লাওঙক্লবা, মপীমচা কায়নব মৈগী
মৈহুংদগী কক্লগে শর্মীবু, অসিনি হায়জগদব নঙোন্দ ঐগী। ৪৫

বাহৈ অসিবু তাবদা, নোংশাগী মশক্ লৌরবা
মহাদেবগী মনাইনা, থিন্দোরকুপ ময়াগী লংলবা
মশেক্ত অমম-ই মপৈবু, চীংগী লোক্লুংদ তুংলিবা
মচেৎ মচেৎ থোক্ত কায়হল্লগা, হায়রকুই থোহোক্ত শুমবা। ৪৬

নিংথৌ-ই- খুভম পৃথ্বী পূবগী, অমত ডায়রবা বাংলবা
সিংহাসন ফজরব নৌরবা নোমরব হকচাং লংলবা
অসি পূব্বু করিশু লৈতবা, অসিগীদমক্ত থাদোক্তে নীংবা।
থজিক্কীদমক্ত অয়াথ থাদোক্‌পা, মীনি হায়নৈ থোইন পঙলবা। ৪৭

জীবশিংবু হুংশিবিরুবদগী, থবাব থাগে নীওলবহু নংনা
জীবসিত মবল্‌হৌগনি, থবায়বু বক্তরবদি নহাক্তা
"সিগুব জীব লিশিং লিশিং, কন্‌থিগনিদো নংন তক্তনা
প্রজাগী মপু। প্রজাশিংগী, মপাংগুম্ কন্‌বিদ্রি মথোয়বু নংনা। ৪৮

নংগী গুরুগী'মক্ত ডাবজরবী, শবী'সি মাওহল্থিবগী অশাউবা
মৈরি করব মৈচুন নংবু, চাক্থেকথিগনি হায়নবু কিরবা
অছু ওইরবসু নি থৌ নংনা, থোয়াং 'মময় শজোয় থজবা
চক্রগুবী শবী কোটি কোটি, পীরগ ঙম্গনি গুরুবু পেন্থবা । ৪৯

হুংজাইব পুথগী তুংনকম্ ওইরবা, হক্চাংসে নংগী কলবা
পাম্মুই কল্লু য়েংঙু নিংথৌ ! লৈপাক নবন্দ ইন্দ্র-ই-গুবা
লাইরৈবাকন ইন্দ্রনা লৈবা, মালেম্থকন নহাক্না পাম্না
মকম্তদনিদো খেয়বা, লৈতেদো অতৈ তেয়বা । ৫০

শা নিংথৌনা 'হুয়া হায়রম্লগা, তুমিন্ন লৈথি মথা তাদনা
লোংশা ই-থোঙাং ঙৈরক্পা, চীজোই থোঙাংদ ময়ামা
চীঙমান্ তুরেল্ হৈপাল্ লৈপাল্, ময়াম্সু লোইন অমত ওইনা
লাউরক্পাগুম্ তোই নিংথৌদা, মথোয় কাওবনা হুংশিজবনা । ৫১

মোংশান শাথিন নঙ্কংলবী, নন্দিনী য়েংজনকুই হয়া হয়া
দিলীপতা অয়াবা মায়থোংনা, কন্দিবু হায়বগী মতাঙুমা
থম্মোয় পুব য়াত্রবা নিংথৌনা, নীংথিবা বাহৈন অসুমা
হায়রকুই শিব কিদনা, শিবগী মনাইদ অমুক্ হয়া । ৫২

অবাব থুদোং থীবদগী, কন্দি হায়বগীদমক্তা
ক্ষত্রিয় হায়ব মিংথোল সি, কাওথুরনি মরোল অহম্মক্তা
ক্ষত্রিয় ঐনা 'সিগুম মিংগী, ওয়ৈজেনব তৌরবদ অপত্তা
কন্দি কায়নি লৈপাক্না, হিংবনসু থীরব মিংচত্তা । ৫৩

মথোম্ থোক্লবী অচবী, শবী লিশিং লিশিংনা
করম মহর্ষি গুরুগী, অশাউববু কোক্হন্গনি ঐহাক্না
কামধেনু মজ্ঞগী হন্দবী, শবীনি থঙ্বিদু মতীক্ মঙ্গলনা
মহাকপু, লাক্চব ঙন্দিরিবদু, থঙবিদু শিবগী শক্তিহন্ননি হায়না । ৫৪

ঐগী হকচাংশিন মমল্ ওইনা, লৈজগে শরীর্ মঙোন্দগী
মহাকপু কন্‌যম্ থোকই ঐনা, অদুম তৌরবদি মুজিগী
খবক্তগু অকায়ব লৈমরোই, ওসিগী চীঙাকনু ওইরমি নংগী
অদুন লৌবিমু হক্‌চাং অসে, শরীর্ থাদোক্লপিয়ু থৌজাম্না নংগী । ৫৫

শা-নিংথৌ মহাক্নু নবুঙো, মহাদেব ই রাখং মশা পোম্না
দেবদাকসিবু ভাব্‌পিদ্মি চোক্‌শিন্না, অদুন খঙ্‌বিরি নশামক্না
মপুগী শেন্নরিব পোশকপু, খনম্রে হায়মগ মাঙ্‌হন্দুনা
মশাঙাক চঙঙ্‌ব য়াদবনি, তেক্ক মপুই নাক্ক কায়দনা । ৫৬

মাঙ্‌হন্ন চুমদে পাম্মুই হায়না, খম্বিরথদি হক্‌চাংবু ঐগী নংনা
পঞ্চভূতনা শাব হক্‌চাংসিগী, মহত্ত মিংচংকী হক্‌চাংবু নংনা
কম্বিমু ঐগী থৌজাম্বিদুনা, শারব মৈ ঊশিং হুংশিং লৈপাক্না
শদুম্-হক্‌চাংবু করিম্ন ওইদনা, খঙ্গোক্নই 'ঐগুম মীশিংনা । ৫৭

ওহাক্ত' ব্রারী শাখিবদগীদু, অমগ'মগ মরূপ ওই কায়দৈ
বনসিগী মঙ্গ'দা শক খঙনরে, ঐ'থাম্'নী হৌজিকনু মকৌদৈ
মরী লৈনরে মরূপ ওইনরে, মরূপন হায়জবা মরূপ্না তাদৈ
হৌনদে অবেদ্দ তাহন্ন হায়জবরু, মরূপ্না মরূপ্ চাম্বিব হৌদৈ । ৫৮

করে'হুমক- ওইবসন্থ'ন্ন্না নো'শাম হায়রবদ নিংথৌগী
শিখবা-গুজাংপ কোকথে লোইনা, লীকং তেল- থাদোকই থুন মাগী
মশাগী ভাঙলব ভাইবং হক্‌চাংবু, শদুমঙুম্ খন্দুনা নোংশাগী
মচীঙাক- ওইহললগে খন্দুনা, চেঙ্খিল্লক-ই নাক্ক নোংশাগী । ৫৯

চো'শিলক্কুন মথক্ক কন্‌বিরগনি, নোংশাম খন্দুনা নিংথৌনা
চোংশিলক্কুন কূপ্পকই নোংশানাক্না, মাথথোং থাদেম্থক্ক ওনা
মশানা মশাগু বলিদান, তৌরকই নিংথৌনা নোম্নুক্‌না
ঊবদ লাইরৈবাক- লাইশিংনা, লৈরাং খুজোক- চাইথরকই পোম্না । ৬০

ঈমা-ই-বুধক্তো হৌগৎনু, সিজন 'মুজঙন মাইহৈরু
তাবর সিংথোল হৌগংলি, নোংশাবু উদে শরীরু
উরে লেপ্লুনা লৈয়রবু, ববাবকী মতৌঙন্ থোয়াংবু
মালেম্ শঙ্ক পিরম্লুনা, লৈবহু উথি নন্দিনীবু। ৬১

ঈওক্ ঙক লৈরব নিংথোদা, খেহ্নুনা হায়ম্রকই অহূরা
পেরে ঈমা য়াইকবা! চাংয়েংলে ময়ংশি-হৈবা নতুণ ঐনা
মহর্ষিগী শক্তিন যম কাওবনা, লাকৃচব ওমথরবদ তরাইনা
করিশু লৈজব বনগী শানা, লাক্‌চগদগে ঐবু করম্না! ৬২

গুরুদ ভক্তি শীবদ থৌজাল, হৈবসি উবদ পেরে ঐনা
হায়্ ঈংঙো করি পাম্মি, অপাঙহু নিযু মহাক্না
থওঙু শঙ্খোমৃত পীন হৈবী, নত্তে ঐদি পেরবদি ঐনা
নীঙজব পূম্ব থুংহনব ওম্মি, কামধুযানি থওঙু ঐদি নংনা। ৬৩

হায়জরব নিজরব মী খুদিংমক্কী, মপুক্লীং পেমব তৌরিবা
মপাম্বোম্ পাঙ্গম অকন্‌বা মিংলেন্,-মুখীবু, জগত্ত খিরবা
নিংথৌনা খুবাং তরা লোয়া, নিজরক্‌ই বররু সিঙ্গবা
সুদক্ষিনা-ই-গর্ভদৈ পোক্‌হন্‌বিয়ু, শাগৈ চাওখৎহনব মিংচৎ চাউবা। ৬৪

মচা পাম্‌জব নিংথৌদ মচাবু, পীবিনি বাশক্কবী নন্দিনীনা
অহুম হায়রক্‌ই হয়াউজরবা, নিংথৌদ লোমোন্ তৌনা মোক্না
উনানা লোনা শারগা, ঐগী শজোম্ ওয়গ মাদনা
থক্‌উ নিংথৌ ননীং থুংগনি, পেন্‌হজে ঐবু নংগী লেবানা। ৬৫

নন্দিনী বাহৈ তাবদা নিংথৌনা, হায়রক্‌ই ঈমা থৌজাল্ হৈবী
অমুত থোয়াংবু নপারীদ হয়া, পীথক্‌পিরগ নিয়মগী কামদবী
তুংইয়া মহর্ষিনা যজ্ঞ-ই ওয়গা, গুরুগী যাথং লৌরগ নীঙ্খিবী
থক্‌চগে ঈমা ই-থোয়াং'মতং, তরূক্ থোক্‌পই কংখতম অমতং
পুক্‌কবী।। ৬৬

পৃথ্বী-ই-মপু নিংথৌগী ৱাহৈদা, পেনৃথ্রে নন্দিনী অমুকত্র হেন্না
খোরক্-ই চীঙ্ নিংথৌ লোক্তনী, নিংথৌন থৌগল্লি ফুংদ তন্না
মচা উননীংবন লাঙ্তক্রবী লাকুই তম্না আশ্রম পাংনা
মালেম্ থক্ত খোম্লাং নঙ্থন শিন্থবী, শবী কান্নকুই তম তম্না। ৬৭

থাজ-ই মায়খোংগুম্ নীঙ্থিব মায়খোং, পুক্তুন লাকুই নিংথৌ হরাউনা
হরাউ মায়খোং উবদা হান্না, খঙ্লব মুনিদ মজল ওইরে হায়না
অনীরুক্ ওয়গুম্ ওন্মি থৌদোক্, পুম্ব গুরুদ রাণীদ কোন্না
তারব খঙ্লবদস্থ ওন্মি হন্না, হন্ন হন্নাউন থবক মটৈ ৱাল্লবশিংনা। ৬৮

ত্তৌরক্প থবক্ লম্চত্তা, নিন্দা তোনিংঙাই মরীক্'মত্ত লৈত্রবা
মচান থক্থিব-ই মথাক্ লেম্হৌবা, তু'দ'মুক্ যজ্ঞগী ওমথ্রবা
অন্থগী লেম্হৌবা নন্দিনীগী, খোম্লাং 'মৃতবু গুরু ই ম্রাথং লৌরবা
নিংথৌন থক্-ই মূর্ত্তি পূরনা, ঙৌরবা মিংচৎ থকুম্ তাঙ্লবা। ৬৯

মতৌন্থম্ন সেবা ব্রতগী মপুং, ফান্নবতুংদ মতুংগী অমুক্তা
ইন্দ্রিয় খুড়ুম্ চল্লব মুনি, বশিষ্ঠন নান্দুনা নিংথৌ-ই কোক্তা
চৎলম্দাই বিদায় মতম্দা, পীনব হৌনব আশীর্বাদমক্তা
পীবিন্থন নিংথৌ মহারাণীদা, হন্থিনব ম্রাথং পীরে 'নমীক্তা। ৭০

হোমগী অগ্নি দেবতাবু, গুরুবশিষ্ঠবু লোয়নবী অরুন্ধতীবু
খোম্লাং চিংলিব মচাগা লোয়নবী, পুক্কবী অতম্না নন্দিনীবু
য়েংলোই য়েংলোইন কোয়রগা, থুক্সম্লগ লোঙ্দন পুক্লীংবু
ম্রাইকব মিংচৎ মতীক্ চাউবা, লাক্-ই লোয়নবীগ মরৈবাক্ তম্নবু।৭১

অথাব থাঙ্হৈবা ধর্ম্ম চেল্লবা, নিংথৌন লোয়নবীগ লোয়ননা
তাথব ভংঙাইরব শত্তম্ মখোল্, থোক্লব মথদা তোংথুনা
লমীদ মৈথায়ব অপনব লৈতনা, নীঙজবা থুংঙহুন হরাউনা
হক্লক্-ই কোমুং তম 'নীমা হন্নাউ হুংশি লেংন য়েংননা। ৭২

মতম্ কুইন উকদবৈ লাঙ্‌ঙকনা, উপদবৈ ওাইয়গ্রব প্রজাশিংনা
মচা কংনবৈ তৌরব ত্রতনা, মমাঙ্ কংলব নিংথৌনা
হয়কপ উবদ উবগুম্ নিয়াং থাজবু, য়েংবদ য়েংবগী পেনব লৈতনা
হয় হয় য়েংজবব কাওবদা, মীৎপু পেল্‌হনব গুম্‌থিদে মথোয়না ।৭৩

লাইরৈবাক্ মপু শোয়ালেন্‌গুবা, মতীক্ চাউরবা মালেম্ মপুনা
লৈরাং পয়েং ফিরাল্ পরেংনা, থরব লমী কাওথ লেপ্পুনা
ওক্সবা প্রজাশিংন থয়বা, কোয়ুং শদায়ঙ্গুংদ হুংওাইনা
চঙ্‌চুনা লৌথি শাসনগী ভারবু, পৃথ্বীবু বাসুকিন তৌবগুম্‌না । ৭৪

হাইদোয়কপ অত্রিগী মীৎলুনীদগী, মঙাল্ মপৈবু নোংদোল মকোয়না
অগ্নিনা থাদয়কপ শিবগী তেজব, ভাগীরথী গঙ্গা য়েবীনা
পুখিবগুম্ সুদক্ষিনানা মমাঙ্‌দা, লেপ্‌ঙম্‌দব মায়গৈ ঙাকপ
　　　　লাইশিংমক্সা
তেজলৈয়ব নিংথৌ শাগেগী, মাইকয়েল্ ওইব গর্ভবু পুখি পুনিংনা। ৭৫

মকম্ অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদা
ছন্দোকপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী অনীশুবা সর্গ লোইরে ॥ • ॥

# অষ্টমশুবা সর্গ

মপুরোয়বগী নীঙথৌ মহৈগী, মশক্‌ ওইরবা ইক্ষ্বাকু শাগৈগী
তুংনকম্‌ ওইরব লোয়নবীশিংগী, মুংঙাইকম্‌ ওইরবী মথৌংশিংগী
য়েংবদা লোংমদোন থক্ত থোক্পা, ময়ুংলব মশেক্পুরু থাজগী
পুরক্নি সুদক্ষিণা কৌবীনা, মৈরিগুম মঙালগী গর্ভগী । ১

হায়সু তনৌবী সুদক্ষিণা রাণী, মশা পুম্বগী হৌজিকুংমুক শোয়বী
থীজেল্লমক্তবু শেম্জিনব ঙমজদে, কুচুনা চীঙথাংগুম ঙৌরকরবী
থবান্নচাক থরও ঙায়রবী, মঙাল্‌ হুন্দরব থাজন লৈতেংবী
নোংঙাল্লম্‌দাইগী অহিংগুম্বী, ফজবে মথক্ত ওইথি ফজবী । ২

ওলাঙথাগী থাবুম্‌ অমী, হৌখ্রব তুংদা ইপাম্বাগী
নোংদোনথক্তে অনৌবা নোংগী, মরীক্কা থীক্পদ উমংগী
কোম্‌গী ওইনম্ব লৈহাও মনম্‌, নম্বদ পেঙ্গদে শামুনা বনগী
'ফুগুম পেঙ্গদে নিংথৌনা মনম্‌, নম্বদ লোম মনম্‌ রাণীগী । ৩

লাইরৈবাক্ত ইন্দ্রনা পানবগুম', মাগী রথনা মায়গৈ পুম্বা শীন্দুনা
কোয়ৌ য়ৌন পৃথ্বী পুম্বু, ঙাক্তথা ওইসনু ঐগী ঈচানা
অসুম খঙ্গদুনা বাণীনা, পৃথ্বী লৈপাক্‌ মচেংপু রামা হাউনা
চাথি মীরোল্লিবৈ মতম্‌দা, লৈপাক্‌ লৈহাও নম্বনি'হুনা । ৪

"মগধ নিংথৌ হ মচানুপী, সুদক্ষিণা কৌবী রাণীনা
কন্নি পাম্নি কন্নি থল্লি, কন্নিমত হায়দে ঐঙোন্দ ঈকায়বনা
অদুনা হংঙু নথোয়না, রাণীদা চঙদুনা তত্তনা"
অসুম রাণীগী সখীশিংদা, তত্তনা হায়রম্মি নিংথৌনা । ৫

মশালুম্বগী বাড়বী রাণীনা, অপাম্‌ অপাম্বদো হায়রম্মবদি
মনাক্তু উরম্‌গনি থুদক্ত য়ৌরকপা, মনাইশিংদ রাখং তাকপীরম্মবদি
মরম্‌দি 'সিমতং কংগে থজবা, লীরীদা তেজাতবু থোংখ্রবদি
লাইরৈবাক্ত কাওবা কংঙম্‌দবা, করিমত লৈতে নিংথৌনা নীংথুবদি ।

অগ্নিব মনা বেনুখ্রব ছুংধা, নৌয়ব কজয়ব মনা চুম্লবী
উরীগুম্ মাণী সুদক্ষিণা, মশা লুখনী বাবদনী কোক্লবী
থোৎন নৌম নোয়মথী ওইদুনা, ওইখে্র থোইনবু পুক্লী'ছুবী
কজবৈ মথক্ত কজবী, ওইখে্র সুদক্ষিণা কৌবী নীঙথিবী ।

হুমিৎ থরনিগী মতুংদদি, নোয়মথা থোগ্গাং থোম্জিন্নীনা
থোইনবু হেন্ন মুশিল্লকপনা, লৈথক্ত লেঙদন তোংবী থোঙ্গমুনা
নক্রবা শাৎলিবী লৈরাং থম্বাল্, অনীগী কজথবু ঈরায় লায়না
ঈকাইব পীথি মায়থিদন্থি, অতুবস্তু উজথি নিংথৌনা । ৮

মপুং ফানা মশা লুপ্পনী রাণীনু, উজবদ নিংথৌ দিলীপনা
ঈপাক্ল কীজোল্ ওইরবা মালেম, পুক্নুংদ হীয়াই পুখনি হায়না
সরস্বতী কৌবী তুরেন্না ঈমুংদ, লুরব লাইজ পুবনি হায়না
থঞ্জথি শমী বোবী উরীনা, মৈখু মখুংদ পুন্নিবনি হায়না । ৯

চায়থোইবী মানু মুংশিজব'ছুপ, পুক্নীং হকচাং চাউব কম্বছুপ.
মপাখোম্ পাজম তাম্ব লল্গী, মপৈ মপৈন লৈন্নিব অছুপ.
বা'গোন্ শঙদ লৈবগী হৌনবী পুম্বা, শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা অছুপ.
পাঙথোক্থি নিংথৌন মথং মথং, মবাং কায়ন কজনা অছুপ. । ১০

বাংগোল্-শজায়দ মপু'রায়বা, নিংথৌন লেঙ-শিল্লকপদ রাণীনা
মায়গৈ ভাকপ লাই নেপাল্গী, অংশ ওইব গর্ভনু পুবগী লথনা
হৌগত্তুনা আসন্থক্ত থাজব ওমজদে, লোয়জব খুং অনী ওম্দ ওম্দনা
হীকথরক্পচ্ছু মুংভাইজ মীৎলু ঈরাগা, নিংথৌনা পেক্সে উবদা থোইন
হেন্না । ১১

চাবোকপ হৈবী মাইব মাইবী, থাজনিঙভায় ওইবীশিংছুনা
শোয়দনব অঙাংবু শেন্নরবদা, চুথগদথৈ লৈরবা ওাইহুনা
নোংম থজব পতিন্না মকোয়গুবী, রাণীবু উজবদা নিংথৌনা
পোক্লমদাই বোরে থঙহুনা, খেংছুনা লৈ কথাউনা মীৎকুপ্লুনা ।১২

মগুণ-মথোনা-মন্ত্রনডিল্লবী, কল্লবী শক্তি অহুম্লিনা
অমাঙ্'ডা লৈতবা লংগৈবু, পোক্হনবগুম্ সুরক্ষিপানা
পোকৃখি মচাবু মতম্ চানা, উচ্চদ লৈবিতেদ গ্রহ মঙ্গানা
রবিদগী 'লাপ্নু লৈবনা, ঙৈখি তুংগী কগদবা হায়নিংঙাই লৈতনা। ১৩

অঙাংন পোক্প মতম্দা, মাঘগৈ ভরা পুমুঙ'ল্ ঙায় লৈ
নামিব মু শিংন লিরি হুন্না, মেংলোইননা চাক্পা মজগী মৈ
মৈরি থুংন থুংথেংননা, লোই কচ্চব মী-চেঙ্-হৈ লৈ
জগংকী কান্নব মীশক্ক পোকৃপগী, তিন্নখি অকবা খুদম্মখে। ১৪

চাবোক্শঙ্ ঈমুং শীম্বুংনা, হন্দোয়কুপ অঙাংগী মশেক্না
নঙ্গংখি অহিংগী থাউমৈশিংগী, মঙাল্ন লৈখি মুংলি মুংলিনা
অহুনা অঙাংবু মমান্না, ঊনখি শেংনা মমেক্ লালা
চেদ মেক্প লাইগুম অঙাংবু, মেংমখি চেদা মেক্পা লাইগুম্না। ১৫

নিংথৌগী নৈমকোন্দ লৈবা, নীঙথিবা মপাল্লী'ম পোক্পগী
হুংঙাইরবা পাউবু হায় তাংলবা, নাকোংদ দিলীপ নিংথৌগী
মঙোন্দ হরাওমনখিবনা, ঙৌরুনরব মঙাল্গুম্ থাজগী
ছত্র চামর'নিগসি নত্তুনা, পীখিদব'মন্ত লৈখিত্রে নিংথৌগী। ১৬

নীঙথিব মপাল্লী মায়থোংবু, মুংশিং শীত্তব ঈয়ায়দ শাংপা
থম্বল্ লৈরাং লৈনা মানবা, মিঙ্গা'নীন মেংজবদ লৈত্তে ভক্পা
থানিন্-থাজ মায়থোং উবদা, 'হুগুম্ ঈপাক্ক ইথক্ হৌরকুপা—
নিংথৌ থম্মোয়-ঈপাক্মুংদা, হরাউ-ইপোম্ হৌখি লৈতন লেপ্পা। ১৭

তপোবনদগী লাক্কুন বশিষ্ঠ গুরুনা, জাতকর্মপুম্ব তৌখি মীঙথিনা
সংস্কার পুম্ব মথং মথং তৌরক্পসিগা লোয়ন লোয়ননা,
দিলীপ নিংথৌ মপাল্লী, খোংদগী ফুকপা মণিনা
শেংমোক্কব তুংদ চাম্রদৈ হেন্না, মজমতুম কজাখি চায়নি ঙাই লৈতনা। ১৮

অঙাংবু পেরবী নিংথেমহুবী, মোকচবীন কোঁম খাওবঙী
পোকহুন্ মোকতুন্ মতৌ তবা, পামহুন পুলোমী মাতীংগী
কাকৈ কাকৈ চৎলিবা, মতৌ তা পুরুশিংব নাগী
পূর্ব উর উজরগ মচাবু, কমাউ ঈপোম্ কাঙ্ঘি নিথৌ। ২৫

মচাবু মথাক কোঙ্গব চুপ্‌চবা, মচা-ই পোৎলব মপাবু নাক্তা
'চুপী চুংঙাইবনা ইন্দ্রিয়,- উনশান লুপ্‌চৈ অমৃতগুম।
হৈরাউঅঙ লাইজ ঈপাক্ হুপ্‌প, কুইম লুপ্‌চব কংজকপ্রবা
মীনা মীথক্‌ মীখা'নীনা তিরৈজে চুংঙাই ঈরাব সুমৰ। ২৬

জগৎপু শেমবা বিধি ব্রহ্মানা, শাম্মোন্‌দবা বিষ্ণু-ই শাম্মোন উরগা।
মপা-ই খুদেম্‌ মাঙলরোই হায়না, খঙবদুম মচাবু উজরগা
মণিগুম মহাক্‌পু নিংথৌনা, লেঙবব মিংচৎ লোয়ননা কংবগা
লেঙ্‌দব শাগৈবু মুংহনবমু তন্নে থন্‌খি চুংঙাইনখি প্রজাশিংগা। ২৭

চুড়াকরণমচিংখা সংস্কার পুখা, মথং মথং তৌখ্রবা তুংদা
চহীন মতা শুদ্ধিমরুবদা, কোক্‌থক শিখানা ছাইহুবদা
থোইনবু নীতখিব লেংমারুব, মন্ত্রী মচাশিংগী ঈপাক্‌চুংদা
চুরেম চঙশিনশুম চঙ্‌শিন্‌খি, শব্দবিদ্যা-ঈপাক্‌চুংদা। ২৮

নোঙুণ থাংব সংস্কার লোইরব তুংদা, দৈরম পণ্ডিত গুরুশিংনা
বেদ বিধি কায়দনা বেন্নচিংবা, তঙ্গিব হৌখি রঘুবু চুংশিনা
রঘুগুম মতীক্ চারব পাত্রদা, হাপ্‌খিব বিদ্যা-ই মহৈ মান্‌খি ওঝাশিংনা
অমবা পাত্রদা হাপ্‌থিব কর্ম পুখা, নীতখিন মহৈ মাজি পোয়দনা। ২৯

চুংশিংকী মমাঙ্‌থারবা, শপোল্ তন্নেথন চিংলবা
মখদা কোরৌহন্‌খনা, মায়কৈ মরি মৌঙ লৈঙনা পনবা
লোয়নরক্‌পী বৃষ্ণিগী শক্তিনা, সমুদ্র ঈপাক্ মরিগুমা
বেদ মরিবু থঙ্‌হৌদনা, অখ্রোই থৌরি মীয়াম্ পুখা। ৩০

মৈনা চুংশিংক ভিন্নবদগী, শরৎ ঋতুগ ভিন্নবদৈ চুমিথনা
চানকংদৈ শিত্থবা মরায়কাবগী, হয়াং মরীগ ভিন্নবদৈ শান্নুনা
খাওজমদব মতীক্ মঙাল্ পুবগুম্, নিংথৌ দিলীপসু মচাগ লোয়ননা
হাজদৈ হেন্ন 'মনা থাওইদবা, পুখি তেজবু ভিন্নব জগলীমপেনা। ৩৭

ইন্দ্রগা মান্নন কল্লব দিলীপনা, থোঙলোয় নিংথৌমচাশিংনা কোয়শিন্নবা
রঘুবু শগোল্ ভাকুপ ওইনা থাদ্নুনা, অশ্বমেধ কৌব যজ্ঞ অচৌবা
মরিমুক্তরামাপন্নক্ হয় জৌথি, অমতং তৌবদ বানশবা
লাইরৈবাক্ত ইন্দ্রন পান্‌বগুম্না, পান্‌বনি মর্ত্ত্যদ মাগ লৈতজন থোন্নবা। ৩৮

অতুদৈ অমুক্ অকোন্‌বদা চামগুব যজ্ঞ তৌগে থনুদ্ধুনা
শগোল থারক্ই অপন্‌বা লৈতবা, লীক্ষং পাম্নব লাম্মীন কোয় শিন্না
মকম্ মুনথ্রগনি হায়ন থদ্দুনা, লাইরৈবাক্ নিংথৌ ইন্দ্রনা
মশক্ উহন্দন পুখে লোন্না, যজ্ঞগী শগোলবু থঙহোৎদনা। ৩৯

নিংথৌ-ই মচা কল্লব রঘুনা, খোঙমী লাম্মীশিংগা লোয়ননা
তৌদম্ থঙদনা ঈঙক্ ঙক্না, লৈথি চুংও ইতব শাউবনা
অধম্ তৌবিদৈ মতম্‌দা, মিংচৎ চাউবী নন্দিনী কৌবীনা
বশিষ্ঠগী ধণু নীংথিবীনা, লাক্‌না থু ঙৈ থঙহোৎদনা। ৪০

সাধু মহাত্মাশিংমক্ক ঈকায়খুম্নবা, দিলীপ মপানি যুবরাজ রঘুনা
নন্দিনী মশাদৈ শিঙ্গরকুপ হমাং মরীক্লা, মীৎলুনীবু শেংদোক্‌ই নান্দুনা
মপানগী মীৎম উবা ৎংদবা, পুম্নমক্ উথ্রহ্নুনা মহাক্‌না
মীনা লোয় থুপ্ন তৌরিব পুম্বা, ঈঙাল্ ভায় উথ্রু মহাক্‌না। ৪১

চীংগী মশা বজ্রন ককুণ্ডবা লাইরৈবাক্ নিংথৌ ইন্দ্রনা
রথদা থোয়ীন পুংহন্দুনা, সায়থিনা চুপ্পী লাক্‌থদ্দুনা
চেক্‌হজোইদবে কাজিলিবা, ঈবক্ থগৎলব শগোল্‌বু কাহ্নুনা
পুহ্নুনা চৎলিব তহা তহানা, উয়ে মীৎনা যুবরাজ রঘুনা। ৪২

মথৌং মিশিংগ তথক্ তথক্না ছুং-মাঙ কোইন যেংল যেংনা
চংলিব মগোল হয়াবদুগী মথদু চিংলিব মগোল ওয়েংনা
শংবান্ শংবাজবদু উথনা, ইন্দ্রনি শোয়দনা থজবুনা মঘুনা
মহাকৃপ্ত থামছুনা নোংদোন্থেংনা বাংলব থোক্বাংদ হাইরকুই হুম্না। ৪৩

তাবরা লাইরৈবাক-নিংথৌ ইন্দ্র! মালেমথক তৌব যজ্ঞশিংগী
শরুক্ কংব লাইশিং মহুংদা, মহাক্র লুচিংবনি হায়বৈঙ্খাইগী
লাইয়াম্ নখোয়'ইদমক্তা যজ্ঞ তৌরিব ঙাঁপাগী
যজ্ঞবু কর্মিগী খুগাইরি! অকায়ব পীরি থবক্ত মীপী। ৪৪

মরোল্ অহুমগী মপুনি নংদি, উদব নংন লৈতবনি
যজ্ঞ কায়হব কন্তবশিংবু, নংনচুম্ বায়কৃপিগদবনি
অত্তুদি নত্তত্রুনা নশামক্ত, স্তম্ভ তৌরবদি লোইন মুৎলনি
ধর্ম কর্ম পুম্ব মর্ত্ত্যলোককী, লোক'হুম্গী অমাঙ্ব শোয়দনা ওইনি।৪৫

লাইরৈবাক্ নিংথৌ শোয়ালেন্! অশ্বমেধযজ্ঞগী মপুংদি
সগোক্তন ওইবনি'ত্তনা সগোলবু, থাদোকপিদু চুমদে কায়হবদি
যজ্ঞবু নংগুব বেদগী বিধি, থঙ্লব মহাত্মাশিংনদি
কলঙ্ক'সিঙ্গম লৈগদবা, লথোদ কান্শিন্দে মথোঙ্দি।৪৬

রঘুগী নাপল্গ লোয়নবা বাহৈ, তাবদ দেবরাজ ইন্দ্রনা
রথগী মথায় ওন্শিল্লকই, হুংডাইব'ওক্পগ লোয়ননা
রঘুনা পীরকপ পাউত্তাক্-বাহৈ, তাবদ থর উকায়রপ তৌনা
হায়রকুই মন্তীকৃচাব বাহৈনা, রঘুদ যেংছুন অস্তুম্না।৪৭

ক্ষত্রিয় মচা অকন্বা! হায়রিবহু নংন অচুবনি,
অত্তবু মিংচৎন মরল্ ওইবা, মথোয়ন মিংচৎবুত্ত থাকপনি
কবদ যেক্লবে মথুত্তগী, মথ্রায় থাবা পান্মুদবনি
মরোল 'হুম্ কাঁওয়ব মিংচৎ ঐগী, মুম্নব দিলীপনা যজ্ঞ তৌবনি। ৪৮

ঐরাবত শাম্বুর .শৌকপা মাগী, থোইন কন্‌শিনথ্রবা থোজবা
শচীনা'মাগী থুমহ্ য়েকথ্রবা, 'ছুভব থুক্তা ইন্দ্রগী কয়বা
মচা কার্ত্তিকেয়ঙন কয়বা, দিলীপকী মচা রঘুহ কয়বা
মশাইথনিং য়েক্রবা লানা তেল' মশা শাথি থাডজনবা। ৫৫

থাহোং মতুনা তেমা পায়রবথোমবা, তেল অমনা ইন্দ্রগী মথগী
থাংলৰ চাউরবা' কীরাম্‌ রঘুনা, ককথংথি থাডয়ক্তন ইন্দ্রগী
লাইরৈথাক-য়াজলক্মীগী মশম্‌, বকুপদ শাউবশুন্‌ মমাঙ্গ মমানগী
রঘুগী মথক ইন্দ্রগী পোক্‌থ্রে, থম্মোয়দা থৈরি অশাউবগী। ৫৬

স্বর্গমর্ত্ত্যনীমক্কী কলবা, ইন্দ্র-রঘু'নী অমনা অমবু
জয় তৌগনি বাশক্রবনা শোক্লথি লাল অকিবা ক'নবু
অমমম্ন মশা পাজব লিঙহা, থোরব তেল্‌শিংনা লৈথক লৈথাবু
থোম পাইশিল্লকুপহু উবদা, লাম্নীশিংনা পক্ষ'নীগী ওক্ক থাগৎলি অনীবু। ৫৭

অতং 'থম লৈতন চুথব নোংগী মরীনা, বজ্রগী থৈ মূথংপ ওবদওয়া
অতং'থম্‌ লৈতনা তেল্‌গী নোংনা, রঘুগী মথক হৈথদনম্ব ইন্দ্রনা
মশাগী বজ্রদৈ পোকথিবা তেজনা, থজব রঘুগী তেজবু ওয়াইব
মূথংপা ওন্থিজ্রে পীওম্‌ত্রে মায়থীবা, লৈথি ওহাক তৌকম থজনা। ৫৮

অতুগী তুংদা থা মচেৎ শাবা, থোরবা তেল্‌ অমনা রঘুনা
হরিচন্দন তৈমব ইন্দ্রগী থূদাংদা থারকপ মতম্‌দ থঙহৌদনা
সমুদ্র নৈথিবা মতম্‌দা সমুদ্রনা, সুম্র ওংথিবহুওমনা
সুম্রব থোহোক্‌ থুমবা ইন্দ্রগী, লীকংগী লীরীবু কক্‌পথ্রে রঘুনা। ৫৯

চাওগী মশামকুপু কমথিবা লীদংবু, থাদোক্‌থি ইন্দ্রন শাউহুনা
মমাঙ্গ কয়িজনবতনা লেপতম্রবা মায়গৈ তরা থম মথেকনা
অকব য়েক্রব হাংনবলীবকতা, থম বজ্রবু চেক্‌শিন্না
শায়থংলি থুকতা শাউহুন ইন্দ্রনা, রঘুব মহাংলগে থমুনা। ৬০

মাতলিনা শাবথি ওইরবা ইন্দ্রনা "করে'ঙুমক ওইরগনু" হায়না
রঘুনা হায়জখ্রু যাবিরগা, হনথি লাইরেম্বাক্ কোন্থুংদা খীন্দনা
অসোয়্ব রঘু অকনৃব থাগ্র হন্থি যজ্ঞসভাদ হুংঙাইতন থোইনা
ওন্থি তরায় মচাবু নিংথৌনা, হুংঙাইবগী ওযৈথে লৈতনা। ৬৭

ইন্দ্রন থাবকপা পাউদবনা, জয়বদা নিংথৌন খঙলবনি লোইনা
মচাবু হুংশিন ভজায় ওক্না হুংঙাইমনথিবনা পঙথবরবা থুংনা
যজ্ঞনা পাবদা হোগায়গব থিনগাইবা, মকম্ মকম্দ নান্বিজ্ঞনা
মচাবু থেন্জিন্থি হুংঙাইজব যাবা, পুরবক্ কাউহনথি দিলীপনা। ৬৮

অসিগী তুংদা নিংথৌ দিলীপনা, হন্দোক্না যীরমলেন থবক্ পুবদগী
লৈপাক্ সিংহাসন্ অতৌব ছত্র, মচাদ শিঙ্গরমহুন চংথি কোন্থুংদগী
লৈথি তপোবনদা লোয়নবীগ লোয়ননা, হুংঙাইন হেন্ন কোন্থুংদগী
ইক্ষ্বাকু শাটৈগী নিংথৌ মথৈনা, চংনবকপ লম্বীনি যথাংচৈদগী। ৬৯

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদা হন্দোকপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী অহুমশুবা সর্গ লোইরে॥

—।—

# মরিশুবা সর্গ

নোংচুপ-লোইবী মরুমদা, চঙখিরবনাই কোরৌহনবা
শিররমবা মঙাম থাবী মৈনা, হুমিদাংবাইদ হেন্না ঙাবক্তবা
খৌরব নিংথৌ পম্বোমা, শিররমব লৈপাক্ কংবদ হেন্না
মতীক্ মঙণনা পুম্ঙাল ঙাক্তি সিংহাসনহক্তা নিংথৌ মথুনা ১

দিলীপকী থুদূমথাদ লৈরিবা, মমাংলৈগী নিংথৌ কয়াগী
থম্মোয়দ হুংঙাইতবগী মৈরিনা, লৈরি মৈরি থোক্লন মৈথুগী
মপৈত ফুদোকুন থম্মোয়দ ওমহুনা, মথুন নিংথৌ ওইবে ঙাবনী
অমুক্ চারক্কে কুঙ কঙ্ লাউনা, লৌহুম মশক্ লমন্ থুবনী । ২

হাইগৎলকপদ নোংদোম্ব ইন্দ্রগী কীরামা, ওনথক্তুন মেংলগ মীয়ামা
পুক্লীং কুহুং হয়াউব শুমনা, অনৈব নিংথৌন ময়েক্ চূর
ঙাওবহক কারকপদ প্রজাশিংনা, মেংচুন হয়াউজৈ প্রজাশিংনা
মেরুবশিংন হুংঙাইনদব অতুপ.., হুংঙাইনৈ মরৈবাক্ প্রজা মীয়াম্মা । ৩

শাম্-ই খোঙথাং মান্থ মথুনা, শামুবাইশথক্ত তোংহুনা
লৈপাক্ প্রজা পুব মেংহুনা, চংলক্‌ই নীঙঙায়ব লৈজনা ।
নিংথৌ মহাক মথক্তনা, মপা-ই সিংহাসনথক্ত কাহুনা
থম্মি মেরুবশিংবু নক্কতুনা, হোংনৈ লৈপাকপুম্ব ঙাক্তব ঈংনা । ৪

নিংথৌ পুবগী মথক্ত, তোংহুন মশান্ কাহুনা, লৈব নিংথৌ-ই-তেজ উবদা
রাজলক্ষ্মী মশাদক্তা, নিংথৌ-ইকোক ছত্র থাম্মুনা, লৈরবোই মীংনৈ সেবাদা । ৫

নিংথৌ ইগুণব লৈশিলৈথোয়া, শৈশক্পশিংগী খৌরিদা
মূর্ত্তিনাইন লৈহুনা থাওরি, সরস্বতীনা শৈরেং শৈশক্পদা । ৬

পৃথ্বী লৈপাক্ লৈমম্ব চাউব চাউরব মহুনচিংবা, নিংথৌ কয়া-ই মপান্ চায়কথনু
কৈচা চাক্তিগুম কনাই-মপান, চাজম্মি লৈজম্মি হৈন্দিংব সেবাদম্ব । ৭

থোইনবু উংদব থোইনবু শাদবা বসন্ত-ই নাখিবা ছুংশিংকুম্না
থোইদ্রে থোক্তন থোইনবু কখনা বায়ক্-বাতের ভুবংগি প্রজাশিংবু মাদা। ৮

মোন্না পাম্বকপা চৈনৌশিংনা শাংলগা মপান্, উথিনবৈ থাবনু
হনহনগুম রঘুনা দিলীপনু, কায়নবৈ থাবনু কাউহন্নি প্রজাবু। ৯

লৈপাক ভাকুপা মায়েন্দী থবক্তা, চৈহয় শিংলয মন্ত্রীশিংনা
অচুম-অথোবদ মীতিংনীদক পী নিংথৌবা, 'দুবু 'চুবন্থুত লোই মহাক্না। ১০

চৈ-ঊশিং হুংশি লৈপাক্চিংবা পক্কূমনা রঘুনা পাজকপশিনা
মগা মশাই মজুপবু হেনহনপ্রে, পোং খুদিংমক্ নৌপ্রে 'নৌব মান পাম্বা। ১১

কোয়ৌবু হযদৈ "কোয়ৌহবা," থায়কপদৈ হুংজাইবসু "থাজ" মিংলেন
থোকৃখিগুম্ নীংবরু চুমথৌনা, তৌবদৈ নিংথৌ নিংথৌনি নিংথৌরেন্। ১২

নাকোং থৌন হইথব মীন্না'মীনি, অদুবু নীতি শাস্ত্রদ কুপ্প থেংবনা
শাস্ত্রগী জ্ঞান'ছ্নকনা অশেংবা, মযীংনি তুংমাঙ্লোইদ উবনা। ১৩

থকমপূবদ শাক্তিন লেঙ্বন লৈবনা, নিংথৌবু পানখৈ ঊংনা তপ্পা
থবাল্ লৈমাংতন মীঙখিবী শরৎ, থুংলরে নীতবী রাজলক্ষ্মীগুম্না। ১৪

ঊপাহা লোইথুবনা পীরবা লোংগী, মচেৎ কাওবনা লখী থাদোকখি
লোংমলোন মালেমগী হুমিং অনীগী, মায়পৈ পূথ শীনপ্রে থাজদব তেজনা। ১৫

বর্ষাদ ইন্দ্রন ইন্দ্রধনুবু, শরত্ত রঘুনা লাংজম্-লীকংবু
পায়থংলি মরম্দি নিংথৌ'নীমক্, মথং মনাও নাইনা ভাকই প্রজাবু। ১৬

অতৌব থবায় ছত্র ওইবী শীঙমাং মপান চামর ওইবী
শরৎ-লক্ষ্মীন মতৌ চম্লৈজে, রাজলক্ষ্মীবু মসুগী ওইখিন্নু মনায়থুবী। ১৭

শরৎকী থাজ মায়থোংবু, নিংথৌগী মায়থোং থাজবু, চানহুম য়েংবশিংহুনা
হুংঙাইব ফংজৈ চপ মায়না মহৈন্দ্র মাইজ নপোয়জনা ১৮

ভৌরব কাংগী পরেংবা, থরোন থম শাৎলব ঊয়ায়বা
থবাম্মিচাক্ মরক্তু মিংচৎনা, রঘুগী শীন্‌বোই মকমবু পুবদা। ১৯

লৌবক্ত য়ুমব কৌশংবী, লৌউবৈ মুগী মহাশিংনা, চুপাকী মকমুদ কম্‌হুনা
নিংথৌন অঙাং ওইরিবৈগদৈ ভৌরকৃপা. পুথবু শকুলি শীংথানলা। ২০

মতীক্ চাউব থবাম্মিচাক্ অগস্ত্যন থোরকপদ পুম্‌লু লুথে
ঊশিং পুথহুবু ঊমক্ মক্‌-থু, য়েক্লব পুথ রঘু কিথদৈ খুপ্‌থে। ২১

মকম ময়ায় চাউন কারবা, শঙ্খাউশিংনা লৈরায় থিনগাইহুনা
রঘুগী অঙকপ লীলাবু, শাম্ন ফৌরক্তি মতৌ তম্‌হুনা। ২২

য়ুনম্‌গুম ময়ায় কাংব মনম্ পাযেল্ সপ্তপর্ণগী ভাবদা থোইনা,
মনগী শায়ু মচুম্।নি থন্দনা, রঘু ই শামুশিংস্থ, তারি মচুম্ তমেৎ থোক্লা। ২৩

শরৎ কৌবি ঋতুন তুরেল্‌শিংগী, ঊশিংবু য়াম্‌হম্বন লখী পুথা
লৈথোম্ থোকহন্দন থনম্মগ থৌগৎলি, পুক্রীংবু রঘুগী লান্দানথা। ২৪

শগোল্‌শিংগীদমক্ত ভৌরকৃপা, 'নীরাজনা' কৌব যজ্ঞগী মৈনা
মৈরিনা খুৎ-ওইনা থায়োম্‌দা, তিংথোক্তুন পীরি বর লাংঙম্মু হায়না। ২৫

মহুৎ মপান্‌গী লাম্বন্ পুম্বা, চ্যেক্‌শিম গুক্লগা তুংলোম্‌দগী,
লাকদব য়েক্লবশিংদৈ কল্লগ মশাবু, ভৌরক্‌ই যাত্রা রঘু দিগ্বিজয়গী। ২৬

যাত্রা ই মতম্‌দ কোহুংগী নীঙ্‌থিনী, মপৈমা চাইরক্‌ই ফবোক্ খুঙোক্ পু
রঘুই কোক্ত ঊপায় ঊথক্ত ভৌগম্, মন্দমন মৈথদা থিমুল্‌ই ফোক্‌পু। ২৭

ইন্দ্রগুম্ মতীক চাউরা রঘুনা, নোংপোক্লোম্‌দ হায়রা লাম্বব চৎলি।
তুংওইনব খুংশিংগী হুমফম কীয়ায়া, য়েক্কবশিং খল্লোমদু নীকৃহলি। ২৮

রথগী চাকাদৈ হৌরকপ উজুরা, 'তিমাবু কুপ্‌থিদুনা 'তিমাবু মালেম্
নোং মতুম্‌ওব শামুলিংগী কুমনা, রঘুনা ওইহনখি তিমা মালেম্। ৩০

খুইগী মাঙল কয়ব মশেক্লা, মথংদ লাম্মী থোঙাউন মথংদা
উমুম্ মপৈব তুংদা চৎপনা, রথীমচিংবন ওইরে মমী থোক্ল থায়বদা। ৩০

লৈকংদা তুংদৈ পুখোক্‌ৎ ঈশিং, মশা-ই শক্তিন রঘুনা
হিমক্ক লাওমদ তুরেল্‌শিং লাক্তি, তেম্‌হুন উমং পুখ উশানা। ৩১

লানথী মপৈ পুহুনা নোংপোক্লোম্‌দা, লাকপদি রঘুন নোংপোক্ ঈপাক্ তম
শিবগী জটাদৈ থোরকপী গঙ্গাবু, পুরকপচুঙ্গুম্ভি ভগীরথনা। ৩২

উপাথী অমবু মইহ'মত থাওহন্দনা, অমবু মঙ্গ কংন ফুকুনা
অমবু খুদক্‌না থাওহন্দুনা, যনদ লাকপগুম্ শেম্‌হুনা লথী শামুনা
নিংথৌ কনাগী ময়ল্-মথুম্, কনাগীন লৈপাক্ অমগীন থবায়
য়েক্কব তিংখং লৈত্তবা লথী, শেম্‌হুনা লাক্লি রঘুনা ।৩৩

নোংপোক্লোম্‌গী নিংথৌশিংবু, 'শুম তম্‌হুনা
অশুম্ অশুম্ লাকুনা নিংথৌ রঘুনা
কোনা পাখীশিংগুনা শংলবা থোইনবু হেন্না
মহাসাগর মপান্ মৌরে লানমীশিং লোয়ননা। ৩৪

কলব ঈচেল্‌গী তুংইরনা, লৈতুন লীপাখীন নোঙ্গক্লা
মশাবু কঙ্গহৌবহুওয়া, স্বক্ষদেশগী শিংবা নিংথৌশিংনা
নাপম মমায় কায়বশিংবু ফুকুওব মথুদ চঙ্গ অহুনা
মহাক্ক হাবত্ত ইন্দুনা, মপ্পায় কঙ্গহোই মথোবনা। ৩৫

লাল্গী হিৰক্ত তোংচুৰা, ঈশিংগী লান্দ লৈশিংবা
ৰঙ্গ লৈপাক্কী নিংথৌশিংনা, রঘুগ থেংবৈ শক্তিন 'ঙম্বা
অহুৰ্ গঙ্গা ঈচেম্না কোন্বা, ঙম্ত্রুনা ঈথংলম্ অপুম্বা
লাংঙম্ কীরাল্ হুংখি মাহুদা, মিংচং যুৰী ওইৰৰ লেঙদবা। ৩৬

হুক্তোক্লগ মকম্নকমদমুক্ থাজিখিবা, কোপাৰীশিংনা মঙ্গলুক্কা
চুম্লৰ মচৈৰ্ ক্ কৃপিম্নিবত্নুদ ৰচ্চবা, 'হুঙুম হুক্তাকৃপিরৰশিংচুনা
থোকৃচৰ লৈজৰ মম্নল্ পুৰা, রঘুগী মথোঙ্দ ৰাঁচ্চে নোক্না। ৩৭

লাম্নীশিংগ লোম্ননা রঘুনা শাগু পয়েংঙনা থোং শাদুনা
কপিশা তুরেল্ লাদুনা, ভাকৃপ লৰীদা উৎকলশিংনা
লাকৃই কলিঙ্গলম্দম পাংনবু, মকম্তুই নিংথৌশিংবু ঙমগে হন্দুনা। ৩৮

মৰৈমম্না চাঙ্গন ঙংতুনা থোংবা, শামুই কোক্ক মাউংনা কাভী থাঙুম্না
মহেন্দ্র চীংজাও কাহুন হুংখি, চীংৰক্ত অৰগী উয়েংবু রঘুনা। ৩৯

শামুতোংৰ লাম্নীশিংগ লোম্ননা, খুংলায় মথল মথল্ কাপ্শিল্লংশিন্না
কলিঙ্গ নিংথৌন মাম্নোকৃম্নাথ, চীংন মশা থপ্ থপ্তুনা
নুংতুম মপৈ মপৈ লংশিন্নক্তুনা, মশা কক্কে লাকৃপ ইন্দ্রদ চেন্শিঘঙুম্না। ৪০

ককুৎস্থ শাগৈদা পোকৃপ রঘুনা, মহেন্দ্র চীংগী লাম্নীশিংনা
হৈৰলংথম্নকৃপ থুংলায়পুৰ থাঙজুনা, চীঙ্দৈ চেম্নম্নকৃপ লুম্নৰা ঈশিংনা
বিধিকাম্নদন মজলগী ম্নান তোরঙুম্না, লৈচেংখি মশাম লাংঙম্ কীরাম্না। ৪১

মকম্তুদ ঈশিং থৰ্কম পোথাকম শেমতুনা, রঘুগী লাম্নীশিংচুনা
পান মনানা লোনা শাশাতুনা, যুৰী এহী তোরৰা থকৃচিম্নজুনা
য়েক্লৰশিংগী তোম্নৰ মিংচংপু, থকৃচিন্খি লোইনা মথোম্ননা। ৪২

নিংথৌগী ধর্মনি মথৌনি থন্দুনা, দিগ্বিজয় চংশনি রঘুনা
মহেন্দ্র নিংথৌবু কাম্নগা থাদোকৃখি, মাম্নৰদ মথা পোজৰনি হাম্ননা
রাজলক্ষ্মীযুক্ত লৌশিল্লগা, মৰৈবাক্তি হন্দোকৃপিরদি রঘুনা। ৪৩

মথা মায়গৈ "দক্ষিণা" কোৱীগী, চন্দননা 'কোয়বদা তৈরবা
য়াং-চাউরবা খোয়াং 'নীগুম্, লৈরিব নক্কনা মলয় দর্দুর কোৱা
চীঙ অনীবু পেয় নৈরম্বগা, রঘুনা কায়কই চীঙ্গ সহ্য কোৱা
শ লব ঈপাক্কে লাপ্‌থোরকপনা, কায়কপ্‌দি চীঙহুদা বা লবা
পৃথ্বী লৈপাক্ লৈময়ী, শংলবা ফংজোল্ হাইদোকখ্রবা
ভাঙ্‌লৈনরবা বাংলব মীংচুগুম্, য়েংথি চীঙদোয়্‌ লৈত্তন পেম্মা। ৫১—৫২

ঈপাক্-লান্মীগী ঈচেম্না, অংনুব লৈত্তন নোংচুপ্‌ পাংনা
শাফু কয় চেন্‌শিল্লকপদা, পরশুরামগী তেম্মা ঈপাক্‌না
লাপ্ন হন্দোক্‌লুরবস্ন কিহুনা, চক্তাক্রকুম্ উই সহ্য চীঙথোঙ তম্না। ৫৩

কেরলদেশগী নীংথিবীশিংনা, লান্মীশিংগী পোল্লাউ তাবদা
ফিরোল্ মকম্ শঙদন থংহুনা, চেম্মরকই মায়গৈ পূম্বদা
লান্মীশিংগী মখোঙ্‌গী উফুল্‌না, ফায়ব শম্নংদ পকপদা
কুঙ্কুম মকুপ্‌ য়াওজরব শম্‌দা, অমুক্ চাইবিগুম্নি য়েংবদা। ৫৪

লৈরাং কেতুকীশিগী লৈরিক্কা, মুরালা তুরেন্দৈ হুম হুংশিন্না
মায়গৈ পূম্বদ চাইথোরক্লনা লান্মীশিং লান্‌ফিদা নপ্‌শিনহুনা
ঈয়া য়াদনা লান্মীশিংগী, মনম্ হুংশিরবা ফীজোল্ ওইহনখ্রে'হুনা। ৫৫

চংলম্লপ মতম্‌দ সগোল্‌শিংগী, মশাদা কুপ্নবা লাল্ ফুরিৎশিংগী
ক্রেংক্রাক্ শং-শ্রাং মখোয়্না, হুংশিন্ন হুমদা কোনা পাম্বীশিংগী
মনাশিগী 'মগ'মগ থে নবৈ মখোয়্‌, নম্‌হৎথি খুদম্নিহুনা জয় ওইবগী। ৫৬

নাগেশ্বর লৈয়াং খাদোক্‌না, লৈচী পাম্বা থোইমু-মপৈমা
থাঙ্‌তুপ পাম্বী মশাদ পুন্নিবা, খীংলবা ময়াইগী অঙকপ মচুম্না
শামুশিগী চায়ফং নাক্নদা, তোংলরে মফাও থঙ্‌হুনা। ৫৭

পরশুরামনা হায়জবদৈ সমুদ্রনা, মঙোন্দ চক্তাকম্ পীবিখি
'হুগুম্বা সমুদ্রমক্ক' কিনদগী, নোংচুপ নিংথৌশিংবু লোইপোৎ হাইনখি
মশানা চক্তাবদি ঈবায়বগুম্না নিংথৌশিং থাজদুনা লোইপোৎ হাখি। ৫

ত্রিকুট চীংনা মপাগুম, রঘুগী মরায় কারথা শায়ুশিংনা
মথানা খিনবগী খুদম্ থাখুনা, পুম্থন্ থম লৈখিবনা
লাংজম্-মরোল্-মশেক্ হৎলবা, নুংগী মুখো অমত্তুনা
লৈবত্ উখি রঘু মপানা, মিংচৎকীগু যুখো ওইহনা। ৫৯

ইন্দ্রিয় খুত্তম্ লবা, যোগী তপস্বী-শিংহুনা
অপাথা-অশাউবনচিংবা য়েক্লবশিংবু, জয়বু ভোয়গে খন্দুনা
তত্ত্বজ্ঞানগী শরীর চৎথিবত্তম্, পারসিকশিংবু তথগে খন্দুনা
লম্দম্দ য়েৌব কংকাল শরীর, চত্তক্কুই অকথা রঘুনা। ৬০

থখাল্ মায়থোং 'থক্তা তাক্নবা অনৌব হুমিংকী মশেকপু
থত্তহৌদন নোংদোম্বক পাইবা, নোং মতুম্মনা মুখৎথিবা খুনমকপু
অতুম রঘুনা যবন-নুপীশিংগী, মায়থোং থখাল পুম্নমকপু
মমায়-মহী থকপগী কারথা ঊন, মাওহন্থিত্রে খুদক্তা থোইনমকপু। ৬১

নোংচুপ্ লোম্গী সগোল্ তোংব, যবন লাম্মীশিং হুগথা
রঘুনা অকিব ক্ন থেংনথি মথোয়থা
লান্ফম্দ উফুম পুম্নম্ মম্থি 'মগা
অমগা উনদে থত্তনৈ লীকং মথোত্তনা অয়গ'মগ। ৬২

যবন লাম্মীশি গী কোক্পু তল কৌবা খুৎলায়ন কক্তুনা
মটেপ মটেপ থাদখি লৈমায়থক্তা, পৃথ্বী লৈমায় শিন্দ খুংনা
মতু-মকোক্হই চোম্রব 'মগম্মা লৈথি, হখিংথোইন থলবা থোইনাত্তুমা। ৬৩

হাৎখিবৈ লেম্হৌব যবনশিংনা, মকোক্কি লুকুপ্ লৌথোক্তুনা
রঘুদ চত্তকৈ মকোক্ নোম, হায়জখি মথা পোক্লে হায়না
হায়জব-চত্তজবত্তনা উপায়নি, পূকচেল্ চাউবগী শাউবা কোম্রবনা। ৬৪

ত্রাক্ষা উরীন থম হৌরবা, মফম্দ শউন্গী কিদা থাহনা
উরীগী মরায় কারব মহী, থক্তুনা পোথায় লাম্মীশিংনা
লাংতত্তুবৈ থাব পুম্নু, কোক্হঞ্জে মপা মপানা ৬৫

হুম্বিংন মতাম পৃথ্বীথকী, মরেক্ মহাওশূৎ চিংখিনবগী
চংথিবগুম্ লৈবাক উত্তরাবগগী, রঘুনা তেঙনা অবাংনমগী
নিংথৌশিংগী থিংচং মথনবু, চংখি মায়পেদা হুনখ্রাগী। ৬৬

নীঙথিজব কাশ্মীর লম্‌দম্‌দা, চেজিবা সিন্ধুগী তোর্বান্দা
ওয়োইদুন লৈবী চংপগী চোক্থবা, শগোলশিংমা মকম্ মকম্‌দা
কোক্হল্লকৃই হুকুন মরীক্ তৈরবা, হৌরিব কেশরগী মকম্‌দুদা
মশোং মতৌ নীরুকৃই থীংনা, হজিল্লকৃই হাম্পী পাজন্দা। ৬৭

অবাং মায়পেগী হুন জাতিগী, অকম্বশিংবু রঘুনা শাখিনা
নৈহংপদুদা মথোম মথোমগী, নিপাশিং-মতৌ য়েংবা ওম্‌না
২থন্ মথন্ত ফুজদুনা খুংনা, ভাঙ্হজথি থজাই হুজাশিংনা। ৬৯

কম্বোজ-নিংথৌশিংনা কংলকৃপা, সনা-লুপা শগোল্ মপৈনা
থুংতৈ তত্তনা রঘুগী নাক্তা, অহুবু য়োঙম্‌দে নাপন্‌না
অশাউবনা রঘুগী থম্মোমনাক্তা, চঙ্ঙম্‌দে মরীক্ অমঙাওবনা। ৭০

অতুদগী কাখৎলল রঘু নিংথৌনা, শগোল্ তোংবা লাম্মীশিং পুন্না
হিমালয় চীংজাও চীংথক্তা, খিন্‌গাইরবদা শগোল্ খুজীনা
ফুগংলকৃপা ধাতু মকুপকা মামবা, পৈথংপা চীংলৈপাক্ মপৈনা
উংন্থি চীঙজাও চীংদোনবু, হায়দৈ থুদক্ত হেন্‌গংলকৃপওয়া। ৭১

পাজল্ মামবা লোক্লুংদ তৈবা, নোংশাশিংনা লাম্মী-খোমাঙ্ড ভাবদা
থোইনা মিপাইদে কিবদে 'হুবু, মমায় ওন্‌শিজুন য়েংবদৈ হেন্না রঘুদা
মথোঙ নামত কান্‌শিল্লক্তে, মমায় মমায় ওতোক্লথি অমরোম্‌দা। ৭২

পামেল্ ভূর্জগী মনাশিংগী, শ্রং-শ্রং লাউবা মথোমা
বাগী অহে।' 'হোবা মথুন্দগী, কাম্‌থোরকৃপ থেণু ই মথোমা
গঙ্গাগী লাইজ জৈরীকৃনা, চীঙথোঙগী নামিবা হুংশিংনা
চীঙলৈবাক চংজিবা রঘুগী, থৌগল ভৌরক্কি ভৌথিনা। ৭৩

কস্তুরিকা শঙ্গীশিংনা তুম্বকী, মঙ্গল্ খোইদনৰ হংশিংদগী
শাদেকা নফেক চৈথা চৈনমূলা, নাসিবা হুংশিংনা তাঙ্গ হায়বগা
নুংশাক্লক লাঙ্গীশিংনা, লোখানরি চৈতন শকিবা নীকক্সমবা। ৭৪

হু দ মঙাল্ কুম্হুন লৈবা, মনামশীংশিংনা অহি দা
লেবদাকব পুম্নিব শামুশিংগী, মঙকৃশমগী য়োথক্লীংন লেংবদা
থোরকপা থৈঙাদক্সমক্সা চৌঙলক লৈবা নিংথৌ রঘুনা

থাউ চঙ্কবা ওত্রব থাওঁমে ওইরকলি অহিং 'থেঙবদা। ৭৫
লাম্হং তম্বুর শীদোক্না, চংথুব তুংদা মক্মৃহুদা
শামুর পুন্না থনবা, লেবদাক পাথীগী মঙৗদা

পুনবা থোরীগী মকম্ ঊরগা, লেপ্নহোই শামু-ই চাংবু হাংবদা। ৭৬
চৌঙগী চীঙ-মী শাথিরবশিংগা, অকিব কংন লাম্হেংনথি
ল·শিন্নরকৃপা য়োক্লুক্ নুংগুকা, নু·দুম্না থেংনবদৈ কাপ্খোকৃথি
মশীং লাকৃওম্দবা মৈরীক্ মপৈ, ওালম্-ওালম্ খুদক মুংথি। ৭৭

থোরব ভেনগী মপৈনা, উংসবসকেত কৌবশিংদুবু
মায়থীহল্লবা মতু·দা, যক্ষমতুগী গন্ধর্ব্ব কিন্নরশিংবু
যাওহন্থি থবায় যাওনবু, শকৃহম্বদা রঘুনা মশাগী গুণবু। ৭৮

চৌঙমীশিং মপৈ মপৈনা, অথেলপোৎ মপৈ মপৈগা
লাকৃনা থুংডৈ রঘুদ কংদৈ, পুরকৃপা থিবিক্ উরগা
থঙলে নিংখোন চৌঙনিংথো-ই মন্নল, চীঙ নিংথৌদ থঙলে রঘুবু উরগা
মতীক্ মঙণ মথোনা লোইনা, মপুক্লীং চম্থোক্লে অমগ অমগা। ৭৯

হিমালয় চৌঙনিংথৌ মথক্তা, মিংচংকী হুদী শিজনগা
কৈলাসমৃদি থাদোক্লম্মি, রাবণনা নীকৃহক্সববনিংসি থঙগা
কৈলাসদ ঐকায়বা শীয়বগুম্মি, রঘু কুমথরকই অকনুবা খ্রৌন হুংলমগা।৮০

ব্রহ্মপুত্র তুরেল্ লান্দুনা, রঘুনা লাক্পা মতম্দা
শামু পুরব মুখীর ওহাক্ ওহাক্ ওইরবা, কালাগুরুপাম্বীশিংনা শামুনা চিংবদা
কেং কেং হাইদুনা থাওহোবদুগুম্না, প্রাগজ্যোতিষপুর নিংথৌশু রঘুগী শক্তিদ
কেং কেং হাইদুনা থাওখয়ে, লেপ্তম্দে কুইনা রঘুগী মাঙদা। ৮১

প্রাগজ্যোতিষপুরগী নিংথৌনা, রঘুগী মাখোক্ খাবদি লাম্বরদনা
লাম্বী মপৈগী হৌরকপা উফুল্গা উরগা, লৈথি মিহুল্ চেঙুম-চেঙানা।
চুদি চুথদন মংত মমংবা, থুমিংকী জন্বী পুম্বা শম্মিবা থিংদুনা
পাক্ চাউরবা নোংগী মপাকুম্বী হৌরকপা উফুল্ মপৈনা। ৮২

কামরূপকী মরায় কারবা, নিংথৌ কয়া কয়াবু নৈহৎখ্রবা
শামুশিংদু হোৎজাক্ক রঘু-ইথোঙদা চঙজরবা নিংথৌগী মমল্ য়াম্লবা
অথেল্পোং লোইপোংকী মশক্ ওইাথ, কুম্থথি শামুগুম্ তেরবা। ৮৩

সনাগী তাঙখল্বু শেম্নরিবী, ঈরাংনকম্ ওইবী লাইরেম্মগুম্বী
রঘুগী চরণ'নীগী মমিবু, ঈরাচ্চথি কামরূপ নিংথৌন লৈজবী—
সম্পাত্তনা হৈরাং হৈরাংনা, খাহৈগী স্তুতিনা নীওথিজবী। ৮৪

লাংঙবা নিংথৌ রঘুনা মায়গৈ 'সুম্না ঙম্লুনা,
নিংথৌ-ই লুহুপ্ য়াঙদ্রবা, নিংথৌশিংগী কোক্ক রথনা
চেলক্পৈ উফুল্ মপৈনা, চাইরম্ চাইরম্না হুম্থি লেম্না। ৮৫

বিশ্বজিৎ কৌবা যজ্ঞ লিংখত্নুনা, অপম্ব লৈজনা লোইদুনা
ফংঙকপ লৈজব কাম্থখৈ, কখোক্থি লোইন দক্ষিণা ওইনা
পুক্চেল্ লাউবশিংগী থোম্জিন্থা, পৈথংনবা মস্তে পীথোক্লবনি
ঈশিং মরীক্পু থোম্জিন্থদি নোংনা, নস্তে থম্মব পৈদুনা চুথনবনি। ৮৬

যজ্ঞনা মপুং ফান, লোইথ্রবদা মন্ত্রীশিংগা তাম্নদুনা রঘুনা
কাদুনা শুরক্পা মায়থীরবা, নিংথৌশিংগী পুক্নীংদা লাম্বীথ ফংদুনা
পোক্লিবা খুংঙাইতবা অশাঙ্কবু, কোক্হনুথি নীংথিবা থাহনা

মপুরোয়ব কায়নবে য়াহৌরবীশিংগা, উনক্লনবা মথায় ফুংজাইনা
নি'খৌশিংবু মরৈবাক্ মরৈবাক্তা য়াথং পীবিখি হয়বা রঘুনা। ৮৭

কীরাল্ বক্স ছত্রগী মখিনা, লৈতেংলবা রঘু ই থুবানীদা
পেন্‌বিরগজক কংশবা চরণ'নীদা, নোঙ্গক থুকখি নিংথৌশিংনা চৎলম্‌দাইদা
মকোক্ নোয়কপা মতম্‌দা, শিখিবা লৈরাং পরেংদা
য়াওবা লৈয়িক্ মপৈনা, নিংথৌরেল্‌গী খোঙদা তায়কপদা
মাতুম খোইনচুম্ লৈতেং ওইখি, রঘুনি'থৌ-ই খোঙথক'নীদা। ৮৮

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংগ
ছন্দোকপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী মরিশুবা সর্গ লোইরে॥

# মঙাশুবা সর্গ

মতম লোইখ্রবা মতুংদা, মরল্ মথুম্ লোইখ্রবা
নিংথৌরেল্ রঘুগী মকম্দা, মহৈ তম্ব লোইখ্রবা
বরতন্তুগী শিষ্য কৌৎসনা, গুরু-দক্ষিণা কৎননবা
থবমং নিজগে থন্দুনা, লাকখি মুনি অথোইবা। ১

লমচত্ত নিন্দা তৌনিংঙাই লৈতবা, অতিথি সেবাদ পুক্নীং চঙ্বা
মিংচৎ চাউবা রঘুনা, লৈজদতুনা পাত্র সনান শাবা
লৈপাক্কা শাবা পাত্রদা, হাপ্তুনা পোচৈ কৎননবা
চঙ্শিল্লকুই কৌৎসগী মনাক্তা, অতিথি ওইনা লাক্লিবা।২

মিংচৎন মরল্ ওইবশিংগী, অথোইবা শাস্ত্র হৈবশিংগী
অথোইবা থবক হৈ-শিংবা, নিংথৌনা কায়দনা বিধি শাস্ত্রগী
মুনিগী পূজা তৌরগা, আসনদা ফম্থ্রবা মুনিগী
মাঙ্দা ফম্তুনা খুৎলোয়না, হায়রকুই কায়দন হৌনবী নিংথৌগী। ৩

চেতনা শক্তিবু হুমিতুগী, মর্ত্তালোককী জীবনা ফংজবগুম্না
বুদ্ধি থৌরবা! মহাক্কা জ্ঞানবু, মচোৎনা ফংখিবা মপুংফানা
মন্ত্র লেংবা ঋষি অথোইবা, 'দ্বগুরু মুনিগী গুরুদেবনা
মঙল ওইনা লৈবিরিদন।? অবং-'না থোইনা লৈতজা। ৪

ইন্দ্রদকী মিপাইকম্ ওইরবা, পুক্নীং হকচাং বাহৈনা
পরৈ চেৎনা তাব লাইনীংবু, শাঙথোক্খিবা মানা মপুংফানা
অহুগুব গুরুদেবগী লাইনীংদা, হৌজিক্কাও তৌরিব তঙ্গনা
মতং অহন্গী লম্বীদা, মৈথায়বা শীদেবনবো কনানা? ।৫

[illegible]-ঈশিং হুংনবন্ লেখা শামরচিংব হোৎনজাহুনা
মচাগুম্ ঈশিং চাই চাইহুনা, য়োকৃচরকপা চাউনবা হুংশিনা
নোম্জবগী ৱাবনু কাউহনুবা, চুগুবা আশ্রমগী পত্রীশিংনা
মনা মপান্‌গা ঈংনা লৈজবনু, নোং হুংশিংনদি লৈথাড়শিদেদনা ? ।৬

মজ্ঞীদমক থম্বির য়োক্লুনা, কুশগী চাগ'স্থ মথোয়না
মচাগুম্ হুংশিবন থোইন য়েংদনা, অদুম্ চাহনবা মুনিশিংনা
মুনিশিংগী তপাক্ত অচুমক, থোয়্‌ব কেলহনুব মথোয়না
মুনিশিংগী আশ্রমদ ঈংন লৈজব শজী মচাশিংহু হুংঙাইনা লৈজরিদনা ?

মুনিথোর থ্বাইন হুমিৎ থুদিং, স্নাণ-তর্পন মাহুদ তৌবিরিবা
মাগী মপান্দ থাজব-পাঙ্গবা ফোগী শক্রক্ তরুকী মগুং তখিরিবা
নিংথৌথোরগী অবামন্ ঙাকচবগী, লৈপাকৃপু চহীগী কাষনবা
'তুগুবা শেংলবা তীর্থ ঈশিংদা, লৈত্তেদনকো থোক্না অকায়বা ? ।৮

মতম্ চান শাকুপ অতিথিশিংগী, অতিথি সেবাদ চৎনরিবা
মাতুনা মুনিথোর থ্বাইগীস্থ, জীবিকা থর ওইনজরিবা
'তুগুবা মুনিশিংনা বান থাজবা, কৌ চেঙ মহৈ মরোং থম্জরিবা,
অতুব মনামগীং চাব শল ইরোকনা, চাথোকৃপিথিদন তাদেকো অবাবা ।৯

মুনিদেবগী গুরু মহর্ষিহুনা, তখিগদবা বিদ্যা পুম্বা তম্বিরহুনা
য়ুমদ হন্থিহুন 'মুক গৃহস্থ ওইরনবা, য়াথংককাদি পীবিরব্রা হয়াউনা
আশ্রম পুম্বগী চঙজনম্ ওইরবা, থ্বাইগী কান্নবদি গৃহস্থাশ্রমনিনা
যাহুদা অমুক হঙবিননবগী, চহী মতাংস্থ ওইরেদো চপ্‌চনা ।১০

পূজা তৌননীঙায় ওইরবা মুনিগুম্বন, লাকৃপিবশিদি লাকৃপিবসিতনা
ঙাইজরিদো পুক্নীংসিনা পেঙ্গত্রিদো থাক্না করিগুম মগুং তৌজগে হায়না
ঙাইজরিদো য়াথং লাংজনা, গুরুনা থাম্বক্‌প্রা নত্রণা লেঙ্খিরকপ্রা লনাইনা
করম মগুং তৌংনবিরগে থম্মুনা, লেঙ্খিরকপনো বনদগী মুনিনা ? ।১১

বরতন্তুগী শিষ্য মুনি কৌৎসনা হায়দে থঙলবনি লৈপাক্কী পাত্র উমদা
লৈজব লোইনা দান তৌথোকখ্রবনা করিমত লৈত্রে হায়বাস মপাদা
অহুব পুক্চেল চাউবগী বাহৈবু, তাবদ নীংবা কায়হনা লিংথোরম
হায়রকুই অস্ত্রমা কৌৎসনা, বাহৈমু নীঙ্থিজরবা তাবদা ।১২

মহারাজ ! ঐথোর মঙ্গল ওইনা, লৈজরি হায়না থম্মিয় শেংনা
মহারাজগুমনা পান্বিরিবৈতোসদা, অমঙ্গল ওইগানি প্রজাগী কৈদৌনা ?
নোংমদোম্বক হুমিংন লৈরিবৈতদা, করম থাঙহনি অমমনা
তাইবং জীবগী উনবগী শক্তির. ময়বস্থু উপনি অদুম মীৎনা ।১৩

পূজা তৌননীঙভায়নি থম্ববগী মফম্দা, পূজা তৌবসে ভক্তিগা লোয়ননা
মহারাজখোয়গী শাগৈগী নিয়মনি, অদুগা মহারাজাদ নবুথোংশিংদগীসু হেমা
হীরম্ পুম্বদা লৈবিরবনি থঙজৈ, বানীঙায় লৈজদে থোইন হেমা
মতম্ চাদন নিজব লাক্লুবসে, অসিতনি বানীঙায় হায়বদু এগী হেমা ।১৪

মহারাজ ! মহারাজগীদ, হকচাংসত মঙায়রে ।
অরৈব মথে লোইনা মতীক চাবদা, দান তৌবিথ্রে থঙজরে ।
লৌউবন ফৌমক্ক লোইন কহোকখ্রবদা, চক্কথোকুন লৈহৌবহু মঙায়রে
অবস্থাসবু থঙদন লাকপসে ঐনা, ঈরামি হায়বা শেংন থঙজরে ।১৫

মালেম্দা অমত ভায়রবা, নিংথৌরেল্ অম ওইন-ওইনা
লোইন তেংন দান তৌথোকখিবাস, মতীক্ চারবানি থোইনবু হেমা
থাজনা মায়থোং-অমু ৩কলা, অমমম্ লাইশিংব পীথোকখিবনা
মতুংদা মপাদ কারিমত লৈহৌদে, বাথবকপনা থাগৎনীঙায়নি হেনুগদকপদৈ
হেমা ।১৬

ঐগী থোইদোকপ'ম হায়জনীঙায় লৈতে, অমদ'মুক্ মেংজকয়গে গুরুদ কৎনবা
লীকোল্ থুজি' থর কংবরা হায়হনা, মঙ্গল ওইবিগৌ অকন্বা,
চুপহনা চুপনীঙায় লৈত্রবা তৌরবা, শবংকী নো দ ঈথৌ লাংলবা
নো গৌবানসু লাইজ নিজংদে, গুরুকবা ঐনা হায়হনি লাজবা ১৭

বরতন্তুশিষ্য কৌৎসনা সিরমা। চৎখৎপে তৌরমা যজ্ঞমূলক
চৎশিখিদ্রু হায়না খিংলগা রঘুনা, শম্পূর্ণ হংজকই কৌৎসদা।
কম্বাবুকি কৎশিগে খজি ব্রাহ্মণ। তশেংবা হায়খিদ্রু ঐঙোন্দা
তারগা অত্রা নেংজতন তাকৃশিন্নু, কয়াম্না কৎকনবদি ঙমদা ? ১৮

মাহু তারবদা শাস্ত্র হৈরবা, ব্রহ্মচারী ব্রাহ্মণ কৌৎসনা
নাপন্ থাওরব যজ্ঞ কম্ম তৌগ্রবা, আশ্রয় পূর্ব্ব তাক্লিবা মতীক চানা
'হুঙবা নিংথৌরেল্ রঘুগী মকম্দা, হায়রকই মপুক্কীং শেংন 'খুম্না ।১৯

বিদ্যাপূর্ণ তবা লোইরব তুংদা, ঐনা গুরুদেবগী মকম্দা
করি কচ্চৌ হায়বগে হংবদা, গুরুনা অসুম্না তাকৃশি ঐঙোন্দা
'নহাক্না ঐঙোন্দ তৌরিবা, গুরু ভক্তিশিমক্না অপেম্ব ওইরে ঐঙোন্দা
শীরমত্রবসু মায়নি চৎলো কৌৎস। হায়রম্লোই করিমত নঙোন্দা" ।২০

হয়া হয়া ঐনা তক্লবদা, ঐগী নংথসি থোইনা থম্মনা
শাউরপ্‌ন হায়রকুই গুরুনা ঐঙোন্দ। "বিদ্য' তনামম্রি তশ্বিরে ঐ'গা
বিদ্যা অমমম্গী সনা মপাক্, কোটি অমংম্ পীরগু নংনা
সনা মপাক্ কোটি তম্লামরি, কৃদায়দৈনো শিরকই থীঙ্গনা" ২১"

হৌজিক্ মহারাজনা পুথোক্পির ক্লিথ।, পাত্রগী মশকসি উবদা
"অধিশ্বর" মিংথোঙ্ মঙায়রে লৈতেং, লৈত্রে অমত থঙ্জরে উবদা
দক্ষিণা অসিগু তম্লাইবদি নত্রে, অহুনম্ব হায়জবা ঙমজত্রবনি নিংথৌদা ।২২

বৈদ হৈবগী অথোইবা কৌৎসনা, নিংথৌদা হায়রক্লবদা 'খুম্না
মায়থোং থাজ মালবা, ইন্দ্রিয় থুত্থম্ চন্নব নিংথৌনা
মালেম্-পূবগী মপু ওইরবা, লৈতেংবা রঘু মি লেম্না
অসুম্না হায়রকুই কৌৎসদা, হায়রপ্ হুংঙাইতবা মায়থোংনা ।২৩

"শাস্ত্র হৈরবা ব্রাহ্মণ অমনা, গুরুদা কৎনবা দক্ষিণা
নিগে হায়দুনা রঘুগী থোজান্দা, লাক্লগা হমখিদুনা কংমনা
অঙোম্না দাতা 'মগী মনাক্তা, চৎখি" হায়বা মিংচৎ থীবসিন
রঘু ঐগী পুন্‌শি যায়দা, অমকপা 'ম ওইহৌগনি শোয়রনা ।২৪

পুজা তৌনবীঙায় ওইরবা ! ঐগী শেংলবা পাকৃ চাউরবা
যজ্ঞশালা মচুংদা, যজ্ঞগী মৈগুম্ মরিগুবা
নোংম মীনিদং পোখাবিদুনা, লৈবিখো য়েংজখিগে অঙবা
উপায় অমত্তং খিরগা, খুংহজগে ব্রাহ্মণনা নীঙখিবা ।২৫

নিংথৌগী বা তাবদা, ব্রাহ্মণ কৌৎস হয়াউখি খোইনা
"করে রাজয়ে 'হুমক্ ওইরসন্থ "হায়রকই 'সুন্না হয়াউনা
রঘুন্থ লোইনা দান তৌথোকখিদুনা, কুবেরদগী লৌরুগে
গুরুগীংদ লেপ্খ্রে বাশকখ্রে, খন্দুন ব্রাহ্মণগী নীঙবা খুংহজগে হায়না ।২৬

বশিষ্ঠনা মন্ত্রনা শেংদোকখিবগী, শক্তিনা রঘুগী রথদি
সুংশিংনা হুবা নোংগুম্না, ঈশিং খত্তদে নীংবু নীঙলবদি
চীংথক্ খঙদে, 'তিন্না খঙদে, মাঙনবু য়োনিংলবদি
অপনবা পীতম্দে খিংব তম্দে, অঙকপনি মাগী লম্বীদি ।২৭

অমাব খঙলবা নীঙায়ব লৈতবা, রঘু কৌবা নিংথৌনা
কুবেরবু অচম্বা মথা পোম্বা, নিংথৌ অমগুম্ খন্দোকউদুনা
নমদুন ঙম্গনি হায়বগী আশাদা, হয়েংদি যাত্রা তৌরনি হায়দুনা
যাত্রাগী নোংম মমাঙগী সুমিত্তুগী সুমিদাংবাইরম্দ রঘুনা
থমোয়-ইন্দ্রিয় কাজিন্দুনা, খুৎলায়না থল্লবা শেম্-শারবা মীঙখিনা
রথদুদা হীগুনা অহিং লেনখি, ব্রাহ্মণগীদমক খন্দুনা ।২৮

নোংঙাল্লকপদা যাত্রা তৌরগে হায়দুনা
শেম্শারবা মতম্দুমক্তদ ঈথংবু থংনা
চেল্লকনা হায়রৈ, লন্গৈ পানবা নিপাদুনা
মোংদোহকৈ লন্গৈগুংদা, সনাতগী নোং চুথরে হায়না ।২৯

মহাক্কী মথক্তা লান্দাগে নীঙলবা,
'হুওম কুবেরদগী লায়না কংলবা,
বজ্রনা ঈন্দ্রনা মচেৎ-মচেৎ কক্লবা,
সুমেরুগী চীঙথোঙদা ঈরং লংনা পৈরিবা,
কুবেরনা মশানা পীবিরক্লবা,
সনাশিংদুবু রঘুনা কৌৎসদা, কৎখি খোইনবু শেংলবা । ৩০

গুরুনা কংকরোমিবহুদে, লৌমীগুবা হেন্না
মীথিরবা মণীংঙ্কনবীর, কচ্চনীংবা অনুকূল হেন্না
কোৎসল-রঘু অমীগী মতৌবু, ঊরগা অযোধ্যা প্রজাশিংনা
অঙকপা চুংঙাইবগী লোয়ননা, থাগৎনখি হন্নবু হন্না। ৩১

শগোল্ উচৈশিংগী মনঙন্দা, মপৈ মপৈ থো'গৎলবা
সমাশিংচুবু কৎলগা, মমূংদ হন্থিগদবৈ শেম্শাবা
কোৎসগী চরণদা মোক্লগা, থুরুক্খি রঘু অকন্বা
কৌৎসন্থ থম্মোয়দ চুঙ্কুং হয়াউনা নিংথৌদা নাক্লগা হায়রকই থাদৈ নীঙখিবা।৩২

নিংথৌগী মথৌদ চম্মু চানা, লৈরিবা নিংথৌগী মকমদা
পৃথ্বীমা মীওব পুৎ পীবিবী, ওইগনি চিংনকম্ লৈত্তে থাসিদা।
অতুবু মহারাজগী প্রভাবতি, অঙকপনি হায়কম্ লৈতনা মর্ত্যদা
কংমিংব পুৎবু স্বর্গদগীদু, কংবিরে মালেম্ থকসিদা। ৩৩

লাইবক্ কবা-চাওথৎপা, লোইন কংবিরে নিংথৌ নংমা
অসিদ 'মূক্ আশীর্বাদ-বর পীবদি পীবগুবনি হল্লিন্ হল্লিম্না
অহুনা বর পীরমুগদবা হায়ববু, মপাবুংনা মচাওব কংথিবগুম্না
নিংথৌ মহাকুতুম্ নিংথৌ নহাকুত্থ, নিংথৌ নংগুব কংবিনি, মপারি
শোয়দনা। ৩৪

ব্রাহ্মণনা পীরম্মগ আশীর্বাদ 'হুম্না, চৎখি গুরু-ই মনাক্ তাম্,
মর্ত্যগী জীবনা খুদক্তা, হুমিত্তগী মঙাল্ কংবগুম্না
ব্রাহ্মণগী আশীর্বাদ-তেজদগী, মপারি কংখি রঘুনা থীন্দনা। ৩৫

সতী রাণী-ই গর্ভদগী, ব্রাহ্ম মুহূর্ত্তদ কার্ত্তিরগুবা
অঙাং অম পোকখি নীংথিজবা, মাখকী মুহূর্ত্তদ ব্রহ্মান পীব
অতুমা ব্রহ্মাগী মিংলেন্ 'ম লৌত্থনা, "অজ" থোক্তি রঘুনা মিংলেন্ অপাবা।৩৬

অবয়ব-মূর্ত্তি মশেক্ মঙাল্দা, রঘুগ করিমত্ত থেয়ব লৈত্তে
চাক্লিব থাউমৈদগী থাউমৈ অমা, চুক্কন লৌয়গা মঙাল্দ লৈত্তে
থেয়ব 'হুগুম্না রঘুগা "অজ"গা, শাওং শাদাদ থেয়বা লৈত্তে। ৩৭

নিংথৌগী মচা অজ কৌবনা, চহী মথাং তাদ চানা
বিদ্যা পুম্ব তম্লুনা হৈখ্রে, আচার্য্যশিংগী মপুং ফানা।
ওইরক্লে মথোক্ কারকপ থাখং, মতৌক্ মতান্দা অইতেঙ্গা ম্যরুদনা
মতৌক্ চাম্বা ঝনাওখদা, মপুক্লীং চণ্ড্রবী কন্তানা
মপাই-যাথংত ভাইহনা লৈবগুম্, অযোধ্যাগী মাজ নঞ্জীনা
অজদ মথ্রায় তাখিহুনা, ভাইহনা লৈখি মাথং পীয়কপ রঘুনা। ৩৮

বিদর্ভ নিংথৌ ভোজনা, মমোম্ ইন্দুমতী-ই স্বয়ম্বরদা
রাজকুমার অজ মাওহগীঙবনা, মপা নিংথৌ রঘু-ই থকম্দা
থাজব মায়বা রাজদুত অমা, নিমন্ত্রণগা লোয়ননা থারকই অযোধ্যাদা। ৩৯

মচা-ই চহীনা মতা' চারকপগা, ভোজগা ভাইশেল থোক্লবরু ফন কৈ থল্লুবগা
নিংথৌ রঘুনা মচা অজবু, লোয়নন লাম্মী মপৈগা
বিদর্ভ নগরদ থারকই, মতৌক্ চারব থোঙ্লোয়শিংগা। ৪০

মফম্ মফম্দ লমীন শারবা, পোখাফম্ শঙ্গশাং অজগী
মহৈ মরোং অচাথক্ অথুম্-অহাউনা থকবা, পরেং পরেং তম্বগী
কংলকুন অখেল্‌পোক মরক মরক্তা, পুম্নকসিনা থম কৈরেথিবদগী
বনগী খুল্‌গী উথিত্রে নম্ ওইনা, শারকম্হ ভাগথে হরাউ তাম্গী! ৪১

'সিঙব লমী কয়াদা লাকুনা, নিংথৌরেল্‌গী মচা অজনা
ঈংলব লাইজ মরীক্ পুরবা, হদা নামিদা হুংশিংনা
হাইহয়বা করঞ্জ পামেল্ পরেং, পরেংন মপান্দা হৌয়িবা ফজনা
নর্ম্মদা-ই মপান্দা পোথাহন্থি, চোকথরবা লাম্মীশিংবু মাউরব উফুমা। ৪২

'অম্তুমা লৈরিডেং মতমদা, নর্ম্মদা-ঈরাম-ভুংদগী
মাওগংলকুই মমায় কারবা, শাবু অমা মাঙদ থাইহুগী।
ভুয়েল্‌গী ঈশিংনা চাম্থ্রবনা, শিম্বরকপা মমাইদি মাওত্রে চারকংগী
কাওগংলাক্লি ঐগী মাঙদ খোইমুশিংনা, মনম্ জাবদা লুপথি ঈহুংদ্রা ফুম্বক্লগী

ঈশিংহুৎন নুম্‌ৎকৈ লাক্লোন 'মীনা, শক্তে ঐশরিকমচিংখা থান্নুদি
অদুন চীঙ্‌শা নাপোয়ম্বা, থিম্নুকৈ ঠৈলফি শকবাক ফুংশানম অমিদি
'দুনদি' অমুম মথমা শামুক্ক, থাক চীঙ্‌লাওশা য়াদিয়মদি
লেপত্রিবা মরায় কারব 'মওইরে, হায়বসিদি মথঙ্‌লে 'ফুমদি। ৪৪

শাফু কয় শামুন মনাতোনবু, কোমোক কোম্‌শিন্‌ তৌবা থোংনা থোকনা
চাউয় চাউরব ঊথক্‌ মমৃত্তুনা, লাক্‌পশুম্‌ য়োংহৌং শুরক্‌না
ফুজিয়কুই ফুরেল্‌ তোর্বান্‌ ভয়া, থোং থোংদুনা শয়াম কানা। ৪৫

চীংদুম্মুক চাউরবা শামুক্নুনা, মথানা অকৃপয় হাইনয়বা
ময়ীময়ী ইয়রক্লবা চয়াংমপৈ, চিংচিংদুন কায়কুই তোর্বানদা ওংনা
তোর্বান্দ কাত্রিন্তৈ মথাঙ্‌দা, মহাক্ক কাওরব মৈরমঙ্গুনা
ফুগংহোৗবা ঈশিং ইপোয়া, লৈরায় থুম্‌হৎলবনি মওঅোনমা। ৪৬

ঈশিংদ কুইন শায়রুবনা, মপা লৈভনা চাওরব শামুক্নগী
চায়রুংদৈ শিল্পব ময়াই মহী, থক্‌উরবনি ভক্তন তায়বদগী
অদুবু অজগী লাম্মী মপৈ মরক্তা, লৈরিবা থুলক শামুশিং উরক্‌নগী
শাফুকম 'মুক চায়রুংদগী, শিল্পরি ময়াইনা হেম্ন ঙাওবদগী। ৪৭

সপ্তচ্ছদ-উপাধী মউদগী শিল্পবা, মথোম মনমৃত্তম্‌ য়াক্লবা
মনমৃত্তু ফংবদৈ অজগী চাউরবা, কাজীনুদদবৈ থাউংশিংনা কমত্‌ য়োকনবিগ
শামুশিংদু কাজিথ য়াদনা, উবদৈ বনগী শামুত্তু চাউরবা
মায়কৈ শনাই ঈথঙ্‌ থঙদনা, ইথং থংন চেয়রে য়াত্রে কাজিনুবা। ৪৮

শগোল্‌শিংদু পুজিবত্তু থদক থঙদুনা, চেক্লয়ে মীয়াম্‌ লেংখাতদুনা
মরুওইব মচাং তেক্লখিমনা, মথশিংদু তারে পুম্‌চাই অইমা
হুপী নহাশিংবু ঙাক্ক-শেয়বা, ভম্‌শিন্নক্তে লাম্মীশিংদুনা
হায়ন হায়ন শামু লম্‌শাদুনা, চৈয়রে মীয়ামরক্ত চেনশিনজুনা। ৪৯

অথৈবা লাক্লবা ভম্‌ত্রবা, ভম্‌গনি হায়নত্তু উত্রবা
উবদা শামুব শাউত্তুনা, তেলা থোংত্তুনা তেল্‌ 'দ থোরবা
কায়কুই শামু-ই থয়াইবক্তয়া, মকমা মথুং চুরবা। ৫০

যৌবন ঙেক্লুন পাম্মজদা, মাহু-ই হকচাংদু খাদোক্লম্লুনা
মাহু-ই জীবচুনা লংলবা, ফজরবা মূর্ত্তি অমা লৌত্নুনা
নোংমদোনুথক্ক পাইথংখি, য়েংনখি হংগংল ওক্ক লাম্মীশিংদুনা। ৫১

লাইরৈবাকী নীঙথিব মূর্ত্তি পুরবা, মাহে মাক্তা নীঙথিরবা
দিব্য পুরুষচুনা নোংমদোহক্কে, মশা-ই শক্তিনা থুনক্তা ফংবা
কল্পতরু লৈরাং লৈনা খুজোক্, চাইরগা কোক্ত অজ-ই নীংখিবা
থবাক্কী মনিবু হেন্নমুক্ ঙাল্‌হন্দুনা, হায়রক্‌ই মাহেবু নীঙথিবা। ৫২

ঙাবিয়ু খঙবিয়ু অকন্‌বা! প্রিয়দর্শন কৌবা গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী
মচানি ঐদি প্রিয়ম্বদ কৌবী, শামু ওন্দুনা লৈরম্লনি মতঙ্গী শাপতগী। ৫৩

ঐনা হায়জবদে মতঙ্গ মুনিনা, শাপ কোক্লনবা ঙাকৃপিরম্মি 'হ্ম্মা
মুনিগী অশাউবদি মৈগুম্লনি, ধর্ম্মনি মৈগীদি ঈংথবনা
শারবপ্ত ঈংথবা হৌনশানি, শাপ কোক্লনবা হায়গে 'দুনা। ৫৪

ইক্ষ্বাকু শাগৈগী অকন্বা, নিংথৌ দিলীপকী অকবা
মচা রঘুগী অকন্বা, মচা অজগী অথৌবা
তেন্ন নরায়বক্ ফজুনা, নরায়বক্ক হেক্পু থারবা
মতম্লুমক্তদা ফংবা ওইসল্ল, হায়গী শণক্ নীঙথিবা। ৫৫

অকন্বা নিংথৌ-ই মপারি! অজ কৌবা অকন্‌বা!
নংগী নতীক্ নঙ্গণনা, কোক্চরে শাপন্ত-ই ভম্থিবা
মতম্ কুইনা নহাক্পুত্তা, ঙাইরম্লিখনি নংগী দর্শন ফংনবা
নংগী লমন্ শিংলম্‌ত্রি, অতুনা ওইরি মূর্ত্তিসি কাল্লদবা। ৫৬

অতুনা মরূপ.! অকন্‌বা। গন্ধর্ব্বগী থুংলায় সম্মোহন কৌবা
অতাণ্ডবসে নহাক্ ঐঙোন্দে লৌ, শীজিন্নব থিংবগী মন্ত্র 'নী মাওরবা
থুংলায়নি মাসে অঙকৃপা, থুংলায়সিগী লৈবনি, মঙল ঙক্রবা
য়েক্লবদু হাংকলবা মত্তে শাসিনা, ওদুনি য়েক্লবদ শীবদি থাম্মথীবা। ৫৭

ভেন্ন ঐরোম থাবিদুনা, মীকুপ্ত ঐবু চানুবিরে নংনা,
ঈকায়খিদ্রু লৌখিদু ভোজব লানসে, হায়জখি নংত্তোম নোয়্নো
থম্মোয় ক্ষত 'ম ওইহুনা, নীঙ্জখসে কায়হন্‌গদু মহাক্‌না ৫৮

থাজগুম্ মায়খোং মীঙ্থিবা, থাজগুম্ থম্মোয় খোংলবা
অজনা "ক্ষরে" সি হায়রগা, শেংদোক্লগা মশাবু ঈশিংদা শেংবা
নর্ম্মদা-ই তোর্বান্দা অমাং ওয়া, আচমন তৌরগা কংডম্‌দবা
খুংলায়দুবু মন্ত্রগা কোম্ননা, লৌখি গন্ধর্ব্বদগী শাপ কোক্লবা। ৫৯

লাই-লোংদম্‌দৈ মতৌশুম্না, লখীদ মীয়ম্‌লেন্ লাইয়ম্‌লেন্ 'মীপী
মীশক্ 'নীনা মরূপ শায়খি, হাযনীঙায় লৈতনা ভূকপগী
অমনা চংখি চৈত্ররথ, লৈকোল্ তম্না কুবেরগী
অমত্তু চংখি বিদর্ভগী, কোন্থুংগী লখীদ নিংথৌ ভোজগী। ৬০

বিদর্ভ নগরগী নাকৃচিদা, যৌরকপত্ত উনদা অজনা
পুক্নীং তুজুং হয়াউনা, খোবক্টই ওরুবা নিংথৌ ভোজনা
ঈপাক্ ঈয়ায়দ থাজনা, খোয়কুপ উবদা ইপোম্‌না
পাখোম্ ওইন থাংগৎতুনা, ওক্লশি থাজবু ঈপাক্‌না। ৬১

বিদর্ভ নিংথৌ ভোজনা নোয় তরায় তপ্ন তপ্না
অজগী মাঙ খান থানা, অজবু পুরকুই কোন্থুং তম্না
অখেন্‌পোৎ মীঙ্থিব লাহিন্দুনা, সেবা তৌই অজগী তৌথিনা
উরে অউবনা থক্ থা ওয়না, ভোজনা 'য়াক্‌পগুম্, যুদুগুম্ অজনা। ৬২

নিংথৌ-ই অঙম্ অথৌশিংনা, রঘুগক্ ওইরবা মচা 'জবু
নীঙ্শিজয়ব শফায়ছুং 'মদ পুশিল্লি, কজবৈ লৈতে হায়নীঙায়বু
শফায়ছুগী শফায় থোকান্দা, বেদিকা থকী চহুবু
থরুব হৈ-লৈ লাইজনা, উবদা তৌরিব পূৰত্রবু
ওরুখি থাগৎখি মীয়ামনা, শফায়ছুংদ চত্তবত্তু উয়গা অজবু
কামদেবমক্না মূর্ত্তিনাইনা, যৌবনগী থাক চঞ্চলকুণগুম্ মাবু। ৬৩

মথংলেন্ থম্মোয়বু যুম্ন থঙবদা, ঊকায় লাংদ থুম্বিবী
ভনৌবী লোয়নবী হুজানা, মথংলেন নাক থীম্ন চঙঙবী
খোয়েল্ তুম্খুল্ হুলহন্বী, লাইরেম্মা নিদ্রা দেবী কৌবী
নিংথৌ-ই মমোম্ নীঙ্থিবী, মাইদমক্ নিংথৌ মপৈ তিল্লবী
মাবুত থল্লিব অজ-ই মিস্না 'নীদা, চঙঙকৃই কাইদ খোঙথাংনে তম্নবী ।৬৪

খোয়েল্ তুম্খুল্ তাল্লিতৌদা নাদ চিম্ব নাইন্ মম্বিনা
নোয়রব খোংলব লেংবান্দা, তারব নীঙ্থিন হাইকেৎ কুংনা
অহিং শয্য কীজোম্না, তকৃপদ কোকৃথুব নীঙ্থিনা
কৈরম্ব হুকৃচাংদ চাইরবা, মুংশিরব মচু মনম্ পুম্বংনা
অতুম্ন চেপ্লিবা শিনবা অজবু, লেংমায়ব মাকায়রোল্ শৈশকৃপশিংনা
হৌদোয়কৃই মু শিবা থোক্তাংনা, নীঙ্থিব লৈশি লৈথোন্ শৈরেংনা । ৬৫

পাইমা লৌশিং চাউবও। অশিংবশিংগী লুচিংবও।
মায়খোং অরাব উবদা, অমম্বী অহিং চৎথরে।
লেঙ্থংলো শয্যা থাদোকৃপিরো, কোরৌহম্বা শাদোংদ কাথরে।
মাগেম্বু ঙাকৃপৈ পোৎলুম্বু, অনীখোক্ল থাইদোক্লেদো যা নবা।
বিধি বিধাতা কৌবনা। অমবু নপাবুং অকম্বনা
চেম্নমক্ থাদোক্লুনা পুরম্মি, অমত্তুবমুক অকম্বা নহাকৃনা
চেম্ন থাদোক্লুন পুবিরো। ৬৬

নিদ্রাদেবী ই মথা পোম্দুনা, ওহে ইন মাগত শাম্নবিরুবা
ওইন চাউবী থম্মনুবী রাজলক্ষীন', মুংঙাইজনবতু ঙহাক্ কাউনবা
থৌওইথিগ্রবতু অকম্নুবা মহাক্না, লেঙ্গথম্মি অহিং মতম্ পুম্বা
থাজ মাবু মেংদুনা, থাজ মাম্ব থাদোকৃথু নীঙথিবা
মাগী মায়খোং নংগীগা মান্নজবা । ৬৭

অহিং চুপ্পা মীৎলু-খোইমুনা লৈকাম্বু দ লৈরুবা
মিম্না থবামীতুনা, শাংলকৃপগী মতৌ নীঙথিবা
খোইমুনা লৈরীকৃনুংদ তুংলুবী, থবাল্ লৈরাংনা শাথৈপ রুজবা
অনীশিবু অনীনা পুখোক্লহল', তাম্নহন্শিনু মেংসি রুনানা কেক্লিম্না ৬৮

মালংবগী হুৎশাশোয়গী, মনম্দি নত্তে 'মদগী লৌরুবা
অহুবু পামুহুনা অয়ুকী, নাথিবা, লৈরাং খুদিংদা মালংবা
মনম্থিবা চৎলকুলি, শোরগী হু শিবা মনম্গা মায়বা
খবাল্গীগদি মায়ব উত্না, লৈরাংদ কোহ্লুর মনম্ থয় পকুলরুবা। ৬৯

লীকুল্ মুকাওম্ ভৌরুনবা, ল'লবা লীক্লা মরীকুনা
'থক্ত ভায়কুপদ ঙাঙ লৈনরবা নৌয়ম উনান ফজবহুনা
ভৌরুনবা যাত্তোন্ মশেক্লা, ঙাঙলব চীথান্দ কাইদোরক্তুনা
থোইরুম্ মোমোয় লেঙ্বদা, ফজবহুবু উহল্লি অমুকৃহু হেয়া। ৭০

মশেক্ মঙালগী হুংনকম্ কোয়োহবনা থোরক্লি্ কৈদা
অরুণ দেবনা মাঙ্জোননা, অমবনু মাঙ্হলরে অয়ুকসিদ
অহুনা 'হুগুম অকম নংনা, লাল্কম্দ মাঙ্থানা চঙ্ঙ্রবদা
নপাবুং নিংথৌ অকন্নগী, মিংচৎপু মাঙ্হন্নীঙাইম লৌথিব্রা পৃথ্বীদা। ৭১

অকম নহাক্তী শামুশিংসু, নাকথ' অনী ওয় ওয়না
ওলগা তুম্বা থাদোক্লহুনা হৌগৎলকুপদা য়োংহ্নী না পন্দুনা
য়োংহ্নৌংবু চিংনা লৈরিঙৈদ, যাত্তোন্দ য়ৈবদ হুমিংকী মঙায়া
ঙাঙ্লৈনরবা চীঙ্থোঙ্ চীঙ্লৈবাকুপ, উই যাতোয়া থিনগাইরিবত্তয়া। ৭২

মিয়া খবাল্ মায়ও। শা'লবা ডম্বুর শঙশা'শি'দা থৌরীনা
পুল্লিবা পায়স্থলম্দ পোকৃপা, চাউরব শগোল্শিংসিনা
তুম থাদোক্তুনা হৌগত্তুনা, মমাঙ্দ থ'ম্বব পরে' শান
থুম্হী মাওম নুংবু লেক্লনবা, মকুহল্লি হু শিংবু হুংশাশোয়না। ৭৩

কংনয়কুপ থুদোল্ লৈরাং পরে',
মকুশিল্লকুলি হীকুথনরক্লি ওয়া।
থাল্লিবা থাউবৈ পরেং পরেং
মঙাল্ ঈশাম্ শায়রে ওয়া।
ঐথোয়গী থৈরেং থৈশক্ ভমুহুনা
পোন্দা লৈরিব জেনবাশিংসিনা
অকন্না নহাপু হৌদোকুপ য়াওরি
শেংলবা লৈত্তোয় বংপ থেংথোক্লা। ৭৪

সুপ্রতীক কৌবা লাইগী শামুনা
তাবদা মু'শিরবা তাহুশি গী মখোল্
গঙ্গা-ই তোর্ব্বান্ সেক্কাদগী
তৌগৎলকপওম্বা অশৈবশি'গী
খাকায়রোল্ শৈলক্ তাবদা অজনা
খাদোক্ইই খুদকা শয্যাবু চেপ্লিবা। ৭৫

তওপ্. তরেং প'-মীৎপাম্ব লৈতে'বা
যিন্না খবাল্ লৈকা মান্‌বা
অজনা হৌনবী অয়ুকী তৌগদবা
খবক্ পুম লোইরবদা হৈশি'লবা
মনাইশিংনা কীকোল্ খোল্হল্লবা
অজনা নিংথৌ থিবিক্ত তিল্লবা
স্বয়ম্বর সভা তয়লাক্ইই, হায়নীঙাম্ব লৈতনা ফজবা। ৭৬

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরে' হন্দোকপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী মক্তাণ্ডবা সর্গ লোইরে॥

—— | ——

# তরুকপুবা সর্গ

নিংথৌন কক্না মতীক্ চাবা, মতীক্ চানা নীঙথিনা শেম্বা
কাংথক্ অমমম্গী মথক্তা, তাঙবল্ অমদম্ থারিবা
তাঙবল্ অমমম্গী মথক্তা, নীঙথিবা কীজোম্ব লৈজেংবা
নিংথৌ অমময়া বিমানথক্তা, লাইশি গুর কম্থহু, উরশ্মি অজ অকন্বা।

রতি দেবীনা হুংশি হুংঙোয়া, হায়জবদৈ চাম্বিহৈব শিবনা
পীবিব হক্চাংবু 'শুক্ কংজরবা, কজরব কাম্গুম্ ফজরবা অজনা
ককুৎস্থ শাগৈদ পোক্লগা মানা, চন্দ্রকূপ উবদ নিংথৌশিংনা
ইন্দুমতীদ তৌরবা আশাপুবা, থাদোকাথ নীঙব কাযনথি ওয়া। ২

নুংপাক্ মথং মথংদ থোঙ থায়কুক্লনা, থীঙলব লোশা মচানা
চীঙন লেম নিংথক্ থৌনা, কারক্পগুম্ অনম অজনা
সিড়ি থোঙথাবম্ মথং মথংদা, কারক্লনা জাক্লিবা খিদঙ নিথৌনা
বাংলব কম্পাক্থক্ত কাখি, নিংথৌ-খুম্বই মাঙদ লেম্মা। ৩

মণি রত্নন হৎলবা, মচু মচু-ই কীজোম্ব কুপ্লগা
তাংবক্ত কম্থবদা প্রমাণ লৈজে অজগী কজবা
শাদোং-বাহোংথক্ত কৰা, কার্ত্তিকেয়না অচুপ্ নীঙাথবা
অচুম্ব্ কজৈ অজনা, সভা ময়ায়দ ঙালি।৪

নোংথাংন মচেৎ লিশিং লিশিং, থোক্ল কায়মগা ঙাঙ্বঙমা
মচেৎ লিশিং থোক্লা কায়মবা, নোংলক্ত তঙপ্ জয়েংনা
মজবৈ তুংনকম্ ওইরবী, রাজলক্ষ্মী কৌবীনা
নিংথৌ লিশিং ময়ক্তা ঙান্থি, মশাবু মচেৎ লিশিং থোক্হমা।৫

লাইরৈবাক্ পাযেল্ ময়ক্তা, পারিজাত লৈরাং পাম্বীনা
তোম্থিল্ ওইনা ঙাবগুমা, থজবা লৈজেং থিবিক্ননা
খুাইদৈ হেম নীঙথিবা, তাঙবম্ব কম্ব অজনা
নিংথৌ মধাম্গী ময়ক্তা, থোইন হেম কজৈ মশা-ই তেজনা।৬

লৈরাং পাম্বী কন্না থাদোক্লমছুনা, খোইমুগী মপৈ মপৈনা
ময়াই-মহী মরী মরীনা চায়রুংদ শিন্নরিব ভক্তনা
অদুবা শামুদ তোংলুবগুম্না, মীয়াম্গী খোঙ্গম্ মীৎলুশিংনা
নিংথৌ ময়াম্বু থাদোক্লমদুনা, লৈরাং-অজদ তোংথরে পুম্না ।৭

সূর্য্যচন্দ্রবংশ ’মীগী নিংথৌরোল্ শকহৈব অশৈবশিংনা
তিন্নিবা নিংথৌ খুদিংগী মগুণবু শক্লকই অমত্ত বাত্তনা
স্বয়ম্বর সভাগী অকোয়বদা, অগুরুদৈ শৌব ধুপকী মৈথুনা
মরী মরী কারকই, হাইগৎলকলে মচু মচুই ফীরামা ।৮

মোইবুং খোঞ্জেন্গ লোয়নন্না, পুংশেল্ যন্ত্রগী মখোম্না
নীঙথিবা ঊশৈগী খোম্বাংনা, মঙ্গলগী বেদ ধ্বনিনা
মায়গৈ পুম্ব শীল্লক্লে, নোংগী মখোল ওইবোই নীংছুনা
হৈকোল্ লৈকোন্দ্ব বাহোংশিংনা, শারক্লি জগোই মংমাই ক্বানা ।৯

পুন্শি-ই লোয়নবা মপুক্লীং তাজ্জব, মপুরোয়’বু মখুৎনা থঞ্জবা
স্বয়ম্বর কৌব সভাগী ময়ায়দ দোলাইদা চিথেক্ মরি নাইবা
তোংত্তুন মায়গৈ মরিদা খোঙলোয়, মনাইশিংনা কোয়শিন্না
চঙ্গক্ই ইন্দুমতী কৌবী, লম্বীদা মগুপনু’দ শেম্লিবা ।১০

মীৎথন্দ্রুম্ ওইথি চাম-চামগী, অয়েংব লিশিং লিশিংগী
মীয়ম্লেন্দ্ব লৈতবী মূর্ত্তিদা, বিধাত্তা মখুৎনা শেম্থ্রবী মাগী
মথক্ত থম্মোয় থিবিক্লা, পুক্লপ্পা হৌদুনা তাখিবদগী
তাঙবক্ষক্ত থিল্লিবা ময়াম্দো, হকচাং মথৈতনি মপান্গী ।১১

ইন্দুমতীদ মথ্বায় লুপথ্রবা, নিংথৌ পাখংশিংদুগী
অপাম্-মুংশি-পাউপুবী, দুতী অমা লৈত্তে মখোয়গী
খুথেক্ শাথেক্ মীংয়েং নায়েংনা, ফোঙ্দোক্লি পুক্নীং মখোয়গী
অদুনা হক্চাং কায়াং পুম্বা, লৈনাক্লমথ্রে হাইরবা, তুংশিংন লিয়ি রৈবগী

নিংথৌ কনান মখুত্তা, পাকখিবা খুন্নান লৈরাংগী
মখোকুপু কোঙ্গোম্ পাৱরগা, লৈমক্তি মতৌঙ্ডম্ হুমাইগী
পাইশিন্না খোইমুশিংচুব, থবাম তাখোক্তি মখোমগী
লৈরীকুশিংন কোয়না পাইরি, হাইদোয়কচুন লৈকাম্বুংশী ।১৩

কেজ নৌজাব নিংথৌ অমনা, মায়খোংবু খোয়কম্ মোখোক্তোনা
থক হাইকেৎ থাংগৎলগা, লেংবাহ্নগী হায়থরক্লুনা
সনরীক-লীক্লু মতোম্মা লৌশিনখিবা লৈয়াং পরেংবু ওয়া
মীৎনা কল্লাদ য়েংল য়েংনা, শেম্জিল্লি হায়ওম্ মকম্ চানা ।১৪

অতোপ্প নিংথৌ কনানা মীৎলু'নী লৈমায়থক ওয়া
খোইখোই খোঙ্বী মতোম্মা, লৈরি খোঙ্থাক্সু ইবওয়া
খোইরপ্প মশেক্ হাইদোকুহল্লি, খোঙগী খুজীন্ পরেংনা ।১৫

কনানা ওয়থংব পাখোশ্বু, কম্কম্গী নাকল, 'মদা থম্লগা
নাকী মরূপকা ৱারী শারি, মিচ্চিন ইন্দুদ থম্নগা
ওয়থংব লেবানশু হাইকেৎ ৱাংথৎলি, অসুম লৈন কম্বগা
মশা কোয়না লৈবগনা, ডিয়রি সনরীকসু থিজং নাংগনগা ।১৬

কনাওম পাখং নিংথৌনা, চায়বী-ই নীওচুদ থম্দা
খোংন খোক্লগদবা খুজীন্ মতোম্মা, চায়বী-ই কুংডাই ইপোম্দা
মখোয় কাব শীনবা, নাদ চিম্বা লৈয়াং কুন্দোদা
খুজীন্ন শীকনি উৎপওম্, তাইনরি কেতকী লৈনাদা ।১৭

কনাওম নিংথৌ মচানা, ফীয়ানগী মনিমা লৈতেংবা
থম্বাল্ লৈয়াংওম্ তাওলৈনবা, খুবাকন লৈতেংব খুৎন শাৱখিবা
মণি হৎলবা খুদোপ্কী মশেক্লা, লৈবদা অরংবা কায়বা
চৌবর মক্লশিংচুবু, থক্লোম্দা, শংথৎলক্লি উত্তুনা হয়াত্তি হুংডাইবা ।১৮

কনাওম নিংথৌ পাখংনা, ঈফ কন লৈখিবা লুহুপ্পু
নাম্বন নাম্বরকুপওম্ শেম্জিল্লি, য়েংওকুসহু মতাওম্ মহাকুপু
লুহুপ্প খাম্নিব হীরা-ই মশেক্লা, কারক চওচুন কম্বহল্লি থদোপ্প্পু ।১৯

লিংথোগী থোংগজোল্ থঙ্লবী, ৱাঙাঙ্ হৈবী স্থনন্দা
থোঙ্শঙ্বীনা ইন্দুমতীবু, মগধ নিংথৌদা অহাৎনা
ময়েক্ শেংনা উ.ঙ. থোন হায়রকুই ৱাঙাঙ্হৈবা নিপা-ই থোঙ্বাংনা ।২০

লৈরিবসে মগধ-ই নি থৌনি, "পরন্তপ" ন কোলোম মিংলেমি
চঙ্জরকপদ চঙজকম্ পীগমনি, প্রজাগী হুংঙাইনব শীবনি
হৌজিকুংক্ মগধ সিংহাসনগী লৈজেং ওইদুনা লৈখিরিবনি
থাজে শেংব "পরন্তপ" ওইদুনা, চঁঙ্ন লেম্না লৈরিবা নিপানি ।২১

রজনী কৌবী অহিংনা, লোয়নর'স্থ থবাম্মিচাক্ কয়া কয়াগা
থাজমা'মতনা ঙাঙ্গরিবীনি, অদুম লোয়নরস্থ অচৈ নিংথৌ কয়াগা
বসুমতী লৈপাক্-লৈমনা, নিংথৌ লোয়নবী ওইজরি লোয়ননা মগধ
নিংথৌগা ।২২

যজ্ঞ কয়া কয়া লিংশঙ্দুনা, ইন্দ্রগু হয়া হয়া বৌখিবনা
ইন্দ্র মাগী কায়ন মৈথাক্না, শচী-ই চায়স্কংদা ভারকুপা শন্নাংনা
মতম্ 'মাঙ্গদ পাারজাত লৈরাং নাপোম্, লৈরক্লিখনি পুজম্দনা ।২৩

পুক্নীং তাবির'দি শকুহেন্বী, বরমাল্য হুকপিমু ভকশমদা
নিংথৌ-ই কোম্পুংদ লেঙ্শিনখিবদা, পুষ্পপুর নগর মহু দা
লৈরিবী মুপীশিংদুনা, মথক্ শজার মীহথোঙ্দা
মমার লীথোক লীথোক্নুনা, থেংজবীশিংবু হুংঙাইহন্নিক মীংকী কুম্মৈদা ।২৪

স্থনন্দানা অদুম হায়রবদা, ইন্দুমতীনা নিংথৌদ ঙচাক থেংলগা
করিমত ঙাঙব তৌরম্দনা, ৱাখল্'ম জোদন থুরুমগ ।
হয় যেংঙম্দনা হল্লোকশি, পনেংনা লোয়নব মগুক লৈরাংগা।
ভকশম্দৈ হাইকেং হীকথহোই, লেমিয়কত্রে পুক্নীংনা নিংথৌহুমা ।২৫

হুংশিংনা হম্বদ লেঙ্লবী, ঈমায় ঈংক্ পম্বে না
মানস সরোবর ঈমায়দা, ভাহবু কোয়পু পুত্থনা
চৎপঙম্ থোঙ্শংবী সুনন্দানা, মগধ নিংথৌ থাদোক্লমদুনা
অতোপ্প নিংথৌগী মনাক্তা, ইন্দুমতীবু পুরকুই ভপ্প ভয়া ।২৬

হায়রকই সুনন্দানা নীঙ্থিবী ||, অসিনা অঙ্গদেশগী নিংথৌনি'
মাগী যৌবনগী নীঙ্থিজবদু, অপ্সরাশিংমক্না মিয়োৌম্বিবনি
মাগী শামু মযাম্, শামু ই শাঙ্গ চৈবশিংমক্না অথিশুবনি ।
মর্ত্যলোকত লৈর লৈনা, ইন্দ্রগী ঐশ্বর্য্য ফংলিবনি ।২৭

অকম নিংথৌ অসিনা, যেক্রবগী লোয়নবীশিংগী ওক্না
শিজব মুক্তা পরেংবু, কৌথোক্পিরগা 'ছুগী মক্তা
লংজা মাওবনা লেংলবা, মীংলু লাইজ মুক্তা পরেংমক্না
অমুক্ শিজিন্থিখিদো, তোঙ্লব থবাক্ মথক্না ।২৮

লমচৎ-বাথল্ মায়দবী, লক্ষ্মী-সরস্বতী 'নীমকুনা
থাইবুং থাইবুং তানবী ওইর'সু, মঙ্গোম্বদি লৈদো অমত ওইনা
শাওং শাদা বাক্তাওদা, নিংথৌসিগী মতীক্ চায়দো থোইনা
অদুনা লক্ষ্মী সরস্বতী 'নীগী, ওম্থংদ লৈবিক নীঙথিবী নংনা ।২৯

অঙ্গরাজবোমদৈ মমায় ওস্থোক্না, ইন্দুমতীন হায়রকই সুনন্দাদা
ফজদে হায়দে ফজৈ নিংথৌ, ইন্দুমতীগীসু চিংনবা লৈত্তে 'ঙুদা
শকুমায়দবগুম্না অপাম্বসু, মায়দেদো জীবশিংগী তাইবংদা ।৩০

অদু-ই তুংদ থোঙশঙ্বী, সুনন্দানা ইন্দুমতীবু
নৌন থোক্পা থাজগী মায়থোংগুম্না, উহল্লগা 'নংথৌ অমম্বু
মনাক্ তায় পুক্সিন্থিজুনা, হায়রকই নীঙথিবা বাহৈমু ।৩১

অবন্তিগী মপুম্নি নিংথৌসিনা, চাওরব চোঙবা পাম্বোয়নীনি
পাক্সব থবাক্কি চেংলব থাঙ্মি, তাংথক্ নাইদন ক্োইরপ কোয়বনি
বিশ্বকর্ম্মা থুংহৈবনা হুম্বিংপু, থাগুমবু ঊংনবা থুংলাইনা শাবগবনি
তক্কন শেবদ ফজগুম্ হুম্বিংনা, অদুম ফজব নিংথৌনি ।৩২

শক্তি পূমনা তিজবা নিংথৌসিনা লাক্কংব মতমদা
মাঙ্দ চংজিবা শগোলশিংগী, থোঙদৈ উফুল মৈথবা
ফুংদা চংজিবা মথাপোথা, নিংথৌ লাম্নীশিংগী মশাদা
লেংজি চায়িবা কোক্ন্নী মণিবুসু, মশক্ উহলে রে বদা ।৩৩

মহাকাল কৌব মকম্দা, ভাম্বোইবা মহাদেবগী মাক্ত লৈবনা
কোক্থক্কী জটাগী থাজ মতাম্রা, নিন্দু অহিংদগী ঈঙান্ ঙাম্রা
লোয়নবীশিংগা মুংঙাইনা, শান্নবা তত্তনা ক'বনা
থাবয় ঙাক্লবী অহিংগী, মুংঙাইবহু কংঙ মদাক্লা। ৩৪

কৈগত্তাবনা লক্ লেম্রা মানবীও। পাথং অবন্তি নিংথৌগা
সিপ্রা তুরেল্-লাইক্ত থক্কী, হুমকুপা নাসি মালংবগা
তিরুজবা লৈবা লৈনয় হায়বা, অচংকুপা লৈকোম্না শান্নবিদে থন্নগা
অবন্তি নিংথৌ-ই মহারণী, ওইদ্রি ওহ্নগে হায়রগা। ৩৫

খঙ্গাল্ লৈরাংদনা মরূপ ওইনা, য়েক্লবগী ওইনা লৈখোম্বু কংশিন্হল্দা
হুমিংকুম্বা অবন্তি নিংথৌগী লোয়নবী ওইক্নবা বাথন্না
থোংলবী লৈরাং থবো মাম্বী, ইন্দুমতী লৈত্তে তাংবব হায়জবত্থা। ৩৬

অত্থুগী তুংদ সুনন্দানা, ইন্দুমতী কৌবী শকহেন্বী
কুচুনা থঙ্গাল্ লৈসিক্ মানবী, গুণ পূর্ণগত্ত তুংক্ষম্ ওইবী
বিধাতানা মাগুণ্বীমত শেমুখিন্রিবী, মাগা কজবী ভনৌবী
মাবু মাঙ্দা থানা পুরগা হায়বকুই, থন্দুনা ওইন্নগে অনূপ নিংথৌগী লোয়নবী। ৩৭

কার্ত্তবীর্য্য কৌবা যোগী'ম ২ রুম্মি পাল্লি পাম্বোম লিশিং'ম লাম্বা
মহাক্লা তৌব যজ্ঞগী যুব্বী, যুং চান্মি দ্বীপ তম্রানিপান্দা
প্রজাশিং বু পেন্হন্দুনা পাম্বগী, অতোপ্প মনা বাগদবা ক বদা
"নিংথৌ" মিংলেন্ ক'লবা, কাওথিবনি মরোল ঙজমদা। ৩৮

প্রজা কনাগুম্বৈ পুক্কী দা, পাপকী বুদ্ধিনা হেক্ লাক্পদা
প্রজাবু লাক্তম্ব কার্ত্তবীর্য্যনা, লীক' পায়রনা চংখিহনা মকম্থদা
থম্মোক্লদ লৈব মাগী পাপমবুপুন্ন, এম্মাংথিবনি মত্তমত্নমকলা। ৩৯

মাগী লীরী থীতবৈ মখোম্দা, ইন্দ্রবু ওব্বা লকাই নিংথৌনা
মথুং লেও কাও মাথদহুনা, মচাম্বরাগী মুংশালোম্ন মগী হোম্দুনা
মহাক্লা হেক্ পেন্খিত্রি কাওবা, কৈতুম্দ লৈখিদো ক্যাজিন্দুনা। ৪০

নিংথৌসে ঈবেন্দা শকুহেন্বী । নীপাগী শাটৈন্দা লেৎকপানি ।
বিথি কাদনন যজ্ঞ তৌগুন লৈবনি, খন্দোয়দি ঈংলব আশ্রমশুবনি ।
লেংথিনবা শা উচেক্‌শিংন লৈমিন্নবগুম্‌, মাগী থক্কোয়দ লৈমিন্নবনি
জ্ঞান, শক্তি, মৌন, ক্ষমানা অমগমগা লেংগোয়বনি ।৪৬

মঘুম্‌ শজায়-হুংনদি, থাজগী মতাল্‌ পুহুনা লৈবনি
মেৎপশিংগী মকমদদি, থাঙমদব ভেজবু পুবনি
নিপা থোক্‌পা মাগী ভেজদি খ্বাইন ততন উনরিবনি
ভাল্‌হম্বদো নাপী ময়োল্‌ কাওবা, হৌরিব মেঙ্কবৈ মুমথক্ত উনি ।৪৭

ঈশিংদ শায়ব মতমদা, শজায়হুংদ লৈবী নীংথিবীশিংগী
থোয়াং 'অকোয়বদ ভৈব চন্দনবু, লোইন চামথোক্‌থিবদগী
যমুনানা মধুপুর নাক্ত চেলিবমক্তদা, কুচু পুরি গজাগ ভিন্নবগী
অশংবী যমুনান পুইদো অঙোবা মচু, নীংথিবীশিংদুনা পুমবদগী ।৪৮

কালিন্দিদ লৈব লিল কালিয়বু গরুড় কিবদৈ কোক্‌হন্‌থিবনা
মনাগুম্‌ কালিয়ন পীরব মনিবু থবাক্ত শিহুনা নিংথৌসিনা
মশাপুম্‌ পুমুভাল্‌ ভাল্‌হল্লিদো কৌস্তভ শিব কৃষ্ণবু ঈকাইহল্লি মানা ।৪৯

নীঙ-থিবী নংন পাথংসিবু, নথংলেল্‌ ওইন বরিহুনা
কুবেরগী চৈত্র রথ লৈকোলগুবা, বৃন্দাবন কোবা লৈকোম্দ নংনা
হৈনা লৈনান শেবা শয্যাথক্তা, যৌবনগী ফজবছুবু মহৈ মালহল্লুদনা ।৫০

ইপাহানা চক্তকৃপদা, গোবর্দ্ধন চীঙগী চীঙবা চীঙথোঙদা
নোংদোল্‌ লাইজ মরীক্ষ থীক্‌পদা, মনম্‌ হুংশিমবা নুংপাক্ত ফমহুনা
যাহোং লায় অমোম্‌শিংনা, থেঙ্ক শাবা অগোজিহু যেংবিরুদনা ।৫১

কৃৎন লৈশিন্ন ঈন্নেনা কুংলবা থোয়দো ওইন্নিবী
মথংলেল্‌ ঈপাক্‌ ভার চেন্বী, লবী থংলবা হুংবু লাহোক্‌থিবী
ভুরেল-ওবী ইন্দুমতী কোবীনা, ওইথি নিংথৌহবু পামদবী ।৫২

মনাই লোয়নবী সুনন্দানা, পাখোম্বা তাম লৈজেংবা
য়েক্লব মথৈগী লম্‌গন্‌বা, কলিঙ্গ নিংথৌ অকন্‌বা
হেথাক কৌবগী মনাক, পুশিনগা হায়রকুই নীঙ্‌থিবা
য়াহৈনা থানিল্‌ থাজ মান্‌বী, ইন্দুমতীদ লৈতনা চিংনবা ।৫৩

মহেন্দ্র চীঙগুম্‌ মচি কায়বা, নিংথৌসি মীংথেং তাবিহ্ন নীঙ্‌থিবী।
মহেন্দ্র চীঙআঙ-ঈপাক্লে'নীগী, মপুনিদো অকন্‌বা শকহেবী
নিংথৌনা লান্দাবা চৎপদা, মহেন্দ্রসিমক্না তাকপগুম লবী
লাম্নীশিংদা চৎপগী লোজৈব নাইদনা, চৎলিদো নিংথৌসিদ লবী উৎলিদো ।৫৪

পূল্লীং হুয়ব পাখোম্বীনা মহাক্কী ওইবা, জীকং পায়বশিংগী লুচিংবা
নিংথৌসিনা মপাখোম্‌ অনীদা, য়েক্লবৈ রাজলক্ষ্মী-ই কাজল তৈয়বা
মিৎয়া লাইজন থীক্লবা, লখী লীক্লমূনীগুম্বা
লৈরিদো মমি অনীথক্‌, লীয়ীনা ফুবগী কুংলবা ।৫৫

মাগী হৌয়ক্পগ ঈথকশিংব উয়বা তত্তনা ঈনক্‌ নক্লা
য়াংলব শজায় মথোল্‌গী, মীহত্তগী য়েংঙকপশিংহুনা
'তুগুম ঈপাক্লা লুয়বা মথোয়া হৌদোকই নিংথৌব য়াকায়রোল্‌ ওইনা
'হুন নিংথৌসিবু লেঙগৎহন্‌বদা, কায়দে থোইনা পুংশেল যন্ত্র বীনামা ।৫৬

ছর্‌ ছর্‌ লাউন মথোল থোক্লবা, এাংলবা কোনা পাম্বীন থলবা
সমুদ্র মপানগী উমং থুদিংদা শায়বিক্ল নিংথৌসিগা অকন্‌বা
ঈয়ায় ঈথৎশিংদগী হুম্মকপা লবঙ্গ মপাল্‌গী মনম্‌ পুয়বা
মালংবনা মাঙ্‌হন্‌থিগনি হুমাং মরীক্‌, চোকথবা-বাব-হৈনিংদবা ৫৭

নিপাখোক্লা হোৎনজবসিনা, চিংহুনা পুজয়ক্লবী অয়াপ্পদগী
ভাগ্যলক্ষ্মী কৌবী লাইরেম্বীনা ময়ায়বক্‌ লৈতবদৈ মঙোন্দগী
হন্দোক্ক্‌লা লৈথোকথিবগুম্‌না, সুনন্দানা চিংহুনা পুয়কপী 'অদগী
মিহৌনীঙ্ঙায় ওইবী ইন্দুমতীনা, মমায় লৈথোকথি নিংথৌহ্নদগী ।৫৮

লৈমকোল্‌-থোঙ্‌শঙবী সুনন্দানা, নাগপুরগী নিংথৌ লাইজবা
মাগী মনাক পুশিল্লক্‌লা, বিদর্ভ নিংথৌ মচা হৃপীদ নীঙ্‌থিবা
য়াহৈনা হায়রকুই অম্‌য়া, চনীঙ্‌তানা মুক্ত য়েংবিহ্নলথা
মিয়ানা নোংজিল্‌ চেক্লাগুম্বী! নিংথৌসে থোইনা নীঙ্‌থিজবা ।৫৯

সিংথোঁসে পাঙ্গা লেপ-ই মপুনি, খোইনবু হেক্না নীঙ্থিজবনি
লেংবান্দে মাহুরি সনাবক্ পরেং, থারি মরক্ মরক্ত মখল্ মখল্গী মণি
তৈরি হকচাং পুম্বা হরিচন্দন, ঈকুং ঈচেন্না থম্বা চীঙ্জাওনি
অনৌবা হুমিংকী মতাম মৈবা ভম্পাক্ক নীঙথিবা চীঙ্নিংথৌওবনি ।৬০

থাংথংলকপা থিক্ত চীঙ্জাওবু, থাংথক্তনবা থিংথিবা
ঈপাকপু খুজোক্ অমতবা, লোইনা থক্লগ 'মুক ওথোক্থিবা
'হুত্তব মতীক্ চাউব অগস্ত্যনা, নিংথৌসিনা মতুঙ্গী অয়োইবা
মান তৌবগী কায়কপদা, হংথিথিবনি মপাউ হুংঙাইবা ।৬১

ব্রহ্মশির কৌবা ভাঙলবা খুংলাইবু মহাদেবনা কংথি নিংথৌসিনা
থুংলাইছুগী শক্তিনা লম্ পুম্বা, হুমহল্লবনি চিংনথিবনা
নাপল্ চাউরবা রাবণমকুম্ মাগ সন্ধি তৌনথি কিবনা
মতুংদা ইন্দ্রলোক চংথিবনি, ইন্দ্রবু জয় তৌগে থন্দুনা ।৬২

অচৌবা বংশদ পোক্লবা নিংথৌসিংগা, শাস্ত্র বিধি কায়দনা
বিবাহ কর্ম তৌরগা, রত্ন থিবিক্ক থল্লব ঈপাকনা
খাঙলী ওইনা শিন্নিবী, দক্ষিণা কৌবী মায়পৈগী নংনা
লোয়বী ওইনা নৈথিক, নিংথৌসিমকপু নথ্য পোলহন্না ।৬৩

তাম্বূল উরীন মেৎলবা, থাগী পাম্বীনা থল্লবা
এলা উরীন কোঞ্জবা, চন্দন পাম্বেন্ন লৈত্তেংবা
তমাল পাম্বী মপৈন থনুবা, মলয় চীঙ্না কোন্নিবা
লম্দম্ ফজবা অক্কুদা, হয়াউ-তয়াম্ শায়রুগবা ।৬৪

নিংথৌন থবাল অশংবৈ কুচুনি, নীঙথিবী নংনা গোরো চনাওম্ তৌবীনি
অনৌব নোংগী ভম্পাক্কা, নোংথাংনা শায়বওম্ শায়থিকনি
নোংগা নোংথাংগা মেৎনথিবওম্, নথংলেন্ নিংথৌগা ভিন্নথিক্কনি
নোংগী কজবা নোংথাংনা ওইনি, নোংথাংগী কজবা নোংনা ওইনি ।৬৫

কোরৌ হয় মখংলেন্ উদবদা, মিদা লৈকা উইশিন্নবী লৈরাং থমান্দা
থাজগী মজার চক্রব্রবগুম্, বিদর্ভ নিংথৌ মমোম্গী থম্মোয়দা
সুনন্দাগী নীঙ্খিবা ৱাহৈশিংনা, চঙ শল্লুবা ঙম্খিদ্রে তাখি অরোয়দা ।৬৬

নিংথৌগী সড়ক লম্জাওদা অহিংব চেৎপল্ ময়া ময়াদা
পুরক্পা থাউমৈ শক্লুনা, তালহল্লগ থাদোক্লব মতুং মতুংদা
লৈহৌবা মপা মপানা, তাক্লন লৈহৌবগুম্ অমম্বদা
ইন্দুমতীনা থাদোক্লবা নিংথৌ মায়থোংশিংনা তাহৌই ঈকায় মথদা ।৬৭

ইন্দুমতীন 'সুম্ সুম্ নকৃশিল্লকপদা, রঘু-মপাগী অজনা
"ঐবু হন্দোক্লনা চৎশিদোরব্রা" অদুম্ হায়না চিংননা
লৈরিঙৈ মতম্থুমক্কদা, তায় লৈতংবা য়েংথংব পাথোয়া
হয় হয় চোংঙকৃপদগী, থম্মোয়দ 'মূক্ চঙঙক্কে চিংনবক্লনা ।৬৮

হীরম্ পুম্বদা ৱাত্রনা, অজ-ই মপা য়োবদা, মপাক্লুদৈ লাম্হোক্লীংখিদে
মপাম্বয় শাংলবা, পামেল্ হৈনৌ উরগা, থোইমুনা 'মদা তোংনিংদে ।৬৯

ৱাহৈ ৱাতা হৈরবী, মীতেক্ মীরৌ থঙ্বী সুনন্দা
থাজগুম্ মায়থোং মকালাখী, ইন্দুমতী মায়থোং উবদা
অজদা মপুক্নীং তাজথ্রে থঙ্লুনা, অদুম হায়রকই মঙোন্দা ।৭০

মগুণনা জগৎ কাওরবা, নিংথৌ লক্কগী অথোইবা
ইক্ষ্বাকু বংশদা তোম্থল্ ওইনা, লৈরিবা নিংথৌ ককুৎস্থ কৌবা
অৱাং কোশল দেশগী, পাল্লবা নিংথৌ অমাবা কাকুৎস্থ হায়রিবা
ককুৎস্থ মিংলেন্সিদগী, কংনরি কাকুৎস্থ মিংথোল অচৌবা ।৭১

ককুৎস্থ হায়রিব নিংথৌসিনা, শঙাও-ই মশক্ লৌরবা
ইন্দ্রগী নঙ্গন্দ তোংলুনা, শন্দোংব শিবগী মতৌগুম্বা
অঙকপা তাক্ল তৌলুনা, তেন্তনা হিংচাবশিংগী মুপীপুম্বা
চায়রংগী লৈরেং থাদোক্লনখি, নুংশীঙদ চলহনখি মুজাপুম্বা ।৭২

ইন্দ্রনা মপা-ই মুর্খিদা, হজিলবা মতুংদু কাওনবা
হায়রিবা ককুৎস্থ অলিদা, ঐরাবত শামুরু খোঁবদা
হীকৃথককপা পাকোমদ শিব কেয়ুরগা, হংগোইদনা তক্ক খোনবদা
আসন অমতজা কম্থিরদুনা, ইন্দ্রগী ওইখি মরুপ্ চায়বা ।৭৩

মিংচৎ চাউরবা শাগেগী খাউটম ওইরবা দিলীপ কৌবদো
ককুৎস্থ শাগেদা পোক্‌খিবনি । অশ্বমেধ যজ্ঞ মরিমুক্তরায়াপদ তনা তৌরক্পদো
উবদা ইন্দ্রনা কনকৃতুনা, যজ্ঞগী শগোল্ হুখিবদো
জগৎনা লোইনা খঙনখি, করিসু লোৎপা য়াদেদো ।৭৪

দিলীপন পাজিউে মতম্‌দা, নগরগী জগোই শাবীশিনা
জগোজৈ শারকমৃদৈ হরুক্পদা, লবীদা তুমৃতুনা পোথায় হুংডায়না
মথোয় মশাদগী ফজেৎ অমত্তা, চিংথোক্পা তম্‌দে হুংশিংমনুনা
'হুনদি কতব তাইবং মী কনানা, মথোয়দ শোকনি মখুৎনা ।৭৫

হৌজিক্ দিলীপকী মচা-ঈবুঙো, বিথাজৎ যজ্ঞবু লিংগুয়া
রঘু কৌবা নিংথৌরেল্ মানা, পুরিদো সাম্রাজ্য শাসন অরুবা
মহা যজ্ঞদু তৌরবা তুংদা, ফংজকপা লন্থুম্ অপুবা
দান্ তৌথোক্‌থিদুনা, শীজিন্নরি লৈপাকী পাজবু লেম্‌হৌবা ।৭৬

রঘু হ মিংচৎ মপৈদি, কারিদো লোইবী চীংদোল্ মতোল্ লোম্না
লুপ্লিদো ঈপাক্ লৈথাদৌনা, য়োইদো নাগলোক্ লৈহুং কাওনা
চৎলুমবনি লাইরৈবাক্ য়োনস্থ, শীংথাব ডম্‌দে মিংচৎপু কনানা ।৭৭

মরোল্ অহম্-গী মপু ইন্দ্রগী, জয়ন্ত কুমারনা পোক্পগুম্না
অকন্‌বা নিংথৌরেল্ রঘুদগী পোক্‌ইদো অজনা জগৎ কাওনা
হৌজিক্‌মক্ মতৈ ভবগি মতম্‌নি, অতুবু মালেম্ পূরিবা যুবী ওইনা
মপাবুং রঘুগী ডাক্‌লৌ ওইনা পুরিদো 'রাজা শরুক্ মকোক্ থোংনা ।৭৮

চহী মডাংদ শাগৈ জাত্তা, নোম্‌ক্পনচিংবা মগুণদা
মহৈ-মশিং মশক্ কজনদা, নীঙ্‌থিবী নংগী লাম্বানিদা
থমোয় হকচাং খজিয় লিদা, মণিগা মনাগা তিন্নহন্দুবা ।৭৯

থরকর সতাগী নাকল্ অমদা,
মরয়োম্‌গী মাঙখোংনা মক্তারাম্ভি ।
নাকল্ অমদনা নিংথৌশিংগী,
মাঙখোং মথায় কয়শিনকি ।
লোংঙাজকুপদা পুখ্রী ঈরায় 'থতনা
থৌখিরমথা থরো থথাজীনা
থথাদনা শাংলকই মকা কনা
থরোনা লৈথি মখীং উইশিন্না ।৮৬

মকথ অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদ ছন্দোরূপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী ভকতুতা সর্গ লোইরে ।।



# তরেৎশুবা সর্গ

লাইরৈবাক্ লাম্মী লুচিংবা, কার্ত্তিকেয়গুণ অজব্
যেব সেনাগী মতৌগুণী, পুক্না মযোম্ ইন্দুমতীব্
বিদর্ভ নিংথৌ হয়াউনা, চংখিদো কোম্বুং তমব্ ।১

অমরোম্দ নিংথৌশিং অচুম্ব, নিংথৌ ভোজই মচা হুপীদা
তৌনরবা আশা থায়দুনা, গ্রংশিংঙ্গুবা নোঙাম্রকপদা
মশা মশাই কীজোল নিন্দা তৌনা, তৌনা চংনথি থুংকম্‌নঙ-শিংদা ।২

বিধি কাবদনা শচীবু, স্বয়ম্বর যজ্ঞদ কৈয়াংথিবনা
কনাম্বু মৈথায়বা পীডম্দে, কনাসি মতীক্ লৈতবনা
অজবু কলক্ মিহৌয়বস্বু, নম্ংচ্চথি 'শাঙবব্ নিংথৌশিং মশানা ।৩

মঙ্গলগী পোৎলম্ মথল্ মথম্না, লৈরিবা মকম্ মকম্দা
অমময়া চুম্থাঙ্ থানুবগুবা অশেম্বা থোংনা লৈরিব কাঙপ্‌লীদা
মচু মচু ফিরাল্ পরেংগী মকয়া, উরম্ লাংলিবা লম্বীদা
লাক্লি নিংথৌ-ই মপ্পাক্ অজনা, অংৌবী লোয়নবীপা কোম্বুংলোম্দা ।৪

নগরগী শকুহেম্বী হুমাশি না দলাল্ মথোল্ যীহথোংদা
মণি হংলবা য়থল্ হাইদোক্নুনা, পুক্লৌং চঙ্দন অতোপ্প মদা
বরগী মশক্ য়েংকৌগদগী, মমীৎ কুপ্পগ্রি লাঙ্তক্ক ঙাইবদা ।৫

কনাগুণীন চেক্লকপদ মীহথোংতয়া, শম্জিদৈ কোমথরকপ লৈয়াংবু
মথুৎনা ফাজিন্ ফাজিন্দুনা লাক্লি, শেম্জিন্ থোচ্চন্‌বৈ বাথক্লি তৌকত্রে
থোইনম্ ।৬

মশাবু কীজোল্ লৈতেং মথল, মথম্না লৈতেংলম্বী কনানা
মথোঙ্দ জাবক থাব লোইদনা, চোৎলিবা, ঙাঙ্লবা মথোঙ্ হ্নিং হ্নিঙ্‌না
হ্নিংনা লাকপগী লম্বী ঈঙাঙ্ ঙাঙ্ন থমমহুনা লাক্লি হাথু হাথুনা ।৭

মেখংবা মীৎকীদি থাবগা কাজল, ওয়খংবদি থাম নংহৌদ্রনা
কাজল্ থানবা মচৈহ্ন পাম্নন পাম্না, মীয়খোং নাক চেন্নক্লি কমানা ।৮

মীয়খোং মেংন মেংন লাকপদা, খুঙ্গৈদ নাম্নবা খুঙ্গী লেম্লিন্দ্রনা
খোয়নৌবী কনীজা খোমজংদা, খুজীগী মপেক চঙহন্দুনা
লেংপ লোইহিত্রব লাড়ীবু পাম্নখত্নুনা, চেন্নকুলি কম্নি কীবম্ ওইরি খণ্ডনা ।৯

খুঙ্নপ খুঙ্গী জংথাইমকুশিবা, লোইরম্ লোইকাঙন হৌগংপদা
মরীদ লেংত্তিব মক্লশিংহু, মশোই মশোই তাহৌবহুদা
লংজা মরীহুত খুবীদ লৌহুনা, চেন্নক্লি মীয়খোং মপাদা ।১০

ময়াই-মহী থক্লুবনা, মনম্র হাম্রব মীংলু-খোইমুনা
তথক্ তথক্র তোংলিবা, থম্বাল-মাম্রখোং পয়েংশিংহুনা
লীখোরকপদি মীয়খোং-ই অহাঙবক্নুনা
উথরে মীয়খোঙ অপূবা, থম্বাক্তগী ঝালব মাম্নয়িব ওইনা ।১১

অজ-ই মাম্রখোং উবদা, মথুময়াঙ হৌরবীশিংনা
মশানা মশাবু কাউথোকখিহুনা, থম্খে খপ্মোম অজদ লেঙদনা
মীং কৌব ইন্দ্রিয়দা লোইনা চঙখে, লৈহৌব ইন্দ্রিয়শিংহুনা ।১২

তোজগী মমোম্ অশিংবী, ইন্দুমতী কোৌবী শকহেম্বীনা
মতুং মমাঙনীনক্লা, হায়জরয়বম্ন নিংথৌ কয়া কমানা
ম্নয়ম্নরত মপামথি, লাইনা উহিনকপতমনা ।
নত্ত্রবদবু লক্ষ্মীনা, নারায়ণ মাবু কংজবগুম্না
মপা চারবা মথেথলেনসিবু, কংগনি কয়ম্না মহাক্না ।
তাঙনখি হুব্বাশিংহুনা, নাম্ন চীক্লা অম্নম্না ।১৩

খুংলম্ হৈবা বিধাতানা, অনীসিবু লেক্ষম্ত্রবদি মপাচানা
বর-কন্যা'নীবু লেপ্তগী কনাদো, তোক্নমগদবনি মহৈ মান্দনা ।১৪

অনীসি লোয়দে শাম্নোম্নি, রতি-কামদেব অনীগী
নত্ত্রবদবু হুপীবলা মহাক্না, নিংথৌ লিশিং কিশিংগী .
মরক্ত খুাইগী মিহৌকম্, ওইরবা মথংলেন্ অসিগী
থম্বোকপদ কনানা তেংবাংখি, নহামুকী লৈপুন্নি অনীগী ।১৫

নিংথৌগী মচা অজনা, হুপীশিংগী থাগৎবাহৈনি তানা তাঁনা
মঙ্গলগী পোৎচৈতনা থল্লবা, মকুলিংথৌ শজায়দা চঙথি লোয়ক্লা ।১৬

কামরূপেশ্বরগী মখুৎ পায়দুনা, শামুথক্কী কুম্‌থৈ অজনা
মুজাশিংগী থঙ্গোয় লকাদা চঙজম্‌, চঙখি কাদা তাকৃপা ভোজনা ।১৭

মমল্‌ জায়ব তাঙ্‌বল্‌থক্কা, কম্‌থল্লগা জৌথিনা অজনা
ভোজন কৎপ পূজা পোচ্চং, মণিমুক্তা অথুম্‌ অহাউগা লোয়নদনা
নীঙ্‌থিবা কীজোল্‌ অমী যাওরবা, অথেন্‌ পোত্মুম্‌ লোই খুথেংনবা
অকোয়বদ নীঙ্‌থিবী মুজাশিংনা, মেংঙকৃই লোয় লোয় মীচিনা ।১৮

অনৌব হাইদোরকপা থাবমা, ঈপাকৃপ্প কোজোম থল্লবা
চাংজৌ তায় পুথিবগুম্‌না, নীঙ্‌থিবা কীজোয় লৈতেংলবা
অজবু লৈম-কোল্‌ মমুং মীশিংনা, তৌগদবা পুথা লোইশিল্লবা
কন্যাগী নাক্ত পুশিন্‌থি, লোইরবা তুংদ থবক্‌ অমাম্বা ।১৯

ভোজনা তরায় পুজা কৎথ্রবা, মায়থোং মৈগুম্‌ লংলবা
রাজপুরোহিতনা যজ্ঞগী মৈদা, আহুতি কৎলগা নীঙ্‌থিবা
পোচঙনা অগ্নিবু সাক্ষী ওইনা, পায়হন্‌থিনীবু কায়নদনবা ।২০

অশোক লতানা মেৎপদা, পামেল্‌ হৈনৌনা নাঙ্‌থিবগুম্মা
অজম্বু মথুংনা লোয়নবীগী, খুজেংবু পায়রগা কজথি থোইনা ।২১

কন্যাগী খুৎন শোকৃপদা, তুজ্জুংবা পোকৃই মাকৃথংদা বরগী
বরগী খুৎনা পায়বদা, হুমাং কাংথি খুদোল্ল কন্যাগী
অনীগী শোক্ত থেংনবসিনা, কামদেবগী মথৌবু অনীগী
দমক্কা চপ্‌ চপ্‌ চানা অমী থোক্লা মেহোক্লবিরে পেম্নব 'নীগী ।২২

অমগ মগ মেংনবগী, থৌমাংবা মীৎয়েংনা
মীচ্চি মীচ্চি য়োনা, হাইজিমরম্মগা লোজানদনা
হম্নথিত্নন 'মুক ঊনথিদবক্লনা, কায়নবগী বাবা লৈমিল্লনা
কংনরি পুক্লী হুমব ওইবা, পুক্লী হুনরি কায়নবক্লনা ।২৩

নিংথৌশিংসিনা অহানবদগী, থবকুসি লোইত্রিবে মমাঙদা
অমগ মগা শরৌ শীরথিবনা, অজনা লবীদ হয়কুপ মক্তদা
মথোয়না কংনিংলিবা পোশক্ত্ মুয়বা, লুমুজুন লৈনখি লবীদা ।৩১

অসোয়দ বিদর্ভ নিংথৌস্বু মচাম্বুশী 'তোবীগী লুহোংব লোইজুনা,
মঙ্গাক্-মচাম্বুপী অনীবু, মতীক চাব অউনপোৎ মপৈগ লোয়নমা
বিদায় তৌরগা মশাবকুম্ব, লাকই মথোয় মতুং ইমা ।৩২

মরোল্ অহুম্ হাওরব মঙ্গাক্ অজগা, অহিং অহুম্ লবীদা চৎমিনরমগা
অমাবস্যানা চঙ্শিল্লকপদা, থান হুমিত্তগী হন্দোকুগ্রগা
চৎখিবগুম্ বিদর্ভ নিংথৌস্ত্র, বিদর্ভদা হন্খি লোয়ননা খোউলোয়শিংগা ।৩৩

রঘুনা লাকচখিবদৈ মমাঙৈদগী, শীংনজুন লৈব নিংথৌশিংজুনা
অমুকুম্ব মচা অজনা, মথোয়বু মায়থীব ঈকাইব পীজুনা
নীঙথিবী অমবু লৌখিবসে, লৈঙম্দে তুমিন থাঙজুনা ।৩৪

বলিনা শীরম সম্পত্তিবু, লৌগদবগী হোৎনবা প্রহ্লাদনা
বামন দেবগী চরণব, থিংখিবজুগুম্না
ইন্দুমতীবু পুজুনা চৎলিবা, অজবু নিংথৌশিংজুনা
থিংঙশি মথোয় পুরপ্ হৌনা, লবী মমায়দ লেপ্তুনা ।৩৫

ঋাংলব ঈথক্-ঈপোয় থলবা, শোননা গঙ্গাদ ফুজিয়ঙুরা
মপাবুংগী মন্ত্রীদ খোঙ্লোয়গা, ইন্দুমতীবু শেয়হন্দুনা
থনম্বগা অকনব অজনা, নিংথৌশিংদ ফুজিল্লি কিদনা ।৩৬

খোঙ্মীগ খোঙ্মীগা, রথীগ রথীগা,
শগোল্ তোংব লাম্মীগ, শগোল্ তোংবগা।
শামু তো'ব লাম্মীগা, শামু তোংবশিংগা।
লাথা মতীক্ চান চানা, শোক্লখি রঘুগা নিংথৌশিংগা ।৩৭

পুংশেল যন্ত্রগী মখোন্‌গা, খুংলাই খোংমবৈ মখোন্‌গনা
লাম্মৌ পুব মশক্‌ খঙ-নখিদ্রে, কনাগ করি হায়নরিবতুনা
ঈখঙ্‌ মখঙ্‌ খঙ-নরক্‌-যতুনা, মশা মশাগী মমিং হায়দোক্লহুনা
তেক্লিন্দা ইরিব মমীংহুতনা, অকম খীণক্কি তাক্লামহুনা ।৩৮

শক্লোল্‌ মখোঙ্‌দে হৌরকপা উক্সা
মগ্ন চাকাদৈ হৌরকপশিংহুগা পুন্নগা
কুন্নল কানকপা উক্সন মপৈম্মু শামুশিংনা
মনাকোমে ক্লরোরকপদা শীবৎনা
কোংমদোল্মু মকোয় খম্না কুপ্‌শিন্‌হুনা
থাকন্‌গী মতৌঙ্‌দ্‌ খম্‌ত্রে হুমিংগু উহন্দনা ।৩৯

অমময় তাঙব কীয়ান্‌শিংনা, হুংশিংন জুবদ পাইথোরক্কনা
উক্সন্‌ মপৈন চঙ-শিন্‌খিবদি, বর্ষাগী নৈরব ঈশিংবু ভাবায়া
নংহৌরোইদোব মতাওম্‌, খক্কুম ফজে চেক্লিন্‌ চেক্লিমা ৪০

উক্সা 'শ্বব শ্বম্‌ কুঙ্‌শিল্লকপদা, রথনি খঙৈনে চাকা মখোয়া
শরীক্‌ মখোয় শামু নৈ খঙনৈ, লাউনরকপ হায়নরকপ মমিংমা
খঙনৈ ঐগী-মীগী মীনি হায়বা, মম্‌থ্রব লালকম্‌ ওইখিবনা ।৪১

খুংলাইন শোকথ্রব শগোল্‌ শামু, লাম্মীশিংগী মশাদগী
চেক্লরকপা ঈগী ঈচেন্দো, অমম্বন লাল্‌কম্‌হু কুপ্‌থিবদগী
মীৎয়েং লখী থিংথ্রবা, মায়গৈ শলাই খঙ হন্থ্রব 'মমগী
মনুংদা হাইদোরকপ হুমিংকী, মতৌনি হায়নীঙায় লৈতবগী ।৪২

মক্ক য়াওহন্থ্রব মৈরিনা, মতোম হুংশিংন হাই হবনা
মৈখুগী মপৈশিংহুনা, পাইথোরকপ মৈখু মপৈনা
মৈতাল্‌ তাথ্রব মৈশিংনা কাখৎলক্লি্রুতৈগী মাঙজোননা
কনখি মতৌহুঙ্গা, লাল্‌কম্‌গী ওইরিব মওংনা ।৪২

বাহরে উরব্দুনা সারথিশিংনা, লান্দ্‌কম্বুইদ থৌদোক্‌উরব মখোয়শিংদু
মতুং দ ভান ভারকুপ মতম্‌দ, সারথিশিংবু চৈহুৎনরদুনা
কীরান্ মশক্ উরগদা, অথাব মীশক্ লনরক্‌হুনা
হুজীররক্‌ই অমুক্ ঈনৌ নৌনা, বাহুরুব মখোশিং অন্ন্না ৪৪

শাফু কন কাপ-শিল্লকপা, মখোশিংগী থৌরব ভেল্‌শিংদুবু
ককথিন্নুন য়েরুবনা মন্নায়্‌থৌগাংদা, মচীন্ মাওব মথাঙগী মতেক্‌শিংদুবু
শাফুহুমক্ক পাইশিল্‌হন্‌থিন্নুনা, বাহুহন্নুরি শুক্ য়েরুবশিংদুবু ।৪৫

থৌখুব থুংলায়ন কক্লবা, শামুতোংব লান্মীশিংগী মকোক্‌শিংনা
খুংলায় মন্তান্দ লৈর'সু যান্দুনা, পাইরক্ক পাইশিল্লকপ খুহুখুঙ্‌না
লাকুন পাইথোক্‌থিব মতম্‌দা, ঈন নপ-শিল্লবা শম্‌দ যান্দুনা
অহুমক্ কুইনা লৈথিবনা, লৈমায়থক্ক তানরক্‌ই থীন্না ।৪৬

কনাগুম্ব শগোল ভোংব লান্মীনা, মগী থুংলায়না থাবদা
য়েরুব শগোল ভোংব লান্মীহুনা, শগোলক্ক বাহুন লৈথবদা
মতোন্দ অমুক্ মান্না থান্দনা, ভাইহুন লৈরি হিংগংলক্‌পদা ।৪৭

শিগদবমক্ লৈরব মশা পাম্মুদ্রবা লাল্ ফুরিং লৈংপ অকবশিংদুনা
থাঙশাংনা মাল্লব শামু ময়াশিংদগী, পাইথোরক্‌পা মৈরিবু উহুনা
মৈবু কিগল্লবা শামুশিং অতৈনা, মুথংলি মনাতোন্দৈ কাম্‌থোরক্‌পা
ঈশিংনা ।৪৮

ভেম কক্লবা কোক্‌য়াম্মা, উহৈ অমমম্‌গী মশক্কি ।
লাম্মী লুহুপ্ মমম্মা, পাত্র অমমম্‌গী মশক্কি ।
ঈগী চেম্বরক্‌পা ঈচেমা, হৈথরক্‌পা মুগী মরীনি ।
অহুমা লাল্‌কমুহু যম্‌রাজগী, মখেলাংনা হুথক্‌কন্নি ।৪৯

লম্‌হুই 'মোয় মচীন্দ চীক্‌লবা, শদুম্ মচেৎপু চানীঙলবা
ঈচেক্কা মচীম চেন্দুনা, পাইথোকখুবদ মকম্মদ তাম্নব কংব্রথা
সনাঈ পাথোম্ কাবী মাওরিথা থুংকী মচেক্তুবু মতম্‌দ লেক্লউবা।
পাথোম্ কাবী মচেৎনা মথনাঙ্কিন্ থিন্‌গাইরক্কুনা লংথোক্‌ই ভোঙ্কুনা
চানীঙবা ।৫০

য়েক্কবদা মতক্ খক্‌তুবা, কল্লবা লাম্মী কনাগী
জীবনা হকচাং থাদোক্লম্‌ম্বনা, কজব মূর্তি লৌছন খগী
লাইরেম্বী য়েত্ত কন্‌থনা, চোংছন শাম্বিব অপোঙবু মপাগী
কোক্‌না নোংথক্তে য়েৎথনা, থু'ভাইদি নাক লোয়নবী ।৫১

মাগী মাগী সারথিনা লৈনজবদা, কনা কনাগুম্ব অকম্ব 'মীবা'
সারথি রথী নীথক্কী মথৌ তৌনরগা, শতোল মাউনত্রব অনীত্থনা
গদাগী লাদবু ফুইন শোক্লমব তুংদা, অনীদক্ গদা মাওনত্রত্থনা
পাথোম্‌গী লাল্‌ তৌমিন্নরগা, কনথি স্বর্গদ খুদাং পায়োইদনা ।৫২

কনা কনাগুম্বা অকম্ব 'নীদি খুদক্ত মথ্বাম থামিন্নরগা
লাইরৈবাক্ত 'নীথক্ য়োমিন্নথুম্‌হ, অপ্সরা অমতবু মুন্নকরগা
য়েংখিনকরি লাইরৈবাক্‌ ফাওবদা, সিদগী চান্নন চৎথুগা ।৫৩

ঈপাকৃথক্‌' ঈথক্কা, ফুংমাং ফুংশিৎনীগী ঈথোক্‌-ঈ'হন্না
তুংথ মাঙথ থংন থংনা, চেন্‌শিন্নবগী মতৌগুম্না
লাম্মী মপৈ 'নীছুগী মন্নক্ত, জয় পরাজয় কনানা
ক'গদৌম্নিবা থঙ্‌নত্রে, পূংম্নাম্‌ লৈমথি চপ্‌ চানা ।৫৪

য়েক্কবগী কাঙ্‌বুনা মাগী লাম্মীশিংবু, চেলহল্লবম্ভ মমায় লৈত্থনা
অজ মথন্তনা য়েক্কব লাম্মী মপৈ মাঙদা, চপ্ন লেপ্ন ই লেঙদনা
মুংশিংনা মৈথুবু হুম্‌দোক্থ'ম্ন, মৈদি লৈহৌই মফম্‌ হোংদনা ।
নাপী মন্নক্ত লৈশিন্দুনা, লৈহৌই মফম্‌ হোংদনা ।৫৫

প্রলয় ঈপাক্‌ ঈরৈবু মহাবরাহ মূর্তিনা
থিংছন মৌথঙ্‌ন থবগুম্না, নজদ্দ তেম্নোং খুত্ত লীক'না
লাল্‌ ফুন্নিংনা থবাক্ত লৈতেংবা, অজ মপা মথন্তনা
য়েক্কব লাম্মী ঈপাক্‌পু, থি'ত্থনা, থম্নদা চঙ্‌থি মথৌমানা ।৫৬

লাহেংনবা হৌরকপদদি, তেম্মোং মচীন্দ মেথংব খুৎশানা
লৈরাঙ্গি থোইনা ফজনবু, শোক্লরকপ মতম্‌দদি মায় কনা
করম মতম্‌দ তেক্‌হৎথিবা, করম্বা মতম্‌দা খো'থিব তেজানা
করম মতম্‌দ কাপ খোক্‌থিবা, কনামতনা থঙব ওন্‌দনা
নাকোং মরু কংনা লৌরী চিংনা, চপ্পু লেপ্লবা লেঙবনা
লৈরিবা অজগী লীরুংদগী, য়েক্লব হাৎঙবা তেলশিংনা
মরক্কা হোব লৈতনা, পাইখোয়কৃজি মশম্‌ মশয়না ।৫৭

মাগী শীঙজং ময়া মান্‌বা থোরবা তেম্মা বক্লবা
ময়া ক্রক্‌ ক্রক্‌ চীক্ল শাউনা, ঙাঙলব চীন্‌বান্‌ য়ানা চীক্লবা
পীশুম্‌ শুক্লবা মায়খোং পুবা, য়েক্লবশিংগী কোক্ল থল্লবা
ওইহন্‌থি লাল্‌ফম্‌ লম্পাক্তো, অজনা খুৎলৈ থুন কাপ্লবা
কোক্‌মাম্‌হনা ঙ ঙ'হনা, তারক্লি তোক্লন কনকন্‌ চোংবা ।৫৮

নিংথৌশিংনা লাল্‌ফম্‌হদা, শামুনা মক ওইবা লাম্মীশিংবু
লাল্‌ ফুংরিং ফাওজৈ খুৎলায়শিংবু, শীজিন্নরক্লি হাৎনব অজবু ।৫৯

য়েক্লবনা মনম্‌ মনম্‌ কাপ্লকপ তেম্মা, কুপ্‌থ্রে অজগী রথ মশায় পুবা
থিনগৎলকপা ফীরানত মউবে, হুমিৎনা খিত্ত হাঁইদোরক্লবা
মতম্‌দা লীক্লানা কুপ্লবা, নোংঙাল্লকপা মতম ফজবা
অহুম ফজথি অজদো, ওইথি য়েংবী পেন্‌বা নাইদবা ৬০

মীংলৈ নারৈ থঙলবা, মমীৎ মনা শিংলবা
অজ কৌবা অকন্‌বা, প্রিয়ম্বদগন্ধর্ব্বন। পীরম্বা
তুম্‌থহন্‌বা গান্ধর্ব খুৎলায়দো, শীজিন্নরক্‌ই মতম্‌হুন আশংবা ।৬১

খুৎলায়মগী শক্লিনা, নিংথৌশিদো লাম্মীশিং লোয়ননা
তুমখুল্‌ হয় তুম্‌থনথি, লিস্রি চিংবা ওন্‌দনা ।
লুহুপ্‌ কোরেংশিংহনা, মরেং মরেংবান্দা তাথি চীক্‌থনা
ফীরাল্‌ ঠৈথোক্‌ কোন্দুনা লৈনথি লোইনা ঈশি শিনা ।৬২

নিংথৌগী মচা অজনা, চায়থীগী চীন্থান্ মহাউ থক্পুবা,
মচীথান্ থক্নুব মোইবুংবু, খোংলকপাদ থাজ্ঞা মখোল্ হোৌরবা
মাওঙ অনীতম 'ম লৈত্রবা, "অকনৃবা" কৌব মূর্ত্তি নাইথা
মশক্ পুঙবা মহাক্না, মিংচৎপু থক্লিবোই উং তৌরবা ।৬৩

চেন্থিবা লাম্নী ময়াম্, মোইবুং খোল্লেল্ তাবনা
অজগী মোইবুং খোক্লেম্নি থক্তুনা, হল্লিলকই 'মুক্ মকমহুদা
তুম্দুনা লৈরিবা লাম্নী ময়াক্সা, লৈয়বা অজবু য়েংবদা
উম্শিন্নবা থবাল্ লৈকায়ক্সা, মমি তাব থাজনা ইহুংদা
ফজবহুওম্না ফজনা উথি, লাল্কম্-ঈপাক্ ঈয়ায়হুদা ।৬৪

ঐ তৈরবা তেজিন্ মচীমা, নিংথৌশিংহুগী কীয়াল্ কীয়াম্দা
"হে নিংথৌ মচাশা ! রঘুগী মচানা লাল্কম্দা
নখোয়গী মিংচৎ মুন্থিয়র্বনি, হুংশিন্তনা থম্বিয়বনি নথাক্তদি নশাদা ।"
ময়েক্ লানা অজনা হুয়া, ইহুনা থম্বিথ তুম্লিতৈদা ।৬৫

অজগী পাক্লবা লাইবক্কী, লাহেংনরুবগী হমা' ময়ীক্না
ময়ী ময়ী তক্তন তারি, লুহুপ্ মাওদবনা শয়া'না
মচোই মচোই চাইকুংদ তারি, ইন্দুমতীগী নাক্স চক্থিল্লুনা
থুং নাযনা পায়হুনা লীক' খো'জী, অহুম হায়রকই অজনা ।৬৬

বিদর্ভ নিংথৌ মখোম্লোয় ! ঐনা হায়রি য়েংব য়াগনি
য়েক্লব শংসিদ অমুক্ত য়েংঙু ! অঙাং অমন কাওব মকি মুখ ওয়নি ।
মখোয়গী হৈজব বিদ্যানা, ঈখুত্তগী নংবু মুন্গনি
হায়দুনা লৈরম্মালে মখোয়সিনা, য়াথং পীরি ঐনা য়েংব য়াগনি ।৬৭

কাম্থিবা হুংশাশোয়না তাক্থিবদা, লংলবা মিংশেল্লা ওইরকপহুওম্না
হুংশা শোয় মপী হে়ন্দুনা মকৃশিলবা মায়খোং মিংশেম্না
য়েক্লবদে কিব লৈচিম্না, কৃপ্শিলবা মায়খোং থবাম্না
অমকপ লৈচিম্ন তাকথবদা, লংন মকা লাম্থি 'মুক্ হয়া ।৬৮

থোইন হয়াউজবী ওইদুনস্, মখাংলেম্বু অকুক্ষুলে অমায়া,
ঊকাদবিবী ওইবন ইন্দুনা ; অনৌবা নাইজ মরীক্না
থীক্লবা ঊমং লম্দম্না, মাহোংগী মখোয় হায়হন্ব ওইনা
নোংমদোন্ নোংদু শুক্তক্তুয়া, মতাশিংগী মাইহৈনা ওকৈটে লেমা ।৬৯

মতৌ স্বয়ম্বর নিন্দা তৌনিংঙাই লৈরবা, কনবা যুবরাজ অজনা
মেল্লব নিংথৌশিং-মকোক্তা, শোক্লমগা ওমথংবা থোক্‌নো
ইন্দুমতীবু মথদা হাপ্‌কত্তুনা, লাক্লই অমুক্ কোষুং তম্না
শগোলগী থুমা উফুমা, ইন্দুমতী শমজোই কাপ্লে লোইনা
অদুবু ওইখে অজগী মফম্‌দা, মুর্ত্তি নাইবী বিজয়লক্ষ্মী ওইনা ।৭০

অসোম্‌দা রঘুদি মাঙ্‌জোননা, লৈরবনি লোইনা তাক্লুনা
স্বয়ম্বরগী থৌদোক্ নিংথৌশিংবু ঙবা, লৈরবনি লোইনা থঙ্‌ক্লুনা
মচা-মমৌ ঊবেম্মা 'নীবু, ওক্লম্মি হয়াউ হুংঙাইনা
লোয়নবী মমা রাণীবু, মচা অজগী থুত্তা শিন্নরম্‌ক্লুনা
অরাম্বা থুডম থিথ্‌গে থল্লে, শাইগেবু য়োক্‌পদ ঙম্মকপা মচানা
নিংথৌশিংনা স্বর্য্যবংশগী, গৃহস্থাশ্রম্‌দা লৈনদে অমুক্ শাংথনা ।৭১

মফম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংগ ছন্দাকপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরেৎশুবা সর্গ লোইরে॥

—|—

# নিপানুঙবা সর্গ

মৈথারবগুম লাখোক্লনা, তৌরক্লবা বিবাহ মপুং ফানা
বিবাহগী মঙ্গল সূত্রম্ কোক্ত্রবা; হরাউজরিব মচাদ রঘুনা
লোয়বী লোয়নবী ইন্দুমতীগুবী, লৈপাক্লৈনবু পীবিখি হরাউনা ।১

তম্থিরবা শরৌ পাইদুনা, কংগে তারব নিংথৌ মচানা
অচুম্বা রাজ্যবু অজনা, হুংগাইগে চাগে থম্না
হেদো হেরাউবী অথা পোন্দনা, মপাবুংগী লিংচৎপু লেঙদনা
থম্নবৈদমক্তা অজনা, লৈপাক্কী তারবু পুখি হরাউনা ।২

পৃথ্বী লৈপাক্ লৈমম্নু, বশিষ্ঠনা নীল্লকপা ঔথিংনা
অজগ লোয়ননা কাম্মল্লুনা, মপুরোয়ব তিল্লবা গুণমক্তনা
তিন্নবা অভিসেক তৌদুনা, মহৈ রাজখি মখিংগ চাননা ।৩

অথর্ব বেদ হৈরবা, খাগৈগী গুরু বশিষ্ঠনা
অভিষেক তৌরবা মতুংদা, লাক্কম্ কাঙমদবা য়েক্লবনা
মীশক্ অদ ওইখি অজনা, চাউখৎখি মপা লৈতনা
ক্ষত্রিয়-ব্রহ্ম তেজনী পুন্থিবনা, হুংশিংকা তিল্লব মৈগুমা ।৪

অনৌব নিংথৌবু প্রজাশিংনা, নহা মুক্ ওইরক্লব রঘুনি খল্লি
লৈপাক নত্তে কংলিবসি অজনা, গুণ 'মত বাক্তনা মপাগী কংলি ।৫

চাউথ্রবী পিতৃ সম্পত্তিনা, মতৌক্ চায়বা অজগ তিল্লুনা
অজগী নীঙথিবা যৌবননা, "বিনয়" লোল্লকপগা তিল্লুনা
যৌবন-সম্পত্তি অনীসিনা, তিল্লখিবনা ফজখি থোইনবু হেন্না ।৬

লৌন কংলবী লোয়নবী পৃথ্বীদা, লাক্শিল্লরম্নু কাহেল্লা
অনৌবী ওইবগা, লৈনিংথকতই থন্দুনো
হুংশিনা তপ্না, নীঙথিবা থাইহেন্না
লোয়মল্লি পুখিব্র বাম্ল হৈশিংনা
অত্তোব্বী অনৌবী লোয়নবী লোয়নখত্তুনা ।৭

ঈশাক্রা মহোৎস তারবী, তুরেল্ খুদিংবু হুংশিনা
অচৌ অশীবী, যীচঙ মীথাই নাইদনা
লোয়নগণ্ তিরবগুম্ অজ নিংথৌনা,
তিররি প্রজা খুদিংগা, "ঐতনি মাগী হুংশিবদি" থলুহন্না ।৮

রামসু কন্দে রামসু থোক্তে, অনীগী মরক লৈ অজনা
কা হেন্ন কন্ন শীত্তবা, কা হেন্ন তপ্লসু শীত্তব হুংশিংনা
উপাধীবু ফুক্তোকপ তৌদনা, নোঙ্কুৎনুনা থবদুগুম্না
নিংথৌশিংবু যথা পোন্‌হল্লি, অশিংব নিংথৌ অজনা ।৯

রঘুনা মচাবু থম্মোয় চেৎপা, প্রজাগী হুংশিনকম্ ওইবত্ত উবদা
অমাঙব নাইবা স্বর্গী ভোগ কাওবদা,
মিহৌবা তৌকত্রে, অহিং হুংখিন্দা ।১০

দিলীপ শাগেগী দিংথৌ মথৈ, পুন্‌শি লোইরম্ মতম্‌দা
মঙন্ লৈবা মচাগী মকম্‌দা, মরল্ মথুম্ শীররবা তুংদা
উকুশেৎ জটা পুত্নুনা, চৎনৈ লম্বীদা মুনিশিং মতুংদা ।১১

মপাবুংনা বনদ চৎখিগদৌব উবদা,
মুহুপ্‌কা লোয়ননা, মকোক্ নোন্দুন থোঙ্‌দা
হায়রকুই অস্নুম্না, হুংশিনা মপাবুংদা
পাবুং ! নচাবু থাদোকপিদুনা, লেঙবিথিগত্ত বনদা উমংদা ।১২

মচাবু হুংশিজবা রঘুনা, মপি তরং তরং চেন্ন মচানা
হায়জবত্ত যাদি যাবিরে, অতুবু মকু হুদোকথ্রব লিন্না
অমুক্ হুকচিন্ লৌশিন্দবগুম্না, থাদোকথ্রব সিংহাসন লৌত্রে হন্না ।১৩

ইন্দ্রিয় থুক্রম্ চল্লবা রঘুনা, প্রব্রজ্যা দীক্ষা লৌত্নুনা
থুনুগী চিন্দাই অচীকুপ 'মদা, লৈথি কনাসু যাওদনা
মচানা ভোগ তৌরিবী রাজ লক্ষ্মীনা, মমৌনা মকুবু সেবা তৌজন্না
মযুগী সেবা তৌত্নুনা লৈথি, মক লুক্র হনংনে যেংজনা ।১৪

থোরকপগ তাবরিবা হুমিংকা, তাখিগদৌরবা থাজবা
অনীন নোংমদোনুব কজহনমগুম্, রঘুগ মচা অজগা
অনৌবা অরিবা নিংথৌ 'নীনা, তিননা কজহল্লি অমগ মগা ।১৫

ঋষিমক্ ওইখ্রবা রঘুগা, রাজর্ষি ওইরবা অজগা
অনীবু উরগা প্রজাশিংনা, ভুক্তি-মুক্তি অনী 'মগ মগা।
খুজেং পায়রোইনহনা, তাইথং মীশক্ লৌরগা
মালেমথক্তা শাগোন্ পুরবোই, থবৈ তাঙ্গৈ অমগা 'মগা।১৬

ল্লোই চক্রিবা লৈপাক্ মরাপু, লৌশিনব নীতি হৈর থগুলবা
প্রজা মন্ত্রীশিংগা লোয়নবা, মুক্তিগী লম্বীদা চঙখ্রবা
রঘুগা তত্ত্ব থগুলবা যোগী, মরাম্গা অজনা অশিংব
তিননা চীক্ত তারখি, লৈপাক্ মরা তুপ্প পারবা ।১৭

নিংথৌ পাথং অজনা, প্রজাশিংগী অক্ষ কত্তবা
মহুং মওং মুম্ম থঙনীংহনা, ধর্মগী তাংখহক্ত বাংলবা
কন্মি অহল্ ওইরব নিংথৌ, রঘুনা পুন্নীং 'নী লোঙ্দনবা
শেংলবা কুশাসনদ কম্মি, শেংন কুপ্প থমননবা ।১৮

অমনা লৈপাক্কী মপু ওইবগী, শক্তিনা নক্কবা নিংথৌশিংবু
লাক্শিন্নবগী থবক্ বাথন্দা চঙখি, অমনা প্রাণ বায়ু মতাবু
লাক্শিন্নবগী যোগ সাধনদা, থম্রবা লৈপাক্পু ঊংনবু ।১৯

মেক্কবশিংন মহু দ শীজিবা, থবকী মহৈবু মাঙহল্লি অজনা
কুপ্পবা বাজনীতি মৈহুংদা, থবক্ মহৈগী আশাবু রঘুনা
জ্ঞান যজ্ঞগী মৈহুংদা, জগৎকী শান্তি ওইব পাবনা ।২০

তুং মাংগী মহৈ মুম্ম থম্লগা, সন্ধি বিগ্রহনচিংব নীতিগী
গুণ তরুকপু শীজিন্নৈ অজনা, সনা-লৈপাক্ মতুম্ 'নীগী
খেন্নব লৈতবৈ মীথমেংদা, সত্ত্ব রজ তম গুণ অহুম্গী
নম্থনবগী থবক্তা রঘুনা, চঙখি লৈপাক্কী কননবগী ।২২

থবক হৈশিংবা অনৌবা নিংঙৌ,' অমনা থবক্ হাল্লি কাওবা
তৌরবা থবক্ থাদোক্কে, রঘুনা ইন্দ্রিয়স্ শুংস্ চন্‌বা,
যোগী 'ম ওইদুনা আত্মাগী, হক্‌চাং মুংদা দর্শন ফংল্লি ফাওবা
তৌরবা যোগবু থাদোক্কে, চংলি অনৌ নীতিগী মশক্ ওইরবা ।২২

অতুম অমনা মপান্‌গী, যেল্লবা পুম নম্‌থনবা
অমনা ভত্তনা মন্নুংগী, যেল্লবা পুম মাঙ্‌হন্নবা
ভুক্তি মুক্তি নীবু ফংননবা, লৈপাকী শান্তি ওইননবা
অহিং হুংখিল্লা হোৎনখি, ভম্‌নু ভম্‌খি অনীমক্ ফংবা ।২৩

জীব থুদিংমক্ গেল্লদন উববা, রঘুনা মতৌ অন্নুমনা
মচানা কারজবৈদমক্তা, চহী কয়ামুক্ লৈখিদ্রম্মগ ত্রিমনা
সামাধি যোগ সাধনভনা অনিত্য দেহবু থাদোক্লম্‌দুনা
নিত্য ওইবা 'মাঙ্‌বা লৈত্রবা, লৈখি পরমাত্মগা তিম্মনা ।২৪

পঞ্চ যজ্ঞদ পুক্লীং চঙ্‌বা, রঘুগী মচা অজ নিংথৌনা
মপাবুং যোগীনা তাইবং হক্‌চাং থাদোক্লম্‌দুন চংখিবৈ পাউন
নাকোং হেক্ য়ৌশিবদা নিংথৌনা, পিরাং ঊচেক্ল মীৎলু 'নী থম্না
তেংথা নাওই কপ্পগা সন্যাসীশিংগা, সংস্কার তৌখি মতোল্লোম্না ২৫

মশাগী যোগ সাধননা, হক্‌চাং থাদোক্লম্বা মহাত্মাশিংনা
মচা মশুন পীব পিণ্ড দানবু, থোইদোক্ল য়েংনদে পুক্লীং চঙ্‌না
অদুবু অজদি শ্রাদ্ধ তত্ত্ববু, খঙ্‌বনা কায়দন পাঙ্‌থোক্‌খি লোইনা ।২৬

অরাম্ব থুডম্ তান্‌থ্রবা, মপাবুংগীদমক্ত থোইন বাবা
কায়দে-তৌহৈদে খঙ্‌দুনা মশানা মশাগী কাজিন্দুন 'বাবা
পুম্নমক্ থাদোক্লুনা অশিংবশিংগা, মতম পুম লীফং তেল্লাদবা
অজনা মশাগী পাঙল ৎদ্ধিনা, ভম্‌খি পৃথ্বী পুম থুডম্ চন্‌বা ।২৭

পৃথ্বী লৈপাক্‌লৈমগ, ইন্দুমতী কোবী অনীগন
মপুরোয়ব মতীক্ চাকৈরবা, ফংজদুনা হয়াউ ভম্মাম্না
অমনা মহৈমরোং মণিমুক্তা পোক্‌খি, মণিস্তম্ভ মচাবু পোক্‌খি অমদন ।২৮

ইন্দুমতীনা পোক্‌পা অকষ মচানা, রাবণগী য়েক্কব রামবু পোক্‌পা
নিংথৌছ ওইখি কাওরবা, মিংচৎপু মায়দৈ ভরা শন্দোক্‌পা
মাগী মথনা মায়গৈ ভরা, মৌহন্দুনা মতীক্ শন্দোক্‌পা
মীশক্ 'ম ওইনবা পণ্ডিতশিংমা, থোন্‌খি "দশরথ" মিংলেন্ লৈত্তব
'মক্‌পা ।২৯

ঋষিগী লমনবু শাস্ত্র নৈনথনা, লাইশিংগী লমনবু যজ্ঞনা
পিতৃ ঋণবু মচা পোক্‌চবনা, শিংদোকই লমন্ অহুম্ অজনা
অকোয়বা গীমা লৈত্তবা হুমিৎকুন্, ভাম্বোইরি জগত্তা মহাত্মা ।৩০

অজগী পাজম ওইখি কয়বা, অবাব-তাম্রব জীবশিংবু
শাস্ত্রগী জ্ঞাননা ওইখি পেন্নবা, জ্ঞানীশিংগী খঙলগা কত্তবু
মহুং মপান্‌গী মরন্ পুম্বা, মশাগী নস্তে ভৌনবনি মীগী পেন্নথবু ।৩১

লাইরৈবাক্ নিংথৌনা, ইন্দ্রানী শচীগা লোয়ননা
অমরাবতী নন্দন কাননদা, হুডাইনা কোয়রক্‌পচুণ্ডয়া
নোংম মিংথৌ অজনা, মচাগা লোয়ননা লোয়নবী রাণী রাওনা
কোহুং মনাকী লৈকোল্ অমদা, কোয়রম্মি হক্‌চীক্ লাংথ ওইনা ।৩২

নোংম দেবর্ষি নারদনা, দক্ষিণ সমুদ্র মপান্দ লৈবা
গোকর্ণ কোয়ব লম্দ লৈবা, মহাদেগবু উয়াৎনরুনবা
বীণাগানতনা পেল্‌হল্লুনবা, দক্ষিণায়নদা চঙরুবা,
মতম্‌দা হুমিৎনা অবাংদৈ থাদ লৈরক্‌পগুম্, নারদ ঋষি অথোইবা,
লাকুই মথারোম্‌দা শিব উনবা ।৩৩

নারদগী বীণা মত্তোম্বা রাজি, লাইরৈবাক্ লৈরাং পরেংনা
লৈরাং পরেংচুগী মনমনা, মশাবু মনম্ চুংশিহন্‌গে থন্দুনা
মাগংথনা উপোম্ মথুংনা, চমুহুনা চংখি লৈরা' শহনা ।৩৪

খোইমুশিংনা নৈপরেংগী মচুং ইরা
নৈহী চুপ্‌কদগী পাইখি মরী মরী ওইনা
ষুংশিংনা মায়থীব-ঊকায়ব পীবনা
বীণানা কাজল্‌গা মান্নরবা মীংলু লাইজ শিঙনা
কপ্পুনা নৈচৌবে মতৌনি, নারদগী মন্ত্র অহুনা ।৩৫

ষুংশিংনা হন্‌খিবা, নৈ পবেং অহুনা
লাইরম্‌লেন্‌গী, কা চেম ষুংশিবা মনম্‌হুনা
নিংথৌ অজগী নৈকোন্‌হুগী, হৈরাং নৈরাংগী মনম্‌ নম্‌ংজুনা
অজগী চান্নবী ইন্দুমতীগী, তারুবে খোম্নাং খোম্‌জন্দ তপ্পা ।৩৬

খোম্নাং 'নীগী মতা চান্নবীগুম্বা, নৈরাং পবেংহুবু উবদ রাণীনা
হায়কম্‌ থঙদনা ঙকৃথিহুনা, নৈথি ঙহাকং মায়খোং মক্না
রাহুন উম্ব থাজ মকোয়গুম্‌, মকৃশিন্‌খি মায়খোং থাজহুনা
মিম্না অনী উইশিন্‌খি, তুমিন্ন নৈথি লেঙদনা ।৩৭

জ্ঞান যাওদন নৈমায়থক্তা, তুম্‌খির্বী ইন্দুমতী রাণীনা
তুহন্‌খি মালেম্‌থক্ত অজবু, অবাবনা মায়খোং লাংহন্ন,
মৈরিনা নৈমায়দ কেন্নকৃপদা, তারকৃই থাউগী মরীকদ লোয়ননা ।৩৮

অনীগী মতৌ উবদা, নাক্ত নৈরম্ব মনাই মশন্‌শিংনা
খোঞ্জেল্‌ থেক্ত হৌনা কপ্পবকুঙ্গ, অবাব খোঞ্জেন্দু তাহুনা
পুত্রী 'মায়দ নৈরম্বা ঙাহু কাংঙশিংহুন্নু, অবাব কোংদোক্রবগুম্না
খোঞ্জেল্‌ হৌন খোংনরকৃই, মাথৈগে পুম্ব পুম্‌'-ল্‌ নিল্‌হন্না ।৩৯

মনাইশিংনা কাঙ্‌হাই চামরনা, ঊ লব লাঊজনা ভৌরকৃপ সেবান্না
নিংথৌদি জ্ঞান থন্ন তারে, ইন্দুমতীদি নৈরি জ্ঞান তাদনা
পরমাত্মগী মথাক্‌ নৈরিমথৈ, ক'ঙি কান্নব প্রতীকার সেবা হৌদাক্না ।৪০

মরী হংলব বীণাবু মরী শিন্নব, তম্পাক্ত নৈনা থবগুমনা
অজনা থাদংলি ইন্দুমতীবু মতথাক্ত মোন্‌ থাঙহন্দুনা ।৪১

থবায় য়াওরবী মায়খোং মকশিন্নবী, লোয়নবীবু মতমাক্ত কোন্‌বে অজদি
মায়হিং মরি তাইকেং তাইরবা, নো'ঙাজকুপৈ থাগী মতৌনি মাদি ।৪২

ইন্দুমতী-কায়ন মৈশানা, মহী চেন্‌থ্রে 'তপ্‌থবা-ঈঙ্‌বনচিংবা ওপ পুবা
মিঙ্গা পিরাংন কুপ্‌থিহনা, হীরু হীরুা কমকুই নান্দুনা মশা পুবা
জীব পাবশিংগীদি করি হায়নি, যোং কাওবা ঈরুবদি পেংলি মতম্ পুবা ।৪৩

থোংলবা লৈনানহু থবায়বু, খুদক্ত শাহব ওয়বা !
বিধাতানা লৌশিন্‌খিগেবু নীঙলবদি করিতবা অমনা হেক্ত মতবা !
ওয়োক্পনি ! জীব পূবসি ! পুন্‌শি-ঈপাক্ত কোজোল্‌তাম্রিবা ! ।৪৪

মৃত্যুকাল কৌবা লাইহুনা, অথোংপনা অপোংপবু মাঙ্‌হল্লি
অকহনা অকথবু মাঙ্‌হল্লি, থোংলবী লীক্লা মরীক্ত মাঙহল্লি
থোংলবী থবাল্ লৈরাংবু, 'হুতম লৈনা-ইন্দুমতীবু মাঙ্‌হল্লি ।৪৫

চায়বীগী থবায় লৌরিবা লৈরাং পরেং অসিবু ঐগু
ঈথথাক্ত থম্রি ঐহাক্লা, করিগী লৌত্রি ঐগী থবায়বুহ ?
অসিরা ঈশ্বর ! নংগী নথোদি, হুবু অমৃত ওইহন্‌বা, হু ওইহব অমৃতবুহ ? ৪৬

ঐগী ঈরায়বক্-থীবনা, শাবিয়ে অওকপ বজ্র অবিথিনা
বজ্রহনা ঊজাঊবুদি কক্‌হন্‌গ্রে, ঊহুদা য়েচ্চবী ঊরীবুদি কক্তি মানা ।৪৭

চায়বী ! ঐনা লান্‌থিব কয়াদা, নংন থক্ ঐওোন্দ শাঊথিদে
অহুবু ওসিদি ঈরাল্ লান্দনা, করিগীনো 'হুক্ থীনা শাঊবদি ?
ঐন 'সুপ্‌ কপ্‌চ লাঊজববু, করিগীনো নংনা খুম্মক্তবদি ? ।৪৮

চায়বী ! বাঙাঙ্ থোইহী চেন্‌বা ! মপোক্‌সিমগী অয়োইব বিদায়দা
বা 'মত হায়রম্‌লনা চংথিবদি, হু'ঙাইতবা করি লৈথি ঐওোন্দা ?
থঙ্‌লে নংনা ঐহাক্পু লৌয়ে, হুংশিশিয়বনি হায়ন মপান্দা ।৪৯

অজগী কেহহুংদা চাক্‌না, লৈরিবা লাইবক্ থীরব জীব- !
চায়বী ঐগী তু'ইয়রুথদাই, করিগী 'মুক্ হল্লক্তি 'পওবা !
নংজো চাক্‌চৌ নংনা তৌজবা, কর্মগী মহৈহনি লাইবক থীবা ! ।৫০

হরাউ তবায়া শায়মিরকবগী, হমাং মরীক্ মৈরি ঈতেক্ তেক্না
অদুর্ খুদক মথ্‌্‌ায় থারি, তাকৃলি ন'ম মঙ্‌্তব পুন্‌শিনি হায়না
ঐন্থ্ চামরক্ থিকায় তৌরি, পুন্‌শিব্‌ মচি মাওরুবনি হায়না ।৫১

পুক্লীংদ ম'ওব নংগী নকম্‌দা, অরাৰ 'মত তৌরক্লি ঐনা
অদুব্‌ কৱিগী ওসি ঐব্‌, থাদোক্‌্না চৎলি নহাক্না ?
ঐদি পৃথ্‌্ীগী মপুনি মথি'ত ওইমা, থাজৈশৈংবদি মপু নংগীনি ঐনা
থংমোয় শোক্ল হুংশিনকম্‌দি, ওইরিবনি ঐগী নহাক্না ।৫২

কৈগল্‌ তাবনা, শামু নাতোন্‌ মান্‌বীও
লৈরা'ন লৈতে' ওইরিবা, থোইমুগুম্‌ শৃঙ্গ মুবিবা
খোইখোই তারিবা শম্‌জোইশিংনা
হুংশিংনা কোয়রেঙ্‌ লেঙ্‌হন্দুনা
খুদক হৌগৎলকদবা মতাগুম্‌
ঐঙোন্দা আশা পোক্‌হল্লি ।৫৩

হিমালয়গী শৃঙ্গব লোক্‌সুংগী 'মথব্‌
মাঙ্‌হবগুম্‌ হৌরিবা হীদাক্‌শিংগী মতায়া
হিংগংলক্‌্না ন'ন 'মুক্‌ উহলগ নতৌব্‌
অরাবগে ঐগী কোক্‌হল্লু নংনা ।৫৪

মায়খোংদ তাব শম্লাংদি, লেংহল্লি ওতন মালংবনা
থাঙাঙ্‌দবা চীথানি, লৈায়দো পোথাঙ্না তুমিয়া
অহিংদ ঈম্বায়দা উম্‌শিন্‌থ্রবী, লৈকাগুংগী ও লিব থোইমুনা
তুমিয় লৈথ্রবী থবাল-ও । থাহল্লি ঐব্‌ নহাক্না ।৫৫

অহিং রজনী কোথীনা, থাজ মাব্‌ অমুক্ ফ'জৈদো
নো'ঙিল্‌ পোৰী চেক্লানা, বায়দো'ফম্‌দ 'মুন্‌থ্ তো'মিয়েদো
থাজ নোংঙিল্‌ লাবা 'নীদি, কায়ন মৈচাক্‌ থাওশিন্দো
অমুক্ হয় ঊনয়রোইদোৰী নংগীদি, ৎয়ম ঐনা থাঙ্‌নি হায়দো ৫৬

হায় তন্নৌবী থোৎলবী ! নংগী থোৎলবা হকচাংদি
থোৎলবী লৈরাং শয্যাগী, চৈনা কাওব ওন্‌থিদে থাওবদি
অহুনদি কয়রা থাওগনি, চিন্তাগী মৈশা চৈনাদি ।৫৭

অপাম্‌-হুংশি লৈপুম্রিঙৈ কাওবদা, ডিয়বী মতাম্রোম মহুংদা লোয়
নংনা হায়বদ ইজবী, মেথলা-খাঙলী কৌবীলিনা
পুন্‌শিগী হুম্‌থুল্‌ তান্‌থিব উবদা, শায়বিয়ব কংওয়োই থাদুনা
নচুং ইয় যাম্‌ চৎথিগদবী, লৈরিবসি হুমিয় উত্রা নংনা ।৫৮

লাইবৈবাক চৎলম্‌দাই মতম্‌সিদা, ঐগী 'বাব কোক্লবনি হায়দুনা
কোকিল্ল থোয়াং তাহু থোঙখাং, শজীদা মীতা নংগী নংনা
নাথিব হুংশিংন হুবদা, হাংহুবী উরীদা থুথেংপু নহাক্না
শিন্নশিন্না ঐগীদমক নংনা, অপুব্‌ চায়বী নংবুদি উদনা
নংনা থনবা নংগী থুকম্‌, মথোয়সিব্‌ উরগা করম্‌না
ঐগী থম্মোয়দ অঙৎবা, ওইগদগে হায়রম্মু নহাক্না ।৫৯-৬০

পামেল্‌ হৈনৌ পাবীগা, নথুংনা থায়বী প্রিয়ঙু উরীগা
লুহোংহন্‌বিরে হায়রগা, উরীব্‌ পামেল্‌দা য়েংহন্নগা
হুংশি লৈপুমহন্দুনা, মপারি মযোম্‌ মহৈ য়াল্‌হল্লগা
মাঙুগী কুমৈ য়েংথিনি হায়রগা
য়েংঙম্‌দনা কদাইদ য়েংঙুনি চৎখ্রগা ?
যায় লাখনি তোবম্‌দবদো, নচীয় তৌগনি হায়রম্লগা ।৬১

অশোক পামেল্‌গী মপান্‌ শাৎনবা
সতী নংনা মথোঙনা শোকুপিয়মহুনা
হৌজিক্তি মপাল্‌ শাজবা মতম্‌লিদা
মপানুব্‌ শয়াংগী লৈতেং ওইহন্নম্‌দনা
থবিরয়বা অশোক পাম্বীসিব্‌
কমদা হাপ্‌কনি চিজাদা নহাক্তী ঐনা মথুংনা ।৬২

হৌজিক্তি অশোক অসিনা
নূপুর খোঞ্জেল মখোল্ খোক্না
নখোঙ্না শোক্পিরম'না মপান্ শাচ্চব কংহুনা
অচুৰৈগী নংনা তৌবিরম, খোঁজান্দুৰ নীঙ্শিংহুনা
মপান্না পিরাং মতুম্ 'ৰমম্ ঙাইনা
লৈজৰি শিরহুনা থম্মোয় শোক্না
উজব 'মুক্ কংঙয়োই থঙ্হুনা ।৬৩

ৰাঙাঙ খোঙ্গোক্ শোইন থুম্বী !
হুংশাশোয় মনম্ নহাক্কী, মতৌ তম্জমী বকুল লৈরাংতনা
অপাম্ হুংশিগী জগোঙ্গ ইপোম্দা, মেথলা ঙাইন শিগনি হায়হুনা
লেংলম্বা বকুল লৈরাং পরেংসে, লেংজম্ত্রি তংথাই চম্না
অচুবু কৰিগী তুম্থুল্ হন্থ্রু, লৈরাং লেংব লোইরম্দনা ।৬৪

নংগী মতারোয় চায়বীশিংসে,
নংনা ৰাবদা ৰাজবীনি, নংনা হৰাউবদা হৰাউজবীনি ।
নপাম্বী অপিশক্ অসিস্থু,
প্রতিপদ থাজওম্ ঙাঞ্জবক্লি হৌজিক্তা
ঐ হায়ব নংগী অমত ঙায়রবা, নথংলেন্ হুংশিজবনি
অম্লুক্ মাখা ঐখোয়বু থাদোক্রম্হুনা
চংখ্রুগে থলিবসে নহাক্না, হুংশি থঙ্দবগী থবক্লি ।৬৫

চংখ্রে ঐগী থাঙ্হৈব শুন, লৈত্রে ঐগী তপ্থবা
পাম্জত্রে সংসারগী বিষয় পূম্বা, লৈত্রে অমতগ তিমনীঙবা
ঈহাঙ্ হাঙ্খ্রে ঐঙোম্দা, বসন্তনচিংব ঋতু পূম্বা
কিজেং লৈতেংবগী লৈত্রে কায়বা, হাঙখ্রে কম্মুং অপূম্বা ।৬৬

হূম্গী মবেন্মনি চায়বী নংদি, লৈপাক ৰায়েন্দা মন্ত্রীনি ।
ভালোয়নি হৰাঙ তংথম্দা, ধর্ম্ম কর্ম্মদ ঐগী লোয়নবীনি ।
পূং ঈশৈ যন্ত্র কলাদা, ঐগী হুংশিজরবা শিব্যানি ।
কাল কৌব মানা নংবুদি পুরপা, ঐবু পুদে মাসি হুংশি হৈতবনি ।৬৭

মীওয়ানা মনাই কাহনৰী ! নংবদি ঐঙোন্দ নথুংনা
মনাই-মহী অথুব উটেহ, ঊচীন্দ ইরুগ চাবিবনি কোয়া
ঊমীটৈ শিহব পিরাংগ যাম্বা, ইশিং থুজোকপুদি পীথকনি নঙোন্দ কুমা ।৬৮

ইমল্-ইথুম্ লৈরবদু যায়া, চাগদবদি লোইরবসি ওসিদৈ ঐনা
ওময়োই চিংশিব করিমতন ঐগী, থঙোয়রবু নংন চিংথবনিনা
সনা লুপা বিবম পুষা, নংগী নথা পোন্থ্রবনিনা ।৬৯

মত্তৌ স্থম নিংথৌ অজমা, ইন্দুমতী-ই নমক্ত হুংশি হুঙোয়া
তেংথা নাওই কপ্প কপ্পা, কপ্‌হজি মনগী পামেল্‌শিংস্থু হীক্রা
মউটৈ শিহরকপ লাইজ পিরাংনা, তারকপা লৈমাং-পিরাং মরীক্রা
মশা পুম পুমচোং চোংমা, নিংথৌগী বাবদ যামিন্নবা ওইনা ।৭০

মনাই মশল্ মকপ্ মপাং পুম্না, লোথোক্লগা রাণীবু তম্পাক্তে বানা
নীঙথিনা শেন্নবা চন্দন-কাষ্ঠতনা, চিতাদ থাংগৎথি বিধি কান্দনা ।
ওইথি অরোইবা লৈতেংনা, লাইরৈবাক্তে তারকপী লৈরাংদনা ।৭১

মুপী অমগীদমক্তা, মৈমুংদা চোংশিন্দুনা মথ্রায় থাথি
মশানা পাণ্ডত অমদি ওইরগা, অরেম্বদা নিংথৌনা আত্মাঘাত তৌথি
হায়্ব সিঙথা মিংচৎ থীব কিবতগী, অজনা মৈমুংদ চোংশিন্দনা লৈথি
নত্রবদি ওসাইনা অজনা, থায়মগদবনি থবায় ময়ায় তাঙ্নথি ।৭২

মুমিৎ তরানি লেল্লব তুংদা, মহা পণ্ডিতস্থু ওইরবা নিংথৌনা
গুণ চেন্‌বী চায়বী মাগীদমক্তা, মহারাণী 'মগী হৌনবী মতৌক্ চায়া
লৈপাক্ প্রজা পুম য়াওনা, মনন্থ-ই মমুংদা নোজাথিন রাণীদা
শ্রাদ্ধ কর্ম পাঙ্থোক্‌থি, শাস্ত্রগী বিধি কান্দনা ।৭৩

চায়বী কায়নবৈ বাবনা, নোংজাল্লম্লাই থাজ মায়থোং পুনা
মশেক্ মচাল্ য়াওদনা, মশা-ই ওইরিল মণকুপ্ত নিংথৌনা
কোহু মমুংগী মুজাশিংগী, মীংলুদৈ শিহন্নিবা তত্তনা
পিরাং লাইজমুংদা তান্নিবা, মমিহু উরগা থাঙ্জথি বানা ।৭৪

কোমুংব ওইরিবা নিংথৌ-ই থগাদুনা, তপস্যা-ই শক্তিনা মতম্বুনা
থারকই বশিষ্ঠনা শিষ্য অমবু, লোয়নবী কাবনবৈ বাখল ঙৈবা অমদা
অরাবা কোল্লবা পাউত্তাক্ পীরুনবা, শান্তি পীরুনবা থগোম্মদা ।৭৫

বশিষ্ঠ ই শিষ্যনা হায়রৈ 'হুয়া, লোইহৌস্রি যজ্ঞ গুরু দেবগী
অদুনা মহারাজ ! থোকৃখ্রিব পুম্বা, থঙলবনু-লাকৃতম্‌নে মহারাজগী
কোমুংদা খাবিরকৃপনি ঐবু, অরাবা কোল্লনবা মহারাজগী ।৭৬

শেংলবা নিংথৌ অশেংবা ! লাকৃচরি ঐহাক্ পুদুনা
পাউত্তাক্ থরদং অশম্বা, মাসি ভারগা চনীঙ তানা
অরাব কাউনবা ভৌবিয়ু, ওম্‌লগে শম্না ঐহাক্না ।৭৭

গুরুদেব বশিষ্ঠনা জ্ঞান নেত্রনা, ভগবান্ ত্রিবিক্রমগী চরণ অহুম্না
কোলিবা মরোল্ অহুম্‌সিদা, থোকৃখিব ওইরিব থোকদবা ওম্না
উথিরবনি সংসার পুম্বা, অপনুবা চীথবা করিমত লৈতনা ।৭৮

মমাঙৈদা তৃণবিন্দু কৌবা ঋষিদুগী, অকন্ব তপস্যাদু উবদা
মাগী ধ্যানবু থুগাইরুনবা ইন্দ্রনা, হরিণী কৌবী অপ্সরা অমদা
মানা ওথ শক্তিনা তৃণ বিন্দুগী, ধ্যান কায়হল্ল হায়না থাথং পীরবদা
হরিণীনা মশাগী শাথেক্ খুথেল্লা, হোৎনখি অপাম্ হুংশিদা
চঙখিনবা থগোম্মনা ঋষিগী, ইন্দ্রনা কায়রকৃপগুম্না মঙোন্দা ।৭৯

হরিণী আপ্সরানা চৎখিদুনা, অপাম্ হুংশি খুদক পোল্লবা
জগোঙ্গৈ খুথেক্ শাথেকৃনা, ভৌরকই ঋষিগী তপস্যা কাল্লবা
শান্তিগীদি ইপাক্কী ভোর্বান্ থুম্বা, ঈথকী মশক্ ওইবা অশাঙবা
নম্‌হৎপা ওম্‌খিদদুনা ঋষিনা, হরিণীদা পীরকই শাপ অকনুবা
লাইরৈবাক্কে লৈথা তাদুনা, তাইবং মী ওইনা খুদক পোল্লবা ।৮০

হরিণীনা খুৎলোয়না হায়খিবি, মীখাপোক্‌লীনি ঐহাক্তিংঙ্গি,
মপুগী থৌদা ফুংইরনা, ভৌ ভৌ হায়বদুগ তৌখিবত্নি
ভাকুপিদু ইরাল্ ঐহাক্তী, কোক্রবা ঊপাম ভাকুপিনি
হরিণী ৰাহৈ ভাবদা, থৌজাল্ হৈরবা খঙবিনা
হায়রকৃই অশুম্ন শাপ কোক্রবা,
লাইহৈরবাক্তে লৈরাং অমনা, নথক ভারক্লিখদু কাওবা
তাইবং মী ওইনা লৈক নংনা ।৮১

হায়খিবী অপ্সরা অসিনা, হরিণী কৌবী কজবীদুনা
ক্রথকৈশিকগী বংশদা পোক্‌না, লোয়নবী ওইরবনি মহারাজগী মানা
নোংমদোন্ থকৈ ভারকপা লৈরাংনা, শোকপদা নোজাখিবনি মামা ।৮২]

অদুনা কায়দে মহারাজ ! চিন্তা তৌবগী, পোক্রবদি শিখ শোঙ্গবনি ।
অদুনা শাসন নীওখিনা পুবিয়, নিংথৌগী অশেংবা লোয়নবীদি পৃথ্বীভনি
মচা মশু পরিবারনা প্রজাশিংনি, মথোয়সিগভনা নিংথৌনা যুষাম্নিবমি ।৮৩

সনা লুপা মণি মুক্তানা, নতীক নগুণ নপাজমা
চাওথৎলকপা মতমদুদগু, নাপল্ লেখা থোয়বনাচংবনা
মহারাজবু নমৃহৎপা ভমংথদে, শাস্ত্র জ্ঞানতগী মভাম্না
অদুগুথা শাস্ত্রগী জ্ঞান অদুনা, অদুম্বক লৌবয় চনীঙ তানা ।৮৪

হয়া হয়া ৰাবিরগা, থম্মোয় শোক্লা কাপ্পরে হায়রগা
মহারাণীদো হক্ককদবা নত্রেদো, হক্করোইদো থরামম্ থাবিরগা
তাইবং জীবনা ইহলোক থাদোক্লমগা, লোয়ননা তৌরম কর্মগী মইহগা
চংথদুনা মাঙু চাক্কইদো, পরলোকতা কায়দনা তৌরমদুগা ।৮৫

অদুনা 'ৰাব পুখা থাদোক্‌পিদুনা, পিণ্ড দান্‌নচিংম তৌবিদুনা
চান্‌খিবু চায়বীদুগী আত্মাবু, বপ্ন লাউব পুখ থাদোক্‌পিদুনা
থম্মোয় শোক্ক তিময়খাশিংদুগী, মীংলুদগী ভারকপা লিম্বাংনা
চংথিব জীবদুবু চাকুহঙ্গ, কায়নৈদো অথভবা জানীশিংনা ।৮৬

জীব পানুবশিংগীদি, শিমতনা প্রকৃতিনি হায়নৈদো ।
অতুনা হিংবদি মখোয়গীদি, বিকৃতিনি শুম্ভ হায়নৈদো ।
অতুনা মপানুগী হকচাং কুয়োম্‌হুংসিদা,
জীবনা হুমিৎ থরনিদং লৈরম্নিবসিনা,
মাতুনি মাগী তোংজম হায়বনু, থাইদগী কায়বদি হুতমি ।
পোকপগা হেক্ শিগদবনি, ময়েকীদি অচুতমি ।৮৭

হুংশিনরম শংগা কায়নবসিদি,
তাশোম্নি থম্মোয়দ, অপঙবশিংগীদি ।
অতুবু জ্ঞানী অশিংম শংনদি,
চায়ব কায়নবগী অৱাবসিমক্লা
মুক্তি লৱীগী চঙনকম্ থোঙনি,
মায়াগী দেহদা চকখ্রবা তাশোলসীবু
ফুকোয়বা পাম্বৈনি হায়নৈ ।৮৮

হকচাংগা জীবগা কায়নবা তিম্নবা, অনীসিগী তত্ত্ববু অশেংবা
খঙনৈদো জ্ঞানীশিংনা প্রতিনা, হায়বিয়ু তুনদি করম্বা
জ্ঞানীবু তপীডাং কায়নবনা, ৱাহনুগদগে থম্মোয় কায়নবা ! ।৮৯

অশিংবা ! অৎনুবা ! নিংথৌয়েল ! নংনা
করিম্নু লৈতবা মীচম্‌গী মতৌঙম্না
ৱাবশিদি চুম্‌দবনি অসি থৌনা
উবুম্-চীঙবুম্ অনীমকপু হুংশিংনা
হমদোকংনখ্রবদি হায়বিয় করম্না
থেম্নজগনি উপাধীদগী চীঙজাওনা ।৯০

পুকচেল্ চাউরবা গুরু বশিষ্ঠগী, পাউতাক-য়াথং তাম্নগা
অঙ্গ নিংথৌনা গুরুগী শিষ্যবু, চৎহনখি নীঙমিনা বীদায় পীরগা
অজগী থম্মোয় 'তিম্নাদা, অৱাবগী লৈচীম থান কুপ্‌খিবনা
পাউতাক্ ৱাহৈ মঙাম্না, চঙ শিনুম তম্‌দহুন হন্নোকখিঙম্না
শিষ্যদো হনখি গুরুগী নাক, আশ্রম তাম্ন চৎখিহুনা ।৯১

অচুবা ভাঙ্বা মীহুৎশি থঙ্বা, অকনুবা নিংথৌ অজনা,
মপারিনা বায় শীক্লিবনা, লৈপাক্ পুম্বা ঙম্খিরোই থম্মুনা
মচানা চাউরক্পদ ঙাইহুনা, চহী নিপাল্ চুপ্প রায় রানা
মবাগী বারথোং মায়বা, মচাবু মেংজ মেংজনা
মথম্ লেনখি কোম্ম'দা, মমিংত নিংথৌ ওইহুনা ।৭২

দলাল্ মতোল্ খিন্গাইহুনা, শট পাবীনা কাউগৎখিওয়া,
অবাবগী থোয়বা ভোরুনা, নিংথৌগী থম্মোয়বু খিন্গাইখি বীনা
অহৈবা থাইবনা কোক্তুম্‌দবা, থম্মোয়দ পানুব চৈনানিনা
চৈনাহুমক্লা লায়পু ওইহুনা, থবায় থারবশু 'হুমক্না
চায়বী মাগী তুংইরজগে, হায়না থজবা থবায়না
নীংবহুম্ থুংজবনি থম্মুনা, চৈনাগী মহৈহুম্ লৈখি ঙাইহুনা ।৭৩

অহুগী তুংদা নিংথৌ অজনা, পুক্চেল্ ভপ্লবা অকনুবা
লাল্গী কীজোল পুওয়বা, মপা'য় দশরথনা চাউজরক্লব
চহী মতাং য়োয়ক্পদা, লৈপাক্কী থবক অচৌবা
শিয়বা লোইরে হায়রগা, হি'হুনা লৈবগী 'ৰাব কোক্লবা
অনশন কৌবা ব্রতথু, ভোব হৌখ্রে নিংথৌ রাশক্ কম্বা ।৭৪

গঙ্গা সরয়ু অনীগী ভিরক্তুম্ তির্থদা, হকচাং থাদোক্লম্লহুনা
খুদক্তা অজগী জীবনা, লাইরম্লেন্দা তিন্খি হুংঙাইনা
মীরম্লেন্গী হু'ঙাইবহুদগী হেন্না হু'ঙাইব ফংহুনা
লাইরৈবাক্কী লোয়নবী, নীঙ্থিবীগা লোয়ননা
স্বর্গগী নন্দন লৈকোন্দা, শায়থী হুংঙাইনা অমুক্ হন্না ।৭৫

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, বালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদ হন্দোকপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী নিপান্থবা সর্গ লোইরে ॥

—— । ——

# মাপল্‌গুবা সর্গ

ইন্দ্রির খুত্থম্ চল্লবা, রাজর্ষিশিংগী অথোইবা
প্রজা ঙাক্ হৈব নিংথৌশিংগী, খ্বাংগী লুচিংব ওইরবা
দশরথ কৌব নিংথৌনা, তুংদ মপাবুংন নোংগাখ্রবা
মথা পোয় থম্‌থি মানা, উত্তর কোশলগী লমদম্ পুম্বা ।১

লাইরৈবাক্ সেনাপতি, কার্ত্তিকেয়গুম্বা
তেজ কল্লবা নিংথৌ দশরথনা, মপাবুংগী লৈপাক্ প্রজা পুম্বা
মথুং চল্লগা নীতি চুম্না, ঙাক্পনা প্রজা অপুম্বা
মঙোন্দ মথ্বাম লুপ্‌খরে, তিঘনম্ভু গুণ অয়াম্বা ।২

মহু শাগৈগী নিংথৌ দশরথগা, লাইরৈবাক্ নিংথৌ ইন্দ্রগা
মালেম্-লাইরৈবাক্ নিংথৌনীনা, মতম্ চানা লন্‌থুম্‌গা
নোংদোন্ লাইজগা পীবিবনা, মথৌ মংথৌদ পুক্লীং চঙ্‌বগা
লোয়ননা নোম্জবগী অবামল্ পীবিবা, অনীসিতনি ঙাংনৈ অমগা 'মগা ।৩

লাইগুম্ শক্তি লৈরবা, থম্মোয়না ঈপাক্পুম ঈঙ্‌লবা
দশরথ নিংথৌ-ই হাক্তক্কা, যেক্লবৈ খুত্তা মায়থীবা
কংবগী বাদি লায়রদনা, প্রজা শং মরক্ত লায়ন 'ম ফাওবা
চঙ্কক্পা থম্‌থিদে তরাইনা, মালেমস্থু পীবিখি মকৈ পেল্লি ফাওবা ।৪

মায়গৈ পৃথ জয় তৌখিবা বথু ই মচা ওজগী মতম্‌দ কংথিবা
চাওখংপা ফুংঙাইবা নীংথিবা, পুম্নাক্ক হায়নীঙঙাই লৈতবা
মতীক্ মথৌনাদা দশবথগী, কাক্কক্কা কংনাথি প্রজা পুম্বা
দশরথগী মথুং চল্লবম্ভু, অমত কায়দে হায়গী নীঙ্‌খিবা ।৫

মীপুম্ খুদিংদ মীংয়েংবু, চপ্‌ মান্না য়েংবনা
মীচঙ্ মীথাই নাইদবদা, যমবাজগী মতৌগুম্‌না
লন্‌থুম্ মেন্‌ব পীবদা, ধনেশ্বর কুবেরগী মতৌগুম্না
কক্তবশিংবু নমহৎপদা, বরুণ দেবগী মতৌগুম্না
মশেক্ মঙাল্দ হুমিংকুম্না, লৈখি দশবথ নিংথৌনা ।৬

লৈবাক্তী চাউবংটেপ থবক্, তৌরিঙৌলা মাগী থমোয়বু
বনদ শাদাম হেদো হেয়াউ, চৌবর শারবা মহী মনাক্ত
থকুপ-চাবা 'ছুপা অগোক্ত শাবীনা, চিংশিঙ ওয়েদ পুক্টীংবু
থাওম্ লংলবা পাজর হাক্লা, ময়াই মহীনম্ থোইনবু ।৭

লাইরেম্বাক্ নিংথৌ ইন্দ্রনা, ময়োল্ 'হুমগী নিংথৌ ওইরম্নু
দশরথ নিংথৌনা কৈদৌউদা, হায়জদে করিগুম মতম্দম্নু
ওহাক্ ছুংডাইব নোক্ থেব কাওবদা, মীনম ডাওদে কৈদৌউদম্নু
অশাউবা লৈজদম মীশক্ ওইবনা, অধীব জাঙদে য়েক্লবদম্নু ।৮

মরূপ্‌নি য়াথংবু ডাক্লিবশিংগী, য়েক্লবনি অরায় কন্তবশিংগী
থমোয় কল্লি থমোয় কন্‌বদা,, অচুনা নিংথৌনা মতম্‌দা পাজিদৈ
অতোপ অতোপ্প নিংথৌশিংগী, কনানা কংথি চাওখৎপগী
কংথি কনানা হুদবগী, মহৈবু চংলু চংলুব শাজত্‌গী ।৯

অদুবৈ নিংথৌ দশরথনা, তেন্নোংবু নমদ পোক্লুনা
ঊপাক্ল থাজবাং ওইরিবা, মালেম্ পূম্ব খুত্থম্ চমবা
থোয়কৃই অযোধ্যা কোম্নুংদগী, থোখাংদ থোইন হৌরবা
শাম্নু মপৈম্নু শগোল্ মপৈম্নু, জয়বু লাউরকৃই লৈতনা কিবা ।১০

রথবু শেমব লাম্নী থরনা, কোয়শিম্ব রথ 'মদ ত্তোংলুনা
পৃথ্বী পুম্বু খুত্থম্ চন্‌থি, সম্পত্তিন থঙম কুবেরগ মায়না
লাল্ ওব দশরথ নিংথৌগী, নোংগুম্ ঙংলব সমুদ্র মরিনা
লালত্তম্ পুংজাও থীজকৃই, মায়পৈ ত্তরা শীন্‌থুংনা ।১১

থুংলাম কোটি চাবগী, মগুপ লৈবা বজ্রনা
চীঙ্গী মশা পূম্ব কক্‌থি, লাইরেম্বাক্ নিংথৌ ইন্দ্রনা
মায়থোং থখাল মাজবা নিংথৌ দশরথম্নু মথক্তনা
য়েক্লব পুম্বু মাঙ্‌হন্‌থি, থৌরব লীক্লং তেক্তনা ।১২

নোঙ্‌কপওম্‌ লাইযাম্‌ পুৰনা, ইন্দ্রগী মকমূদ 'ফুওয়া
মতৌক্‌ মথৌনা লৈরবা, দশরথদ নিংথৌ সিন্নিং লিন্নিংনা
মকোক্‌ নোন্‌থি খুংলোয়না, লুহঙ্গান্নিংদুদ থাৰ ভতপ্‌ ভয়েংবা
মণি মকুন্নিংগী মওাম্না, খোইন 'মুক্‌ হেম্‌ মীঙ্‌থিজে খুজীম্না
নিংথৌগী খোওগী খুজীন্‌ মওাম্না, মৈবদৈ লুহপ্‌শিং মশেক্না
হায়দৈ হেন্নতুম্‌ ওাপ্নথি, নিংথৌশিংসু যাগী মশেক্‌ মওাম্না ।১৩

দশরথগী খুত্ত খবায থাথিবা, নিংথৌশিংগী লুখ্রা রাণীশিংনা
হক্‌পাংগী লৈতেং রাওরবীশিংদুনা, পীক্লব মচাশিংবু মন্ত্রীশিংগ লোয়ননা
নিংথৌগী মকমূদা থারক্‌ই, মন্ত্রীশিংনা ভাক্‌পিদুনা
অঙাংশিংদুনা মথুৎ লোয়না, লৈ দশরথগী মাঙ্‌দ লেপ্তুনা ।
হু'শি হুংঙোম অঙাংশিংদুবু, য়েংবিরম্মি মকোক্‌ নান্দুনা
সমুদ্র মযাগী লম্‌দম্‌ত্তুদগী, হরক্‌ই, অযোধ্যাদ নীঙ্‌থিব অলকাগুম্না ।১৪

মৈওম্‌ ভেজ লৈরবা, থাওম্‌ ঐ লবা মায়থোং পুরবা
দশরথ কৌব 'কন্‌বনা, মালেম্‌ মকোয় অপুম্বা
লৈহন্‌থি ছত্রদ অতৈ মথাদ', ওইদুনসু চক্রবর্ত্তি অথোইবা
লৈতবীনি লেঙ্‌দনা অমতদা, লক্ষ্মীবু 'সুম খঙ্‌লবা
অহিং হুংথিজ চেত্‌শিম', নিংথৌনা লৈথি লৈতনা ভবা ।১৫

থবাল্‌ পাযবী লাইয়েম্বী লক্ষ্মীনা, বিষ্ণুবু থাদবদুগুম্না
শক্তি পুবী রাজলক্ষ্মীসু, জীব পুবগীভ লৈরিব থন্দুনা
ককুৎস্থ বংশগী অথোইবা, দশরথবু মীকুপ্‌ 'মত্ত থাদনা
অতোম নিংথৌ 'মবু থজনা, মনাক্ত লৈথি লেঙ্‌দনা ।১৬

ফুরেম ঈপাক্ত তিন্নবগুম্না, মগধ কোশল-কেকয়গী
নিংথৌগী মচাহুপী অহম্না, লোয়নবী ওন্ন তিজরৈ মাগী
সুমিত্রা কোশল্যা কৈকেয়ী কৌবী, গুণনা তিন্নবী পতিব্রতাগী
য়েক্লব ওৰ থুংলায পায়বা, দশরথগী শেবান লৈথি অহিং হুংথিনগী ।১৭

বসন্ত কৌবা ঋতুনা, ইন্দ্র যম বরুণ কুবেরগুম্বা
মথৌনানা জগত্ত কাংগুম্বা, নিংথৌ দশরথগী মায় কোম্বা
লাল্গী চোকৃথবা লৈতনবা, পুরক্তুনা মথুংনা হৈরাং লৈরাং পুম্বা
থুংগদ্রে নিংথৌগী নাক্তা, ঋতুগী নিংথৌনা নীংথিবা ।২৪

নোংমদোন্ কোরৌহন্না, অরাং মায়কৈ মৌনিংবনা
সারথি অরুণগী মতেংনা, রথগী শগোল্শু মায়ওন্দুনা
মলয় চীংজাও থাদোক্লম্লুনা, লাকুই অরাং চীংজাও তম্না
লৈচিন্গী মপৈ কোক্লখিহুনা, কাওরক্নে নংলবা অন্নক্না ।২৫

অহানব য়েন্নীড. হুনকৃপা, অনৌব লৈনান হায়দোরকৃপা
লৈয়াংনা পোম্শাংনরুকৃপা, খোইমু-ই মপৈনা পাইরকৃপা
'ক্ষুদগী কোকিলনা খোংলকৃপা, অন্তম্ন মথং মথং ওইরকৃপা
খুদম্গা লোয়ননা বসন্তনা, থুংগদ্রে য়াওদনা অমকৃপা ।২৬

নিজব চঙ্জব হায়জরব খিবিক্লা, মগুণ মথৌনাতনা তাঙ্খিলখিবা
মীগী কামনবৈদমক্ত থম্নিবা, নিংথৌগী লল্বু মনীং তম্ন কংজবা
'হুগুম্না ডাম্নু কাংঙ খোইমু কোকিম্না, বসন্ত ঋতুনা য়োক্লিবা
হৈরাং লৈরাং পুম্বু, কংজরি থন্ থন্দুন অপাম্ অপাবা ।২৭

বসন্ত ঋতুদা শাংলকৃপা, অশোক্ পাম্বেল্ মপান্না
শাবী শানৌশিং-থম্মোকদা, অপাম্ হুংশি ইপোম্ হোৌহবক্ত নত্তনা
পাম্বেল্ অশোক্-মাগী নোরবা, মনাবু নাগী মাচোম্ ওইনা
চিন্দুনা শানৌ হুজাশিংনা, লৈহল্লি পাথংবু খোয়ম্নাঙনা ।২৮

লৈরাং কুরবক কৌবীনা, পোম্শাংনরুকপত্নু উরগা
বসন্ত মথুংনা মশামক্তা, বনশ্রী কৌবী লোয়নবীগা
শাম্নিম্নবে অমৌব লৈনা, নাচোম্ শেম্লিবাই নীংজিত লৈরা থরগা ।২৯

ঈরাংদ ময়াই কাররী, মহী ময়াই থক্রুবীশিংগী
হুংশাশোয়না ৰৈবদা, মনমহুমক হাররী লৈয়াং ৱকুংলগী
মনম্ তাবদা ময়াম কাররা, খোইমু পয়েং পয়েংগী
পাইশিন্নকৃপা তোংতব চুপ্‌লব, চুমজনা লৈতে পোখাকম্ ৱকুন্
পামেন্দুগী ।৩০

ময়াই কাবী মহী থক্রুবী, ঈকায় শজোয় হাঙ্‌লবী
অপাম্ হুংশিদা হেদো কাররীশিংগী, চান্নবশিংদা খোংলুবী
মখোয়গী খুজীল্ য়াখুল্‌গুম্, "বসন্তশ্রী" মাম্ব খোংলুবী
হুজাগুম্ খোংলুবদৈ কিংশুক পাবীদা, তারকৃপী লৈয়াংনা ওইরি কন্দবী ।৩১

চান্নবন চীথাঙ্গ চীকৃপগী, থান্নব য়াখুল্ চৈনাবু
থাতম্‌ব্রবীনা থাঙ্‌দা শিন্নিবা, পুবা ভম্‌জদে মেথলাবু
মীভহুদা হীকৃথয়রুব কীজোন্নবু,
পুজবমক ভম্মক্রে শেম্‌জিন্নবু
'হুগুম্না কোয়োহন্নবনা, ভম্ব্রম্ব লোইনা লৌথোকৃপ উন্নবু
তোভামতদি মতাংহল্লে 'চীকৃপদ মাবু ।৩২

খোংলবী লৈনা পরেংনা নীঙ্‌থির্বী, হৈনৌদ য়েংপী উরীনা
মলয়া-নামিব হুংশিংনা, য়বদ তনিক্ তনিকৃপী ওইহুনা
কল্লক্-ঘিহৌ য়াওব্রবৈ পুক্কীংবু, মথুম্ মরাঙ্ হৌতল্লি মানা ।৩৩

লৈয়াং মথৈনা শাংলক্লবদা, মনম হারক্লে উমং পুথা
পুক্কীং হুষিথ্রবী তমুহংথ্রবী, হুজানা 'চীকৃপদ লোয় তাঙ্‌বা
খোঙাংগী বাহৈগুম্না, কোকিল্‌শিংনা তারি লোয় তাঙ্‌নবা ।৩৪

উপবনদ হৌরিবী উরীশিংগী, নৌয়ব মনাদা হুংশিংন হুবদা
নোম্লি নোম্লি তৌরকৃপহুনা, জগোইশাবীশিংগী হুইথরকৃপদা
খোক্লিবা খোন্নাং তুংইয়না, খেক্লকৃপা খুংখেকী মওংদা
শারকৃপগুম্বি পুক্কীং হুনা, খোংলবা লৈথোক্রা খুংকী মওংদা
মরক তংতকৃপা খোইম্রুগী মথোয়া, খুংখেকী খোয়োই ইয় শকৃপীদা
হায়নীতভাই লৈতবা শৈশক্ ওইরি, বসন্তনা লাকৃপা মতম্‌শিদা ।৩৫

অপাম্ হুংশি- ঈপোম্ মতোই কাহন্‌বা,
কাহন্‌বা লাইহুয় পোলুহন্‌বা,
পোল্‌হন্‌বনুঙ্গীদ্ থোইন তেংবাংবা,
তেংবা'রৈ মচাক্ ওইবা, গাঙ্গহন্ পেথ লাইহন্‌বা
মতাই মহীবু মথে লাংবী, হুজাশিংন অপাম্বা
মশাবিশিংগা থকুমিন্নমগী, মনম মশাদ চুরবা
থকুল্ লৈয়াংগী মনমা, মাতুন তিমথি ওইন লৈপুনবা ।৩৬

লুরব লাইজন চোমবা, পুথ্রী 'মায়দ শাংপা থবাল্‌না
লাইজ মাবু থোইন কজহল্লি, কজব লাইজবু ঊতুনা
ঙাহু লাব অমোয়া, লাইজ হুংদ কুমহুনা
অপাম্ হুংশি থুংনরি, মথোই কানরি হয় হয়া
কাংঙনা পোথী চেক্লানা, কনক্ মিহৌ চাউহুনা
মথোয়নু মাওনা শানরি, শক্তি নীঙথিব শৈশঙ্কা
কোদোম ঈপোম্ হৌরবী, পুথ্রী লাইজ মহাক্না
থাঙ্‌দৈ থাঙলী শীকংলি, মোমোম লৈবী হুজাগুম্না ।৩৭

মথংলেন্‌গ হুংঙাইনব কংব্রবী, পুক্রীংদ থোইন লাঙ্‌জব্বী
হুজা কনাগুম্বী 'মগুম্না, বসন্তরজনী কোথী মাঙ্‌গংবী
থাজনা থোরকুপ মতম্‌দা, ওইথে মশা তাইকেং তাইবী ।৩৮

নোংমদোয়ক থাজনা, বসন্তনা লাকপা ঊরদা
মায়থোংদ থাংজে ঙন্ লৈচিন্, লোইন ঊজেথোক্‌থিবদা
হায় কজরমদৈ হেয় অমুক্, কজরক্‌না মখৌ শঙ্‌বদা
কামগী লৈমাং তেঙ্গেবু, হায়দৈ হেল্‌হন্‌থি থোবদা ।৩৯

বংশ্রী কোথী মহাক্কী, লৈতেংগী মশক্ ওইরবা
থীগী মনম্ ভাবদা, চাক্‌থংলকপা মজ্জী লৈগুবা
মঙানবু পুরবা লংলবা, লৈথীক্ থরবা মায়থোং পুরবা
থবালগী লৈহুং লৈকাবু, ওইহল্লি শয়াংগী নীঙথিজবা
লাচোম্ শারক হাইজবা, মথংলেন্ পুক্রীং মজবা ।৪০

লাইবক নবা তিলক লৈতেংলা, হুজাগী মায়খোংনা [illegible]
মুরবা কাজল্ মরীক্ মরীকুনা, লৈতেংজবা খোইম্ মইপেনা
তিলক্-পামেল্ কৈরাথক, পরেং পরেং ভংন তোংদুনা
বনগী মালেম্-লৈমন্, কজহন্নি মখোয়না পোইনবু ত্রেয়া ।৪১

পামেল্দ মেচবী ঊরীশিংগী, লৈরাং লক্কে তোম্থিন্ হাইদোকপী
নবমল্লিকা কৌবী লৈরাংমা, নৌরব চীথান্ ঊনা লক্কে থিজোকপী
তোরবা মাতোন্ উত্তুনা, হাইনোক্ মীনোক্ তৌরকপী
মাগী মতোঁদ হুংঙাইজরবা, লবী চৎপশিংগী খল্লোয়বু মীওংপী
মথুং হত্তুনা চিংশিল্লি ঊনারকপী, বসন্ত লাক্লে তোমনা তাকপী ।৪২

ঙাঙ্ লৈনরবা কীজোয়া, নাদ চিথা মরকী মতোয়া
কোকিলগী মেঙ্লব মখোয়া, লাল্মী ওইনা কাম্দেবনা
যৌবনগী হুংঙাইবা পাম্জমশিংগী, পুক্কীংবু মথা পোল্হল্লি নম্দুনা
হুংঙাইবা পাম্বী মুজাশিংগী, ঋতু নিংথৌগী মাথংনা ।৪৩

তোরবা কুচু পুরবী, খোইমুনা থম তোংলবী
তিলক পামেল্গী ময়োয়া, হুজাগী শম্লাঙ্ 'কোয়বগী
মুক্তা পরেংগী মতোঁওয়া, লৈরি পেম্ব লৈতন মেংবগী ।৪৪

ঙংলিবা খোইম্ পরেংমা, কাম্দেবগী কীরান্ ওইদুনা
বসন্ত লক্ষ্মীগী মায়খোংবু, কজহন্নবা তৈত্থনা চাইদুনা
কুঙ্কুম্ চন্দনগী মকুপ্ কুম', লৈরাং লৈরীক্ থি-থিদুনা
হুংশিত্তে পাইখোয়কপা, লৈরিকশিংদুগী লাকলি ভুং ইদনা ।৪৫

থোরী হায়বাগী কথেথক্তা, কম তোংবদ হৈশিংলবীশিংনা
বসন্ত ঋতুনা শাবিয়কপা, লৈরাং পামেল্গী মশাদ তোংদুনা
শারৈব হুংঙাইব ফংলিত্তেদা, হুংশিবগী ওকপমদ কোন্দুনা
শায় শায়না পাম্রিবা থোরীদুব, পায়ব ওম্দনা হীকথনা লৈপ্রে
ঊরীওবী পাখোয়া ।৪৬

"ওইন চাউবী শাউগন্‌বী হুজাথোয় !, শাউনহু ওইনহু অরেম্বং
পুন্‌শিংদা সিঙর যৌবনসে, লাক্লরোই 'মূক হয় নথোরবা"
কোকিল্‌শিংন 'শুরু শক্লকপা, হুজাশিংনা তাহুন থম্মোরবা
বসন্ত-ই চাক্লবা উমং-লৈকোম্দা, শান্নরি হরাউ-ইপোম্লা ।৪৭

খভু নিংথৌগী মতৌগুম্বা, মায়থোংনা কামদেববু ওমজবা
মালেম্ নিংথৌ দশরথম্বু, লোয়নবীশিংগা খুভুগী হুংঙাইবা
ইপোম্ হৌমিন্নকরগা, চৎকে থক্লকুই শাদানবা ।৪৮

চেন্‌বা চোংবদ মক্ল থীঙ্‌বা, অচেন্ন শজীন চিংবদা থুৎচুবা
কৈ নোংশাগী অশাউব থঙ্‌বা, নারক্ শীংলক্ক বাব থাঙ্‌হৈবা
পূন্নমকসি মৃগয়াদ কংভি, অসি থন্দুনা মঙ্গী অয়াবা
মেৎপ তৌদনা য়ারবদা, নিংথৌনা থোরকুই শাদানবা ।৪৯

মৃগয়া লাকপা মতম্‌দা, উমং বামংগা চুনরবা,
কীজোল্‌মক্কা শেন্তুনা, কলব লেংদ তেন্ন থল্লবা,
তেন্দোং নীঙ্‌থিনা য়ান্দুনা, শগোল্‌গী উফুম 'তিয়া পুম্বা,
কুপ্‌শিল্‌হন্দুনা থোরকুই, শাদানবা নিংথৌ অচৌবা ।৫০

মনগী হৈনা লৈনাগী পয়েংনা, শমদ কোয়ন পুন্দুনা
শংলবা উনাগী মচু মাল্লবা, ফুম্নিৎনা হকচাং য়োমহনা
লাকুই উমংদ নিংথৌনা, শগোল্‌গী কৈজোং থোঙ্‌থাংনা
মাইম নীঙ্কি হাইন হয়া, লাকুই কক শজীগী লমদ 'শুয়া ।৫১

মনগী লাইরেম্বীশিংহনা, কুংলব উরীরক্ক লৈশিন্দুনা
থোইমুশিংদ মীংকম্ থম্‌হনা, মহাকী নীঙ্‌থিব রাজ নীভিনা
প্রজাগী পুক্লীং তক্লংপা, মীতা তাব ফজরব অজগী মপাম্নিনা
উমংদা লাকপা অক্লব, মুনা মুনা য়েংজৈ অপেনব লৈভনা ।৫২

চৈস্থুপ. পায়বা শাদাবশিংনা, শাহুই সজ্. লোয়ননা,
হঙ্গংহন্দা চংপহু উবদা, হয়ান চিঙ্গী লৈপেগী কিবনা,
চঙ্বা মকম্নি খন্নুনা, চঙ্খি মায়দৈ 'লোমলা নিংথৌনা,
শগোল্গী থুদোং চারবা, ঈশিং হোঙ্বা লৈমায় চোত্তবনা
শজী শঙাই শন্নংনচিংবনা, চংলিবা মকম্নি হঙ্গং হন্দানা ।৫৩

থবাহানা সনাগী মচু, যেমায় মচুগী নোংথাংগুবা
চুম্থাঙ্ লীকং পায়থগুম্না, পায়থত্নুা নিংথৌগী চুম্থাংগুবা
লীকং পায়দুনা চঙকুই, লীয়ীগী খোঞ্জেল্ তাবদ হৌরবা
নোংশাশিংন শাউদুনা গঙ্ডি, অকিবৈ মশক্ কংলবা ।৫৪

অসুম্ তৌরিঙৈ মতম্দা, শজি মপৈ অমনা,
মচীম্ মচীন্দ কুশগী মতোল্, লাকুই শঙুপ্ শায় শায়দুনা ।
মরাই কারব কৃষ্ণসার, শজী লাবশিংদুনা
মপৈদুগী মাঙল থানা লাকুই, মমা-ই মথোম্ থকদবৈ, শজী মচাশিংদুনা
মমাশিংনা চংপহ খুরৌ চেল্লি, অসুম লাকুই মপৈদুনা ।৫৫

মচু উবদ নিংথৌনা, তেন্দোংদৈ তেল্ অম ছত্নুা
তেজা থোংন থোংনা, তাম্ররকুই মথোয়গী ভুংদ কম্না ।
সজ্ কায়দুনা ঈচায় চাইনা, চেমরকুপ শজীশিংদুনা তথল্লা
য়েংঙকুপা মীৎয়েংশিংদুনা, কম পূব উথ্রে ঈশং শংনা ।৫৬

ইন্দ্রগী মতৌগুম্ কল্লবা, দশরথ কৌবা নিংথৌনা
থৌরব তেল 'ম ছত্নুা, শজী লাব 'মদ তম্মকুই মপা চানা,
মাগী লোয়নবী শজি 'মোম্দুনা, শজী লাবদুবু ঈথোক্নুা
ময়ক্কা মামা লৈখি চপ্. লেপ্তুনা, মাদু উবদা নিংথৌনা
হুংশিবিবনা থম্মোয় থুম্খিদুনা, তেজিংব তোক্খি নিংথৌনা ।৫৭

অতৈ অতোপ্প শজীশিংদা, তেল্ চীঙকুপ মত্তম্দা
তংঙক্ তংঙক্ য়েংঙকুপা, মথোয়গী মতৌ উবদা
মযীৎ মনা তথকুপী, হায়নীংব হায়ভম্দবী মুক্তাগুবীশিংদু উবদা
নাকোং মক কংন চিংগুব লীয়ীদু, মারক্তে হীকৃথরে খুদুম চেৎন পায়বদা ।৫৮

অহুগী ভুংদা নিংথৌনা, কোন্‌ং লৈখোম্নগী কাম্‌কৃপা
থোজাপ. কম্না চেহোক্‌নরকৃপা, লম্‌ওকৃশিংনা থাংনরকৃপা
মথো'গী শাংলবা লীক্রম্‌চু কাম্‌দনা, হৌরকৃই ভু'ইরন তারকৃপা
মথোয়গী মচীন্দৈ তাহৌবা, অশায়বা চথোম্‌ মচেংপু উরকৃপা
মতম্‌চুদা থঙলে মথোয়গী লৈকম., লৌশি'নি অঙকৃপৈ অঙকৃপা ।৫৯

শগোম্বক ভোংন ভোংন থজিক্কং লুকৃথরপ. তৌরগা, থৌজিলকৃই ওকৃশিংছু তম্না
মঙক্‌ মশোং হাইগম্‌চুনা, লম্মোকৃশি'ছুম্‌ ফুজিল্‌কুই নিংথৌ তম্না
তেল্‌ কাপ্পপ হৈশি'লবা নি'থৌনা, কাপ্‌শিল্লি উপাথীগা পান্ননা,
তেল্‌শিংছুনা মকৈগল্‌শি'ছুব, উপাথীগা পান্ননা লেংশিন্‌খি লোইনা ।৬০

খাং চাউরবা লম্‌ ইয়োই অমনা, ফুজিলকৃই দশরথ নি'থৌ তম্না,
লীরী কম্না চি'লগা তেল্‌ অমথক্‌, মীংলুমক্তদা থাবকৃই নিংথৌনা
তেল্‌তুনা 'মুক্কী মতীক্‌ থুনা পাইশিন্‌খি, ইয়োই মশাদৈ কাওদংখিদ্রনা
ইয়োই অহুৱ তুংলম্নগা, মশাদা ঈ মমীক্‌ 'মত পক্তনা
কাইনথ'দা তাবকৃই লৈমায়থক্তা, তপ্ন তপ্ন পোথারকপতুম্না ।৬১

অকল্‌ অরীং শীংবশিংবু নম্‌হংপা, কল্লব নিংথৌ দশরথনা
শামু গঙ্গাশিংগী থাঙশাং মানবা, মচীশিংছুবু ক্ষুর মচীন্‌ শাব তেম্না
কক্‌থং কক্‌থংপিছুনা, মকোক্‌ পুবগী অক্কথছুনা
থাহল্লম্বহু কোক্‌হন্‌খি 'হুগা, মথ্বায়বুদি লৌবিদে নি'থৌনা।
যেক্লবগী নাপক্তনি থাঙতম্‌দবা, যেক্লবৈ পুন্‌শিবুদি মাঙ্‌হন্নীঙ্‌দে মানা ।৬২

অকিব লৈত্তবা নিংথৌনা, তৌথিবা অভ্যাসগী শক্তিনা
খুংথুবা-শাফু কনবনা, চৌঙ্‌ত পাম্বাগী মশা 'মম্‌তুম্না
চীংহুং লোকৃহুংদৈ ফুজিল্লকৃপা, নোংশাশিংগী কাথোরকৃপা মমাদ তেক্তনা
থল্‌হন্‌খিছুনা উম্‌শিনব, মাহন্‌খিদে লৈহন্‌খি চপ চপ্‌ লেপ্পী"।৬৩

লোক্রং-কুঞ্জদ কুন্দুনা লৈরিবা, নোংশা 'মোম্‌শি'বু মাঙ্‌হন্‌গে থক্তুনা
মঙ্গগী মতৌঙম্‌ ফংলবা হৌরবা, লীরী থীঙ্‌দগী মথোম্না
মথোয়বু শাউনংহক্লাম্ন, "শাগী নি'থৌ" হায়বগী নিংথৌ থবকীম্না
কল্লকৃহন্‌বনি নিংথৌ মহাকৃপু, হাংনীঙবগী নক্তে মথোয়বু লোইনা ।৬৪

কম্বুংস বংশগী মৈতাক অয়াবা, দশরথ নিংথৌ অকনবা
শাম্ মযাম্ লাংলুবগী, থোয়রবা পুনীনা খজ মুক্তানা
পক্লা লৈরবা মোংশাশিংবু, শামুলীগি কুইরবা মেরুথশিং লানবা
হাংলগা লাম্না সহায় পীবা, শামুশিংগী লমন্ শিংক্তি নিংথৌনা ।৬৫

করিশুবা মকম্দন, চমরমৃগশিংগী, মতুংদা তাইরে শগোম্ কমা
তা মচীন্ শাবা থৌরব তেন্না, মশা পোকৃহন্দনা নিংথৌনা
মথৈ তৌরবা চামরশিংবু, কক্ কক্লা থাদথি মহাক্না
নিংথৌশিংগী অতৌবা পে চামর মুমগুম্, মুলগা পোথাম নিংথৌ হৈংনা ।৬৬

করিশুবা মকম্দনা বাহোংশিংনা, শগোল্গী মমাঙ্দা-পারবৈরে হন্দং হন্বা,
অহুম মখোয়গী কাদোক্লবা, মথৈশিংদু উরগা মখোয়গী মশাদা
তেম থাথিদে নিংথৌনা, হুংশি লৈপুমরিতৈদা
চামবীশিংগী শন্নাংনা, ইচাই চাইনা তারকৃপদা
শন্নাংদা থেংপা লৈরাংনা, তোঙাল্ তোঙাল্ তারকৃপদা
চামবীশিংগী ওইবা কীবমু, নীঙ্শিংগক্লা মখোয়মু উবদা
তেন্না থাব ঙম্থিদবনি, নিংথৌনা বাহোংশিং অহুদা ।৬৭

ঙংলবা লীক্লান চোংলব, পামেল্ মনাশিংগী মরক্তগী
কাওদোমক্লা শীংলকপা, নামিব হুংশিংনা মৈবদগী
মৃগনাগী চংলুবগী বাবনা, তারকপা হবা মরীক্পু মায়দগী
হুংশিংনা থৌগল্ তৌবগুমা, চৈগথোকৃথি মীঙ্থিব চাক্লংদগী ।৬৮

মতৌ অসুম্না নিংথৌ দশরথনা, মন্ত্রীশিংগী মথুন্তা হেক্ হেক্ শিম্নরমদা
লৈপাক্কী থবক্পু মতম্ 'মাথদা, মৃগয়া চৎপদা হৈনথিজুনা অতৈ মাথনুপা
তিম্নকদনা মৃগযাত্রা পুক্নীং চঙ্খ্রে, তিমকবৈ মতৌগুম্ হৈশিংবীশিংগা ।৬৯

নোংম কনাম্ কনাম্ মাওদনা, হৈনা লৈনাওনা শেম্নব শক্যাদা
চেপ্লা অহিং লেপ্লমি নিংথৌনা, বনগী উনাহীদাকশিংম তৌকগুম্ অহিংদা
থাওমৈ পরেংনা পুমজান্ চাদি, শক্যাগী মায়পৈ পুক্না ।৭০

অহুগী ছুংদ নোংঙাজক্রবদা, শামুশিংনা পাক্রবা মনাকোংনা
চায়ক'দা ছুবগী মথোয়া, নোংঙাজমদাইগী পু'খোল্ ওইখিহুনা
নিংথৌ চেজদগী লেঙথংলি, নোংঙাজমদাই মাকায়রোল্ মতৌগুম্বা
বীণা মাগীগী খোজেল্‌গুম্বা, উচেক্‌শিংগী মুংশিবা নৈশক্ তাহুনা ।৭১

রুরু শজীশিংগী ভুংইয়য়কুপদা, শগোয়া কয়া চেলকুপনা
খোঙলোয় ময়ায় উনহৌদনা, থম্না লৈরবা মুনি ঋষিশিংনা,
তপসা ভুয়েলগী মপান্দা, থু'ওয়ে নিংথৌ দশরথনা,
শগোল্‌শি'হু বামন্‌থিহুনা, ময়াদগী কোজোল শিহথি লোইনা ।৭২

তপসা ভুয়েল্‌দগী ঈশিং শোক্‌পগী, চফু থন্‌বগী মথোয়া
ভুয়েল্গী হাইগৎলক্লনা, নিংথৌগী নাকো'দা থু'ওয়ে হৌনা
শামুগী মখোল্ ওইয়বোই খন্দুনা, শব্দভেদী তেনব কাপ্‌খি নিংথৌনা ।৭৩

শামু লম্‌শা হাৎপদি, নিংথৌশিংগী শাস্ত্রদা য়াওদবনি ।
অহুবু দশরথ নিংথৌগুম্বনা, নিয়মহুবু থৌওইদবসি অওক্‌পনি ।
অহুগা থোইনম্মু ওক্লীংঙাই লৈতেদো, জ্ঞানী মনিম্মু থাংজিজিবনি
মথোঙ্বু কত্তবা লম্বীদা, মসি রজো গুণনা হেয়া লাক্‌খিবদগীনি ।৭৪

শব্দভেদী কৌব তেল্ অহুনা, ভুবেল্ মথা হেক্ মৌথিবদা
লীনা থম্না হৌরবা, অশোঙব কুম্ভ অমদা
লৈরম্বা কনাগুম্বা অমগী, "হা পাবুং ।" হায়না তাবদা
অবাবা চৈনা কংবগী থোম্বোক্ ওইবা, কৌবকুপা থোঞ্জেন্ তাবদা
নিংথৌনা চেহথিত্তনা য়েংবদা, তেয়া থারবা মশাদা
ঋষিমচা অমনা চফু'থক্কা, ভুহুনা লৈরবহু উবদা
নিংথৌ মাম্ম তাশোয়া, থিন্‌বগুম্ ওইথ্রে থম্মোয়দা ।৭৫

ফাওরবা অচৌবা শাগৈদ পোক্লবা, অচৌবা নিংথৌ দশরথনা
শগোন্দগী থুনা কুম্‌থহুনা চফুথক্ক লৈরিবা ভুহুনা ভুমিন্না
ঋষি মচাহুদা পরিচয় হংবদা, বাহৈ মচেৎ মচেৎনা
অম্মা হায়রকই নিংথৌদা, ঐদি পোক্‌পনি ঈমা শূদ্র নিংভোয়া
বৈশ্য ঋষিগী মচানি, ঈশিং শোক্‌পা লাক্‌পনি ঈপাগী মাথংনা।৭৬

ঋষি মচানা 'হুয়া হায়রবদা, মশাদগী তেল্ অহু হুকোক্লা
মমা-মপাগী মকম্ তায়া, পুরকই অঙাংহুবু নিংথৌনা
মমীৎ উত্রবা অহল্ 'নীতুগী, অমত্তা তায়জরবা মচাতুনা
ওইরিবা মশাতু 'তুগা নিংথৌ মশানা, তৌথিব পুন্না থঙ্লতুনা
ভস্মকই নিংথৌনা অনীতুদা, মশানা তৌথিবা অরাবা লোইনা ।৭৭

তপস্বী মতৈ মনাওতুনা, তম্লিরবা বাসি তাবদা
কপ্পুনা লৈথি য়ায় কুইনা, তেল্বু কাপ্থিরবা নিংথৌতুদা
তেল্ ছত্তোকউ হায়না য়াথং পীথি, নিংথৌন ছৎপা মতমতুমক্তদা
ঋষি মচাতু থবায় থাথি, মীত্তগী তারকপা পিয়াংবু খুত্ত লৌরগা হুংতুদা
তপস্বীতুনা তৌরকই শাপ, দশরথ নিংথৌ-ই মফমদা ।৭৮

নিংথৌ ! নংসু অরোইবা পুন্শিগী মতাংদা, ঐগুম্ন নচা কায়নবনা
মতুগী কায়ন মৈচাক্লা, নথ্রায় থাব ওইযুকো শোয়দনা
'সিগুম শাপসি ফংবদা, কোক্ত থোঙ্‌ন নেৎপুবা মহ য়াওত্রবা লিল্‌গুম্না
হায়রকই খুং অনী লোয়না, মরাল্ লৈরবা নিংথৌনা ।৭৯

তপস্বী ! হৃ'ঙাইজরে চান্‌বিবা, 'সিগুম্বা থৌজান্‌সি পীনবিতুনা
ওসি ফাও' ঈচাগী মশক্ উজত্রি, মক্তগী শীঙ্না চাক্লবা মৈনা
থোইদোকপা য়াব লৈমায়বু চাকথেক্লগা, মহৈ মরোং পোকপে শক্তি পীবগুম্না
তপস্বীগী অভিশাপ অসিনা, ঐতোন্দদি বরনি পীখিব মুংশিতুনা ।৮০

শাপ ফংলবা নিংথৌনা, ঋষি মতৈ-মনাওদা হায়রকই 'হুয়া
খুদক মথ্রায় লৌবা য়ারবা, হুংশি থঙত্রবা লাইবক থীরবসিনা
অহীগী কয়ি তৌজৌ হায়বগে, নিংথৌনা হায়রবদা 'হুয়া
ঐথোয় অহনু থাদোক্লবা, মক্তগী শীঙ্ শেম্ম নংনা ।৮১

অহৃগী তুংদা নিংথৌ কপয়কনা, মনাই থোঙ্লোয়শিংগা লোয়মনা
যজ্ঞগী পীড. টৈপহনা শেয়গা, মুনিগী মচা হাংনুবৈ কৎথ শাপনা
নীঙ.ব পূৰা কাবহুনা, হয়ক.ই অযোধ্যা কোম্ভং তম্রা
বড়বানল কৌবা মৈহুনা, ঈপাকুম্হুংদ লৈবগুম্বা চাকূনা
মপাগী থম্মোয় ঈপান্তুংদা, লৈথি চাকূনা মুণিগী শাপনা
মপাগী মাঙ্লনবগী শাপতুৰ, কাওবা লৈথিদে অহিং হুংথিদ্ নাইদনা ।৮২

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কানাচাঁদনা মণিপুরী লৈয়েংদ ছন্দোরূপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী মাপল্তুবা সর্গ লোইরে ॥



# তরাশুবা সর্গ

ইন্দ্রগ মান্ননা মতীক্ চাউরবা, চাওখৎপ পূক্না ভিন্নবা,
দশরথ কোৌবা নিংথৌনা, পুক্না লৈপাক্কী শাসন নীঙথিবা,
লেজকুই চহী অযুত 'ম ফানা, অহুবু "পিতৃঋণ" লবণ কোক্লবা,
'মাবগী 'মথলি কোক্লবা, মচাগী মতান্দি কংথিদে করিগুম্বা ।১-২

মচা কংবা হায়বসি নিংথৌনা, ওইজ্রদে করিগুম্ব মরম্ উপায় 'ম থাওদনা,
নৈত্রিতৈগী মাঙ্.দা রত্নগী থো', ওইরবা ঈপাক্লা রত্নহুব্ উদনা,
মতম্ লেজকুপহুগুম্না, মতম্ লেজক্লি কুইনা থানা ।৩

ইন্দ্রিয় থুজম্ চলবা, ঋষ্য শৃঙ্গনচিং'ব ঋষিশিংনা,
মচা পাম্জরব নিংথৌন হায়জবদগী, পুত্রেষ্টিযজ্ঞ লিংথংখি নীঙথিনা ।৪

অসোম্দ 'স্বয় তৌরিবৈ মতম্দা, কালেন্গী চাক্লবা মৈশানা,
লৈকম্ থঙ্গ্রবা যাত্রিকশিংনা, উকম্ চাউন তায়ব উথাদা চঙ্.হুনা,
পোথাকম্ খিরকুপহুগুম্না, পৌলস্ত্যগী মচা হিংচাব রাবণনা,
থীনা ওৎপিরব লাইয়াম্না, চঙ্.জখি নারায়ণদা নোজুক্লা ।৫

ক্ষীর সমুদ্র মপান্দা, লাঙ্গাম্না থুংলরবা মতম্দা,
ভগবান্ নারায়ণ বিষ্ণুনা, লেঙথংদি লৈবহৈদে যোগ নিদ্রাদা,
থবক্ পাঙ্.থোকৃহন্ন মীশক্ল, অপন্ন লৈতন উনরবদা,
থবক্ থৈহে যান্ন হায়বসি, চিংনীঙাম লৈক্তে করিগুম্বদা ।৬

অনন্ত শেষ নাগগী, শয্যাথক্ত চেপ্লিবা,
মতোক্ লিশিংগী মণি মঙাম্না, পুন্নং লং'ন লৈরিবা
'হুগুব নারায়ণ বিষ্ণুবু, উথি লাইয়াম নীঙথিবা ।৭

থরাতক্ত কবী লক্ষ্মীনা, কীজোল্ মচিনা কুপ্লবা,
মতম্বাক্ 'থক্ত চরণ 'মীবু, থম্নগা থোইন থোংলবা,
থুং অনীনা পায়দ্না লৈরি, তৌরি চরণগী সেবা ৮

ফুগাইদন শাংলব থবাল্ লৈনাওবা, মিন্না নীনা মাগী ওইরবা
অনৌব মুমিংকী মচু মানুবা, সন্না কীগেনা থাঙ্‌দা থোক্লিবা
শরৎ ঋতুগী অমুক্ প্রভাতকী মঙোঙম্ মুত্তিনি থোইন নীঙথিবা ।৯

মহাকী মঙাল্লা কংজবা মঙাম্না, থবাক্ শ্রীবৎস মুদম্না,
ভাঙরি লক্ষ্মীগী শকুয়েং থিংশেল্, ঈপাকৈ পোকৃপ কৌস্তুভমা ।
মহাকী পাক্লবা থবাক্ 'য়ামদা, হায়নীঙাম লৈতবা মঙাল্লা ।১০

মাগী মশাঙবা পাম্বোম্ মরিনা, নীঙথিজৈ মথল্ মথল্‌গী লৈতেংনা
অতুনা 'তোল্লা পারিজাত পাম্বী অমা, ঈপাক্ মায়দগী থোরক্লবোই
নীঙ নৈ লাইরাল্লা ।১১

অসুরশিংগী লোম্নবীশিংগী, চায়ক্লংদগী কোক্‌হন্‌থিবা মদরাগবু
'তুগুম্বা মথ্রায় পাল্লবা সুদর্শননচিংবা, থুৎলায়শিংনা লাউরি জয়ধ্বনিবু ।১২

বজ্রনা হোগায়রবগী খুদম্ পুরিবা, গরুড়গা বাসুকিগা অনীনা
য়েন্নবদু অমুক্ তোক্কথনা. খুৎলোম্নবা লেপ্‌মিন্নরি মুংশিননা ।১৩

যোগ নিদ্রাদ লৈকরবৈ তুংদা, মরোল্ 'হন্‌গী মপু বিষ্ণুনা
মগুণগী স্তুতি ভোজরিবা, ভৃগুনচিংব ঋষিশিংবু মুংশিব মীৎয়েংনা
মিন্না থবাল্ অনীনা, য়েংবিরি তরাম্ তরাম্না ।১৪

হিংচাবা দৈত্যদানবশিংবু মাঙ্‌হম্বা, পূর্ব্বংমক্তসু লাম্ ফংদবা
নারায়ণ হরি মঙোন্দা, স্তুতি তৌরকুই বাহৈনা নীঙথিজরবা ।১৫

অহাম্বদা ব্রহ্মাগী মশক্‌ লৌতুনা, জগৎসিবু শেম্বি শাবিথিবা,
বিষ্ণুগী মশক্ লোক্তুনা, জগৎসিবু অমুক্‌ ভাক্‌পিরিবা,
অমুকসু থুগাইবিরিবা, রুদ্রগী মশক্‌ লৌবিরিবা,
শাম্বোন্ অহম্ পুরিবা। থুক্নম্‌জরি জগৎকী তুংনবম্ ওইবা ।১৬

অথুবা নোংমজোন্ লাইজনা, তাক্ক তাকব লম্লম্ থেম্ববনা
মহাও তোঙাল্ তোঙায় পুখঙম্না, অহোংব নাইরবস্থু নহাক্না
সত্ত্বনচিংব গুণ অহম্ থেম্ববনা, শেখ তাকৃপা মাওংবা ওইবনা
ব্রহ্মানচিংবা মূর্ত্তি অহুম্, পুখিরি নহাক্ মথঙনা ।১৭

শক্তিমান্ ওইবা নংনা কয়ামুক চাউবা, গুণ শক্তিদুনা কয়ামুক্ য়াবা
কনাশু তোঙায় থায়দোকৃপা ঙম্দে, নংতনা ঙমি থাইদোক্ থাইজিবা
নংনা করিগুম্ব 'মগী কনাদ হায়জদে, নংতনি জগৎকী হায়জকম্ ওইবা
হায়জরিবশিংদুগী মপূর্ক্কীং থুংহনুবা, নংতম ওইবনি অঙবা ।
ঙম্দে নংবু অয় তৌব কনানা, নংতনা লৈরিবনি ওইরিবনি অঙবা ।
নপক্ নওং লৈত্রবস্থু, মশক্ মওং নাইব জগৎকীদি ওইরি অশেবা ।১৮

জীব থুদিংগী থম্মোয়দা লৈন লৈনা, লাপ্পস্থু লৈখিবনি নহাক্না
নশাদি কয়িমত পাম্দবনি 'হুবু, মহৈ পীবা তপস্যাবুদি শেম্বিরি নংনা
নংবু থঙ্ডি অশিংবশিংতনা, পাপ য়াওদবা পোকপ শিব লৈতবনি হায়না ।১৯

নংদি লোইনা থঙ্ডি, নংবুদি থঙদে কনানা,
নংনা শেম্মি পুম্নমক্পু, নহাক্ নশাৎদি শেম্বনি নশানা ।
নংদি থুাইগী মপুনি, মংগী মপুদি ওইদে কনানা ।
নংদি নথস্তনি অদুবু, লৈরি পূম্নমক্কা নথস্তনা ।২০

শাম তরেংনা শক্তি মশুপবু, ওইরি চেপ্‌ক্কম্ সমুদ্র তরেংনা
মৈরি তরেং লোঙ্বা মৈগী মচীম্নি, মরোল্ তরেং তুংনক্নি নংনা ।২১

ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ, মরিবু পীবা জ্ঞানস্থু নহাক্নি ।
সত্য-ত্রেতা-দ্বাপর কলি, মরিগী মশক্ ওইবা কালস্থু নংনি ।
ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য শূদ্র, মরিস্থু নশাদগী থোক্‌থিবনি ।২২

অয়াম থুত্তম্ পাম্জবা, যোগীশিংনা পুক্কীং-ইন্দ্রিয়না
মশা মশাগী অন্তরাত্মাবু, অতৈ বিষয়দগী হন্দোকৃহন্দুনা
মন্তানুশীত মশক্ ওইনা, থম্মোয়দ দৈরিবা লেঙ্দনা
মহাক্‌পু ধ্যান তৌনৈদো, মাদো নংনি ওইদে কনানা ।২৩

পেকে.পা হায়বহু নপাগীদি লৈতে, অহুবদি লৌই মখাদা
কনাদসু লাহুদে 'হুপ্ত মাঙ.হল্লি, য়েক্লয়বরু নংঙোন্দ নখানা
যোগ নিদ্রাদ লৈবিরবসু, ঈহৌত হোগত্তুনা লৌয়িবনি নংনা
অহুনদি নংগী অশেংবা নশকপু, জগত্ত থঙগনি কনানা ! ।২৪

করিশুষ অমশুদ পুক্লীং চঙ.দনা, রূপ-রসনচিংব বিষয়বু,
ভোগ ভৌবা, তৌগ্মদব তপস্য। তৌবা, তৌরি নহাক্লা পুন্নমকসিবু
নথন্তনা য়োক্পনি, অস্নুক্ থাম অচচ্ছত্তশিং অসিবু ।২৫

থেক্লা কোইনা মকম্ খুদিং য়ৌনা, চেন্নয়বসু গজানা,
ঈপাক্ত অহুম্ মত্তারবগুম্না, আগম নিগমনাচংবনা,
নঙোস্তদা অহুম্ মত্তারকুই, নংবু ফংনব লম্বীত তাক্লম্মি মখোম্বনা ।২৬

তৌক্ল তৌক্লব কর্মগী মহৈবু, নঙোন্দা লোইনা কখোক্তুনা
নঙোস্তদ থম্মোয় পুক্লীং চঙহনথ্রবা 'তুগুম্বা সন্ন্যাসীশিংস্থুনা
সংসারদা অমুক্ হয় পোক্তনবগী, পামজরিবা লম্বীদসু পীবনি নংনা ।২৭

নংনা শেম্লিবা উরিবা মীৎনা, লৈপাক্ ঈশিংনচিংবসিগী
তত্ত্ব পুম্বা থঙঙমত্রবদা, ঋষিবেদ চিংবনসু পাম্বৈতন থাখলগী
লাম ফংবদ বারব নংহ্, করম্ম থঙ.গান শক্তিনা কনাগী ? ।২৮

নংবু নীত্তশিংজবশিংগী, শেংদোক্পি নংনা থম্মোয়বু
অহুনদি নংগী দর্শন শ্রবন, কীর্ত্তননচিংব তৌজরিববু
অরাংব থাক্ত থম্বিহুনা, মনা ফংজরিব মহৈবু
ঙম্থৈ নাইদে হায়নরি, অচুম্বমক্লি থঙজে অ.সবু ।২৯

ঈপাক্ ঈহুংগী মণিগুম্না, ছুম্মিংকী মশেক্ মঙালগুম্বা
পুক্লীংনা চীময় য়োঙম্‌দবা, নগুণবু মপান্ নাইত্রবা
স্তুতি থয় তৌজবসিনা, করম্মা লোইগান শক্চবা ।৩০

কংস্রিব-কংশরখা লৈত্তে নংগী, অচুর্ পোক্পিরি কর্মগ্নু ঔবিরি
মাসি জগৎকীরব্রি হায়বসি, খঙ্গরবনি খঙ্ন্নু খঙ্নরি ।৩১

অসি কাওবা হায়জরগা ভুনিন্ লৈজরিবসে, নগুণ লোইহ্নে শক্তিংঙাই লৈত্রে,
হায়জব নত্তে লৈজত্রে শক্তি, হায়জবগী জ্ঞানগী শক্তি লৈত্রে
চৎপ লোইরোইলোবা লখী চৎপগী, পোথাজবনি মথা তাজনিংঙাই লৈত্রে ।৩২

লাইরায় 'গুয়া হায়জক্নুনা, নারায়ণবু পেলহন্খি থোইনা
হায়জরিবসিদি স্তুতিগান নত্তে, নারায়ণগী মূর্ত্তিবু শাগৎপনি জেবব থরনা ।৩৩

নারায়ণনা মঙলগী মবা মপাউ, হংবিরক্রবদা লাইরায়
চান্বিরে খঙ্হুন হায়রকুই 'গুয়া, নারায়ণ ! খঙবিরি লোইনা নঙ্না
হিংচাবে মশক্ লৌহুন ঈপাক্রা, ঈথক্ ইপোম্ হৌরকপমব ভজনা
লৈকম্ খঙ্ত্রে কিবনা লোইরে, চঙজরি 'হুনা কন্বিয় হায়না ।৩৪

লাইয়ায় হায়জব লোইরব ফুংদা, শ্রীনারয়ণ হরিনা
চীঙহুং লোয়্ংদা খোঙ্গাং ঘৈথ্রবা, ঈপাক্ ঈরাওখোল্ নম্হল্নুনা
লুয় লেয়ব খোঙ্গাংনা, লাইয়াম্দা হায়রকুই অগুয়া ৩৫

পুরাণ পুরুষ কবিগী, ময়েক্ খোঙ্গোক্ তোঙাল্ তোঙাবগী
থোয়কপী শেংলবী তায়ভীনা মহৈ রাজর্ষি সরস্বতী কৌবগী ।৩৬

বিষ্ণুগী রাথক্-রাথাগী মশেক্কা, লোয়ননা থোয়কপী বীণানা
গঙ্গাগী লাইজঙম্ লুথিবনা, চরণদগী শিহয়কপ গঙ্গাই শরুক্কা
থক্রোম্দে শিহয়কপঙয়া, ঊনখি শিহয়কপা ওইনা ।৩৭

ভগবান হায়রকুই লাইয়াম্গা ! সত্ত্ব, রজ গুণ 'নীবু তমোগুণনা,
নম্হল্খিবগুম্ হিংচাব রাবণনা, লাইয়াম্ নথোয়বু শম্ত্রে নক্কংহুনা,
মাহ্ন খঙ্ডি ঐহাকুন্ন, তৌরিব পুবসে জশেংনা ।৩৮

খঙ্‌হৌদবা-মশক্ খঙ্‌দবা পাপ্‌না, সাধুশিংগী থম্মোয়বু চাক্‌হৎখত্তুনা
হিংচাবসিগী অত্যাচারনা, ময়োল্ অহম্ ঐগী বাহঞ্জি শাখিনা
মাহ্ খঙ্‌জি ঐহাকসু, তৌরিব 'পুখসে তশেংনা ।৩৯

সুররাজ ইন্দ্রগা ঐখোয় 'নীগী, প্রজা য়োক্‌পৈ থবক্‌সিদা
খেন্নব লৈত্তে মখা 'মতনি, ইন্দ্রন 'মুক হায়জখম পোক্কে সিদা
হুংশিংনা মশানা নৈদগী, মতেং কংবদি হৌনশানি খুৎশেম্‌দা ।৪০

তপস্যা তৌবা মতম্‌দা রাবণনা, মাগী থৌরব থাত্তশাংনা
মখূৎনা মকোক্ মাপন্‌বু, বলিদান তৌখিবনি নীঙায়দনা
লেম্‌হৌবা মকোক্ হুমনা, থাক্‌খৎবনি ঐগী চক্রগী চীঙ্গাক্ ওইনা ।৪১

চন্দন পাম্বীনা মহ্ পুরবা, লিল্‌গী অত্যাচার থাত্তবত্তুনা
ব্রহ্মানা পীখিবা বরনা, নাপন্ন ময়ায়সিগী অত্যাচারবু থাত্তলি ঐনা ।৪২

হিংচাবসিনা অকন্ন তপস্যানা, ব্রহ্মাবু পেল্‌হন্‌খিবনি
তাইবং মীবুদি খোইন থম্মদনা, লাইনা হাৎপা য়াদব নিখিবনি ।৪৩

অদুনা ঐনা দশরথগী মচা ওইনা, পোক্লগা থৌসবা তেন্না
মকোক্ খবাল্‌বু কক্লগা, রণ ভূমিদা দাম তৌগনি শোয়দনা ।৪৪

লাইমাম্ পুরমক্ ! থুনা য়াঙ্‌না, যাজ্ঞিকশিংনা যজ্ঞগী
ভোঙাল্ তোঙায় তম্মক্‌প শক্কো, ফংলগনি শোয়দনা মংগী নংগী ।৪৫

মাগী মাগী তৌরক্‌পা পুণ্যগী, মহৈনা লাইরৈবাক্ নোংমান্দা
বিমান তোংহ্নুনা চচ্চবশিংনা, রাবণগী পুষ্প রথবু উব মতম্‌দা
নোংগী মরুম্‌দ হেক্ হেক্ লোৎপনি, অকিবদো লৈররোই মতুংদা ।৪৬

নল কুবরগী অভিশাপনা, কত্রবা হিংচাবা রাবণনা
কাজিন্‌খিবী লাইরেম্বীশিংহুগী, মশম্ ফাওবা শোক্‌প শম্‌জিবনি মানা
অদুনা হৌজিক্তি অসমা মশাবু, শোক্‌খিজিবীশিংগী শম্নাংবু খোক্‌লিক
নখুৎ নখুৎনা ।৪৭

নোংগী মশক্ ওইরবা হয়িনা, মাকপী মশক্ ওইরবা অনাকুইনা
কংলবা মহৈ মরোংগী মশক্ ওইরবা, লাইমাম্থক্ চুপথিরমলোনা
নোংনা উথিদবক্তম্ 'ভিরাদা, থুপ্থি থুদক থক্তহৌদনা ।৪৮

লেঙ্দবা পাম্বেল্ পরেংনা, মথা মথাগী নৈরাং মনয়া
নামিব হুংশিংকী তুংইরথিত্তম্, ইত্রনচিংবা লাইরামনা
মাগী মাগী শরুক্ 'মমৃমা, চৎনথি হয়িগী তুং ইরনা ৪৯

অসোমদা দশরথ নিংথৌগী পুত্রেষ্টি যজ্ঞনা লৌইরবদা,
বিষ্ণুগী অবতারগীদমক্তা, সনাগী পাত্র অমদা
নীঙথিবা চরু থম্না হাপ্লগা, গুরুরব মখায় রেংথদা
আদি পুরুষ ভগবান্গী, তেজগী মশক্ ওইরব।
শজোম্গী চরুনা থলবা, পাত্রব খুৎ অনীনা পাম্বরিবা
থোরকুই দিব্য পুরুষ অমা, মৈমক্তী মভোওয়রবা ।৫০—৫২

ঈপাক্ হুংদৈ চো'থোরকপা, অমৃতব্ ইত্রনা লৌবগুমা
প্রজাপতিনা থারকপ নিপাত্তুনা, পুরকপ চরুত্তুব্, লৌই নিংথৌনা ।৫২

মরোল্ 'হম্গী মপু বিষ্ণুনা, দশরথগুম নিংথৌগী ঈদগী
মচাগুম পোক্পিগে নীঙ্বসিমক্তা, অতোপ্প মনা ক'ত্মদ্রব গুণগী
খুদম্ অতুম্ মওইরে, জগৎকী অবাব কোক্লনবগী ।৫৩

নোংমজোন্ কোয়ৌ হম্বনা, স্বর্গ মর্ত্ত্য 'নীদ মঙাল্ পীবগুমা
দশরথ কোব নিংথৌনা, কৌশল্যা কৈকেয়ীদ পী চপ্ মামনা ।৫৪

মহারাণী অহল্ কৌশল্যাব্, ঈকায় খুম্নন থম্মি নিংথৌনা
কৈকেয়ী কোবী রাণীব্না, অপাম্ হুংশিদা হেন্নপ তৌনা
অদুনা কৌশল্যা কৈকয়ী অনীনা, মাগী মাগী শরুক্কে শোয়দনা
পীগনি সুমিত্রাদসু থাইদুনা, থম্মি নিংথৌনা অদুমা ।৫৫

কৌশল্যা কৈকয়ী অনীসু, নিংথৌগী পুক্লৈং থঙ্‌হনা
মাগী মাগী শরকৈ তংথাই তংথাই, থাইদোক্লম পী সুমিত্রাব হয়াউনা ।৫৩

শারু-ই চাইরুং 'নীদগী শিন্নরকপা, মরাই মহীবু খোইমু 'মোয়া
চপ্ মান্নন চুপ্‌চব হৈনিংন 'হুজয়া, সুমিত্রা কৌবী রাণীনা
কৌশল্যা কৈকয়ী অনীমক্কী, চুংশিনকম্ ওইথি খোইনব্ হেন্না ।৫৭

অমুত কৌব চুমিংকী মতায়া, ঈশিং-ই মশক্ ওইব গর্ভব্ পুবগুয়া
নিংথৌ দশরথগী রাণী 'হুয়া, প্রজা পুম্বগী মঙ্গল পুরওয়া
হরিগী অংশ অহুমু পুথি, মতম্ 'মতদ চপ মান্ননা ।৫৭

রাণী অহুম মতম্ মতদা, গর্ভব্ পুরকপ মতম্‌সিদা
মায়থোং অহুম ভৌরুনরকপদা, থুপ্তুন থম্বী মহৈব্ চুংদা
'হুগুবী মহৈ মরোংগী সম্পত্তিব্, পাম্বীশিংন পুবগুম্ লৌবকুসুংদা
পুহনা হায়নীঙায় লৈতবা, পুথি নীঙথিব মতৌব্ মায়থোংদা ।৫৯

মথীক্ নেম্নব পীরুবা নীঙথিবা, শঙখ চক্র গদা থাঙশাং পায়বা
মূর্ত্তি অমনা গর্ভচুংদা লেপ্পুনা, জীবশিংহুব্ ভাক্তন লৈবা
'হুগুব মঙ্‌ব্ চপ মান্ননা, মঙ্‌থি 'হুয়া হু তাঙ্গজরবা ।৬০

সনাগী মশা কম্বোক্তনা, মতায় মায়গৈ পুম্বা শীরুংনা
অমুবা নোংগী মপৈ মপৈব্, চিংশিন্দুনা পাইরকপা গরুড়না
ঊথি মঙ্‌দা রাণী অহুম, মতম্ অমতদা চপ্ মান্ননা ।৬১

খোয়াং 'নীগী মরক, কৌস্তুভ মণিব্ রাম্বহন্দুনা
মশেক্লা হাইদোক্হন্দুনা, মায়গৈ পুম পুরুং লংহুয়া
মহা লক্ষ্মী কৌবী লাইরেম্বীনা, খুত্তা থম্বাল্ পায়দুনা
তৌব সেবাচু মথোয়গী, উরম্মি মঙ্‌দা রাণী অহুয়া ।৬২

সপ্তর্ষি-ঋষি তয়েৎনা, নোংমদোন্ গঙ্গা মন্দাকিনীদা
স্নান তৌরগ বেদগী মন্ত্রনা, মথোয়গী স্তুতি তৌরম্মি মঙ্‌দুদা ।৬৩

রাণী 'হন্‌গী মচান্ মচানশী, মঙ্‌গী বাক্কু তাবদ শিথথোনা
থোইনবু হয়াউবৈদ পুক্রীংদা, জগৎ পিতাগী পিতা ওইনা
জগৎপিতাবু মচা ওইনা, কংজবদি খজি থৄাইদৈ হেৎনি হাক্তনা ।৬৪

মক্‌ব লাইজ ঊহুংদা, থাজগী মথিনা লৈবগুম্না
অনীতত্রব নারায়ণ হরিনা, থাইদোক্লগা শরুক্ মরী থোক্না
রাণী 'হন্‌গী নাউয়োম্‌হুংদা, থুগুনা লৈথি মচা শানা ।৬৫

অহিংদ হীরাই-হীদাক্ পাবীনা, তগুপ- তরেংনা পুম্নং লংনা
অমম্বু হাইদোক্‌খিবগুম্না, মপুরোয়' নীংবী কৌশল্যানা
নীঙ্‌খিজ মচানিপা 'মবু, পোক্‌ংখি ফজবদ প্রমাণ লৈতনা ।৬৬

মচাগী ফজব শাওং শাদা, মায়থোংবু ঊবদা দশরথনা
জগৎকী অহাব মঙ্গল ওইবনা, মচাবু থোক্লি শ্রীরাম হায়না ।৬৭

মহাতেজ করবা, রঘু শাগেগী থাউমৈ ওইবা
অঙাংচুনা পোক্‌পদা, মহাকী মঙাঙন লংলবা
বাজোহংগী থাউমৈপুবা, ওইগুম্ তৌগে মঙাল্ মাওত্রবা ।৬৮

অঙাং পোক্লব তুংদ কৌশল্যা, মমাও- কংথে, থোইদোক্না
মনাক হীমদি শয্যাদ রাম্‌না, তোর্ব্বান সেক্তাদ হৌব থবাম্না
পূজা-ই লৈরাং ওইনা কংথ্‌রবী, তৌবগুম্নি শরৎকী রাজংবী গঙ্গানা ।৬৯

ভরত কৌব নীঙ্‌থিবা মচাবু, পোক্‌খি কৈকেয়ী রাণীনা
"নোঙ্‌কুপা" ন ফজহন্‌গুম্ সম্পত্তিবু, ফজহন্‌খি রাণীব্‌ মচানা ।৭০

নীঙ্‌থিনা তম্‌লয়বী বিদ্যানা, "জ্ঞান"গা "নোঙ্‌কুপ"গা 'নীমক্ পীগুম্না
সুমিত্রা কৌবী রাণীনা, লক্ষ্মণগা শত্রুঘ্নগা পোক্‌খি ফাইথোক্ ওইনা ।৭১

মালেমসি চাক্ তাঙ্‌ব লৈতবী ওইখ্রে, নাদ-মেজবনচিংব ভুগনা থনখ্রে
লাইরৈবাক্না মালেমথক, কুম্থরকথোই নীঙ্‌নখ্রে ।
লাইরৈবাকুস্ হরিগা লোয়নরক্লে হাপনখ্রে ।৭২

রামনচিংবা শারোঙ্ মরিদা, নারায়ণনা মর্ত্যদ লেপ্ত্রবনা
উকুল মরীক্ 'ম থাংদন শিংলকই, মুংশিংনা মালেম্ শব্রসিদা
রাবণবু কিজরবী মাবগৈ পুম্না, অকব মপুরোয়-ক'জবসিনা
থিংজব মুংশাশোর হোম্বরক্লবোই, ভাজনথি মকম্ মকম্দা ।৭৩

মৈ পুম মৈথু থাংনখিদ্রে, ফুমিৎনা নোংমদোন্দ ভাজক্লি মকারায়া
মকারম 'মুক্ ক'জক্তবশিংসিনা, লৈজরকপগুম্ তোয়ে মনীঙ্ তয়া ।৭৪

রামনা লৈমায়থক্ত হেক্ জারকৃপদা, রাবণগী লুহুপ মনিনা
রাবনগী রাজলক্ষ্মীগী মশক্ ওইনা, তাথি মীংলু লাইজগ লোয়ননা ।৭৫

নিংথৌ দশরথগী মচা পোকৃপগী, মু ভাইরবা উৎসব অতৃদা
পুংশেল্ বন্ন মৈব্ থোংবদি, হায় হৌথি দেবদুন্দুভিন স্বর্গদা ।৭৬

নোংমদোম্বক্তৈ চাইথরকৃপা, পারিজাত লৈরাংগী খুজোম্না
অঙা' পোকৃপগী উৎসবকী হৌনবী, লৈ চাইবচু ওইহনখ্রে মাহুমঙ্গা ।৭৭

জাত কর্ম্মনচিংবা সংস্কার পুম্বা, মথং মথং লোইশিল্লক্তুনা
য়োকচবীগী খোয়াং থক্তুনা, নোংম নোংমৈ চাউখৎলকৃই অহল্না
মচাদ্ন ক'জব পম্জব ক'বগী, নিংথৌগী মুংভাইজবসু হেক্লি অসুম্
অতুম্না ।৭৮

হোমগী মীবু অসুম্ সুম্ হৈরগা, যজ্ঞগী মৈনা চাক্থৎলক্‌পগুম্ অসুম্
বিদ্যাবু মথং মথং তুম্ হাপ্‌'চক্লগা, নোঙক্লপ সুম্ সুম্ হেক্লকৃই অভাং
অহল্না ।৭৯

অমগ 'মগ তিয়দব খতুশিংনা, নন্দন কাননদ লৈখিক্লগুম্ তিয়না
মচীন্ মনাওগী 'মগ মগ মুংশিনবনা, রঘুবংশবু লংহনথি অমুক হেন্না ।৮০

মচীঅনাও মরিমক্ মুংশিনরবসু, থানদন তিয়থি অনী 'নী তোঙায়া
রাংগা লক্ষ্মণগা অনী ম তোঙায়া, ভরতকা শত্রুঘ্নগ অনী 'ম তোঙায়া ৮১

হুংশিংকা লোয়ননা মৈর তিয়বগুম্, থাজগ ঊপাক্ত তিয়বগুরা
রাবণ লক্ষ্মণগা অমী ফিটৈ, লক্ষ্মণগা শত্রুঘ্নগা ফিটৈ ওক্তনা
অমী 'মীগী চাহরিথ তিয়বসিব্, কায়নহৎ শুম্‌দে করিগুবনা ।৮২

ওলাও্থাবা লোইরব ফুংদা, মোংমদোন্ থম কুম নোংগী মপৈনা
মালেম্ থকী জীবপু হুংডাইংবগুম্, নিংথৌ 'মদি নিংথৌমচাশিংনা
প্রজা খুদিংমক্তী থম্মোয় ঊপাক্তা, হুংডাই ঊপোম্ হৌহলি ওক্তনা ।৮৩

দশরথ নিংথৌগী মচা মরিনা, ধর্ম-অর্থ-কাম্-মোক্ষ মরিমা
ডাইবং শক্তোল্ পুন্থনা, মরি থোক্ত লাকপগুম।
মরিপু কংবগী হুংডাইবদো, প্রজাশিংদা পীরি মথোয় মরিনা ।৮৪

সমুদ্র ঊরম্ মরিনা, মণিমুক্তা মপৈ মপৈনা
দশরথ নিংথৌবু ঊয়াংপগুম্, ওকদ ভক্তি লৈব মরিনা
লোয়নুকপনচিংনা মগুণতনা, মপাবুংব পেল্‌হলি ওক্তনা ।৮৫

দৈত্যশিংগী থাওশাংব্ থুদেক্পা ওবা
মরা মরিনা হুগুয়া ঐরাবতনা কজবা,
সামা-দান-দণ্ড-ভেদ মরিনা পুয়া তিলবা
নাত্তিনা 'হুগুয়া মহৈ পীওবা
যুগ মরিব পুবা পাম্বোম্ মরি পান্বা,
বিষ্ণুনা কজবা হুগুয়া নীওখিবা,
নারায়ণগী শক্তি মরি পুরবা,
মচা মরিনা নিংথৌসু হুগুবা,
কজবা-হুংডাইজবা-পেক্তব পুবা,
কংদুনা লৈথি অমনা কংওম্‌দবা ।৮৬

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদ হল্লোক্‌পা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরাওবা সর্গ লোইরে ॥

—— | ——

# তরামাথোইশুবা সর্গ

কুশিকগী মচা বিশ্বামিত্রনা, দশরথগী মকমদ লাকুনা
যজ্ঞদ অপন্থ পীরিবা, কত্তবশিংবু ঙাকথোক্নুনা
যজ্ঞনা মতোল্ লোম্ব্রিকাওবা, যজ্ঞবু ঙাকহন্নব হায়দুনা
কোকথক শিথানা নীঙ্থিবা, মচা রামবু পীয়্ হায়না
নিরৈ মরম্দি অকন্থশিংগীদি, চহী মতাং য়েংনদে থোইনা ।১

রাম্না বান কংজরবা মচা রামবু, লক্ষ্মণগা লোয়ননা বিশ্বামিত্রগী
মথুক্ত শিন্নখি দশরথনা, থবান্নবু পীয়্ হায়নকাও নিরবশিংগী
নীঙব থক্ কায়হন্দে রঘুবংশদা, লোকপশিংনা মমাইঙদগী
হল্হন্দে কনামতবু নীঙ থুংদনা, মঘু শাগৈগী নিংথৌশিংদগী ।২

মচা ’নীনা বনদা চৎননবগীদমক্তা, নীংথৌন রাথং পীথি লন্বী থোং শেংনবা
মতম্তুমক্তা চুংশিৎনা, নোংমদোনগী নোং মতুম্শিংনা
কত্ত হৌদি শেংদোকখি, মনম্ চুংশিন্নবা চাইথরকুই লৈরাং লৈনা
চাইথরকুই থৌন্নকুই ঈশিং মরীক্, শেংদোকখি অন্বীশিং অত্তুম্না ।৩

মপা-ই রাথংদুনা কীগাওদা, তেন্দোংবুনা নম্দা পোতুনা
নাকন্দ লীক্লং রান্নবা, রাম-লক্ষ্মণ অনীনা থুংলোয়না
মপাবুং নিংথো-ই চরণদা, খুয়ম মতম্দা পিন্নাংনা
নিংথৌ-ই মীৎলুদৈ শিন্থরক্নুনা, অনীগী মথক্ত তারি তক্তনা ।৪

মপাবুংগী মীৎলুদৈ তারকুপ শিন্না, মকোকী শিথা চোৎলবা
লীক্লং পায়থ. রামলক্ষ্মণ ’নীনা, বিশ্বামিত্রগী নীংথ থুংনবা
তুংইন্না চৎপা মতম্দা, মীয়াম মীকুপ্তনা য়েংলহৌবা
অহুমক্তনা মথোয়গী মমীৎ পরেংনা, থোঙ অমমমুক্তম্ ওইথি লন্বীদ শেবা ।৫

বিশ্বামিত্রনা পাবদি নিংথৌদনী, লক্ষ্মণগা লোয়নব রামচন্দ্রনি
অহুনা মচা 'নীদা দশরথনা, আশীর্বাদ তম- শীখিবনি
খোঙ্‌মী লাম্নী অমত ইরহন্‌খিদে, মপা-ই আশীর্বাদতনা মখোয়বু
কন্‌দনি ।৬

রামলক্ষ্মণ অনীনা মমাশিংবু, চরণ শোক্ষ খুকয়রগা
মুনিগী মতুং ইন চৎখি, মেঘনচিংবা রাশিগা তিন্নরগা
হুমিংকী গতি মতুং ইন্না, খোয়কৃপা চৈত্রনা বৈশাখ তিন্নরগা
'হুত্তর কজৈ অনীমু, চৎখিবদা মুনিগা তিন্নরগা ।৭

ঈশিং ফুনৎপা-লৈরায় থুগায়বা, অনীসিনা মথৌ ওইমিবা
তিন্‌থ্য-উন্থ্য কৌবা তুরেল্ 'নীনা, বধানা লাকৃপদ কজবা
'হুত্তর অঙাং ওইবগী থীঙ্‌বা, ঙহাক্ত তুমিন্ন লৈতবা
অনীগী পাখোম্ 'নীহুনা, হায়নীঙায় লৈতে কজবা ।৮

মণিনা হৎলবা নালবা ন্'পাক্, থারব শজায় মাজোম্বা
হয়ুৎ হন্দা চৎকদবা ওইরবা, তিংখংনে থজব শোঙ্‌লব মনদা
চৎপদা খোইন বাদে, 'নীনা, মুনিনা পীব বলা অক্তিবলা 'নীদা
মাওরিব শক্তিনা বাবদি লায়মদনা, মমাগী নাক্ত লৈবত্তম্ খোকৃই অনীদা ।৯

শগোল্ শামু লোলাইথক্তা, চৎকদবা অঙাং 'নীহুনা
মপাগী মরূপ- বিশ্বামিত্রনা, লীয়কৃপা মমাগৈ বারীশিংনা
চৎখিবা লবী থঙ্‌হৌদে, তাবদগী রাম পুক্নীং চঙনা
অহুনা চৎপগী অবাব মরীক 'মতা, হুক্ রাম্ শাংন চৎন চৎনা ।১০

পুর্থ্বীশিংনা মনম হুংশিরবা ঊশিংনা, হুংশিব ঊশৈনা পোখী চেক্লাশিংনা
নামিবা হুংশিংনা লৈরিক্ মনম্না, থারবা নোংনা ঈংলাব মরুন
অঙাং অনীগী লেবা তৌরি, নিংথৌরেলগী মচানি থঙ্‌বত্তম্না ।১১

পূরীং হূনা কজব রামলক্ষণ 'নীং, উরগা কাপী মুনিশিংনা
করাগী মতীক্ পেঞ্জখি হায়বরু, খবার পক্কা পুণ্ড্রীনা
উরম্ পীনহৈব পাম্মেল্‌শিংনা, পীজহ্‌দে মুংঙাইব 'ফুক্ মায়া ।১২

মহাদেবগী মীৎকী মৈনা চাকৃথ্রবা, কাম্‌দেবগী বনদা থুংগৈ রামনা,
হক্‌চাংগী মশেক্না মায়জবনি রামগা, থরককি ওম্‌দে মায়জব মানা ।১৩

মুণিগী শাপনা হিংচাবী ওইরিবী, সুকেতোগী মচা তাড়কানা
লমী থিংহূনা লৈরম্মি বনদা, বিশ্বামিত্রনা তাকৃপদৈ খণ্ডহূনা
লীরং খোংজীবু লৈপাক শোত্নূনা, লীমী হাপ্পকৃই রামলক্ষ্মণনা ।১৪

লৌমী থীঙ্‌বৈ মখোল্ তাবমক্তদা, থাশিগী অহিংওম্ মুমবী
মী মকোক্ নাইম হাই হুমবী, মুমব নোংওম্ উরোক্ পরেং শিবী
তাড়কা হিংচাবী চোংখোয়কৃই, মতৌওম্ নোংথাংশিবী নোংমূবী ।১৫

বৃত্ত প্রেত্তকী ফীজোল্ শেৎলবী, 'ফিব ফংন খোজেল্ মাক্লবী
মোংফমদৈ শীৎকৎলকৃপ হুংশিংকূবী, হিংচাবীনা তাড়কা কৌরবী
ঠৈপাল্ লৈপাল্ পূবরু নীকৃহন্দুনা, রাম ওয় ফুজিললকৃই তম্‌থিবী ।১৬

নিপাই থাঙ্ তা খুৎলায়মত্তনা, থাঙলী শেম্‌হূনা শিরিবী
পাখোম্ মক্ক চৈতুপ্ ওইরবী মামু, কুপীনি খঙলংস্থ ওইবন অম্‌থিবী
মুপী হাৎপগী তুক্কংরবা পাপ্, পুগনি হায়বগী নীজহরবী
চিন্তাগা খুৎলাবগ 'নীমকৃপু, খাদোরকৃই ওন্না হিংচাবী ।১৭

রামন কাপ্‌লকৃপ খোরব তেম্না, নুংওম্ কলব পাক্রব খথাকৃপু
খিন্‌গাইহূনা কাওদংখি খুক্তা, যমরাজমক্না চণ্ডদ্রেব লৈপাকৃপু
খিন্‌গাইহূনা চণ্ড্‌খিনবা খোঙজাও, কাংগজনা 'হায় মথামকৃপু
খঙহন্নীংহূনা শ্রীরামচন্দ্রনা, লৌথি হিংচাবী-ই খবাবমকৃপু ।১৮

শ্রীরামগী ভেৎ পাম্বদা, থমোয় খিন্‌লাইগুবী তাড়কানা
লৈমায়থক চুথরকপদা, মীকৃখিব নঙ্গে বন অঙুভনা
মরোল্ অহৎ ওয়বা, হিংচাব নিংথৌগী রাজলক্ষ্মী যাওনা
মীক্‌না থাঙনখি কিবনা, মহাকুম্ব যাওন চুথ্রধ্বনি খঙ্‌না ।১৯

হিংচাবী তাড়কা কৌবীলো, রামগী মশক্ ওইরম কামগী তেন্না
থমোয়দা পাম্লুনা ঊতগী চক্কা, মশা পুম্বা পুম্‌ত্তে কৈনা
যমপুর লম্‌দম্ পাংলব, খোঙশানখি তাড়কা হিংচাবীনা ।২০

চুমিত্তগী সূর্য্যকান্ত মণিনা, উবা চাকথেকপৈ শক্তি কংজবগুম্না
তাড়কা হাৎলবা শ্রীরামচন্দ্রসু, মতীক্ থোনা উবদা পেনবা মুনিনা
হিংচাব তুম্ন হাৎনমবে পুংলায়, মন্ত্রগা লোয়ননা পীবিম হৱাউনা
পুম্নমক্ ফংখি মথাক্ লৈতনা, ফংলমত্রব ওাক্ক অভোম ’মনা ।২১

অচুগী তুংদ রামনা মহর্ষিন হায়সু হায়থ্রবা, বামনাশ্রমদা লাকুই থীন্দনা
নহান্‌মকী লাঙ্গেন্দ ভোখিবা লীলাবু, খোইন মীঙ্‌শিঙ্‌ত্রবসু শ্রীরামনা
যায় তামীঙ্‌না তাথি বামনলীলাবু, অঙক্‌পা ফংনা ইথঙ থঙদবগুম্না ।২২

অচুদগী মহর্ষি বিশ্বামিত্রনা, মশামকী আশ্রমদ পুরক্‌ই রাম্‌লক্ষ্মণবু
লৈরম্মি শিষ্য মুনিশিংনা, পূজাগী পোচ্চং পায়দুনা ওজবু
ওজদগী লাক্লবা ’তিথিবু, লোয় লোয়দুনা মনাখুবাংব
চপ্ চপ্ লেপ্পম্মি পামেল্‌শিংনা, মমীং কুপ্তনা য়েংজৈ ’নীগী মূর্ত্তিব্ ।২৩

চুমিং-খানা ওয় ওয়না, অহিং চুংখিল্‌গী ’মথ কোক্‌হৱগুম্না
দশরথগী মচা শ্রীরামলক্ষ্মণনা, খোয় খোয়বা থুংলায় পায়দুনা
অহিং চুংখিল্ ওয় ওয়না, মতম্‌ব্ ওাক্ক পুক্রী চঙ্‌না ।২৪

জবাকুসুমগুম্ ওাঙ্‌লবা, তায়ক্‌পা ঊগী মক্রীক্ মমীক্‌না
মতম্‌ব্ মাংখোক্‌পতু উবদা, ঋত্বিগ্ ব্রাহ্মণশিংদুনা
যজ্ঞ-ই থবক্ থাদোক্‌না, ফমপ্রে চুমিন্ চুমিম্না
কিবনা থক্ থক্ মীক্‌শিবনা, কুণ্ডে থম্বখি উইন্ হোম্বৈনা ।২৫

মতম্ অমুত্তদা লক্ষ্মণগী মমাখুং, অকম শ্রীরামচন্দ্রনা
লীকং তেল্ খুদক্ক পাবখতুনা, লেপ্তুনা লৈ মথক্ক য়েংখতুনা
লাইগী য়েক্কব হিংচাবশিংনা, লাগ্নী খুদ্মাশিংদুনা
লোংখদোন্ থক্ক কোবচং চংলি, লাঙজাশিংগী মশা থম্মগী শউমা
মথোয়গী কিয়াল্ পরেংনা, হাইরি ঊথক্ ইপোম্ হৌনা ।২৬

হিংচাব অতৈদ হয়া য়েংভূদনা, শ্রীরামনা মথোয়গী লুচিংবা
মারীচ স্থবাহু অনীত্তদা, কাপথংখি খুংলাম থোক্কবা ।
অচৌব লিল্‌বু হাংওম্বা গরুডনা, ঊশিংদ লৈব লিলহা পীক্কবা
মথোয়দা পাকল্ থেক্লুদে, অচৌবগত শীঙ্কনৈ অচৌবা ।২৭

খুংলামদা হৈরবা শ্রীরামনা, শাফু কল্লবা ছুংশিংকী তেল্ অমনা
চীগী মতৌগুম্বা কল চাউরবা, তাডকাগী মচা মারীচবু থীন্দনা
অমুম উহৈ কক্কুনা থাদবগুম্বা, লৈমায়থক্ক থাদে ককতুনা ।২৮

সুবাহু কৌবা হিংচাবদুদি, চেন্দন লৈ মাম্বা তৌ-তৌদুনা
য়েক্কবা হাংওম্বা শ্রীরামচন্দ্রনা, ক্ষুর মচীন্ শাবা থোক্কব তেল্ অমনা
মহাকপু ককতুনা আশ্রমগী মপান্দা, থাদাখ ডচেক্কশিংগী চীঙ্গাক্ ওংনা ।২৯

যজ্ঞবু খুগাইবা হিংচাবশিংবু, হাংখিদুনা পুম্নমক ঊ-খুবদা,
মুনিশিংনা রামলক্ষ্মণ ’নীবু, থাগৎখি যজ্ঞনা মপুং ফাখ্রবদা,
অমুম্বা ঋত্বিক ব্রাহ্মণশিংনা, বিশ্বামিত্রগী যজ্ঞবু লোইশিনখি কায়দব
বিধিদা ।৩০

যজ্ঞ লোইবগী অবভৃথ স্নানবু, লোইবরা তুংদা বিশ্বামিত্রনা,
হাইদুম্বা শিখানা কোকৃথক্ক নাইঙখিবা, রামলক্ষ্মণ ’নীদা আশীর্বাদ তৌদুনা
কুশ ওত্তনা পামবদা কনুশিল্লবা, খুৎনা নানাবাখ অনীবু মু শিনা ।৩১

অমুম্ তৌরিবৈ মতমদা, যজ্ঞদা দীক্ষা লৌখ্রবা,
মিথিলা নিংথৌ জনকনা, মুনিবু যজ্ঞদা মাওাবরনবা,
নিমন্ত্রণ কৎলকই বিশ্বামিত্রদা, জনক নিংথৌগী অচৌবা,
লীকংগী যজ্ঞনি তাবদা, মাওনীঙবা হৈনিংব ঊনিংবা,
পুম্নমকসিনা মরম্ ওইদুনা, চংখি মুনি পুদুন ’নীবু অমম্বা ।৩২

লমীদ অসুম্ লাকপদা, সন্ধ্যাগী মতম্ মোয়রুবদা
মহাতপস্বী গৌতমগী, আশ্রমগী উথা সমদা
চঙ্কহুনা পোথাম অহুমক্, হায়রিব' আশ্রম্ নমক্লদা
গৌতমগী লোয়নবী অহল্যানা, লোয়নবীগুম নৈথি ওহাক্লং ইন্দ্রদা ।৩৩

গৌতমগী শাপনা নুং ওইহুনা, মতম কুইনা লৈরম্বী অহল্যানা
পাপ পুম্বা কোক্‌পহৈবা, শ্রীরামগী খুযাগী উফল্ মথীক্লা
শোকপদা হাম্নগী নীঙথিবী, মূর্তিহু ফংজগি সতীনা ।৩৪

মিথিলা-ই নিংথৌ জনকনা, রামলক্ষ্মণগা লোয়ননা
বিশ্বামিত্র লেঙঙকুই তাবদা, পুজাগী পোচ্চং শুনা পুহুনা
কাম অর্থ অনীগা লোয়ননা, ধর্ম্মন' লাকপগুম্ মূর্ত্তি নাইনা
লাক্লিবা মহর্ষিগী মনাক্ তায়া, চেম্বোরকুই জনক নিংথৌনা ।৩৫

পুনর্ব্বসু থবাম্মিচাক্ 'নীনা, নৈমাম্মথক্ত তারকপগুম্মা
লাক্লিবা রামলক্ষ্মণ 'নীবু উবদ', লেংবদা থুবৌ চেলহল্লি হায়হুনা
মমীৎ মমীৎক্কী পা-শিংহুবু, নিন্দা তৌনথি মৈথাম্মব পী হায়হুনা ।৩৬

যজ্ঞগী মথী মুংহুনা, যজ্ঞনা মতোল্ লোম্‌খ্রবদা
কুশিক শাগৈগী অথোইবা, শিংলব দেশ কাল পাত্রদা
বিশ্বামিত্রনা অসুম্মা হায়রকই জনক কৌব নিংথৌদা
মেংজনীংব লীকংবু মেংজনবা, য়াথং পীবিযু হায়না শ্রীরামদা ।৩৭

কাওবব শাগৈদ পোক্লবা, শ্রীরামগী থোংলবা মৌরবা
মূর্ত্তিবু উবদ নিংথৌনা, ওম্মোয় থন্দুন লীকংবু পায়বা
মচাহুপীগীদমক তৌবা সংকল্পহুদা, লাকপ উবদা অকায়বা
মোইনা বাথে হায়ওম্ব্রে, ওম্‌ব্রে থুনা য়াথং পীবা ।৩৮

মহর্ষি ! বাল্মীকিহু মুনিদেব ! কল্লবা শামু লম্‌শা কয়ানা
ওম্মখিত্রবা থবকুপু শামুমচাসিনা, তৌগে হায়বসিদ ঐহাক্লা
লায়না য়াথোকুপ' ওম্জন্নে, শাউনিগু য়াথং ওাক্তে হায়না ।৩৯

পৃথিবীগী অবস্থ কয়া কয়ানা, লীরু·সিগী মনাক্ হেক্ হেক্ য়োবদা
ইকায়ব-চোয়া ক·হুনা, মশা মশাগী কন্‌শিন্নবা লীরীনা হুবদা
উইরবা মপাথোম্‌শিংহু য়েংহুনা, চৎনখ্রবনি থিকায় তৌনহুনা পাখোম্‌দা ।৪০

মুনিনা খুম্মি নিংথৌ জনকতা, মাগী পাজনবু হায়জগে তাবিয়ু
হাইহেনা চৌয়দি হায়ব লোইরয়োই, চৌওব বজ্রগী শক্তিবু য়েংবিয়ু ।
মহারাজগী চাউরবা লীরু·সিতনা, রামগী পাজনবু চাংয়েংবিয়ু ।৪১

নিংথৌনা মহর্ষিগী য়াহু তাবদা, ইন্দ্রগোপ কৌবা তীলমুক্ত চাউবা
পীরুবা মৈরীক্ 'মগী মশাদন্থু, লৈরিবনি শক্তি জগৎ তুম্বু চারুবা
অসি থন্দুনা থাজখ্রে, অচৌব শক্তি লৈ হায়বসি রামদা পীরুবা ।৪২

চাউরবা নো·গী মপৈদা, ইন্দ্রনা মাগী ইন্দ্র ধনুবু
পুথোবকৃষ্ট হায়না য়াথ· পীবগুম্, জনক নিংথৌনা লীরুংহুবু
চি·থোররুবা য়াবং পীবকৃই, মনাইশি·দ থুনা য়াঙনবু ।৪৩

শম্ভু তো·ব মহাদেবনা, শস্তীগী মশক্ লৌহুনা চেন্নবা,
যজ্ঞগী তু·দ তায়রক্পগুম্, পায়থত্তুনা লীরু· অচৌবা,
অনন্ত বাসুকিনা তুম্‌না লৈগুম্বা, অকিবগী মশক্ ফ·লবা,
লীরুংহুবু উবদা শ্রীরামনা, পায়খৎলি লৈতনা নীঙতায়বা ।৪৪

কামদেবনা লৈরাং-লীরুংবু, পায়খৎলগা লীরী হাপ্পগুম্মা
নু·গী মচিগুম্ কন্নবা, লুয়ব লীরুংহুবু থাজত্তুন লায়না
লীরী হেক্ হাপ্পক্পদা শ্রীরামনা, মীয়াম্‌হু চেদ য়েক্প লাইগুম্মা
মীংকুপ্পুনা য়ে·নাথ, ভক্প-হুংঙাইব কিবগ লোয়নন। ।৪৫

লীরী হাপ্পুনা চিংলক্পদা রামনা, লীরুংহু শিবগী থোইন কল্লবা
ময়ায়দা তেক্খি মগোল্ হৌনা, থোক্কেম্বুনা ক্ষত্রিয়গী য়েক্কবা
জামদগ্ন্য পরশুরামগী নাকো·দা, তাহন্নকুই ক্ষত্রিয়গী অকম্বা
মীয়োল্ অমুক হৌগৎলক্লে হায়না, ক্ষত্রিয় শক্তিবু উৎননবা ।৪৬

হয়থহুনা তেকুখিবহুদা, মিথিলা-ই নিংথৌ জনকনা
রামবু হয় হয়া থাগৎখি, কন্যাগী মঙ্কং কংলবগুম
তাইবং-মী গর্ভদে পোক্কবী, নীওখিবী গুণ চেন্‌বী লক্ষীগুম্বা
মচাহুপী সীতাবু শ্রীরামগী খুত্তা, কচ্চখি হরাউ হরাওনা ।৪৭

যাশক্ চেংলবা মিথিলা'-নিংথৌনা, তেজ লৈরব মহর্ষি বিশ্বামিত্র-ই থাজদা
মৈমঙ্কী মাঙ্‌দা সাক্ষী ওইন মৈনা, কৎপগুম্ কৎখি মপা লৈত্রব গুণদ,
রঘু শাগৈগী অথোইবা রামদা, অযোনি সম্ভবা ওইবী সীতাবু, তাউহনা
হরাও ইপোম্‌দা ।৪৮

মঙাল্ চাউরবা নিংথৌ জনকনা, অযোধ্যা নিংথৌ দশরথদা
রাজপুরোহিত ব্রাহ্মন অমা থাহুনা, অঙ্গম্বা হায়হল্লই নিংথৌদা
“মহারাজ ! ঐগী ইচাহুপীবু, চল্‌হনবিহুনা নমৌ শীঙ্‌দা
নিমি শাগৈ অসিবু থঙবিয়ো, নক্করবা নচা ননাইগী মঙংদা” ।৪৯

দশরথ নিংথৌ মহাকৃত্ত, খিরক্রিবনি 'স্বম্ মতীক্ চাবী
মমৌ হুপীশিংবু হায়দগী, নিংথৌ মশামঙ্গা থবায় তাবী ।
অহুগবা তাঙ্গাদ থুংওরি ব্রাহ্মণ, থঙলবা লোইনা নিংথৌগী চৎনবী
অপাব মহৈব খুদক্ক শোয়দনা, কল্পতরুনা পুণ্য চেম্বদা পীবী ।৫০

লাইরৈবাক্ নিংথৌ-ই চাবব মরুপ্, ইন্দ্রিয়-খুহুম্ চল্লব নিংথৌনা
ব্রাহ্মণহুগী পূজা নীঙ্‌থিনা তৌই, পাউবু তাবদা হরাউই থোইনা
মচাগী লুহোংবগী মিথিলাদা, লাম্মীশিংগী মথোঙগী উক্কুম্বা
হুমিংকী লথোবু থিংহুনা, লাকৃঙ্গ নিংথৌ মিথিলা তম্না ৫১

লাক্লিব লাম্মী মপৈনা, থুংলরবদা মিথিলা পুম্‌থল্ থম্বা
হৈপাল্ লৈপাল্ পূবদা, অৱাবা পীরকই লাম্মীশিংহুনা ।
যুবতিশিংনা চায়বশিংগী, মৈব কোয়বু থাঙজবগুম্বা
মিথিলা নগরীনা থাঙজখি, নৈবহুবু অযোধ্যা-ই লাম্মীশিংনা ।৫২

ইন্দ্র-বরুনগী মতৌগুম্বা, দশরথ জনক নিংথৌ 'নীনা
মচা-মচাগী লুহোংবহুব,, পাঙথোকখি লৈজ লৌজব শক্তিনা ।৫৩

রঘু শাগৈগী অথোইব শ্রীরামগা, পৃথিবী-মযোম্ সীতাগা
লক্ষ্মণগা অতোপ্পী উর্ম্মিলাগা, তেন্দ কল্লব ভরত শত্রুঘ্নগা
জনককী মনাও কুশধ্বজগী, মচাহুপী মাণ্ডবী শ্রুতকীর্ত্তিগা
মথং মনাও কায়দনা হোঙ্খি, মতীক্ চাম্নবাশিংনা চারবীশিংগা ।৫৪

নিংথৌগী মচা মবিনা, অনৌবী লোয়নবীশিংগা লোয়ননা
সাম-দান-দণ্ড-ভেদ মরিগা, ভিন্নরগা নীঙথিবগুম্ নিংথৌমচানা
থোইন হেন্নহুম্ নীঙ্থিজে, নাঙথিবীশিংগা নীঙথিবশিংনা ।৫৫

নিংথৌগী মচানুপীশিংহুনা, নিংথৌ-ঈ মচাশিংগা ভিন্নজবদা
অমগমগা মহৈ য়াম্নরে লোইনা, কজে কজবগুম্ প্রকৃতি প্রত্যয় 'নীনা
ভিন্নরবদা ।৫৬

মচাশিংগী বিবাহ লোইরব তুংদ', দশরথ হল্লকৃই অযোধ্যা তম্না
মিথিলা নিংথৌ জনকন্থ, হুম্ন চুপ্না ইমরন্মগা, মিথিলা তম্না
দশরথদৈ বিদায় লৌরগা, হন্থি হরাও হরাওনা ।৫৭

ভুরেল্গী কল্লবা ঈপোম্ ঈচেম্না, চাংজো তোর্ব্বান্ব্ থুম্বংলকৃপগুম্না
নোংম লম্বীদ মাঙগুইননা, শীংচিল্লকৃপা কল্লবা হুংশিং অমনা
ম্বাংলবা উপাধী 'মমমৃগী মশক্ ওইরবা, ফীবাল্ মপৈবু ফুংজোক্লুনা
দশরথগী লাম্না মপৈবু, নৈখাইরকৃই য়াম্ন শাথিনা ।৫৮

নোংমদোম্বক্কী হুমিৎনা, গরুডনা হাৎলবা লিলগী মতোক্কা
পুরম্বা মণিগী মতৌগুম্না, অৰিবৈ মশক্ ওইরবা মুবধ মকোম্ 'মনা
মেচ্ছিন্ কোয়শিন্ন নৈবগুম্না, নৈখি মারুথো' মকৃশিন্না ।৫৯

মায়গৈ-শলাই লাইরেম্বীশিংনা, খুমুথুঙগী মচুগুম্ ম্বাঙ্গবা
শম্জোইবু মোক্ক শুরকৃই, সন্ধ্যাগী ঙাঙ্লবা নোংজাবীগুম্বা
ঙাঙলবা ফীজোম মশা পুম্ব ফুক্ক, উফুল্ মপৈনা মশা পুম্বা
ফুপ্থিবদা রজস্বলা ওইবীগুম্, মতীক্ চাবী ওইদ্রে হংগৎনা মেংবী ।৬০

ছুমিৎন কোক্লিব নোংপোক্ মায়দৈগেদা, মমায় ওহিন্ ওহিন্দুনা
লমুহই মদৈপ মদৈপনা, ক্ষত্রিয়শিংগী ঈতন পিতৃতর্পণ তৌদুনা
লৈরব কলবা পরশুরামবু, থাজিনকদবগী মতাওমনা
অকিব ফংনা লাক্ল-লাক্লা, খোংজিকচকুই মমায় থাজংতুনা ।৬১

থবক্তী মওং থঙ্গনবা, অযোধ্যা নিংথৌ দশরথনা
হুংশিংনা মাঙ্ওয়নবা হুম্জিল্লক্লিবা, অমঙ্গল্গী খুদম্ ঙাক্তনা
তৌশিল্লক্লিবা মও'ড়ু উবদা, হংওকুই বশিষ্ঠদা বাহুনা
"থাকহু মঙ্গল ওইগনি" হায়দুন কোক্হন্থি থাবহু খুমিনা ।৬২

হায়রিঙৈ ছুমক্কদ লাম্মীশিং মমাঙদা, চোংথোরকুই মঙালগী মদৈপনা
থঙ্.হৌদনা

লাম্মীশিংনা মমীৎ নাম্মোক্তুনা, য়েংবদা তেজগী মদৈপ অহুনা
ওইরক্লে দিব্য পুরুষগী মূর্তি অমা, গুক্লবা হায়নীঙায় লৈজনা ।৬৩

নিপাসি মংতম্ 'হুমক্কদা, থাগা লোয়নবা মুমিৎকুয়া
লিম য়েঙ্খিন্ব চন্দন পাম্বীগুম্না, পিতৃচিহ্ন ভৌরবা নৌগুম্না
লংলবা মাতৃচিহ্নগী মঙায় মশা পূর্ব পুমুঙাল্ ঙান্দুনা
অকিব ফংনা নীঙ্থিজৈ, ওক্লে নীক্লে লাম্মী পূর্বনা ।৬৪

অশাঙবনা মমীৎ ঙাঙলবা, তৌগনি ক্ষৌয়োই থঙ্ত্রবা
মপাগী খাথং নীঙায়দল ঙাক্তবা, ওম্নিকুপী মমাবু ককুম্বা
পৃথ্বী জয়বু মথন্তন তৌওবা, য়েথংবা নাকোংদা মালিবা
ওগ্রীক্ মক্ল কুম্মাথোইনা, হাংখিবা ক্ষত্রিয় মীবোলবু থীমীবা
অঙকুপা অকিবা মূর্তিনি, পরশুরাম 'ক্ষনা পুরিবা ।৬৫-৬৬

মপা হাংখিবগী অশাউবগী মৈনা, হুমিৎ চুপ্প ক্রঙ্-ক্রঙ্ চাক্লিবা
ক্ষত্রিয়-মীয়োল্ থুদিংমক্পু, হাংকদবৈ শীঙ্ছন লৈরিবা
পরশুরাম মূর্তি উবদা, মচাশিংনদি অঙাং ওইরিবা
থরুবদা অহল্ ওইরবা, দশরথনা পুঙ্খ মায়থোং মকুশিনবা ।৬৭

অমৃথিরবা য়েক্রবগী মিংদ মাওরিবা রামগা, রামগা মচাশীর মাওরিবা
অনীসিনা নিংথৌগী মকম্‌দা, লিলুগা সনরীক্না অনীদা লৈরিবা
মণিগী অনীগী মতৌগুম্না, কজবা-অকিবা ওইখ্রে মুক্তি 'নী পুবা ।৬৮

করি কচৌ হায়বগে হায়না, অর্ঘ্য-অর্ঘ্য তত্তুনা হায়রিবা
ঈপা পাখংলবা নিংথৌদ য়েংদনা, ভরতকী মমাম রামনা লৈরিবা
অমোম্‌দা ক্ষত্রিয়দ শাউথিবা চাক্রবা, মৈগী মৈরিনা মীংলুদা চাক্লিবা
মীং অনীনা মাম থানা, য়েংশিল্লকুই পরশুরাম অকনবা ।৬৯

লান্দ হৈনথ্রবা লাস্ত পামজবা, জমদগ্নিগী মচা পরশুরামনা,
লীকংবু পায়দুনা চেংন খুং নাম্মনা, খুরক্ত থেল্ চপ্‌তুনা,
মমাঙ্‌দ কিদনা লাক্লিবা রামদা, হায়রকুই পরশুরামনা অসুম্না ।৭০

ঈপাবু হাৎখিবৈ লমন্ খুম্রবা, ঈপাগী লমন্ শিংনবা
ক্ষত্রিয়গী মীরোল্ কুম্মাথোইবু, হাৎলগা কংজম্রবনি অঈংবা
অহুব ওসি নথৌনা উবদা, নথৌনাহুনা তুমহুনা লৈজরবা
মহু পুরবা লিল্‌গুম ঐবু, চৈত্ত ওইনা থিন্দুনা লঙ্‌নরম্রবা ! ।৭১

নিংথৌ অমত্তনা পায়থৎপা ওম্‌ত্রবা, জনক নিংথৌগী লীকংবু নংনা
থুদেকখ্রে হায়বসি ঐন্থু তায়, মাহুনা লিল্ ঐগী ঈরৈ থংথ্রবনি হায়না
লৌরি পরশুরাম ঐহাক্না, লঙ্‌নরি ঐবু শাথিনা ন'না ৭২

"রাম" হায়রগা মমাঙৈদা, থঙ্‌নরম্মি পরশুরাম ঐত্তম মীনা
হৌজিক্কি রাম নং অম-থোমক্কে, ঐঙোন্তদ লৈরম্বা মিংচৎনা
অনী থোক্ক য়েংহোক্লখিবনিনা, ইকায়ব পীমনি ঐঙোন্দ নংমা ।৭৩

ঈপাগী যজ্ঞগী শন্‌বীবু হূরাম্বা, হৈহয় শাগৈদ পোক্লবা
কার্ত্তবীর্য্যনা মনবু হূরাক্লে, নহাক্ল 'মুক্ ওসি মিংচৎপু অত্তাঙ্‌বা
হুরে অহুনা নথোম 'নীমক্, ওইমিন্নরে ঐগী য়েক্রবা
লোঙ্‌ ঐন পামমি থুংলায়বু, চীঙ্‌জাও কাওবা কাওদৎপা ওবা ।
মংনা মায়থীবা কংত্রিবমথৈ, ক্ষত্রিয়বু ওথগী তাঙ্‌লবা,
মিংচৎনা ঐবু পেল্‌হম্বা ওমরোই, চাকপগুম পীবু কংলবা
সমুদ্র ঈমায়মরু চাকওম্মি মৈনা, সিমক্না মৈগী মিংচৎনি 'থোইবা ।৭৪-৭৫

নংনা থুমেক্চখিবা লীকংঙুদি হয়গী, মচি পুন্না হায় লৌথোক্খ্রবনি হন্নিনা
ছুরেন্গী ঈচেল্লা মক্ক মরা শোম্বহল্লবা, উপাধীবু ক্রুকচখমি হুংশিংনা
মচিবু থাওত্রবদি অকনুবখ্নু, অশোম্বনা ওখনি ঈরায় লাম্বনা ।৭৬

অহুনা লাল্ শোক্নবগী, কাম্বা লৈত্তে থোইদোক্পা,
ঐগী লীকং অসিদা, লীয়ী হাপ্লগা চিংথোক্পা,
ওম্জত্রা মেংগু ওম্নবদি, ওম্গনি নপাজল থগ্দোক্পা ।
পাম্বল্ থাম্বয়ে শগুহুনা চিংনবোই চীনৈদ হায়দোক্পা
ওম্জয়ে ঐবু হায়বসি, য়াগনি নংনা হায়ব থোথোপ্পা ।৭৭

অহুগা ঈভীক্সি উবদা, নপুক্লীংদ অকিবা পোক্লবন্থু নংনা
অয়েখা কাম্নদবদা লীয়ী চিংহুনা, কন্শিল্হল্লুবব নথুং নীহুনা
ঈথাহ্দা লোয়হুনা হায়জোও, নথ্বায় কন্বিগনি ঐহাক্লা ।৭৮

অকিবৈ মশক্ ক'লবা, পরশুরাম-বাহৈ তাবদা
থোমোয় চীম্বান্ থোইখোইবা, রামনা রামদ তাবদা
তাশোল্ ওইন থোংলবা, বাহৈবু হায়রক্ই থাইগী শাঙ্দা ।৭৯

মতম্সিদ রামনা ফজবদি, পীগনি করিদ প্রমাণবু,
নহান্মুকী লোয়নরক্পা লীক্কংব্, পায়বদা নীঙ্থিজৈ থোইনব্
হায়দৈ ফজরবা 'লৌব লোংনি, থাহুদ 'মুক্ চুম্থাঙ্ থাজবদব্
ফজরবনি হায়বদা করি চিংনকম্, করিদ লৈনি ওক্কম্বু ।৮০

কল্লব রঘু-রামনা ভৃগুরামগী, লীক্কংব্ লৈথক্ক থুং নাম্মনা
নম্মগা লীয়ীব্ থুং নাম্মনা হাপ্লি, মাব্ উবদা কিবনা
ক্ষত্রিয় মথৈনা চেম্নবা, ক্ষত্রিয় যেক্লব ভৃগুরামনা
মৈখুত্ত তাম্হৌরব মৈত্তম্না, পুথি মক্লব মায়থোংব্ অবাব মৈথু লাংবনা ।৮১

মুথা মুথি ওইনা লেপ্লিবা, রাম্ 'নীবু উরগা অউবশিংনা
অকম 'নীঙ্গী মরক্তা রঘু রামগুনা, নিম্মাংশাগী থাজগুম্না
তেজহল্লবা ভৃগু-রামবুনা, তারম্দাই হুমিংকী মতৌগুম্না
ঊনথি অনীবু থাম্না থেম্মনা, হত্বরক্পগা হেন্গংলকপগা থেম্নবগুম্না । ৮২

কার্ত্তিককী মতৌ শুম্ কল্লবা রামনা, পরশুরামগী তেজম্ হুম্ হল্লগা
অরেম্বদা মাঙ্গরোইদৌরা তেলম্ চীঙলগা, হায়রক্ই মুন্না ঙেংলগা
ঐবু বাহৈনা মায়থীবা পীনবম্, শীঙলনীঙদে ঐনা ব্রাহ্মণগা
থিংগে য়েংঙু তেল্ অসিনা, চৎনীঙবা লম্বীগা, পুন্না তান্‌বা
স্বর্গগী লম্বীগা । ৮৩—৮৪ ।

রামগী বাহৈ তাবদা, পরশুরামনা হায়রক্ই অসুম্না
পুরাণ-পুরুষ-কথিনি হায়বা, থঙদূত্রে নহাকপু ঐনা হান্না
হরি নংনা মালেমদা শাম্বোল্ পুরবে, নহাকী বিষ্ণুতেজম্ ঐনা
উনীঙতুনা নহাকপু শাউহঙ্গবনি, হুজিক্তি থঙজবে লোইনা ঐনা। ৮৫ ।

ঈপা-ই য়েক্লনশিংবু, কুন্নাথোইবক্ হাত্তুনা
সমুদ্রগা লোয়ননা পৃথ্বী পুম্ববু, পাত্র অমগুম্ ঈথুৎ চন্দুনা
হৌজিক্তি ঐ নীংব থুংলে, নংদি সনাতন পুরুষনি থক্তিঙ ঐনা
'তুশুম্বা নংনা এবু মায়থীবা পীবে, মাসি ঐগীদি হরাওনীঙাম্বনি রাম্না । ৮৬ ।

সংসারগী বিষয়সু পামজদ্রে, স্বর্গগী লম্বী থিংবিবদা নংনা
ঐগী অকায়বা লৈতে থোইনা, স্বর্গ। পান্বনি বিষয় পাম্বশিংনা
অদুগা ঐগী চৎনীঙ চৎনীঙবা, থিংবসিদি তৌবিয় নহাক্লা । ৮৭ ।

"মাতুমক্ ওইরসনু" হায়তুনা 'সুম্না, কাপ্‌থোক্‌পি নোংপোক্ পাংনা
মাতুনা পরশুরামনা চৎকদবা, স্বর্গগী লম্বীবু থিংথি রামনা ৮৮ ।

অদুগী তুংদা শ্রীরামচন্দ্রম্, ঈরাল্ ওাক্‌পিরম্মু হায়তুনা
চরণ শোক্লা থুরম্বী পরশুরামগী, মায়থীবা পীবগা পাজম্না
মায়থীবতৈ মকম্‌দা নোল্লকপা হায়বসে, অবর্ম্নাশংগীদি য়িংচৎনি মাসিনা । ৮৯

পরশুরামনা শ্রীরামগী মকমদা, নোল্লুক্লা হায়রক্ই অসুম্না
ঈমারোম্‌গা মরী লৈনবী প্রকৃতি, রজোগুণ্য লোথোক্‌পিরগা নংনা
ইপাগ মরী লৈনবী প্রকৃতি, সত্ত্বগুণ; পীথিরে নংনা
স্বর্গগী সুংঙাইবা ফংননবা লম্বী, থিংবিবগা নহাক্না
চৎনীংবা অচীকপ মকমদা, চৎথিনবগী লম্বীগুদি থাদোক্‌পিরে নংনা
মালে ঐগোন্দদি থোজাম্নি, পরাজয় নত্রে অমমক্লিনা ।৯০

লাইরৈবাক্তী লীলাবু মালেম্‌থক্তা, শাম্নরুপে থম্মুনা নহাক্না
রঘু ই শাগৈবা পোক্লবমি শঙ্‌জি, ক্ষত্রিয়শিংবু মুম্‌হন্‌পে থম্মুনা
চংলে রাঘব ! মখল ওইবিয়ু, রামলক্ষ্মণদা হায়রম্লগা থুম্না
খুরুম্‌ মাঙ্‌খি পরশুরামনা, উনা-উনা মীযামক্‌না ।৯১

পরশুরামনা চংখ্রবা তুংদা, জয় ওইরবা রামবু দশরথনা
মুংশিনা চেংনা কোললগা, শিকরবদৈ পোক্লবনি অমুক্‌ হন্না
অশুম্ন খল্লি মচাবু নিংথৌনা, লন্মেনা বায়করবা উথক নোংনা
চুথরক্‌পগুম্‌ মীকুপ্ত বাক্নবা, মুংঙাইযগী ঈপাক লুপ্নখি হন্না ।৯২

মতৌম্ন শিবগী মতৌগুম্নবা, দশরথ কৌব নিংথৌনা
মৈথাযব কয়া কয়া লাহোয়ক্কুনা, শেম্নিবা নীঙ্‌থিন মনাইশিংনা
থুংকম্‌ শঙ. কয়াদ য়ায়ক্লেক্কুনা, অহিং কয়া লমীদ লেলক্কুনা
অযোধ্যা নগরদা য়োরক্‌ই নগরগী নীঙ-থিজরবীশিংহ্নুনা
সীতাগী মায়থোং উজহৌগদবগী, খিন্দোক্লরক্‌ই মকোক্‌ মীহুথোংদৈ শুম্না
মায়থোঙ্‌ থবাল্‌শিংন থম্নখিবনা, মীহুথোঙ্‌গুম্‌খি থল্লব থম্বাক্তনা ।৯৩

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদ হন্দোক্‌পা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরামাথোইগুবা স্বর্গ লোইরে ॥

—— | ——

# তরানিথোইশুবা সর্গ

নোংঙাজম্দাইগী মতম্দা, ঙাজবী থাউমৈ মৈরিনা
থাউগা দোসীগ লোইশিনক্লুনা, মৃৎথিগদবৈ তৌরকপহুঙ্গা
বিবয়ভোগ পুম লোইশিনক্লুনা, অয়োইব মতম য়ৌশিনকপনা
অরাম্ব খুত্তম্-লম্দা' থিননবগী, মতমতু ওইশিনক্রে অতুম্ 'সুম্না ।১

জরা কৌবী মহাত্মা, চৌরম পোকী মশক্ লৌহুনা
কৈকয়ীবু কিথি কিক্লমা, তুং-মাঙ্ মুন্না য়েংহুনা
"রামদ সিংহাসন শিররো" হাবনা, ঙংলরে নাকোং লোয়্না ।২

রামগী অভিষেকী পাউজেল্ তাবদা, অযোধ্যা-ই প্রজা পুম্না
মখুং মশা হৈবনা শাবা, ঈরায়দা শাংহম্ব থম্বাল্‌ওম্ মকা ফম্না
মায়থোং মকারাম্জথি, লুতোন্ কানথি হরাও মু ঙাইজবনা ।৩

পূক্‌চেল্ থারবী কৈকয়ীনা, রামগী অভিষেককীদমক্তা
পৈথংলিবা-লাঙ্‌লিবা মচাক্‌শিংহুবু, নিংথৌ ই পিরাংন খুদক্তা
মাংথোক্‌হন্‌থি লৌব যাদনা, হায়ঙম্ তৌঙম্‌দবী মহাক্‌থক্তা ।৪

শাউগদী-তম্‌খিরবী কৈকয়ীনা, পীগনি খাংকৃথিব বর 'নীবু নিংথৌনা
নিরকুই নিংথৌগী মফম্‌দা, বর্ধাগী নোংগী মরীনা
চোংলবী পৃথ্বীনা লৈশৌবুংদগী, মহু কল্লবী লিল্ 'মোম্‌নীবু থোয়ক্‌হনবঙ্গা ।৫

বর অমনা রামবু চহী তরামরি, বন চংহনব 'হুপ বর অমনা
মশাবু লুখ্রা ওইহন্নবৈদমক্তা, অভিষেক কংবা ভরতনা ।৬

মপাবু'ন নিংথৌনা অধিকার থাদোক্‌পগী, হুংঙাইখিদবন কপ্প কপ্প
মপা'-ই য়াথংন লৌথি সিংহাসন, য়াথংবু ঙাক্লবগী কিবনা
বনদ চংনবা য়াথং 'মমুক্ কংবদদি, অহানবগী য়াবদু কোক্‌থিত্নুনা
য়াথংহুমবুদি লৌথি মোক্ল নোক্লা, মশা নীংব শ্রীরামচন্দ্রনা ।৭

নিংথৌ ওইরম্লাই-কীজোল্ শেৎলগা, মাঙ্গদ পুরব মায়থোংগা
হৌজিক্ 'মুক্ উকু শেৎলগা, মাসিদ পুরিবা মায়থোংগা
করি 'বত থেন্নব উবদা, ওক্না মীয়ামা য়েংনখি অমম 'মগা ।৮

মপা-ই বাশক্ পুংহল্লবগী, রামনা সীতা-লক্ষ্মণ লোয়ননা
শূক্লব উমংদ চঙ্খিবসিনি, উমংদ নত্তে উমংদ লৈরিব তুমিন্না
সাধু মুনিশিংগী থমোয়দনি, হায়ন থম্লখি অথঙ্বশিংনা ।৯

মচা কাল্লবগী মৈন বায়রবা, অযোধ্যা নিংথৌ দশরথনা
মুনি-মচা হাৎলুবৈ শাপ্না, মতমদুদ নীঙ্শিংঙক্না
কংথিব শাপতুব্ তশেংন কংলবা, থবায় থাথুগে থল্লে নিংথৌনা ।১০

দশরথ নিংথৌনা লোংগাখিবা, বনদ চৎখিবা রামলক্ষ্মণনা
অনীসিন ছিল্লত থিরিবা, তাঞ্জা ওাইরিব য়েক্লবশিংনা
লাক্লগদবৈ লৈরব পোৎশক্ 'ম ওইনা, লৈয়ক্লে কোশল রাজ্যনা ।১১

মপু পাল্লব মন্ত্রীশিংনা, কল্ল লাউব পুব ভোক্না
নিংথৌ লৈখিদ'ব বাশি তুমিন্না নমক্লনা থম্হৈবশিংনা
কেকয় দেশদ লৈখিবা ভরতপু, মন্ত্রী থর লোয় থাল্লনা
কৌহল্লুই থুনা য়াঙ্নদ, থবক্ পুব ক্লায়দনবা শীনুগে থল্লুনা ।১২

ভরতনা 'যোধ্যাদ লাক্লগা, মমা কৈকয়ীগী শরৌমা
মপাবুংনা লোংগাখিবনি, চৎখিবনি বনদ ময়াম রামনা
মসি থঙ্লনা মমাদত নত্তনা, রাজলক্ষ্মীদম্ভু য়েংখিদ্রে হয়া ।১৩

লিয়াংন মীংলু থুল্লব ভরতনা, থোঙ্লোয় লাক্সী পূয়মক্ লোয়ননা
মুনিশিংনা তাক্লকুপ লম্বী লম্বীদা, থোক্ল লীয়কুই রামগী লাউতল্লনা ।১৪

চিত্রকূট বনদ লৈরম্বা, শ্রীরামচন্দ্রগী মকম্দা লোম্লক্লা
মপাবুং লোংগাখিবগী পাউদম্লম, রাজলক্ষ্মীবু লৌবিয়ু হায়না
মীংলু পিয়াং জহোননা, হায়রকুই থুংলোয়না হয় হয়া ।১৫

রামনা শিথাং থাড্ খ্রবদা, ময়ামনা লৈনা লৈনা
রাজলক্ষ্মীবু লোয়নবী শুইনা, কৌথদি চুমদে থন্দুনা
হায়জগদব মথৈ হায়জরগা, ভরত লৈথি ঊকায় চুংশি মায়না ।১৬

নোংগাখ্রবা মপাবুং নিংখোগী, মাথংদৈ লাম্বোকুণ্ড মাত্রবা
ময়াম্বুংগী মত্তৌ ঊবদা, মাথবোই হায়নদু থড্লবা
ভরতনা রামগী খুকম্ব নি, খুকম্হুনা শৈত্তে হায়নিংতাই লৈজবা ।১৭

রামনা মাহু রাহুনা পীথি, ভরতদ বিদায় খুকম্গ লোয়ননা
ভরতনা অযোধ্যা চঙদনা, চৎখি নন্দিগ্রাম কৌব মফম্ তাম্না ।
মফম্হুদ লৈথি ভরতনা, অত্তে প্নগী মরল শঙ্বিবত্তম্না
লৈথ লৈপাক্ শাসন তৌহুনা, ময়াম নীংব অকম্বনা ।১৮

ময়ামদ ভক্তি থোইন লৈরবা, লৈপাক্ মিহেৎব লৈত্তনা
মমানা তৌথিবা পাপতু কোক্লবা, প্রায়শ্চিত্তব্ তৌবিবনি মহাক্না ।১৯

অসোমদ পূক্নেন্ ভপ্লব রামস্ত, লক্ষ্মণ সীতাগ লোয়ননা
বনগী উহৈ বাৎেত্তনা লেন্দুনা, যৌবনগী অবস্থাদ লৈন লৈনা
ইক্ষ্বাকু শাগৈগী অহল্ রাজর্ষিশিংনা, তৌনয়ব ব্রতহু তৌথি কায়দনা ।২০

নোংম বনগী মহুংদা, মশা-ই শক্তিনা উকম্বু রামনা
চখোক্হন্দন পোখারম্মি, সীতা ই তম্পাক্ শয্যাদ ঈংনা ।২১

মতম্সিদা জয়ন্ত কৌবা কাক্, অমনা পাইরক্কনা থঙ্হৌদনা
রামনা পীথিব লৈপুন্ খুদম্বু, উবদা দোষ-তই লৌহুনা
মাগী থৌবম মচীম্না, সীতা-ই থোম্নাং 'নীহুবু থঙাহাইদনা
খিন্গাইরম্মগা পাইথোক্লখ, সীতা-ই মাত্তদ থুনা ঝাতনা ।২২

সীতানা খুদক হৌদোক্খই রামবু, রামনা কাপ্লকখই ইষী কান্দ্রব্
তেল্ অহুনা ভায়রকপলা, পীথোক্লম্মগা মমীৎ মামবু
মথায় পুহুনা পাইথি কাক্, ইষীকাদগী কর্জাথ মথায়বু ।২৩

চিত্রকূটনা অযোধ্যাদৈ খোইন লাগুবনা, ভরতনা 'মুকুট লাকৃখিব মাই থদুনা
রামন চিত্রকূটপু থাদোকৃখি, রাম কায়নবৈ মৈচাক্না
শজী শঙাই অপূবা, লৈহৌই লাঙ্জন্না রাম বানা ।২৪

বর্ষাগী থবান্মিচাক্ রাশি খিখিকৃপু, থাদোক্লগ চুমিৎনা থারোম্দ কাক্লাঙ্মা
অতিথি সেবাদ পুক্নী চঙবা, ঋষি মুনি কয়াগী আশ্রম্দ লৈরম্লগ রামনা
উনজনিংবা মীশক্ কয়া কয়াবু উনরম্মগা, মথায়োমদ লাকৃই অগস্ত্যা ।২৫

বিদেহ নিংথৌ-ই মমোম্ সীতানা, লাকপদি রামগী তুংইন্মনা,
মচা-ইদমক্ত কৈকেয়ীনা, হয় হন্না থামজবী রাজ-স্ত্রীনা,
মতীক্ মগুন হেন্দা লৈনিংবী, ওইনা রামগী তুংইন্নবনি লোক্নবীনা ।২৬

অত্রিগী লোয়নবী অনসূয়ানা, নীঙ্খিব লৈরাং লৈয়ীক্না
থনদা সীতাগী অঙ্গরাগ, তৌথি সতীনা সতীগী হুংশিনা
থনগী লৈরাং লৈনমগা, সীতা-ই হকচাং মনমগনা
ভিমনা থোক্থিবা মনম্না, শন্দোক্থি উমং শীংনা
লৈরাংদ তোংলেন থোইমুশিংনা, লৈরাং থাদোক্লুনা
মায়দৈগে মরি পাইথোক্লথি, মনমবু হক্চং হন্দা খি-খিন্দুনা ।২৭

মাহুনা থাগী লবী খিংবগুম্, সন্ধ্যা-নোংগী মতৌগুম্না
লংন থাউথাংনরবা, বিবাধ কৌব হিংচাবনা
রামনা লাকদবা লখীদবু, লেপ্তুন খিংঙম্মি কৈগাক্ কৈনা ।২৮

নোংবু খিংঙব অবগ্রহনা, ইন্দ্রে-থবান 'নীগী মরক্তা
লৈবী নোংবু পুখিবগুম্না, রাম লক্ষ্মণ 'নীগী মরক্তা
লৈবী সীতাবু পুথি হুদুনা, থঙহোৎনা বিরাধনা পুরক্তা ২৯

রামলক্ষ্মণ 'নীনা ভায়দুনা, হাৎখি হিংচাব বিরাধবু,
মাগী অশিবা হক্চাংদুনা, মমুখিহল্লনি থদুনা আশ্রমদ
মাগী অশিবা মশাক্ত্রে, মুমজিনখি ধাঁদন লৈহৎদবু ।৩০

থিজা চীঙলাগুবু রাংথৎহন্ননা, খিংহ্নুনা থম্‌খিবত্নুগুম্না
অগস্ত্যগী রাথংবু লাহোজনা, মাগী রাথং তুংইন্না
পঞ্চবতীদ লৈখি মথা তানা, রামন চথব তৌদনা ।৩১

কালেন্-মৈশা খাঙহন্নবা, লিল্ অমোম্না চংখিবগুম্ চন্দন পাম্বী মনাক্তা
কামগী ইপোম্ থাঙহন্নবী, রাবণগী মচন্ শূর্পনখানা রামগী নাক্তা
মোংম লাক্‌ই থঙহোদনা, পুম্নুনা শাওং-শাদা কজব ওাক্তা ।৩২

মশা-ই পরিচয় পীরগা, সীতাগী মমাঙ-মক্তদা,
মশানা হায়জক্কই রামচন্দ্রদা, চল্‌হন্বিয়ু হান্না লোয়ন-বীশীংদা ।
কামিনীশিংগী কামগী ঊগক্লা, কারবুপৈ লৈতে মতম্ অচা-চাদা ।৩৩

মরেং ফন্‌বা শগ্লাউগুম্না, রামনা হায়রকুই শূর্পণখাদা
ঊবেম্মা ঐদি হুপী লৈ, হায়জক্ক ঊনাও লক্ষ্মণদা ।৩৪

শূর্পণখানা লাক্‌ই লক্ষ্মণগী নাক্ত, লক্ষ্মণনা হায়রকুই শূর্পণখাদা,
নিক্করে নংনা রামুংদ। প্রেমভিক্ষা, অহ্নুনা হাপ্ল ডমন্ত্রে ঐনা মাহু নত্তোন্দা
চাংজো 'নীগী কারক্ত চেন্‌বী ঊচেন্‌গুম্, শূর্পণখা 'মুক লাক্‌ই শ্রীরামদা ।৩৫

মত্তৌ ঊবদা নোকউরে মোমোম্না, সীতানা শূর্পণখাদ য়েংহ্নুনা,
হুংশিংন শীন্তদনা ঊংলব ঊপাক্লা, হুংশিংনা ফুবদা ঊথক্ হোয়রকপগুম্না
ঊংলব নীঙথিব মুর্ত্তি পুরবী, শূর্পণখা ই থম্মোয়দা অশাউবৈ নুংশিংনা
য়ৈবদা মীকুপ- 'মগী মহুংদা, শানা খোক্লকপদা ঊপাক্ ঊরায়না
ইপোম্ ফুগংলকপত্নুগুম্না, অকিবৈ মুর্ত্তি লৌথি শূর্পণখানা ।৩৬

সীতাদা হায়রকুই শূর্পণখানা, মহৈদো নোক্লখিবৈ ঐত্তোন্দ নংনা
কংলগনি থঙদু হৌজিক্‌মক্ নংনা, নোংশা 'মোম্ শজী 'মোম্না
নোক্লবৈ মহৈদো কংগনি থঙগনি, ঐসি কনানো হায়বদো নংনা ।৩৭

অসি হায়রগা শূর্পণখানা, মমিংত্ত শূর্পণখা ওইবত্ত নক্তনা
মশামক্ শূর্পণখা ওইগ্নে থুদক্তা রামগী তপ্পাক্ত হোক্চিজি সীতানা ।৩৮

অহাম্বদা কোকিল্‌-খোঞ্জাং পুরবী, হৌজিক্ক 'মুক্ মম্‌হইগুম্ ওইরবী
মাবু থঙ্‌লে মাম্বা তৌবীনি হায়না, লক্ষ্মণনা হায়রকই থঙ্ জম্‌খিবী ।৩৯

লক্ষ্মণনা উনাগী থাংগোক্ শঙ্‌থং'দা, চঙ্‌দুনা থাঙ্‌শাঙ্ ছুক্লুনা
মশক্ থীরবী শূর্পণখাগী, মনাকোং নাত্তোল্ শোইদৎপিহুনা
হায়রদৈ 'মুক্ হেন্ন থীহল্লে, অকিবৈ মশক্ ফংহল্লে হেন্না ।৪০

মথুজিল্ থোরন শাংলবী, মমা চৌরবী হি'চাবীহুনা,
নোংমদোম্বক পাইথৎখিহুনা, তাংথক্ নাইবী বাগী মতাংগুম্না,
খুদোঙ্গীন থিন্দুনা চৈরম্মি থীনা, রামলক্ষ্মণদা চৎখি লৈফম্ ফংনা
মায়থীব ফংওকপা শাথিনা, তম্মুরে খরদূষণদা শূর্পণখানা ।৪১-৪২

মনা মনাকোং মাওব্রবী, অজ ভজ ওইরবী মাবু
মাঙ্‌থাহন্ন লাঞ্জলকই, হিংচাবশিংনা রাম তঙ্গবু
মশানা মশাদা অমঙ্গল পীজরে, মশান শীঞ্জরে মাওনব মশাবু ।৪৩

মথুং মথুঙ্ক খুংলায় 'মমম্ পায়রবা, লাকুপত্থ উবদ হি'চাবশিংনা
ওব্রগী আশাগ সীভাগ 'নীবু, লক্ষ্মণগী মকম্‌দ শিম্মরগ রামনা
লীফংদা লীম্মী হাপ্তুনা, লীম্নীদ তেজা থোংহুনা
লৈথি লেপ্তুন খুবম্ চেৎনা, মখোয়গ থেংনগে হায়হুনা ।৪৪

লিশিং লিশিংনি হিংচাবশিংনা, মথক্তনি রামনা অসোম্মদনা,
রাম্‌শিলক্লিব 'ছুপ্ হিংচাবশিংনা, রামবুম্ভ অচ্ছুপ উই মখোয়না ।৪৫

অকব লম্‌চত্তা চৎপা রামনা, খশামকী মরানৃৎ ঙাকুপিদমক্তরা
দূষণগী মরান্‌ৎ ঙাকুপিখিত্রে, মহাকৃপ্ত কন্‌খিগে থন্‌খিত্রে রামনা ।৪৬

খর-দূষণ-ত্রিশিরাবু, তেল্ মপৈ মপৈনা তোঙাল্ তোক্লায়
মথং মনাও নাইনা হাংথি, খুকাপ থুনা কাপ্‌থন্‌খিবনা
শ্রীরামচন্দ্রগী তেল্‌শিংহুনা, লীফংদৈ মতম্ 'মতম্ পাইখোরক্লুনা
মখোয়গী মশাদা থাখিথোই নীডিঙ, ন'ংহৌদম্মনি চেন্না ছুমজনা ।৪৭

রামগী তেল্ খুদিংমক্তা, হিংচাব 'মমম্গী মথ্থায় চুপ্‌থি
উচেক্ মশৈ মপৈনা, মখুক্ পেয় ঈ চুপ্‌চবা কংথি
হিংচাবশিংগী মশাদগী, লাম্বোক্ লাম্বোক্‌না পাইখোম্বি
অতুবু তেল্‌শিংদো ঈশেংত শেংঙি, ঈ মরীক্ 'মকাও পক্‌হন্দনা লৈথি ।৪৮

রামগী তেম মতক্ কক্‌থ্রবা, হিংচাবশিংগী পাক্‌চাউরবা লাম্মী মপৈহন্দা,
কোক্ মাওদব হক্‌চাং নত্তনা, করিগুম 'মত উথিত্রে লাল্‌কমত্নুদা ।৪৯

লাইগী মেক্কবা হিংচাবা লিশিং লিশিংনা
রাম অমতগী মথুক্ত মথ্থায় থানত্নুনা
লাওআশিংগী মশাগী মরম্দ থুপ্তুনা
তুম্‌থুল্ তাম্বথি অমুক্ হৌশংলক্কদবা লৈতনা ।৫০

লাল্‌কমত্নুদা হিংচাবা, লেম্‌হৌত্রে অমত্তা
তায়হৌরে সুপী ওইবন, শূর্পণখা মথন্তা
রামগী তেঞ্জিন্দা মথ্থায়, খাত্রশিংগী মপাউজক্তা
লেম্‌হৌবনি মৌরুনবা, রাবণগী নাক্তা ।৫১

মচন্নু থীনা তৌখিবা, মচীন্নাও শাগৈ নাতৈ হাংথিবা
খৌদোক্‌সি উব তাবদা, মকোক্ তরাদ খোঙ্‌পাক্তা কাওথ্রবা
মীশক্ 'ম ওইখ্রে রাখনা মশানু, হায়ন থন্‌থি রাবণ অকন্বা ।৫২

মারীচনু শজী ই মশক্ লৌহন্দুনা, রামলক্ষ্মণবু নম্থাক্ তৌহ্নুনা
হুথি সীতাবু রাবণনা, লম্বীদ থিংথি মানু জটায়ুনা ।৫৩

সীতাবু খিরক্ খিরক্‌না, জটায়ুবু খেংনখি রামলক্ষ্মণনা
থবায় হক্‌চাং কায়নরম্‌দাই, মৌরব মতম্‌দ মহাক্না
মরুপ ওইরবৈ লমন্ শিংলম্মি, দশরথ নিংথৌদা জটায়ুনা ।৫৪

সীতাবু পুথিবদি রাবণনি, তাক্লম্মি শিরম্‌দাইদ জটায়ুনা
কম মাপা খেংনখি হায়রম্মি, খাঙ মনিং নুংশিবগী উত্তনা ৫৫

জটায়ুনা মথুরা থাব উবদা, রাম-লক্ষ্মন অনীগী থম্মোয়দা
মপাবুং কায়নবৈ চৈন্নাদো, নোংহোৎ 'মুক্ কাওই ওমরোইদৌব শুবদা
মথুংন তৌহৌদব মপাবুংগী, সংস্কার অদো 'মুক্ পাওথোকৃখি জটায়ুদা ।৫৬

রামনা থনদা হাংখিবা, কবন্ধ কৌবা হিংচাবা 'মনা
তাক্লবহুগী মতুং ইন্না, তামিন্নরিব 'বাবন চপ- মান্নবা
সুগ্রীবগা মরূপ শান্নখি, লাক্পদ সীতাবু থি থিন্নুনা ।৫৭

অকম রামনা হাংলগা 'কয়, বালীবু সিংহাসন পীখি সুগ্রীবদা
"ধাতু"গী মহুত্তা "আদেশ" মতৌঙম্, অর্থদি ইহোং হোংদবদা ।৫৮

মোংগী নিংথৌ সুগ্রীব-ই মাথংনা, মোং প্রজা মন্নাম্না
লোয়নবী কায়নবৈ বারবা, রামগী পুক্নীং-রথ অমমম্ত্তা
মায়টগ মরি কাংতুনা, সীতাবু থিরকৃই পুক্নীং চঙনা ।৫৯

সংসারগী বিষয়বু থোইন পামদ্রবা, ঐগী মাগী থায়দ্রবা
'ছুওব ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্নবশিংনা, তাইব' ঔপাক্পু লাল্ডবা
'ছুওয়া সম্পাতিগী মচীন্দগী, সীতা-ই লৈফম্ পাউবু তারবা
হনুমান রামগী নীংব থুংনবা, লাহোকৃখি সমুদ্র পান্নবা ।৬০

হনুমান লঙ্কাচুংদ চঙ্তুনা, হগী উন্নীশিংনা কোয়শিন্নবী
মহৌষধি পাম্বীগী মতৌঙবী, হিংচাবীশিংনা পুমকোম কোয়শিন্বী
জানকী সীতাবু উবদা থঙনবা, খুদম্ খুদোম্ পীবদ উরবী
সীতাগী মিংলুদৈ পিরাংনা খুদোম্বা, চেন্শিন্খি ওইবনা হান্নদৈ
শকৃথঙবী ।৬১-৬২

চান্নবৈ মপাউ তাহন্দুনা, সীতাবু হু ঙাইহন্দুনা
হিংচাবা অক্ষবু হাংলব তুংদা, হনুমান্ ময়ায় কাথি থোইনা
ওহাক্তং ইন্দ্রজিৎকী মথা পোন্শিন্নরগা, লংকাবু মাঙহল্লম্মি উং ওইনা ।৬৩

হনুমান 'মুল মথৌ পাওথোক্লগা, সীতাগী থম্মোয় মুর্তিগুম্বা
থঙন-খুদম্ মণি সীতান পীরকৃপা, উংখি রামদা 'মনা তৌঙম্দবা ।৬৪

সীতাগী খম্মোয়-মূর্ত্তি শুইরবা, খুদোম্‌ কোম্বনা শ্রীরামনা
খোইন-হেন্ন হুংঙাইখিবনা, সীতাগা কোয়বগুম্ কংখি হুংঙাইদ্রা ।৬৫

সীতাগী মপাউ তারবা ফুংদা, উননীঙখি সীতাবু থুনা যাঙ্‌না
লঙ্কাবু থম্লিবা কোয়শিন্দুনা, সমুদ্র লায়বা উপায় থজকুই রামনা ।৬৬

খোঙ্‌শাক্লকুই রামন য়েক্লবা, হাংননবা য়োংযাম্‌গা লোয়ননা
রামগী তুং ইয়রকুই য়োংয়ায়া, লৈথাতদ নত্তে নোংথক্লগু থয়া ।৬৭

সমুদ্র ময়াদ তেজোল্ শাখি, থুংদৈ বিভীষণ রামগী নাক্তা
মাবু হুংশিন্থুনা মবুদ্ধিদ চঙ্‌হুনা, রাজলক্ষ্মীনা থারকপগুম্মি রামগী নাক্তা ।৬৮

বিভীষণদ লৈপাক্ পীনি বাশকুই, শ্রীরামন খোইন হুংশিবিখিন্থুনা
মফম্ মতম্ চানা শীজিন্নরবী, নীতি মহৈ রাজি শোয়দনা ।৬৯

রামনা য়োং লান্মীশিংগা লোয়ননা, লবণ সমুদ্র কৈগাক্ কৈনা
খোং শাখি লায়না নুং উতনা, নারায়ণগী অনন্ত শয্যানা
রসাতলদৈ মকোক্ থিনগংলক্তুনা, ঊয়ায়দ ফাওগংলবোই নীঙ্‌নৈ
লাইয়াম্‌না ।৭০

খোংহুদা লান্দুনা য়োংয়ামগ রামনা, লৈঙাঙ্‌ নাপু মাল্লব য়োংয়ায়া
লঙ্কাবু কোয়শিন্থি মায়গৈ মরিদা, য়েংবদা য়োং লান্মীশিংহুনা
সনাগী চোক্‌পল্ 'ম লঙ্কাগী 'কোয়বদা, শাগৎলবোই নীঙ্‌নৈ ময়ায়া ।৭১

হিংচাবশিংগী য়োংয়াম্‌গা, থোক্‌খি অকন্ন লাঞ্জাও 'ম শাখিনা,
রাম রাবণ 'নীগী জয় মায়গৈ পুম্ব খোম্লাউনা শন্দোক্‌খি শীহুংনা ।৭২

মখোঙ্‌পাক্তনা কাওহুনা, য়োচ্ছুক্ কয়া মকুপ্‌ তাখি
লংঙকপা নুংপাক্তনা গদা তোইখি, অকিব কংবা য়োংগী খুৰ্জীন হেনখি
শায়ু কাওব নুংনা মকুপ্‌ তাখি, অঙকপা অকিব অঙকপা 'নীমক্
তিয়খি ।৭৩

রাবণগী মায়ানা পুরক্লপা, রামগী মকোক্ উবদা
সীতা লৈমাযথক্ক বাহথি, হিংচাবৈ মায়ানি তাক্লবদা
ত্রিজটা কৌথী হিংচাবীনা, জান্ তাযক্লই সীতা অচুম্বদা ।৭৪

রাম হিংলি হায়বা তাবদা, অথাব থাদোকুথি সীতানা
অহায়ব লৈজে হেক্ তাবদা, শিব শয়েহোত্রিবচু মহাক্লা
ঈকায়বনা মায়থোং হাইগৎথিদে, তিয়থি ঈকায়ব হয়াউবা 'নীনা ।৭৫

মেঘনাদকী লোংয নাগপাশনা, পুনথি রামলক্ষ্মণব্ লান্থকমদা
গরুড়না লাক্লুনা থদংথিবদা, গুহাক্তং কংথি 'বাব কংবতম্ মতুদা ।৭৬

থিনগাইথি থজীনবু লক্ষ্মণগী, রাবণগী থৌরবা শক্তিলেয়া
থিনগাইথি থম্মোয়ব্ শ্রীরামগী, অবাবনা হেথ শাথিনা ।৭৭

হনুমান পুরক্লপ শিদ হীদাক্লা, থুদক্ক কোকুথি লক্ষ্মণগী 'বাবা
ফুংগ তেম হিংচাব পুম হাত্তুনা, হিংচাবীশিংবু ঈহান্ হান্‌বা
কপ্প তম্বিথি কপ্প হৈরম্দবী, শ্রীরামনা থোইন কল্লবা ।৭৮

শরৎকী মতম্‌দা লোংগী থোক্লাউ, চুমথাঙ্গা লুপ-থিবক্লুগুম্বা
শরৎকী থাজগুব রামগী খুক্লা,
মেঘনাদ 'হুগা মাগী ইন্দ্রধনুগুম্বা লীক্লংনা
মথাক্ লৈতনা যুংথি, থজিকু কাওবা লেম্হোদনা ।৭৯

মোংগী নিংথৌ সুগ্রীবনা, কুম্ভকর্ন-ই মনা মনাতোল কক্কুনা
মচন্ সুপীগী দশাহু কংহন্দুনা, অথাব কোঙহন্থি থাঙগৈশেংনা
অবাব গুহাক্তং কোংদোক্লুপগা, রামদ ফুজিলকুই কুম্ভকর্ণনা ।৮০

"নংদি হুযা মায়া পাথনি, অচুব্ নবাথনা হৌদোকুপিয়ে মতম্ চাদনা'
অসুমা মামগী থৌরবা তেম্মা, বাহৈশিংসি হায়য়ম্গা থোজেল্ হৌদা
তুব পাম্জরবা কুম্ভকর্ণব তুম্হন্থি অমুক্ মীকপ্ থোক্লুহন্দনা ।৮১

লাল্কম্দে কারকুপ উফুল্ মপৈনা, হিংচাবশিংগী ঔগী জুরেন্দা
লুপ্‌খিব'ডুগুম্না হিংচাবশিংনা, য়োং-লাঙ্গী-ঈপাকৃহুংনা
চোংশিন্ চোংশিন্দুনা মখ্যায় থাম্নি, নীঙ্ছেমমনা লাল্কম্দা ।৮২

"ঙসিদি পৃথিবী কৌবীসি, রাম লৈরবী নত্রগা রাবণ লৈত্রবী
ওইহল্লগে শোয়দনা" সি হায়দুনা, থোরকুই রাবণ কোন্থুংবৈ অতৈ 'ম
থানীঙাই লৈত্রবী ।৮৩

রাবণনদি বাংলব রথদা তোংবা, রামনদি লাল্কম্দ খোঙমী ওইবা
মাঙ্গু উবদা লাইরেম্বাক্ নিংথৌ ইন্দ্রনা, রথ 'ম থারকুই শগোল
'নীনা চিংবা ।৮৪

লাইরেম্বাক্ সারথি মাতলিনা থোৗবা, রথদুগী মথক্ত শ্রীরামচন্দ্রনা
মাতলিগী খুৎ পায়দুনা কাথংলি, রথদু-ই কীরাম তত্তনা,
লাইরেম্বাক্ত চেন্‌বী মন্দাকিনীগী, ঈথক্তৈ হৌরকপ হুংশিংনা
হাইছম্ন ঙাক লৈবনি, ফজব মপা লৈতনা ৮৫

দৈত্যশিংন কাপ্লকপ তেলশিংনা
মঙোন্দ থাবদা ওইথিব হেক্ক লৈয়াংগুম্না
'ডুগুম 'ফলব লাল্ য়ুরিৎ অমবু মাতলিনা
রামগী হক্‌চাংদা কুপ্‌শিল্লি থুনা মাঙ্‌না ।৮৬

রাম রাবন অনীগী, মশা মশাগী শক্তি উৎননবগী
তাঞ্জাসিদা থেংনথিবা লাঞ্জাওনা, "রামরাবণগী লাল্" হায়নবগী
চপ্‌ চাবা অর্থবু খোকৃহন্‌খিবনি, লাঞ্জাওশিংনা লম্বাগী ।৮৭

মচা মশূ মচীন্ মনাও লোইনা তুম্‌থিল্লনা,
মথক্ত ঙায়হৌরবন্থ ফলবা রাবণনা,
মকোক্ মথুৎ মায় পান্‌বনা, খুৎলায় মথল্ মথল্ পায়বনা
থোঙ্গলোয় হিংচাবশিংনা, মঙম্ পুথদা পুম্‌কোয় কোয়না
লৈবত্থু ঈকায় কায়দে, মথক্তনা লৌর মথাম্‌গুম্না ।৮৮

ইন্দ্রনচিংব লাইরাম্বু, চম্থিবা,
মপা-ই মওঙনা মহাদেবৰু পেন্‌হন্‌থিবা,
পাম্বোম্‌ পাঙম কৈলাসবু তুকৃথিবা,
'ছুঙবা রাবণবু শৈরনবম্ব য়েক্রবা,
তৌদে শ্রীরামনা উশিত্তবা
তৌথি সম্মান্‌ মতীক্‌ চারবা ।৮৯

সীতা উনপদবৈ খুদম্‌ ওইনা, চোংঙি রামগী য়েখংবা পাম্বোম্না
অহুম্‌ তৌরিউদা পাম্বোম্‌হুমকদা, কাপ্‌লকৃই হেল্‌ 'ম রাবণনা ।৯০

রামনা কাপ্‌লকৃপা তেল্‌ত্রনম্ব, রাবণগী থজীদৈ কাওদংথিহুনা
রাবণ হাংলম্মে হায়না পাউদম্মুগদগুম্‌, লিল্‌শিংদ চঙখি লৈহুংদা থুনা ।৯১

বাহৈ 'মনা বাহৈ 'মবু বকৃপগী লাল্‌, থে'নৈ অহাম্বদা অনীনা
তর্ক হৈবা পণ্ডিত অনীনা, য়েংথংনরকৃপসিঙায় 'মবু ওম্নবা অমনা ।৯২

মাথিমম্বিবা শাম্‌ 'নীগী মররু্া, অঙোঙ্‌ব লাল্‌গী যুফমহুনা
কনাগী ওইহোগদৌরিবনো হায়বহু, থঙমদবগুম্‌ থেংনরি 'নীনা ।৯৩

দেব দানব খিদিক্রা 'নীগী মথক্কা, চাইথরকৃই লৈ খুজোক্‌ হয় হয়া
কাম্ব-থিংব-ককৃপ-থাদবদা, চপ্‌ মান্নবা মত্তৌহু উবদ পেন্দুনা
অহুবু য়োঙম্‌দে লৈশিংহুনা 'নীদা, থম্ভোকৃই লৈশিংহুবু তেন্‌শিংনা
তেল্‌শিংনা 'মরমগা কন্নবদি লাম্বরদনা, লৈরে লৈশিং থম্ভোরুহুনা ।৯৪

যমরাজগী গদাগুম্‌ কনবা, কুবেরবু ওম্‌দুনা মুল্‌হৌবা
ভুমব য়োচৈন তিংথং পাম্নবা, শত্রী কৌব শাথিরবা
তাহুবু লংওকৃই শ্রীরামদা, হিংচাব নিংথৌ রাবণনা
তাহুনা পাইশিল্লক্লিউৈ লম্বথাঙ্‌দ, হিংচাবগী ময়গী আশাগা লোম্বনবা
তাহুবু ককৃথি শ্রীরামনা, থা মচেং শাব তেল্‌ অমনা
ঈশ্বায় লায়ন শাম্বথমনা, লম্ফু পাঙ্গী শোইদংপগুমা ।৯৫-৯৬

লীকংগী বিদ্যাদ মপা লৈরবা, অকনুব শ্রীরামচন্দ্রনা
সীতা-ই খঙোম্বদ পানুখিবা, কাদন ভাগোল্ ঠৈনানা,
পীখিব মৈচাক্ কোরুবা, লৈরিব মহৌষধিশুম্না,
ব্রহ্মাস্ত্রব্ সন্ধান তৌরকুই, থেক্লব নিংথৌ রাবণ তম্না ।৯৭

মচীন্দ লৈরি ক্রুত্-ক্রুত্ হৌরবা, নোংমদোন্দ ব্রহ্মাস্ত্রচুনা,
চায-চাদ থোক্ল পোক্খোরক্‌না, অকিব কংলব মভোক্ লিশিংনা
লৈতেংব নাগরাজ বাসুকিগুম্না, পাইশিল্লকুই, 'কনুব রাবণ তম্না ।৯৮

মন্ত্রগ লোয়নন কাপ্‌খিব ব্রহ্মাস্ত্রচুনা, রাবণগী কোকশিংচু অমুক্তদা
ককখি থুনা ককমন্‌খিবনা, ঠৈনা 'মত ফাওখিদে মশাদা ।৯৯

ঈশিংদ তাব অনৌব মুখিংকী, মমিনা ঈথক্ল যৈবদা,
মচোই মচোই তাঙ্গুম্ ইরং লংনা, কোকশিংচুনা লৈমায়দ তাবদা,
থোইনবু নীঙ্খিজৈ তঙ্গপ তয়েংনা, ঈথোং চেন্নবা লৈমায়দা ।১০০

রাবণগী কোকশিংচুনা লৈমায়থক্তা, তার 'ফাওবদ লাইয়ায়া
থাজদে 'মুকম্নু চোংথংলকখিগদ্রা, হায়না থৈম্নে চপ যান্নরা
তৌব ওন্না রাবণনিনা, শির ফাওবদ থাজনদে মরাম্না ।১০১

রাবণবু ওম্ব রামগী কোকথক্তা, খিত্ত ওয়রব 'ভিষেককী খুদম্ ওইনা
চাইথরকুই লাইয়ায় লৈরাং মপৈ, নিংথৌগী লুহুম্ম মণি থেংপ ওইনা
মরাই কাব মায়গৈ তাকপ শামুশিংগী, চায়ক'দৈ শিম্বব মরাই থকঊবনা
মশা লুম্নবা থোইমুশিংনা শামুশিংচু, থাদোক্লগা পাইনখি লৈশিংচু তম্না ।১০২

রথু শাগেগী থাউমৈ ওইবা, শ্রীরামচন্দ্রনা মতৌ 'সুম্না
লাইগী থবক্ তাক্ত পাঙ্খোক্লগা, লীকংদৈ লৌম্নী লোথোকুই থুনা
মাতলিনু রামদৈ বিদায় লৌচুনা, রাবণগী মিং হক্লব তেন্নুশিংমা
থাবগী খুদম্ পুরবা কীরাল্ চৈথোক্তা, শগোলগা লোয়নব রথ পুচুনা
চংখি 'নোংমদোন্-লমীদা, ইন্দ্রগী মনাক্ তাম্না ।১০৩

মৈদ পরীক্ষা তৌখ্রবী শেংলবী, চান্নবোইবী সীতাবু লৌখত্তুনা,
মরূপ, বিভীষণদা রাজলক্মা পীরগা, লক্ষণ সুগ্রীব বিভীষণ লোয়ননা
পাম্বোম্গী পাজম কংবা বিমানদা, তোংচুনা লাক্ই রাম অযোধ্যা তম্না ।১০৪

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী লৈরেংদ ছন্দোক্পা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরানিথোইশুবা সর্গ লোইরে ॥

—— | ——

# তরাহুমদোইশুবা সর্গ

নারায়ণগী শাযোল্ ওইরবা,
গুণ চেনবা গুণগী মশক্ ময়া থঙ্লবা,
কামনা বিমানদা পুষ্পক কৌবা
লাকুই তোংহুনা নোংমদোল্ লয়ীদ চৌরুবা
য়েংন য়েংন ঈপাকী মতৌ কজবা
হায়রকুই 'স্বয় সীতাদা বাহৈবু নীঙথিবা ।১

বৈদেহী ! য়েংঙু চান্নবী ! অমুক্ত লৈথাদ ওন্দুনা
থবাম্মিচাক্ত থরবী, শাংলবী নিংথৌ তুরেম্না,
ময়ায়দ কৈগাক্ত লৈহুনা, শরৎকী শংলবা নোংমদোম্না,
কজবত্থুগুম্না ঈপাক্লা, ঐনা শাথিবা থোংসিনা
ময়ায়দ কৈগাক্ত লৈহুনা, মশাপুম্বা থম্না কোকোম্না
লৈরি মলয় চীং ফাওবা, অনীথোক্ত থাইবোক্ তাহুনা ।২

ঈবুথৌ সগর নিংথৌগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোম্না,
লৈথ্রবদ ঋষি কপিলগী নাক্তা, সগরগী মচা ঈবুথৌশিংহুনা,
শগোলবু থিরকুই পৃথ্বী তোথায়হুনা, মাহুদ ঈশিংনা থন্থিদ্না
সগরদগী সাগর ওইখিবনিদো, সাগরসিগী দর্শন তৌ নীঙথিনা ।৩

হুমিৎকী মঙাল্ মপৈনা, সাগরসিদৈ চিংথ্রগা ঈশিংবু,
গর্ভ পুইদো রত্ন মপৈবু, সাগর ঈপাক্ত ঈচুংদবু
বাডবা কৌবা মৈয়ীবু, ঈপাকৃসিনা পুরিদো ঈগুনবু,
হুংঙাইনফম্ ওইরব ঈংলবা থাজগ্গু, পোকৃথিদো ফজব থোইনবু ।৪

সত্ত্ব রজ-তমগী অবস্থা পুম্বদ চঙ্দুন লৈরিব
মফম্ পুম্ব শীন্দুংবা বিষ্ণুগী গুণনা লোইব লৈতবা
মতৌ 'দঙুম্না ঈপাকৃসিম্ন, মশাগী মতীক্লা লোইদবা,
কংহুম মাদবা হোংহনবা মাদবা, মাংগৈ পুম্বা শন্দোক্ত লৈবা
গুণশিংসি পুম্নি য়েলহৌঙৈদগী, শকুতমদে মঙণবু লোইনবা ।৫

ভগবান্ নারায়ণ বিষ্ণুনা, লৈরি লোক পুম্বু লোইশিন্নুনা
মাগী খোয়দৌ থবাল্থক্তা, স্তুতি তৌরি মাবু ব্রহ্মানা
মায়খোং থরি পান্নুনা, 'দ্ভুভ বৈকুণ্ঠ নাথনা
যোগ নিদ্রাদ চঙ্দ্না, চেপ্খিদো ঈপাক্থকুসিদ হুংজাইনা ।৬

মেরুব কিয়ব নিংথৌশিংনা, ধর্ম চেয় কবদ চঙ্জবস্তুা
বরুনা ইন্দ্রনা ভায় ভারনা, মণা ককপিরবা চৌঙ্শিংনা
ইন্দ্রগী মথুত্তা মায়থীব কংহুনা, ঈপাকুসিদ চঙ্জখি মথোয়না ।৭

আদি পুরুষ ভগবান বরাহ দেবনা, রসাতলদৈ পৃথ্বীবু পুথংলকপা
প্রলয়গী ঈথক্ ইপোয়া ম্ভুগংলবা, ঈপাকসিনা পৃথ্বীবু কুপ্খিব
ঈপাক্ ঈশিং মপৈহুনা, মায়খুম্ কী ওইখিদো ভহাক্ পৃথ্বী মত্তোঙ্গা ।৮

তুরেলশিংগী মথংলেল্ ঈপাক্তা, হুংঙাইমিয়বদি তুরেল্শিংগ হকথেংননা
মায়দে অতৈগী মহুঙাইমিয়বগা, ঈথক্-চীথানুবু চুপহল্লি হৈশিংনা
ঈথকমচা-চীথানুবু চায়বীশিংদুগী, চুপ্পি মানস্থ ঙন ঙংনা
চুপ্পি-চুপ্হল্লি মতম্ 'মতদা, হুংশি লৈপুরক্রি অঙকপ কংনা ।৯

য়েংঙু ! অচৌবা ঙা তিমিশিংনা, ঙা মচাশিংগা লোয়ননা
তুরেল্গ তিয়ফম্‌দৈ হাইগংলক্পা, ঈশিংবু থক্লগা লৈরি মচীন্ উম্‌শিন্না
অমুক্ মমা কাথোক্লগা, মকোক্তী মথুক্তৈ কাম্‌থোক্লি ঈচাই চাইনা ।১০

শামু-ই মওং মালবা, ঈশিংদ লৈবা জীবশিংনা,
কোক্তাল্ মপৈবু অনী থোক্ল, থাইদোকপদা চোংথংলক্পা ঈশিংনা
ঈশিং শামুশিংগী চায়কংদা, পক্উবদ ওহাক্লং চোংথত্তুনা
শামুগী নাকোংদা য়াহবা, নীঙথিজৈ চামরগী মতৌওয়া ।১১

য়েংঙু, আদু চায়বী, ঈপাক্-মপান্গী অশেংবা,
হুংশিংপু চাক্লগে হায়বগীদমক্তা, লিলশিংম শাংল শাংলবা,
মরী মরী চংলি থেক্ল কোইনা, ঈথক মথোয়গ লৈতে থেয়ব
অরুণগী মশেক্ল মৈবদা, ঈমং লংলবা কোক্ল থেংলিবা,
মনিশিংত্তা থঙনরি লিক্লি হায়বা ।১২

য়েংউ চান্নবী ! মোইবুংশিংসিনা, নংগী চৌথানুগুম্ ঙাংঙ্ নয়বা,
পোহাল্ মরক্ অসিদগী, ঈথক্ত ঈথদ কাথৎলক্লবা
অচুগী তুংদা পোহাল্শিংগী, মত্তোলশিংসিদা চোংথৎলক্লিবা
মচৌল্শিংসি লৌশিন্নখিছুনা, হোংনদ্রি য়াম্ব ঋানা নাম্বোক্লনবা ।১৩

হোৎনরকপদা ঈশিং থক্কদবগী, নোংমদোল্ম মংলিবা নোংশিংসিনা
ঈশিং ইপোম্ ঈরৈনা, কোমদৈ লৈয়ক্লি ঈপাক্না
মত্তৌসিবু উবদা ঈপাক্কী, থল্লি নৈরত্রা হান্নন'মুক্ মন্দায়না ।১৪

লাপ্পদগী য়েংবদা পীক্লা উরবা, তমাল-কোনাগী উমং মক্কম্দ
লৈশীন্থ্রব শংলবা ঈপাক্ মপান্না, ঈপাক্কী লৈরবা মতম্ পুম্বদা
মোৎকী চক্রগুম্ অমোৎপ লৈম্বিনা, লৈবগুম্ লৈরি য়েংবদা ।১৫

মীত্তা কজবী ! চান্নবী য়েংঙু, ঈপাক্-মপান্গী নাথিব ফুংশিৎনা,
চৌথান্-মমুত ঈথৌ লাংবনা, লৈত্তেংজবা ফংগ্রব নংবু ঈথুৎনা,
'সিবু কৈদৌউ ফংগদগে হায়না, ঙাইরিবা ঐগী ঙম্মোইদৌবসি উহ্না
কেতকী লেরীক্লা মায়খোংবু, লৈতে জয়রি তপ্লা ঈংনা ।১৬

য়াঙ্লবা পুষ্পক বিমানদা, তোংহ্না লাক্পনা ঐখোয়না
সমুত্র মপান্ মোবক্কে মীকুপ্ত, সেক্তাথক্ত কায়রবা কোংগ্রোংশিংনা
মুক্তা মরিক্ চাইথোক্লি, মা পাম্বীশিংন লুৰুৎৰী মহৈনা লুষনা ।১৭

শজী মীত্তা তারবী ! অমুক্ত য়েংঙু ভুংলোম্দ হন্না
সমুত্র মপান্দ হেন্দোবক্ুনা, অঙ্কক্কী মত্তীক লাক্লপা এখোয়না
লৈকোল্শিংস্থ 'ঙ্কক্কী মত্তীক্ হেন্না, উই ঈঙ্গুংদৈ থোয়ক্লমাক্লে হায়না ।১৮

অহুগা য়েংঙ বিমান'সিস্ত, ঐখোয়না নীঙ্কপ নীঙ্কপা মতুংইন্না
অমুক্লা লাইরৈবাক্ লম্বীদা, নোংগী লম্বীদা অমুক্না,
অমুক্লা উচেক্কী লম্বীদা, লাক্লিদো পাইহ্না য়াম্ব ঋাংনা ।১৯

লাইরৈবাক্ গঙ্গা-মন্দাকিনীগী, ঈথকুক থেংনবদা ঈংলবা
ঐরাবত-মথাই-মনমা তিলবা, নোংমদোল্-ফুংশিৎনা নামিবা
তৈথোক্লি মায়থোংদৈ হমাংবু, চক্রক লোন্নুবা ফুমিৎ মৈলানা ঙাংনুবা ।২০

শাউগবো ! অংনা হু অইহল', বিনান-মীহুখোংদৈ থুম্বিখোক্‌না
নোংবু কাগে হোৎনবজ্জুন, নোংথাংনা থুজী-ওইবা নোংসিনা
মথুথাংদা অতোন থুজো'মম্ শিবিরকূপগুম্'ওৌরিদো হুংশিনা ।২১

মেংগুবো লৈথাদা ওইহুনা, লৈখিরবদা কত্রবা হি'চাবশিংনা,
উতু শেংলবা ঋষিশিংসিনা, মাগী মাগী আশ্রমদ মনীং তম্না,
হজিনরক্‌না অনৌ-অনৌবা, উনাই শগু শাহুনা লৈরেদো হু'ঙাইনা ।২২

নংনা লৌথোক্‌না থাদরম', নূপুরশিংদু থেংনখিবা মকম্‌দো ঐনা
আদা লৈরে অমুক মেংগু, নঙগী থোঙ্‌গা কায়নবদা মথোয়না
থাবনা ভূমিদ থাঙাঙ্‌দনা, লৈরম্মিদো মথোল্ থোক্‌না ।২৩

কত্রবা হিঙচাবা রাবণনা, নঙব্ পুহুনা চৎখিবা লমীদা
হৌরবী থোংলবী উরীশিঙদা, ঐনা কগুনা হঙ্জবদা
তাইবং মী মরোম গাঙবা ওমত্রবশু, মরু লুরুব মনানা ঐঙোন্দা
লমী তাকুপিদো ইতৌ উবদা, মরাম লুরা থাম্মিরহুনা ঐগী থাবদা ।২৪

ঐগী ইতৌ উবদা থারবী, শজী অমোম্‌শিংহুনা
কূশমতোল্ থৎপ চাবা, তোক্‌না ভূমিদ লেপ্পুনা
মথাম হাইগন্ত্রুনা মমীৎকূপ্পুনা, মমীৎনা মথা ওল্‌দুনা
মথা ওর নোংমদোন্দা চৎখিবা, লমীদু তাকুখিদো মথোয়না ।২৫

মাঙ্‌দ উরিখা থাদ্যবাম্, চীংগী মতোল্'মনা খিন্‌গৎলি নোংমদোম্ লোক
চীংদোন্‌সিদৈ তারকপা নোংগী মরীগা, ঈমীদৈ তারকপ শিরাংগনা
মতম্ 'মতদা শিহুখিরখিদো ঐনা, থাবদ থাবিথিদো মানা ।২৬ .

মকম্‌সিদা বর্থাক্কহুবা, মোং মরীক মীক্রব লৈজনা-ই মনম্না
পোম্‌থাংনরবা কদম্ মগাক্কা, থাহোংশিংগী কে-কা থোম্বাংনা
হেন্‌নৎহন্‌খি মংগী কাকন লৈজাক, খদুনা ঙেংঙমে মথোয়দ হল্লা ।২৭

কিশরী । অঙ্গুদৈ নহাক্পা, করিগুম খোঞ্জেনুব্, তারগা চীঙশিদা
নংগা নীক্পা নীক্পা চেংনা, কোন্থিখদো কিদুনা ঐঙোন্দা
মাদ্‌ব্, নীঙ্‌শিঙ্‌ঙ্‌বদা, নোংগী খোঙ্গাংবু চীংঙ্গুংলিদা
তারগা লৈবা তম্‌খিদে, লুপ্তুনা কায়ন ঊপাক্লুংদা ।২৮

চীঙ্‌সিগী চীংদোন্দা হৌরিশা, জকুপাম্বীশিংগী মুগায়না শাংলবা
মপান্-থয়োশিংদুনা চীঙ্‌খোংদা, নোং মরীক্পা খীকুপদৈ ঝাঙথাংবা
কায়কুপা মনিম্মা মকুশিখওম্মা, লুহোংব চুমিস্তা যজংগী মৈথুনা বায়রবা
তাংঙানিরবা নংগী মীং অনীবু, নীঙ্‌শিংহন্দুনা ঐঙোন্দ পীথি অম্মাবা ।২৯

অরাপ্প-বাংবদৈ কুম্‌থরকুপা, ঐগী চোকথরবা মীংমেংনা,
মায়গৈ মরিদ লী পাম্বীন কোয়শিন্নবা, মঙাল্ মশেল্ ওইন উবা ঝাইমুশিংনা
থম লৈবা পম্পাগী ঊশিংবু, অরাপ্পদৈ থকুখি ঊথোলাংবনা ।৩০

নঙোন্দৈ লাপ্প লৈহৌরম ঐনা, মতম্ কুইনা কায়নরুথদৈ ঊনজরবা
তাঙ্গু থজোং লাব অমোম্‌না, পম্পা সরোবরদ চীঙ্গোকনবা,
চীঙ্গোক্কনা থম্বাল্ লৈরিকুপু, মচীনুগ মচীনুগ থেংনন ইমবা,
অঙ্গুবু মিহৌননা লাঙতক্লনা, লৈখিদো ঐনা য়েংদুনা লৈতন পেম্বা ।৩১

নংগী তোঙ্‌লবা খোম্নাংতুবা, লৈরাং চবুম্মা মরু লুক্লবা
পম্পাগী মপান্দ হৌরিবা, অশোক-পামেল্ নীঙথিবা
উবদ নংবু উরে থন্দুনা, কোন্‌গে হায়না চেন্‌শিঙ্গকথা
ঐবু লক্ষ্মণনা থাম্‌হনা, "সীতা নত্তে" হায়ন হায়রবা
মতম্‌দুদা মীংলুদৈ তারকুপা, শিয়াংতমা চোংখিদো থবাক্ পুম্বা ।৩২

গোদাবরী মপাম্ম তাবা ঝাইমুশিংনা, বিমানথক্ত তোংলিবী নংগী,
সনা-ই থাঙ্‌লী মথোল্ তাবদা, নোংদোন্দা পাইথংলক্ন্ ইন্‌থরবী
নঙ্গুংবু ননাক্ত পাইশিনক্লিদো, থাঙলী খোঞ্জেল্ তাগদরগী ।৩৩

খোয়াংন লুম্ববী থাঙজেংবী, ওইয়বদু নহাক্পা নথুংদা
ঊশিং পুনবু চপ্তুনা, নথুংনা ঊশিং চাইবদা
চাউজখিব হৈপাস লৈপায়া, থলবী পক্কবচা অদি উবদা
ঝুজাইব-ইপোম্ হৌরিদো, ঐগী থম্মোয়-ঊপাক্লুংদা ।৩৪

অদুদৈ মৃগয়াদৈ হন্নকপ মতম্দ', গোদাবরী ঈথক তিরবদগী
ঈংজবা নাশিবা হুংশিংনা হবদা, অরাব কোক্ননা মৃগরাগী
পঞ্চবটীগী চীক্লবা লীগী কুপ্পদা, মোন্ থাংনজুনা মোক্লব অম্পাক্ত নংগী
ওহাক্ পোথাখিবদো ঐনা, কাউদন লৈরিদো মাহ্ন পুক্নীংদ ঐগী ।৩৫

মাগী পীশূমা শূকপতক্তা, ইন্দ্রপদবীদৈ লৈখা তাখিবনে হযনা,
মানা হেক্ থোরকপদ নোংমদোম্দা, পুক্নং লংবা ঊশিং পুম্বনা
'ফুক্তবা অগস্ত্যগী মালেম্থকী, আশ্রম অসি উবিদো মমেক্ লানা ।৩৬

নিম্না তৌননীঙ্গায় লৈত্রবা, ওইরিবা মহাকী মিংচৎনা,
মহর্ষি অসিনা তৌরকপা, যজ্ঞগী কারকপা মৈখুনা,
হকচাংদ মৈবদ 'ফুপ নম্বদা, খম্মোয়সে ময়োগুণ মাওদনা
সত্ত্বগুণতগ তিয়থিজুনা পুম্নেং শেংথ্রে অমকপা লৈতনা ।৩৭

ওইন চাউবী নীঙথিবী ! অমুক্ত য়েংঙু, শাতকর্ণি কৌবী মুনিগী
পঞ্চাপ্সর কৌব শায়কম্ পুখ্রীসে, উবিদো নীঙথিনা 'রাপ্সিদগী
অকোয়বদ লৈকোয় কোয়জুনা, য়েংবদদি অরাপ্স 'সিদগী
নোংলক্কে হাইকেং হাইদোয়কপা, মকোয়গুম্ উবিদো থাজগী ।৩৮

মমাক্তেদ শাতকর্নি মুনিনা, শজীশিংগত লোয়ননা,
কুশ মতোঙ্ক চাজুনা, তপস্যা তৌখদো মায় কয়া,
মাগী তপস্যাবু উথদ কিজুনা, ইন্দ্রনা থারকপী অপ্সরা মঙ্গানা
যৌবন-মমায় লাংদ থুহম্বুনা, ঊংগুংদ পুথথি মাবু অপ্সরাশিংনা ।৩৯

ঊংগুং শজাইহুংদ লৈবা, শাতকর্নি কৌবা ঋষিনা
পুংজেল্ মথোল্গী লোয়ননা, শক্লি ঊশৈবু হুংশিনা
ঊংগুংসিদৈ কাঙপংলকপ মথোয়া, বিমানগী মতোম্দ লৈজুনা
বিমানসিবুহ মথোল্ থোক্‌হজি, হুংঙাইহাজি 'খোমবু তাইদুনা ।৪০

য়েংঙু চায়বী ! আদু তপস্বী অমা, মমায় হুমিংলোমদ ওপ্পুনা
মৈসি থোক্ল চাক্লবা মৈ মরিগী মঙ্গংদা, তপস্যা তৌরিদো কমজুনা
সুতীক্ষ্ণ কৌই মমিংনা, মুনিনি পুক্‌চেল্ তপ্সব থোইন হেয়া ।৪১

মাগী অকঙ তপস্যা উবদা, থোইনা চিংনরক্নুনা ইল্লনা,
মাগী তপস্যা থুগাইরকনবা, অপনবা থারকই মহাক্না
মোমোন্ নোক্পা মীনোক্না, মীচি খোইখোই মীৎমেংনা,
নাম্বহম কীজোন্না, কেৎকোম্ পুনম খাওনৌনা, মীৎপু মিহোইহন্দুনা
কৈপল্ থবাক্ উহম শাথেন্না, হোংনথি তপস্যা কাম্বনব 'ত্রু ওমে
মথোয়না ।৪২

শজীগী হাৎকজবসু হোৎনিবা, কুশ মনা হেক্‌পদসু শীজনবা
গুগ্রীক্ পয়েংনা খুজী ওইরিব, থাংগৎনক্নুনা খুৎ অসি মেথংব
ঐবু ওকৃপিরি ঊকায় খুম্বনা, কয়াদ মীহুৎশি খওগ্রবা ।৪৩

মৌনব্রতব্ চেৎন তৌবনা, মকোক্ হাইকেৎ লুক্নুনা
ওকৃপিরিদো খুরুমজবব্ ঐনা, মপা লানথোক্পৃবদ বিমানসিনা
তপস্যা তৌহৌরিদো অমুক্ হন্না, মমায় 'মুক্ হুমিৎলোম্‌দ ওন্দুনা ।৪৪

যজ্ঞত তৌদুনা মপুনশি লেনথিবা, শরভঙ্গ মুনিগী আশ্রমসে লাপ্না,
উরিদো শেংলবা থাইনবু হেন্ন, তৌরগা শী তনা যজ্ঞবু কুইনা
কোঙংদা মশামকপুসু মৈহুংদা, যজ্ঞ তৌখোক্‌খিদো মহাক্না ।৪৫

হৌজিক্‌সু শরভঙ্গগী আশ্রমগী, মনা পুংলবা উপাবীশিংসিনা
যাত্রিক আতথিশি গী পোথানফম্, পীরিদো মবায় লুক লুক্না
থুম্বা মহে পীজ পীজগ্না, অয়াকপশিংবু থোইন পেলহন্দুনা
মহাকী মচাশিংদা তৌগন্না, অতিথি সেবা তৌরিদো তজনা ।৪৬

মচীনগী মশক্ ওইরব লোক্না, তারকপ ঊফুৎ ইচেন্ মথোন্না
খোংলক্পা মখোল্ ওইরিবা, মচিগী মশক ওইরবা মতোন্না
ডাঙলৈনরবা নোংগ পক্নদুনা, লৈরায় থিনগাইদুন শান্নকবনা
মরাম কারবা শঞ্জাউওন্না, লৈরিবসে উরিদো চিত্রকূটনা ।৪৭

লুরব ঊশিং ঊচেনপুবী, মন্দাকিনী মবুক্ তঙীনা
চিত্রকূট চীঙখোঙ লম্বনগী, ওকপনগী মুক্না পক্নহংওন্না
থোইনবু নীঙখিজরিদো, পীক্না উরিদো উবনা লাপ্না ।৪৮

য়েংঙু চিত্রকূটকী চীংখোঙবা, লৈরিবো ঋাংলবা অমাল্ পাকীনা
মাগী মনম্ হুংশিন্নবা লৈনাবু, হেক্লগা নাচোম্ শেমহ্না ঐনা,
নাকোংগী লৈতেং ওইহন্দুনা, নৌরব মবকী মরোলগুম্না
ঙোকনরবা নংগী চান্নকংদা, কজহনখি 'হুটঙৈ হাইন হম্না ।৪৯

য়েংঙু অত্রিগী মতীক্ চাউরবা, তপোবন অসে উপ্নি লাম্না,
মসিদ লৈব জীবশিংনা, লৈত্রবস্থ ফুব ৈচব-ই অকিব থোইনা,
ঈতপ্ত তন্নী হুমিং চুপ পা, মসিদা হৌব উপাধীশিংনা
মপাল্ শাদনা মহৈ মাল্লি, আত্রিগী কলবা তপস্য'-ই শক্তিনা ।৫০

মঙোন্দ শাংপ সনা ই থম্বাল্লবু, সপ্তর্ষিন হেক্নথিবা মথুং মথুংনা
'হুগুবী মন্দাকিনী অসিবু, আত্রি লোমনবী অনসূয়া সতীনা
মুনিশিংগী স্নানগীদমক্তা চেল্হনখি মকম্সিদ পুরক্তুনা ।৫১

য়েংঙু আদ ঋষিশিংনা, বীবাসনদা ভুমিন্ন কম্তুনা,
লৈরিবো ধ্যান তৌ তৌথুনা, মথোয়গী মতৌ তম্বগুম্না
আশ্রমগী ঋাংলবা উপাধীশিংস্থ, ধ্যান তৌবগুম্ লৈরিবো ভুমিন্ ভুমিন্না ।৫২

চান্নবী ! য়েংঙু অহুটঙৈ নংনা, নীঙব থুংজগে বর নিথিবা,
ঈপুরোয়বনা কাযদন ব্রত ঙাকচবা, ঊম্হন্বিয়ু হাম্ননা হায়জখিবা
শংবাম্নবা বট পম্বী অসে, ঙাইরম্মিদো 'খোয়বু হৌজিক্ কাওবা
পামেল্সিনা হৌজিক্কি মহৈ য়ান্দুনা, পদ্মরাগগা লোমনব নীলকান্তগুম্বা
মচু পুহ্ননা লৈরিবো নমাঙদা, মপা লৈতনা ফজবা ।৫৩

নিম্না তৌনিঙাই লৈত্রবী !, গঙ্গাগী ঈচেল্ অসিনা,
যমুনা-ই ঈটে লপ তিন্নথিহ্ননা, মফম্ 'মদন লংলব ইন্দ্র নীলমনিনা,
থাম্নবা মুক্তা পরেংগুম্না, মফম্ 'মদনা শংলব থম্বালনা,
অক্টোব থম্বান্দ লৈচনখিগুম্না, মফম্ 'মদন অশংব ঙাহু পরেংন,
মানসরোবরগী ঙাহুগা তিন্নখিগুম্না, মফম্ 'মদন অমুব অগুরুনা,
অক্তি চন্দনগা তিন্নখিবহুগুম্ন', মফম্ 'মদনা চঙহ্ননা অমম্বনা,
উকম্না তাবা মঙালগুম্না, মফম্ 'মদনা শরৎকী লৈচিম্না
শংলবা 'তিন্নাদ তাউরবগুম্না, মফম্ 'মদনা মুর মুরব জিম্না
থাউওন্ ওনবা শিবগী হকচাংগুম্না, ফজরিবো মথল্ মথল্ ওইনা ।৫৪-৫৭

ঈপাকী লোয়নবী ভিয়ন ভিন্থিবী, ঈপাক্ত গঙ্গা যমুনা 'নীনা,
ভিয়কম্সিদা ভিয়হন্থিবা, জীবব্ ভিয়কম্দ মী মহাক্তুনা,
ভিয়মন্ত্রে 'মুক্ মহাক্ পোক্প শিবগা, লৈখি অরাম্ব খুজম্ কংহুনা ।৫৮

কোক্কী মণি ভোথোক্নুনা, ঐনা জটা কোক্ত পুথিবা,
মন্ডোইহুব্ উবগ সারথি সুমন্ত্রনা, "কৈকেয়ী ! ননীং থ্ ভোকো" হায়না
কপ্থিবা
নিষাদ নিংথৌগী নগরদো, আদ উরেদো থোইন নীঙথিবা ।৫৯

চায়বী ! নহাক অমুক্ত য়ে ঙু, যক্ষবমণীশিংগী থোয়াংগ তত্তন ভিয়বী
প্রকৃতিনা পঞ্চভূতগী থোয়কৃক্ম্ ওইগুম্, মানসরোববন মাগী হৌয়কৃকম ওইবী
যজ্ঞ-ই য়ুথী কয়ানা মাগী মপান্দ লৈরিবী, ঈচেম মাগী অযোধ্যা নাক্ত চেজিবী
ইক্ষ্বাকু বংশ-ই নিংথৌশিংনা, যজ্ঞ লোইব-ই স্নানব্ মঙোন্দ ভৌয়িবী
ভৌথ্রিব যজ্ঞ-স্নান কয়ানা পুণ্য চেল্লবী, অযোধ্যা বাসীশিংব্ মচাঙুম্ য়োক্লিবী
অযোধ্যা বাসীশংগী ধাত্রীগুম্ লৈরিবী, ঈমাগুম্ পুজা ভৌননীঙায় ওইরিবী
পাবুং মহারাজনা থাদোকৃপিরম্লবী, ঐনা বনদৈ হল্লকপদ ঙাইরিবী
ঈমা সরযু কৌবী তুরেয়া ওইরিদো ভরাম্ ঐবু ওকৃপিবী
মামিব হুংশিংনা হায়রিদো খুৎ-ইথক্লা, য়েংঙুদো হুংশিন্না চায়বী ।৬০-৬৩

য়েংঙু, তারম্দাই হুখিৎকী, মশেক্ল ঋেরবী শল্যারাণীগুম্বা,
ঙাঙ্লৈনরবা উফুল মপৈনা, মাঙদ হাইগৎলক্লি নোংমদোন্ পল্লা
মাঙ্জোননা চৎখিব হনুমান্ মংগীদ্দে, ঐখোয়না লাকৃপগী পাউ তাহুনা
লাম্মী মপৈগ লোয়ননা ভবতনা, লাক্লিমাল্লে ঐব্ ওক্তে হায়না ।৬৪

খরদূষণনচিংব হাৎলুয়গ হল্লক্লবদা, লক্ষ্মণা ন বু ঐ ঙান্দা শিয়বগুম্
পুক্চেল্ ফজবব ভরতসিনা, ঈপাগী য়াথং ঙাকৃলুবব ঐঙোন্দ লোয়দনা
মানা ভোগ তৌদ্রিবী রাজলক্ষ্মীব্, ঐঙোন্দ শিয়গদৌরি খল্লি ঐনা ।৬৫

য়েংঙুনে সীতা ! হায়বহু শোয়ন্ত্রে, লাম্মী মপৈব্ তু ওইননা
থম্বগ গুরু বশিষ্ঠ মাঙ থাহন্না, অহল্ লমন্ মন্ত্রী থম্বগ লোয়ননা
মখুত্তা অথেন্পোৎ পুজাগী পোচচং থম হাম্রব পাত্রব্ পায়হুনা
ভরতনা মথোঙনা ঐঙোলোম্দা, লাক্লিদো মক লুক্লা তপ্পা ।৬৬

পাথং মখোং কারব নিপাসিনা, মথুক্ত তারবী রাজলক্ষ্মীর,
ঐগীদমক্ত হয় য়েংদনা, চহী তরামরি কাওবগু,
অসিধার ব্রত তৌহনা, মানা ভাইরম্মিদো মানা ঐগু ।৬৭

অদুম্ হায়না হায়রিভেদুনা, অত্তোংবৈ পুষ্পীশু মুম থঙ্বী,
বিমানবু কোজিবী লাইরেম্বীমা, পুষ্পকুই লৈমায়থক্ত মথ অপাইবী
পাইথরকপ অতম্‌দ প্রকাশিংমা, তনুথত্তুনা য়েংঙকুই নীঙ-থিবী
অযোধ্যা নগরগী হুপী শিংনম্ব, উপদবগী ভাক্তনি লাউতক্করবী ।৬৮

থোগল্ সেবা তৌরবা সুগ্রীবগী থুং পায়হনা, মাঙদ বিভীষণনা উংজিখা
থুংনা
লীক্লাইনা থাম্রবা কুম্‌থকম্ কৈর'ক্ সিজিনা, মথ' মথং কুম্‌থরকুই বিমানদগী
রামনা ।৬৯

রামনা বিমানদ কুম্‌থরক্তুনা, বশিষ্ঠদ খুরম্মি চরণ থোক্লা
ভরতন কচ্চবহুব লৌবি তরামনা, হু'ভাইবৈ পিরা'না মিক্লা থুন্না
মনাওব কোন্‌বি হুংশিন চেংনা, মরাম্বদ ভক্তি লৈরবা থোইনা
ভরতকী কোকপু নম্মি নান্দুনা, শ্রীরামনা মিংলু লাইক্ত শিহনা ।৭০

মরানা জটা পুরবা থা'লবা, পামেল্ নটকুম্বা শ্রীরামনা
কোকুখিত্রব কোইনা থলবা মায়থো'না, অহল্ ওইরব মন্ত্রীশিংদ য়েংহুনা
মঙ্গল ওইবগী পাউনা পাওমেল্লরি, য়েংনবি ভাঙনবি অথুপ্ত থাহৈনা ।৭১

য়োং-শওম্ পুম্বগী নিংথৌ সুগ্রীবসিনা, অবাবদা ঐগী মঙ্গপ ওইখি,
পৌলস্ত্য নন্দন বিভীষণ কৌবসিনা, মরাম্ব থাদোক্তুনা ঐগী মীচঙ্ ওইখি,
অদুম্ম ভরতদা পরিচয় পীরক্লবদা, লক্ষ্মণদ য়েংলম্‌দনা হায় খুরম্‌খি
সুগ্রীব বিভীষণ 'নীমক্ত ভরতনা, মতীক্ চাব মখোয়দ সম্মান্ উংখি ।৭২

লক্ষ্মণরোম্‌দা, ওন্‌শিল্লকপদা ভরতনা,
মরাম্ব ভরতত্তা চঙ্‌শিন্দুনা, খুবম্মি লক্ষ্মণনা নোল্লুক্লা
ভরতনা মনাওব কোন্‌থক্লুনা, ইন্দ্রজিৎকী খুংলাইন পাম্বদ কয়া
কন্‌শিল্লব-তঙ্‌লব লক্ষ্মণগী থবাক্তা, মথবাক্ত তক্লখি ভরতনা ।৭৩

রাৱণগী বরদান-মাথংনা, বানর সেনাপতিশিংহুনা,
তাইবং মীশক্ 'মমম্ লৌহুনা, মযায় কায়ব শামূদ তোংহুনা
চীঙ্‌থক কাহুনা শায়বগী, চুংঙাইবদো ৱংখি মখোয়না ।৭৪

হিংচাবশিংগী নিংথৌ বিভীষণসু, থোক্তলোয়শিংগ লোয়ননা
রথ 'মময়দ তোংথংলি, শায়বসু খুদক মাথানা মীওখিনা
শাবগী হৈশিংব খুংশাদদি, ফজবা ওম্‌খিদে রামনা হায়বহুশুয়া ।৭৫

রামসু ভরত লক্ষ্মণগা লোয়নন্না, কীরাল্ মচু মচুনা লৈতেংলবা,
মীওৃব-ভুংইন্নন চংঙব রথহুদা, তোংথংলি থোইনবু মীওখিবা
য়েংবদ চন্দ্রমা তারাপতিনা, বুধ-বৃহস্পতি হৈশিংবা
অনীগ লোয়নন্না নোংথাংনা, তিন্নব অহিংদা নোং-থক্ত পাইবা
অতুগ প্রমাণনি হায়নীঙায়, লৈতন ওইখি ফজবা ।৭৬

প্রলয়গী মতমদ নারায়ণ হরিনা, বরাহ মূর্ত্তি লৌহুনা,
প্রলয়-ঈপাকৃহুংদগী, পৃথ্বীবু থাংগৎলকৃপহুশুয়া,
শরৎ কৌব ঋতুনা, থারব নোংজক্তে হাইদোরক্তুনা,
পুয়ং লংন থোরকৃপহুশুয়া, হিংচাব মযাম্ হাত্তুনা,
উদ্ধার তৌখিবী শ্রীরামনা, 'দুশুবী তপথবী সীতাদ চওহুনা
তরগুনা খুকম্মি নোয়ুক্না, চরণদ ভক্তিগ লোয়নন্না ।৭৭

রাৱণমক্না চঙজখিবদ নোয়ুক্না, সতী ধর্ম্মবু চেৎন গাক্তুনা
লৌশিন্ চিংশিন্‌খিব থোঙ্‌ 'নীহুগা, মযাবগী মতৌ তমহুনা,
জটা পুরিবা ভারতকী কোক্তুগা, থেংনখিহুনা অসবু 'মনা,
শেংদোকৃমিয়খি মপুং ফানা, তিয়খি প্রেম্-ভক্তিগী পিয়াং 'নীনা ।৭৮

প্রজাশিংবু বিমানগী মাঙ্ থাহন্না, তপ্ন তপ্ন মথক্ তংথাইরোম্ লাপ্না
লাক্লগা শ্রীরামচন্দ্রনা, অযোধ্যাগী উপবনদ শায়িবা শক্রনা
নীংখিব থুংকমণ্ডহুদা, চঙহুনা পোথাখি শ্রীরামনা ।৭৯

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংখা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদ হন্দোকৃলা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরাহুমদোইশুবা সর্গ লোইয়ে ॥

—— । ——

# তরামরিশুবা সর্গ

পাখেন্ উজাও মঙৈবা, য়েক্চরবী উরী অনীনা
উজাও খানা তুশ্রবদা, কায়না মৈশা লাংহুনা
খুইজিন্দুনা তন্থ্না তাবগুম্, খালেম্থক মকৃশিন্না
লৈরবী পলেম্ অনীনা, কৌশল্যা সুমিত্রা কৌবীনা
তৌরব মতৌহ্ উবদ য়ামনা, উনিংদনা য়েংজখি হয় হয়া ।১

য়েরুব ওম্হুনা লাক্লবা, মপা-ই থাশক্ তাক্লবা
অকব মচীন্ মনাওনা, মমা 'নীগী খোঙ্দ থাউরবা
খুরশ্নি কিনা চঙ্শিন্দুনা, ওইখিবনা পিয়াংন থরবা
মিন্নানা উদে মরেক্ লানা, শোক্লবহুতন মচানি হায়বা
থওজাথ কংজৈ সুংঙাইজবা, মচা কংবগী হয়াউজবা ।২

হিমালয়দগী শিখরকৃপা, ঈযুং-লাইক মরীগা,
তিয়বদৈ কালেন্ মৈশানা, শারব সরযূ কৌবীগা,
জাহ্নবী কৌবীগা অনীগী, লাইজন ঈ জব কংবগা,
খেন্নদে কৌশল্যা সুমিত্রা 'নীগী সুংঙাইজবৈ ঈংলব পিয়াংগা
তিয়বদৈ মচীন্ মনাও অনীগী, শারব পিয়াংন ঈংথরকপগা ।৩

হিংচাবগী খুংলাইন পাম্বগী, তঙ্লব কুংলব হক্চাংদা
হুংশি সুংঙোর নায়গা, "অকব-পোক্পী" হায়ন হবদা
কমিন নীঙোল্শিংনা লেম্জবদো, পাম্জকত্রে 'নীনা মচা উবদা ।৫

"মপোক্ কত্রবী মপুরোয়ব থাহবী, নমাই সীতানি" হায়দুনা,
মপুরোয়ব-নিংথৌ লোংগাথ্রবী, মনেম্ রাণী 'নীদ চঙ্হুনা,
চরণ লোক্ক খুরুম্নি সীতানা, মমীত পিয়াং ঈহৌননা ।৫
"হৌগংলু ঈবেম্মা লাইবক কবী, নংগী কহ্নবা সতী ধর্মনা,
রামলক্ষ্মণ ঈচানীন, অবাবদৈ লাহোরক্পনি ঈসায় লাবমা"
অসি হায়দুনা কৌশল্যা সুমিত্রানা, সীতাবু কোন্থংপি হুংশিনা ।৬

মমা 'নীগী মীৎলুদৈ শিদুরকপা, হয়াও-মীৎলু লাইজনা,
রঘুশাগৈ-মৈতাল্ অরাবা, শ্রীরামগী অভিষেক তৌথি হায়া ।
সনা-ই চফু থম হাপ্নবা, শেংলব ঈ'শংন মন্ত্রীশিংনা,
নিয়ম বিধি কায়দনা রামগী, অভিষেক তৌখি নীঙ্থিনা ।৭

হিংচাব লুচিংব কয়ানা, বানর অথোইব কয়ানা
সমুদ্র-ভুমেল্-পুখ্রীদগী, তীর্থ কয়াদৈ কোয়ন চঙ্লুনা
ঈশিং চফু থম থম্না, পুরক্লুনা চাইথরকপ ময়'মহুনা
বিন্ধ্য চীঙ্জাও চীঙদোন্দগী, তারকপগুম্ ফজৈ লো'দোক্লাইজনা ।৮

মমাঙৈদ বনদা চৎপ মতম্দা, তপস্বাগী ফীজোম্ন লৈতেং বহুনা,
থোইন হেন্নহুম্ মফজবনি, অদুদৈ অমুক্ নিংথৌ ফীজোম্না,
ফজহন্নদি অহুম্ মফজবহুনি, মহৌশানা 'হুম্ মফজবনিনা,
হেন্দোরকপ লৈতে থোইনবু, হন্দোক্ হঙ্গিন্ ফজহন্‌বনা
কাব্যশাস্ত্রদ হায়রগা, "পুনরুক্তিদোষ" হায়গুম্‌না,
দোষ ওই 'হুবু নত্তে দোষ, ফজবৈ মথক্ত ফজৎহল্লিনা ।৯

অথোই অথোইবা মন্ত্রীশিং, রাক্ষস-বানর মকোক্ ওইবা,
থোঙ্লোয় পুন্নমক্ত লোয়ননা, বাংলব সনথোঙ্ কয়ান লৈতেংবা,
রঘু শাগৈগী কোন্নুং-অযোধ্যা নগরনুংদ চঙ্লকই রাম অকনবা
বাংলবা দলাল্ মথক্তগী, চাইথরকই খুজোক্ খুজোক্ লৈরাংবু মনম্
থোইন হুংশিরবা
পুংশেল্ যন্ত্রশিংগী, মথোয় নিল্লি মায়গৈ পুম্বা ১০

মথুবাক্ত তারম রাজছত্রবু মথুংমক্তা পায়হুনা, কোক্থক্ত থল্লি রামগী ফুংগা,
লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন অনীন, কাঙ্ হাম চামর পায়হুনা নাক্‌ল্ 'মীদা,
থৌগল্ তৌরি তৌখিনা, মন্নিনা অস্তুম তিন্নবদি য়েংথদ,
সাম-দান দণ্ড ভেদ নীতি, মন্নিনা পুন্নগুম্ মথক্ 'মজান ।১১

অযোধ্যা কোন্নুং শন্নাবগি মগী, হাইজোক্লরকপা ধূপকী মৈখুমো,
অগুরু চন্দন মনম্গ য়োন্ননা, নাম্বিব মুংশিংনা হুমহুনা,
মায়থৈ পুম্ব শীক্লকই, হায়দোরকপাদি মুয়বা মৈখুনা
রাজলক্ষ্মী কৌবী মহাক্না, মুয়বা শম্মা'বু কাজিল্লবা মতম্ কুইনা
ওসি থাদোকুনা মকারায়া, কঙ্গোরককুম্মি কেনা নৌনা ।১২

মনেম্শিং'ম ফিজেৎ লৈত্তেংহল্লবী, থল্লবী লৈত্তেং মখল্ মথল্লা
রঘুবীর শ্রীরামগী লোয়নবী, সীতাবু উবদ লোনাইদ মরেক্ শানা
শজাম-মথক্ মরোল্গী, মীচুখো দৈ মথুং খিদ্দোক্লহুনা
থুরম্মি মথুং লোঙ লোম্মনা, মকোক্ শীথোক্লহুনা নোম্লুক্না ।১৩

অহুঠৈ বনদা অনন্থয়ান তৈবিখিবা, কৈদৌঙৈস্ত কোক্লরোইদোবা মচুনা
ঈর'ত শ'ন নীঙ্খিবী, মৈদ ঈকলুরব সনাগুম্ মৈদমক্ ঈকলুরবীনা
সতী সীতা কৌবীনা, লাকপত্থু উনখি নগরগী নীংখিজবীশিং'না ।১৪

মবুকচেল্ ফজরব শ্রীরামনা, মচাক্ল থলব মুম্মাম্শিংহুবু,
মনাইশিং মরূপ্‌শিংদ য়েন্‌বিহুনা, শিন্নহুনা মীংলুদৈ পিরাংবু,
মপাবুংগী অয়েকপ মূর্ত্তিগ মতাম্মরবা, পূজা-ই পোচেচন থলব মুম্হুবু,
য়েংলগা কোক্ কত্তুনা চঙ্খি মচুংদা, পুক্তুনা হুংজাইজব মতৌবু ।১৫

ছুম্মি লৈরবী ভরত পোবৃপী, মমা কৈকেয়ীদ চঙ্হুনা,
খুবাং ভম্না লোম্মনা নোম্না, খুরুম্লগ হায়রকই শ্রীরামনা
“পাবুংন লাইরৈবাক্ য়োনবা, সত্য-ই বাশক্ কায়হন্দনা,
স্বর্গদ লৈরিবসে লেঙ্‌হনা, ঈমান ত্তোজরকপ পুণ্য-ই মহৈনা
ওম্জরিবনিদো ঈমা থঙ্‌খিদু”. কোক্হন্খি ঈকাইব অবাখবু “হুয়া
হায়হুনা শ্রীরামচন্দ্রনা, কোক্পিখি মমা-ই নীঙ্খিবা বাহৈনা ।১৬

অসিগী তুংদ শ্রীরামনা, সুগ্রীব-বিভীষণনচিংবগু,
অহাঙ-অথুম্ পোচেচতনা, সেবা তৌদন্খি মবুক্ পেন্নব,
হেক্ হেক্ নীঙকুলহুব খুদজা য়োরকপ উবদ পোত্তুব,
মথোয়দু পুমুক্ ভক্‌তয়ে, উবদ শ্রীরামগী মজাপবু ।১৭

মাদু লৈশি লৈথোক্লগে হায়না, লাক্লিব অগস্ত্যনচিংব ঋষিশিংদু,
ওয়াম নোঙ্গুক্লা সেবা তৌখি, তারগ মখোয়দে রাবণ-মপোক্ বারীদু
হয়াউ হুংঙাইজবা উংখি শ্রীরামনা, মশানা তারগ মশা ই ঙাপদু ।১৮

ঋষিশিংনা হয়প্রব তুংদা, হিংচাব-ই নিংথৌ বিভীষণদা,
য়োংশিংগী নিংথৌ সুগ্রীবদা, সীতা মথুংমক্ল শেম য়েংবদা,
থোইনবু নীংখিজরবা মনা মথেল্, পীবিখি রামগী ওক্ক 'নীঙ্গুদা
থোইনা হুংঙাইনা লৈখিবনা, থাথায় 'মচুপ্প লৈবদা,
হৌখিব থঙ্ হৌদে মথোয়না, লৈখিবদু অহুক্ কুইনা 'যোধ্যাদা ।১৯

লাইয়াম্গী য়েক্লব রাবণগী, মথ্বায়গা লোয়ন লোয়ননা
লৌয়কপা-নীঙ্বদ য়োঙবা, লৌয়ব রাবণনা নম্থুনা
কৈলাসপতি কুবেরদগী, 'তুশুম বিমানছদু শ্রীরামনা
কুবেরদ অমুক্ থারক্ই, কুবেরগী শাদোং 'মূক্ ওইক্লয়ো হায়না ।২০

মতৌম্মম শ্রীরামচন্দ্রনা, মপাবুং য়াথ' তুংইমনা,
বনবাস তৌক্লরগ মপুং কানা, ধর্ম্ম-অর্থ-কাম চপ্ মান্না,
থম্মহুত্তমা লৈপাক্কী শাসনদা, ভরত-লক্ষ্মণ-শত্রুঘ্ন লোয়ননা
লৈপাক্কী শাসনদু পুখি নীঙ্খিনা, অহম্ চপ্ মান্না সম্মান তৌনা ।২১

লাইরৈবাক্ সেনাপতি কার্ত্তিকনা, থক্লগা মচীন্ তক্লা,
কৃত্তিকানচিংবী মমা তক্কী, থোয়্রাং তককপু চপ মান্না,
লুন তৌবহুত্তমা শ্রীরামনা, মমাশিংবু ভক্তি কায়দনা
লুন থম্মি চপ্ মান্না, মমা হুংশিজবা মহাক্না ।২২

অপাবা অশাউবা থাদোক্নুনা, প্রজা খুদিংব্ মরাঙ্ কায়না,
মরল্ মথুমগ লোয়ননা, পালহম্নুনা অকিব লৈহম্মনা,
মথোয়গী পেন্নবত তৌহুনা, তখিহুনা নোঙ্গুকপা মপামক্নুনা
মহৈ মশিংব্ মচাওম্মুক্ প্রজাশিংগী, পেনহনুখি নোঙ্গুকপ সেবানা ।২৩

প্রজাশিংগী হায় হুংঙাইনব শীজগা, বাবেন্ বিচার লোইরগা,
সীতাগ হয়াউ ভরাম্না, লৈমিরৈ হুমিং খুদিং অনুমনা
রাজলক্ষ্মীনা মশক্ উহন্দনা, যাওমিন্নকরগা শেখদ প্রজাগী রাধনা
অমুক সীতা-ই মশক্ লৌহনা, শামরিবোই নীঙ্‌ঙৈ প্রজাশিংনা ।২৪

শজারমুং অমত্তা লৈমিন্নহনা, রাজভোগ চাহনা হুংঙাইনা,
কংভম্‌দব পোচৈ মথল্ মথয়া, মতম্ লেপ্লি রাম সীতানা
দণ্ডকারণ্যাদ থোকৃখিবা, ফংখিব অৱাব থৌদোক্‌শিংহনা
মথং মথং পুক্লীংদা লাক্লগ 'হূপ হুংঙাইজখি 'হূপ্ অনীনা ।২৫

বিদেহ নন্দিনী সীতাগী, নীঙ্‌থিব মিন্না অনীনা
থোংন নোন ভক্ত ভক্তবা, ফজব মায়থোং লকানা
শীংনাঙ্ মন্নোল্‌গুম্ তৌকনবকৃপা, মীয়োল্‌দৈ খুদম পুন্নমক্‌সিনা
ডাঙ্গথোক্‌ৱম্ব শ্রীরামদা, হুংঙাইব শীবক্লি তত্তনা ।২৬

খোয়াং খোম্‌জিল অনীনা, মুনরঙ শংলপ্ তৌরকৃপনা,
হকৃচাংন শোম্বরক্ কংলপ্ তৌবনা, চঙ্‌খ্রে জীব থঙ্‌লে রামনা
মশা লুমবী সীতাবু অচীকৃপদা, তম্পাক্ত পন্নগ হুংশিনা
করি পোশক্ পাম্মি হায়মু, হায়না হংখি হন্ন হন্না ২৭

চাক্লিবা যোগী মুনিশিংনা, থম্‌জব চেণ্ড-হবাই মক্লশিংহুবু,
চাবিবা হেক্ হেক্ বনগী শাশিংনা, হুংশিনহুন খোইন অমন 'মবু,
লৈমিন্নহৌব বৈখানস মুনি কন্যাশিংনা, কুশন থল্লব মফম্‌হুবু
অমুক্তগ য়েংনিংঙি হায়রকৃই সীতানা, গোদাবরী মপান্‌গী তপোবনহুবু ।২৮

কয়ে 'হুমক্ ভোগনি, অশুয় হায়রম্মগ শ্রীরামনা,
অযোধ্যাপুরীগী দৃশ্যবু, য়েংনিংবনা মনাইশিং লোয়নমা,
নোংমদোন্ শঙ্ক তাংলবা, মভোল্ ঊখং থংব মলাদ কাহনা,
য়েংঙখি অযোধ্যাগী দৃশ্যবু, থোইন হুঙাই হয়াওনা ।২৯

শাংল শাংলবা সড়ক লম্জাউনা, পোচ্চেন থজব কৈথেল্ শয়োংনা,
ছিদেল্ পুং ছিন থজবী সরযুনা, চেচ্চারব মফি মরোল তক তক্কনা
নাগরিকশিংনা হক্ চিক লাংজবা, ঈংলম হৈকোল লৈকোয়া
থজবী অযোধ্যানগরীবু, উরগ হরাউজৈ শ্রীরামনা ।৩০

বাঙাউ হৈবগী অথোইবা, লম্চৎন মপান্ শেংলবা,
বাসুকিগুম্ব' থোঙন কল্লবা, রঘু শাগেগী অথোইবা
রামনা মাগী বাযেন্-লম্ তা, কনান করি হায়নরিবা
খণ্ডনীংবন ভক্ত কোবা লাপ্লাবা, অমদা হংলক্ই অশিংবা ।৩১

রামনা হংলবদা ভদ্রনা হায়, নিংথৌ নহাক্কী শাসনবু,
প্রজাশিংনা থাগৎলি ভক্তনা, থরদি তৌনৈ নিংথৌ-ই নিন্দাবু,
মতম্ কুইনা হিংচাবৈ লৈপাক্কা, লৈরুববী মৈথিলী সীতাবু
থুনা য়াঙন হেক্ লৌশিনবগে, থবনা তৌনরি নিন্দা নিংথৌবু" ।৩২

চাউরব লুয়ব নুংথংনা ফংদা, মৈ ঈক্রবা ভাঙলবা কল্লম য়োংনা
ওইথিব মতৌদুগুম্না, লৈথা তানব ওংম্নব মিংচৎনা,
ছপীগী লমচত্ত পীবক্লিব তম্থিবা নিন্দাবু তাবদা থওহৌদনা
জানকী ই চারব শ্রীরামগী, থম্মোইস্থ থিন্গাইথি লৌব য়াদনা ।৩৩

ঈশাদ তৌরক্লিবা নিন্দাসিবু, ছুমিন্ন লৈথোক্লসিরা তাশিন্নদনা,
নত্রগ মরাল্ লৈত্রবী সীতবু, থা দাক্থ্রসিরা 'য়ুম্ন থন্দুনা,
নাকল্ 'নীমক্ক হাইদুনা লৈ'থ, চিন্ত 'মু'দ রামগী থম্মোয়না ।৩৪

মিংচৎ থীবসিগী কোক্লবা সীতাবু থদোকপ নত্তনা,
অতৈ উপায় 'ম লৈয়ে থন্দুনা, লেপথে পুক্লীংদ শ্রীরামনা
ইন্দ্রিয়তগী মু ঙাইনব পোশক্কীদি, কবি 'মুক হাযনি থোইন হেন্না
মিংচৎ থীগদৈ শরুক্পুদি, মশানকপুম্ন থাদোক্লে মি চৎ পাযনা ।৩৫

মায়থোং মক্শিনথ্রবা শ্রীরামচন্দ্রনা, কৌরক্লুই মনাও অহম্
মায়থোং লাংশিন্ন মনাও শংনা, উবদা মরাগ্-মায়থোংবু,
ছুমিন্ন কম্ম মথুং লোয়না, হায়র্কুই লেংদুনা মনাওশিংবু ।৩৬

ঈনাওশা ! 'থাদ হায়রগে তাও, ঈশিং মরীক মায়দ হুংশিংলা
মৈরগা মিংশেল মক্-পত্তুরা, সূর্য্যবংশগী ঈবুধৌ রাজর্ষিশিংনা
মক্-শিন্‌ত্ত্বরবন বংশসিদু, রাম-ঐগী ঈহাৎকি করম্বা
মক্-শিন্দুনশিগে হায়বু ঈনাওশা ? লংলম হুমিঁতে পোক্লকপ খোইনা
লংলবা মিংচৎ পুরবা কনবা, ঈবুধৌশিংগী বংশসিদ ঐনা
কোক্লোইলোব কলংক অমা, পীগদৌয়ে ঙসি ঈশামক্লা ।৩৭

শাবু-ই মখোঙগী পুক্লিব উচুক্লা, লাক্‌চরিবত্তু বনগী শামুনা
থাঙ্‌তুন লৈরম্‌দবত্তুওয়া, ঈবক্ত থাদরকপ থাঙ-ই মরীক্লা
শম্লোয়রক-পতম্ শম্লোয়রক্লিবা, মিংচত্তীবসিবু তাত্তুন লৈরম্‌দে ঐহাক্লা ।৩৮

সমুদ্রন থাজবাৎ ওইনা কোযরিবী, পৃথ্বীসিবু ঈপাগী মাথংনা,
মমাইদ থাদোক্‌পিবত্তুওয়া, মচা পোকলৌরবী ওইত্তুনত্তু ঐনা,
মৈথিলী নতৈমা সীতাবু, থাদোক্‌পগে লেপ্লে পুক্লীংনা ।৩৯

ঈয়াম খঙ্‌তি মরাল্ লৈত্রবী, সীতানি হায়বসি তশেংনা ।
অত্তুবু মীগী নিন্দাবুদি, থাঙ্‌ব তমদে করিমতা ঐহাক্লা
দোষ লৈতবী সীতাদগী, লোকনিন্দান নুংশি এঙোংদ হেন্না
পৃথ্বীগী তাজব মমিসিত্তু, থাগী কলকনি হায়জীনবি মীনা ।৪০

হিংচাবশিং মাঙহল্লুবদি অয়েব নত্তে, য়েক্লবদ লমন্ খুবকনি সীতা-ই মত্তে
মকোক নেৎলুবৈ লিম চীকপদি, ঈচুপা-চাবগীদমক নত্তে ।৪১

নখোয়না ঐবু মতম্ কুইনা, হিংহন্নীঙলবদি হুংশিত্তুনা,
বীনা তাঙনবৈ তাশোল্‌সিবু, ছত্তোক্‌ন লংখোক্‌পিগে লাপ্পা
নখোয়না নমাব ঐবু হুংশিরবদি, য়েৎকত্তু তোগে থজিবসিদ ঐনা ।৪২

তম্‌খিরব থবকসি তোগে লেপ্‌খুবা, রামগী বাসি তাবদা,
মনাওশিং-মত্তুংদ কনা অমতনা, মরাহনা শীঙ্গিব মাথংহনা
শিংবাত্তু তম্‌খিরে কৈত্তু হায়তম্‌রে, শৈনখ্রে মমাত লুক্‌ন লৈবা ।৪৩

থিংচৎন মরোল্ অহন্ কাওরবা, হায়খিব হোংবৰ শ্রীরামনা
মনাও অহলী মহুংদা, লক্ষ্মণদা মেংচুনা তোঙাম্না,
হায়রকুই হায়নীংদন হুংঙাইতনা, হায়দবগু য়াদবৈ মতৌওন্না ।৪৪

চৎলু লক্ষ্মণ ! অশিংবা !, মীয়োম্লিঠৈ মতম্ সিদা,
তপোবন য়েংনিংঙি হায়খিবনি, মশামক্ত সীতানা ঐঙোন্দা
অদুনা অদু-ই দমকনি হায়দুনা, চৎথিদুন তোংদুনা রথ'মদা
মাদুদা তোংহন্দুনা সীতাবু, থাদোকুউ বাল্মীকি-ই তপোবনদা ।৪৫

লক্ষ্মণনা তাথি পরশুরামনা, মপাই য়াথং মচুং ইয়া,
মমাগী কোকপু কক্‌খি হায়না, গুরু-ই য়াথংনা হেক্লি থন্দুনা
অদুমক্তমু নত্তে হায়না থন্দুনা, য়াথ্রে লক্ষ্মণনা নীঙায়দ হৈরেতনা ।৪৬

মশানা হায় উনিংঙবগা, লক্ষ্মণনা হায়রিবদুদ থাজবগনা,
মথ্বায় হুংঙাইরবী সীতাবু, রথ মথক্ত তোংহন্দুনা,
সুমন্ত্রনা সারথি ওইহন্দুনা, যাত্রা তৌরকুই লক্ষ্মণনা
বাল্মীকি-মুনি-ই তপোবন তম্না, ময়াম্বগী য়াথং তুংইন্না ।৪৭

বাল্মীকিগী তপোবন য়ৌরবদা, নীঙ্থিব মকমুত্তু উবদা,
চায়থোইরবা শ্রীরামনা, মচাক্ত হায়বত ইথি থন্নুবদা,
থোইন হয়াওজে সীতানা, অদুবু সীতা মাগী মকমদা,
বনতক ওইরব য়াসনা, হুগী পাবী ওইথে হায়বদা
থোইন থজকদবনা, লাক্লে থল্লে পুন্শি-পোলোইদা ।৪৮

লথোদ লাকপা মতমদা, মচুংগী বা কন্নিমত হৌদোক্লে লক্ষ্মণনা,
চোংঙি সীতা-ই মেৎথংব পাম্বোম্, তৌই অমকলগী থুদম তক্তনা,
চাজরবা শ্রীরামগী য়ায়থোংবু, উমোইদৌবগী পুন্শিদ অদুম্ হায়-
থুদম্-থাক তৌরকুই সীতাদা, অমাবগী মথা অনি-ঙাই তৌন্না ।৪৯

সীতা-ই মায়কৈগী শাকলৈ, অবাধ-ই নৈচিন্না খুদ্‌ধলা
রামগী বকুবী সীতাগা, মায়ম কম্ব থোক্কগৎ হায়নতু মমুখন্দে
থুগ্‌নন লৈরব লক্ষ্মণগা শোমিননা, চৎন চৎন সীতাগা শোন্‌থৈ
"মনাওশিংগা লোয়নবা শ্রীরামচন্দ্রগী, মঙল অহৈসন্নু" হায়ন অঙৈ
থম্মরে ।৫০

সুমিত্রানন্দন লক্ষ্মণনা, মমাবগী য়াথং তুংইন্‌না
সতী-সাধ্বী সীতাবু, থমদ থনমুগদবৈ হোৎনরকপন্থু উৎনা
ভাগীরথী গঙ্গাদেবীনা, মাঙদা তুবং থত্তুন মথুং ঊথক্কা
থাবগুম্‌ তৌরম্মি, তৌদ্দ হাকুথম্মি হায়বগুম্না ।৫১

সুমন্ত্রন মথবু থাম্নবত্তুদা, মথদৈ কুমুহম্মি সীতাবু লক্ষ্মণনা
বাশক্‌ চেৎপন বাশক্‌ লাহোক্‌পগুম্না, নিষাদন পুরকপ হিদ তোংহ্না
গঙ্গাবু লাঙোরকুই ঊথক্কা, থিংবু মাদবৈ মতৌগুম্না ।৫২

থম্মোয় লকাম্‌হৈ ফুগৎলকপ মনিম্না, থৌরী চয়মবু ফুন্‌থিবনা,
থোম্মোক্‌ থোজেন্‌বু য়াম্ন বানা, থোক্‌হল্লক্কু্না লক্ষ্মণনা
মালেম্‌থক্কী খুদোংথীব থোক্‌হনুগদবগী, নুংগী মো: চুথরক্‌পগুম্না
রামগী কন্নবা য়াথং বাহৈবু, মচীন্দৈ থোক্‌হল্লকই হুংশিংহৈজনা ।৫৩

কন্নব হু'শিংকী ইপোম্না ফুবদা, লৈয়াংন মবক্‌ চোঙবী থোৎলবী ঊরীনা
মালেম্‌থক্ক ভত্তুমা ভাক্কপদা, লৈয়াংশিংহুনা মচোই মচোই অনকপগুম্না
রামগী য়াহৈ-হুংশিং-ইপোম্না, নৈবদা লোয়বী সীতা-ঊরীনা
মালেম্‌থক্কা ফুথরকপদা, শন্নাং-হক্‌চাং-ঈলতেং পুক্কনা
মচোই-মচোই পত্তুনা ভাখি, হুংশিত্তুদৈ থোরকপ নৈরিম্না ।৫৪

"ইক্ষ্বাকু বংশদ পোক্কবা, মক্কুং মপান্‌ পুক্কশেং শেংলবা,
মক্কুং মপান্‌ লোইন ঊরবা, শ্রীরামচন্দ্র নপুরোমবা,
মহাক্ক নংবু থাদোরকপদি, মরম্‌ 'ম লৈবম্‌থিনি" হায় চিংনবা
মরম্‌সিমা লৈবনা পঙোম্‌ লাকোম্না, হৌপাম্‌ সীতাগ, অসুবে মক্কনাক্কখোম্না ।৫৫

অদুম বাওদনা তুকলবা অহাবদি, অমাবা কাওরম্নে মপানা,
অদুম ভারকপা মতম্দ মৈচাক্না, অমাবা পীরকই থম্মোবদা
সুমিত্রা মপারী লক্ষ্মণনা, লায়কয়ক্লুনা হোৌলংলকপদা,
বাহকথরে 'মুকু থোইন হেন্না, বাপ্রে 'সুম্-সুম্ পহরুমনা ।৫৬

দোষ মরীক্ 'মকাও লৈত্রবী, মাবু থাদোয়কপদা সতী সীতানা,
দোষ তৌদে থক মপুরোয়ব শ্রীরামদা, মশাগী দোষনি থক্কে মশানা
পুন্‌শি চুপ্প অমাবী ওইন পোকপগী, মপুরোয়বৈ মিংচৎ থীহবগী মানা
মশানা মশাবু নিন্দা তৌই, থিকায় তৌই মশাবু মশানা ।৫৭

মতৌমা সীতাবু লক্ষ্মণনা, থেম্জিন্দুনা নীঙ্থিব বাহৈনা,
বাল্মীকিগী তপোবন ভাব লদোব্, উৎলগা হায়রকই থুৎলোয়না,
"মীথা পোয় ননাইন মনাই ওইবনা, মপুগী য়াথংন কনুমনুথিবনা
পাঙথোকচবনিকো ননাইনা, অরাম্বসি ভাকপিয় লঙ্জব নচানা"
অসি হায়রগা সীতা-ই থোঙদা, তুহুন কপথি লক্ষ্মণ হীক্ন হীক্না ।৫৮

মনাও লক্ষ্মণব্ কোন্থৎলি সীতানা, হায়রকই মিমা-পিয়াং ইহৌনা,
পেম্মে লক্ষ্মণ অতম্না !, পুন্‌শিয় ঈবঙো মতম্ কুইনা
উপেন্দ্র বামন ঈবঙো মানা, মমাম্বা ইন্দ্রগী য়াথংনা
কত্রব বলিব্ লৈহুংনা, চঙ্হন্থিবগুম্ নহাক্না
নথৌ পাঙথোকচবনি থজিঙ ঐনা, নত্তে নংগী দোষ তশেংনা ।৫৯

ঈমেম্ ঈথেম্মশিংহুনা, থুরুম্জরকই তম্মুকো ভোজবীনা
মথং মনাও কায়দন থুরুম্মু, ঐগী ঈহুং শিন্দুনা
মথোয়-ই হুংশিজব মপারীনা, পীথিব পারী পুক্নুংদ পুরি ঐহাক্না
মপামিব্ হুংশিবহুত্তয়া, পারীসিবু হুংশিবিয় হায়ধুকো নংনা ।৬০

ঐনা হায়রিবসি ঈকায় কায়দনা, তম্বুকো নমাবুং নিংথৌনা
"ঐব্ নমাঙ্মতুম মৈনা সাক্ষী ওইদুনা, দোষ লৈত্রবীনি হায়ব থঙ্থুবগুমনা
মীনা ভাঙ্নবা কিদুনা, নপামিসিব্ বনদা থাদোকপদা
হুদংথবা লমচৎসিব্, হোংহৈজবরা মসু-ই শাপেদা" ।৬১

"অচুবত্ত পাম্বনবা মহাক্না, তৌনিংবত্ত তৌবা বিচার তৌরবা
'হুত্তব মীশক্'ম ওইখিনি হায়বসি, থাজব ওমূদে ঐহাক্না
'হুনদি নহামম্নুকী মপোক্না, কত্রবী পাপচেন্থবী মীতানা
তৌজখিবা কক্রবা বর্ণগী কংজবানি, বক্লগুম্ শাখিরব মহৈরু ঈশানা
কংজবত্তনি নহাক্ নত্তে, বাদবৈ বাদবা বাকচু 'হুনা ।৩২

"অহুটৈ চাক্রজবী রাজলক্ষ্মীবু, থাদোক্লমহুনা ঐবু পুক্নুনা বনবা,
চংখিবদুগী নমনু খুম্নবৈরমক্না, ভাইরিবী ভাজা মতম্ পুরবা,
'হুত্তবী রাজলক্ষ্মীনা, ঐনা মাগী মকম্ মুন্থিগনি মুক্ উবদা,
রাজলক্ষ্মী মাগ 'মত্ত ওইমিন্নথিহুনা', শাউহুনা ঐবু থাদোয়কপা নক্না
উম্বংদা" ।৩৩

"হিংচাবশিংনা ঋষিশিংগী, যাত্ননবা তৌরক্লব মতম্হুদা,
ঋষিগী লোয়নবীশিংহুনা, চণ্ডুজখি ঐগী ইকম্দা
ঐনম্ন পীজখি নহাক্পু, মথোয়গী চণ্ডকম ওইন মতমহুদা
হৌজিক্তি নহাক্ লৈন লৈনা, চণ্ডুজকম্ নিকনি ঐনা কনাদা" ।৩৪

"ন হাক্ল লোয়দন কবিকম্ থোক্পা, উবুক্ত পুরিব নচাসিনা
ঐত্তোম্ন অকায়ব ওইরম্মুত্রবদি, হৌজিক্কাও হিংলম্খিত্র ঐহাক্না"
নংগী কায়না মৈহুংদ তারগা, হৌজক্কাও লৈরম-খিত্রা ঐহাক্না ।৩৫

অত্তাংসি পোক্লব মতুংদা, তপস্যা তৌগনি হুমিত্তা ওনথত্তুনা,
"অসিগুব তম্খিন' বাবসিবু, লৈহক্লোইদৌব লৈরবদি মুক্ থাজহুনা
হয়েংমুক্তী মপোক্ লা'জোম্ন, ঐগী উপুরোয়ব ওইবিসঙ্ক মহাক্না"
অন্নুয়া হুমিংত্তা নিজগনি যর, অকম্ব তপস্যা তৌহুনা ।৩৬

"ব্রাহ্মণনচিংব বর্ণ মন্নিবু, মুনি ঋষি তপস্বীশিংবু,
ব্রহ্মচর্যানচিংব আশম মন্নিবু, তাকপনা নিংথৌগী ধর্মনি হায়নবু,
মহুনা ইরশি হায়রশি, অহুনা থাদোক্পিরি তপস্বিনী ঐবু,
অচৌবী তপস্বিনীনি থজবসু, তাকুইপ মহত্তা হাংপগী লোবথ,
মনব থাদোক্ল কাওবদ ঐবু, মেংশিন্কম্ থোক্নই যাম্ন হুম্নব," ।৩৭

"পুন্নমক্ ভম্জকপি অমত্ত বাত্তমা," অদি হায়রমকপা লম্নপমা
চৎথিবত্থু 'শুম্ শুম্ উথিত্রবপা, সীতানা কপ্পকুই থোক্লেল্ থোক্লা
অবাব মৈচাক্ থাঙ্ব ওয়ক্ত্ৰবা, মথংলেল্ কাম্বনবী তাত্থু থজোংজমা ।৬৮

সীতা-ই তেংথা-থোক্লেল্ তাখদা, বাহেংশিংগী অপোকপু, ঈলৈপাম্ব লৈয়াংথু
শায়রম্ব কুশ চথোম্ শজী অমোম শিংনা, থাদোক্তুনা লৈনথি চপ্ চপ্ কেপ্রব,
সীতা-ই মতৌ য়েংজমদফুমা, বন শা-উচেক্ কাওনবু
থম্মোম শোক্ক কপ্পরক্লি ।৬৯

শাদানৃবৈ তেন্ন পাম্বদা, তাত্থু থজোং লাব'মোম 'নীগী
মতৌ উক্লবদৈ থম্মোয়দা, পোকৃথিবা 'বাবত্থুদগী,
মাগী থম্মোয়গী শোকনা, শ্লোক ওইথিবা মচীন্দগী,
'থুগুদা আদি কবি বাল্মীকিনা, চথোরকপদ যজ্ঞকাষ্ঠ-কুশ থিগদবগী
তেংথা থোক্লেল্ থোল্‌ল্ লীন লীনা, নাক্ত মৌরক্লে সীতাগী ।৭০

মীংলুদ পিয়াংন থলবী সীতানা, তায়কপ মপি তৈথোক্ তৈথোক্লা
কপ্প তোক্তনা মুনিদা থুয়স্ম, মুনিশু গৰ্ভগী লক্ষণবু উত্থুনা,
"মাইকব নচ পোকপ ওইয়ু", বয় পীথি খুদক্ত অম্মুম্না ।৭১

মীমম মীনা-থীন তাঙ্নবা, তাবদৈ চমীং ঈতা তাদনা,
থাদোয়কপনি নহাকপু নপুয়োয়বনা, মাত্থু থভিত্ত ঐম ধ্যানতনা,
নপাবুংগী অতোপ্ত মকম'মদ লৈবা, য়ুম্'মদ থুংজরে থত্থু 'শুম্মা
সীতা ! বাগত্থু লাকপনি নপামদা, লৈবৈ নপামগ নপুয়োয়বন
থাদোক্লবীনা ।৭২

জরতকী মযাম্ব নপুয়োমব রামন', মরোল্ 'হমগী বাব তোকহল্লে রামম হাঙ্না
বাশক্ চেৎপনি মপা লৈতনা, মশাদ চজ্ঞগন্দবনি নাপম্বা
অত্থুম্ চমীং ইতা তাদমা, নিশ্না তৌননীঙ্গাম্ব থবক্ তৌমকপমা
মত্তোম্ম ঐগী অশাউবসে. থাম্জিম জন্মে ঈশাম্না ।৭৩

মিংচুং চাউরবা নঙু মিংগী, দশরথদা ঐখোইদি মরূপ্‌নি
মপাবুং রাজর্ষি জনকহাবক্‌, সংস্কারগী মায়া কোক্‌লিটেকপনি
মহাত্মা কয়াগী নীঙ্‌থিবা পাউতাক্তা, নহাক্‌ হাকচ শক্তিশিংগী খুচিংবীবনি
অহুনদি কম্ভীনযজ্ঞ মহাক্‌পু, হুংশিজোইদৌরিবদো নথুই ঙমজারদ্রনি ।৭৪

তপস্বী মুনি ঋষিশিংগতা, তিরথিবদৈ মনগী শা-কৈশিংশিনা
হিংসাগী থবক্‌ থাদোক্তুনা, লৈথুবনি মহাশান্তিপ লোয়নবা
অচুনা লৈহ্ অকিবা লৈতনা, নচা-ই মশক্‌ উগনি মাদনা
জাতকর্ম পূজা তৌগনি ঐনা, বিধি কায়দন অমত মাস্তনা ।৭৫

য়েংলু তপস্বী মুনিশিংগী, উনা ই থাংপোকপগুু পয়েং পয়েংনা,
তমসাগী কাঙতা লৈরি, পুম্থন্‌ থম্না রুক রুক ঈয়না
পাপপু কোকহনবী তমসা তীর্থনি, মসিদ নীঙথিনা স্নান তৌহুনা
লৈহ্ ইষ্টগী পূজা তৌহুনা, ইপেস্ত পেম নীঙায়ব লৈতনা ।৭৬

মুনি কন্যাশিংশিন জত্তনা, লৈরাং উহৈ মথল্‌ মথল্‌ হেক্তুনা
মথন্ত হৌজব মতম্‌চানা পায়, মহৈমরোং পূজা-ই মচাক্‌ ওজনা
নংগী থাজনবা তৌজনি মরাইনা, কংলিব 'থাবসে কোক্‌হনগনি
মখোয়বনা ।৭৭

পুব ওম্‌গদবা ঈশিং-চফুদা, ঈশিংবু হোন্দুনা নখুৎমক্তা
আশ্রমগী পাখী মচাশিংবু নচাগুম্‌, থীকনা ঈশিংনা য়োকউ হুংশিনা
নচাগী মশক্‌উন্রিটৈ মমাঙরা, খোয়াং থকপা জীবয় য়োকপগী নংনা
হুংঙাইবদো কংগলি মাঙজোননা, নংগু য়োকপা অম্‌গৌ হায়া ।৭৮

নীঙথিবা অথোংপ থাইচশিংসি হায়জনা, সীতাবু তয়াম ওকপিহুনা
অবাব কোজায় কাউংমুনা, হুমিদাং থাইদা পুকচেল্‌ চাউবা বাল্মীকিনা
সীতায় পুরুকই আশ্রমদা, যজ্ঞবেদি 'কোকবদা শর্মীশিংনা
তুমিন্‌ তুমিন্‌ লৈরম্মি কুপ্‌নুনা, অহিংস শান্তিগী মশক্‌ ওইনা ।৭৯

অমাবস্যা কৌবা ত্তিথিনা, অগ্নিনাওনচিংবা পিতৃলোকনা,
চাথিবগী লেম্‌হৌব শকক-পু, চন্দ্রমানী কলা-ওবথিশিংদ শীশিনখ্রা,
সীতাবু ঊবদা হন্নাউজরবী, ঋষি-ই লোয়নবীশিংদা বাল্মীকিনা
মাবন থমোয় চান্নবী সীতাবু শিন্নথি লুনা ক্যোক্‌শিন্না ।৮০

ঋষি-ই লোয়নবীশিংন সীতাবু, ওকৃথি মতীকু চানব বাহৈনা,
অতিথি সেবাগ লোয়ননা, মৌয়বদ সন্ধ্যা মাচঙ্‌বা মতম্‌,
থাংগৎলি থাউবৈ ইঙ্গুদী থাউনা, শেংলব শজী মউনগী শথ্যা লোয়ননা
অতোপ্পা উনা-ই থাংপোক্‌পঙ্‌ অমা, পী সীতাদ মথোয়না ।৮১

অশুর সীতানা তথসা তুরেন্দা, মতম্‌ নাইনা স্নান তৌদুনা,
উকুনা ফীজোল্‌ ওইদুনা, অতিথি সেবা তৌদুনা তত্তনা,
তক-তক লৈদুনা মায় শেংনা, রামগী মপারীবু পুক্‌হুংদ পুদুনা
শেমদুনা দৈথি মঙ্গল্‌ নিদুনা, কনাইদ শোয়গদগে থম্মুনা ।৮২

নীতভম্‌দব অশাউবা অবাব পোক্তিবরা, রামগী থম্মোয়দা হৌজিক্‌কাওদা
থম্মুনা 'শুম্না মরাম্বুংগী, মাকা য়েংনা তম্‌থি পুন্নমকু উমংদা
ইন্দ্রজিৎপু হাংতব লক্ষ্মণনা, মকোটক্ত হৌন তেংথাহৌব কাওবদা ৮৩

মনাও লক্ষ্মণগী মচৌন্দগী, সীতা-ই মপাউ তাবদা
পোয়হু থায়ায়দা উন্‌বু শিহৃরকৃপা, থাজতব শ্রীরামগী মায়থোংদা
মীৎলুদৈ শিম্নথি পিগী জঁচেন্না, সীতা-ই মূর্ত্তিদি লৈরিবনি থম্মোয়দা
মীনা থীনা ভাঙ্‌নব কিবতগী, মপানুগী সীতাবুত থাদোক্‌থিবনি মপান্দা ।৮৪

শিংলবা তপ্পব শ্রীরামচন্দ্রনা, মশাগী 'মাবব্‌ কাজিন্দুনা,
বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী নীক্রম্‌ কায়দনা, রজোগুণ মশাদ চঙ্‌হন্দনা,
মনাওশিংগা কুপ্প তানদুনা, রাজভোগ চপ্‌ মায়ন চামিন্নদুনা
হৌরম্‌ পুবদা চাওথৎলবা রাজ্যবু, শাসন তৌথি নীতি কায়দনা ।৮৫

মীনা থীনা ভাঙনবা কিমদৈ রায়না, সীতাবু থাদোক্‌পুবব মায় লাপ্পা
য়েক্ত তীংখং-লোয়বী লৈরবী, রাজলক্ষ্মীহ দৈথি থুন্না ফুথিৎনা ।৮৬

দশাননরাবণবু হাৎলে রামনা, জানকী সীতাবু থাদোকখ্রব তুংদা,
অতোপ্পী লোকনবীশ থিথিরে পুনশিনদা, সীতা-হ মুথিবু থম্লুনা অমা
যজ্ঞ-দান করা পাংথোকখি রামনা, সিবু তামগা বাল্মীকি মনদা,
লাকোকপ বাগ্রাইদোবা কারন মৈচাকপু, পাংখ্রা লৈথি অহিং
তুংথিন্না ।৮৭

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেখবা, কানাচাবনা মণিপুরী লোলদা হন্দোকপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরাযনিথবা সর্গ লোইরে ॥



# তরামভাগুবা সর্গ

সীতাবু থাদোকখ্রুব শ্রীরামচন্দ্রনা, ঈশাক থাঙলী ওইরিবী,
পৃথ্বীতবু পৃথ্বীগী মপু ওইনা, চাকুনা লৈথি মাগী অমত ওইবী ।১

লবণাসুর কৌব হিংচাবনা, ওংশিরব যজ্ঞ থুগাইবিরবা
যমুনা মপান্থগী মুনিশিংনা, চত্লকুই শ্রীরামদ কপ্পিনবা ।২

অতাকপা মপু রাম লৈন লৈনা, মুনিশিংন শাপ তৌথিদে লবণদা
শাপ তৌবতনা থুংলায় ওইজবশিংতুনা, শক্তি বাথৈ শাপ তৌবদৈ
তপস্যাদা ।৩

ককুৎস্থ বংশদ পোকপ শ্রীরামনা, বাশকথি যজ্ঞ লৈথারববু লৈথারনি হায়না
ধর্ম-যজ্ঞতবু তাকে হায়তুনা, লৈরিবনি জগত্তা বিষ্ণু শার্জ পায়তুনা ।৪

লবণাসুরবু হাৎননব উপায়, হায়রকুই মুনিশিংনা শ্রীরামদা
তা পাম্বরিদৈন হাৎপমাদ মানি, তা মাওত্রিদৈন চত্তবিয়ু মতোন্দা ।৫

শত্রুঘ্নদ মাথং পীরকুই রামনা, মুনিশিংগী থাবসি কোক্‌হন্নু
মমিংগ চাননা থবক্ তৌগনি খন্দুনা, "শত্রুব-হাৎপ"দৈ শত্রুঘ্ন কৌবনি
হায়না খতুনা ।৬

মধু শাগৈগী নিংথৌ মচাশিংদি, অমময় শত্রুব গুন্দি মথক্তনা
সামান্য শাস্ত্রশিংবু অপবাদ 'মতনা, লায়ন কক্কুই খন্দুনা রামনা
অম চৎথ্রুগ 'তুমতায় খন্দুনা, শত্রুঘ্নবু থাবনি মথামক্ চত্তনা ।৭

মমাবুংগী আশীর্বাদ কংলবা, শত্রুঘ্ন মথৌ অক্লনবা,
দশরথ মপারী অতোপ্পা, হৈরাং লৈরাং ময়াম খম্নবা,
মনগী লমুহন্ ম্যেং ম্যেংতুনা, চাকুই লৈতনা শীতাবথা ।৮

"ওলিদি ঐগী পুরক্লিবদিওনা, ঐখুক্ থন্থুরোই থবুনা
কিন্না ঐবু বিধাতা থাদা, থারক্লবোরে নংবু উটীরাক্ ওইদা"
অসি হায়দুনা লবণাসুরনা, শত্রুঘ্নবু হাংলগে থদুনা
থাং চাউরবা উপাদী অমবু, থঙ-মরা থাওনা হুক্তুই ইরায় লাবনা।১৮-১৯

মহাক্না লংশিন্নকৃলিবা উপাদীদুবু, লবণগী মনাউনা থোরব তেনা
লমথাঙ্দ কক্না মচুপ্ মচুপ্ থাদখি, মথাদ পোক্খোদে মচেৎ
অমত্তনা।২০

উপাদীদু কক্খিব উদুনা শাউনা, নুংজাওব থাংগৎলি লবণাসুরনা
খুদুম্তম মথগী তোঙায় পাইরকৃপা, নুংজুমৃদু লংতকুই শত্রুঘ্ন তয়া।২১

নুংদুমহের থুগাই মকুপ্ মকুপ্ ভানা, ঐরাপ্র কৌব থোরবা তেনা
শত্রুঘ্নগী পুংলায়না নুংজাও অদু, তাখি পরমাণু মপৈ ওইনা
মরীক্ অমময়া লৈতোয় মরীকগী, হেন্না পীক্না কুপ্ন কুপ্না।২২

কয়ব হুংশিংকী ইপোয় ক্ক্না, লংথোরক্প কোনা পাকী মত হৌবা
চৌগ্মুম্'মগী মতৌওয়া, চাউরব শাংলবা পাঝোম্ য়েখংবা
থাদক্না হুজিলকুই হিংচাবনা, শত্রুঘ্ন তয়া পুদুনা মূর্তি তম্খিরবা।২৩

মানা পাইশিলকৃপা মতম্দা, বৈষ্ণবাস্ত্র কৌব থোরব তেনা
শত্রুঘ্ননা মাগী থজীন্দ থাখি, থম্মোয় খিনৃগাইখি থোরব তেন্নুনা
মাগী হক্চাংনা মালেম্থক্তা, তারক্পা মতম্দা শাহ্ কয়া,
দুবনা নীক্খি পুষ্পনা, আশ্রমদ লৈবা ঋষিমুনিশিংনা।২৪

মুনিশিংগী য়েক্লবা হিংচাবদুনা, লৈমায়থক্ত তারক্পা মতম্দা
মথক্ত পাইথরক্ই কাক্ লাওজা মপৈনা, মুনিশিংগী মরূপ্ শত্রুঘ্না
চাইথরক্ই লাইরৈবাক্তগী, লৈয়াং খুজোক্ অঙক্পমি য়োংবদা।২৫

কয়বা লবণাসুরবু লায়না, হাংথ্রুবা অকনৃবা শত্রুঘ্ননা
হয়ক্পা মতম্দা মীয়াম্ থ্রাইনা, থরখি চপ্ বায়না শুভা
ইন্দ্রজিৎপু হাংতবা অকনৃবা, মথাথ লক্ষ্মণ পোক্ভিরকনা
মথা পুক্সং অমতাগী ওইবনা, পোক্-মিরবগী জৌবেদো মতীকচানা।২৬

মনীং পুংখতনা তপস্বীশিংনা, মতম শত্রুঘ্ন শত্রুঘ্ননা
ঊকাতন্না মক পুক্নই খুংলোতে, লৈতেংনি 'কৎপী ঊকাইখনা ।২৭

নিশাখোকৃপে ভগনা লৈতেংবা, সংসারগী বিষয়দ মিহৌবগা,
শাতংশাদা খোইনা নীঙ্খিবা, শত্রুঘ্ননা যমুনাগী মপান্দ কজরবা
মথুরা কৌব নগরদু শেম্থি, লেংবদা খোইনা পুক্নীং হুরবা ।২৮

মচাক্ মরম্ মরাং কায়রবী, নগরী মথুরা কৌবীনা
মতীক্ চাব নিংথৌ-লোইবী ওইবী, লৈপাক্ মচা মচা কোম্বী ওইদুনা
যমুনা তুরেল্গী মপান্দা, লৈখি খোইনবু নীঙ্খিজনা ।২৯

মথুরা কৌবী নগরীদুদা, রাংলবা দলালগী মথক কাদুনা
দুরবা মাগী ঊশিংদা, তাদুখক্লোংনা তাউরিবী হুংতাইনা
পৃথিবীগী সনা-ই লৈতেংনা, থম্ব খেৎলবী বেণী-শম্জীগুম্বা
লৈরিবী যমুনা তুরেলদু, লেংদুনা হুংতাইজরি শত্রুঘ্ননা ।৩০

দশরথ জনক 'নীমকী খোইনা, চাম মরূপ্ ওইবা বাল্মীকিনা
অনীমক্না হুংশিনবা প্রেমগুম্না, মত্রমত্রবু হৈরবা মহাত্মা
মৈথিলী সীতা-ই মচা'নীদুগী, সংস্কার পূব তৌথি বিধি কায়দনা ।৩১

গর্ভগী অবাব-শেংদোক্ চাম্থোক্পদা, কুশ লবন্দ মযোল্ খুদাগীনা
মথুং মনাও নাইনা থীক্না, অতাং'নীদুবু শেংদোক্ পিখিবনা
কুশ-লবন্দ'নীদুগী মতুং ইন্না, অমবু কুশ অমবু লব হায়না
নামকরণ-সংস্কার তৌথি মুনিনা, শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা ।৩২

অনীনা থম্ব চাউরক্লব মতম্দা, বিদ্যারম্ভ-ই তাম্বা যৌরবদা
অকল কোয়না বেদ তম্বিরগা, কবিতা পূব-ই অহাব কবিতা 'নীদা
মশানা লেংজবদুব, মুনিনা, তম্বিখি শৈরেং শৈশক- নীংথিবদা ।৩৩

মুনিগী মকম্দা তম্বু তম্বুগা, পাম্বাবু হুংশিবা খোহোক্লা
রাম চন্দ্র খোম্বাং কায়দনা, মমা-ই মাঙ্ব শত্রু অনীনা
মচা'নীগী হুংখিবা শৈশক্ তাবগা, মিমা-মীংলু-শিরাং হৌনা
তারক্পা শিরাং লাইজনা থীক্পবা, লেম্বৈ অমুক্'মুক- রাম কারন
লৈদুনা ।৩৪

মোংবা রাক্ষস অমনা কন্ত কপা; অতোং পাকং কাজাম্রিনা কচাদী,
অশিবা হক্চাংবু কোমলা, মাকুই মনথোঙ্গ কোহুংগী
লৈমায়মক খাংখ্যগা মচাদুর, কপকুই হৌনা খোজাম্ব মিংথৌগী ।৪২

হা ! পৃথিবী ! লৈপাক্ লৈমা !, ওয়োক্‌না বাম্রেৎকো লাকপু খঙ্গনা !
থিংথৌ দশরথকে কান্নবরক্‌না, রামগী মখুত্ত তারক্পাদে হৌনা
অম্রাটৈ মথক অবাকতা, কংনক্লিদকো ৰুনিকাও মহাক্না ! ।৪৩

মাহুনা কপ্লিবগী মরমু ভাবদা, শ্রীরাম নুক্‌থথি ঐকায়বনা
মরমদি ইক্ষ্বাকু বংশ পাক্লিঞ্জো, মাকুওন্দে লৈপাক অকাল ৰুক্তুনা
অহনা লৈরিঙ্গদ নহান্না, থক্ শিনবে মপুনশি তেম্নুনা ।৪৪

শাউথিবু ৰাকুপিদু মীকুপ্‌মতং, ৰাইবিরগ্‌ 'হুম হায়রগ মামনা
যথাপুনু অময়ক্ তৌরগে খন্নুনা, পুষ্পক বিমানবু নীঙ্‌শিঙকই মামনা ।৪৫

পুষ্পক-বিমানদ তোংহুনা, খুত্তা থুংনায় চেংন পায়হুনা
যথপুররোম্‌দ চংলক্‌প মতম্‌দা, হক্‌চাং য়াওদবী বাণীনা
আকাশবাণী ওইহুনা, রামদা লাউয়ক্‌ই অস্তুম্মা ।৪৬

রাম ! নংগী প্রজাশিংদা, বর্ণ ধর্ম য়েংধনা,
মাগী অধিকার লৈজনা, থবক্‌ তৌরি কনাগুমনা,
নহাক্ত মাবু মাঙ্‌হনখো হায়না, নীঙ্‌ব থুংগনি শোক্কদনা ।৪৭

লাউয়ক্‌পা শোয়ত্রব বাহৈসি ভাবদা, লেওত্রব নীঙ্‌ব কীয়াজা
লৈতেং ওইবা বিমানথক্তা, তোংখত্নুনা শ্রীরামচন্দ্রনা,
ওয়বা থবক তৌরিবা, মিপাক্পু থিগে হায়হুনা,
পাইয়ক্‌ই মাবদৈ শীনবা থুংনা, মৌনিংবত মৌজব বিমানদ তোংহুনা ।৪৮

অহুন্ লাক্‌পদ লৈখুত্ত থক্‌পনা, মখীং কোরী কাম্নবা
মদৈ মকোক্‌ ওজনা ঊপাদা, মান্নুনা তপস্যা তৌরবা
ঊনগে কনাগুম "অব শ্রীরামদা. অনংমগী মঙ্গল শোক্তলাবা ।৪৯

মখিং মথা হংবর নিংথৌনা, হায়রক্‌ই নৈথুরক্‌পা তপস্বীবুনা
শূদ্রনি ঐদি শম্বূক কৌই, লাইগী পুজম্‌ ভাজিবনি হায়না ।৫০

তপস্যা তৌবগী অধিকার নৈতবা, প্রজাদা অবাৎব পীরিবা মায়
মতক্‌ কক্‌প রায়বনি খঙ্গুনা, রাবনা পায়খৎলি খুৎলায়দু ।৫১

মৈরীজ চাকখুব মকোক্‌ লোইনা, কাহৎলব মায়খোং পুরবা মাগী
মকোক্‌পু উৱা নৈরিক্‌ থুইজিনখ্রবা, থবাল্‌তম্‌ কক্‌খি মকোক্‌ তক্কী ।৫২

নিংথো-মথুংমতম মখায় থায়বা, শূদ্র-ই জীবনা কাখি স্বর্গদা
অকব তপস্যানস্ত অধিকার নৈতবনা, কাজম্‌দে চত্‌না স্বর্গদা ।৫৩

রঘুনাথ শ্রীরামন্থ তেজ কয়বা, অগস্ত্য মশানা তাক্‌পা লমীদা
থাজতম্‌ হাইদোয়কুই মকারায়া, শরৎ খতুনা চতলক্‌প মতম্‌দা ।৫৪

কুম্ভদৈ পোক্‌পা মতীক্‌ চাউরবা, অগস্ত্যনা থকচিনখিবদ খুজোক্‌ অমদা
সমুদ্রনা মপুক্কী থোরক্লবা, হায়জবা মতম্‌দ কংখিবা মঙোন্দা
মনিনা হৎলবা কীজোল্‌ নৈতেংহুবু, পীবিখি মুনিনা শ্রীরামচন্দ্রদা ।৫৫

সীতা-ই তক্‌শম্‌দ কোন্‌ব কংখিদ্রবা, পাখোম্‌দ মান্দুন নৈতেংহুবু রাবনা
পুত্তন হল্লক্‌ই মৌরক্তিঁদৈ মমাঙ্‌দা, ব্রাহ্মণ-মচাহু চংখিরম্মে হিংহুনা ।৫৬

মচাগ লোয়ননা হল্লক্‌পা ব্রাহ্মণনা, মচাবু মমগী মথুঙ্গী
কখিব শ্রীরামচন্দ্রগী মতৌণবু, শক্‌না তৌখিবা নিন্দাচ্চুগী
কোক্লবা হাৎজখি নৈলি নৈথোয়া, তুহুনা মাতদা শ্রীরামগী ।৫৭

অশ্বমেধ যজ্ঞ-ইদমক্তা, শগোল্‌ থাখ্রবা শ্রীরামচন্দ্রদ।
মী-থোং-হিংচাবৈ নিংথৌশিংনা, মংলিব লোংনা থাজেমু নৈমমা
চুপমক্‌পা ঊশিং মমী মরীনা, মটৈমমোং মথৈ মথৈ টৈপমক্‌পদা
থাজেম্‌-জীবনা পোক্তম্‌, পেল্‌হন্থি, পুরক্‌পা লোয়নমোং মথৈনা শকম্মা ।৫৮

অঙাঙ্ মীচুপী মায়খোংনা, শ্রীরামচন্দ্রপী মায়খোংগা,
খোমব লৈতনা মায়বতু ঊবদা, অঙাংশিংনা অমগ'খগা,"
নেংনৈ ওক্লে থমীংক্লখনা, লোয়ননা হুংশিব হুংঙাইখগী ।৬৭

অঙাঙ'নীচুপী হৈশিংখা-কজবা, শৈরেং শৈশক্তী হুংশিবদা
অতুক্ মায়বুদি ওকপু ওক্লরি, মতুপী হুমিত্তা সত্তাতুদা।
শ্রীরামনা অনীতুবু খোইদোক্ হেন্দোক্লা, খন্নোয় শোক্ল হুংশিবতু ঊবদা
তিক্লিবা মীরামগী অঙকপতুদি, নৈগেং হায়নীংনবু হায়জেত্ত খওংদা ।৬৮

কনানা লেংব শৈরেং'নো, কনানো শৈশক্ ভঙ্খিবনা
অপুন্না হংলবদা শ্রীরামনা, খুন্নকুই অঙাং লবকুশ 'নীনা
বাল্মীকিনা লেংবা শৈরেংনি, শৈশক্নি ভ'খবা বাল্মীকিনা ।৬৯

তাবদ মচানি খঙ্ভুনা রামনা, মনাউশি'গা লোয়ননা চত্তুনা
বাল্মীকিপী মাঙ্দ ভুতুনা, কখোক্লি রাজ্যবু লৌখিন্নু হায়না ।৭০

নচা ঈবুংঙোনি অঙাং'নীসে, মৈথিলী সত্তীনা পোক্চবনি
মচা'নীসিগা লোয়ননা রাম !, সীতাবু লৌথংলু পাখদি'সিনি
হায়রকই 'সুন্ন থোজাল্ হৈরবা, আদি কবি বাল্মীকি মুনি ।৭১

মুনিদেব ! ননাইন্নু খঙ্জৈ ভশে'না, অশেংবী সীতানি হায়বসি মুন্না
মৈন্নুংদা লেংদোক্খ্রবী সীতানি, চিংনজদে করিন্ন মত্তোন্দ ঐনা
থাজদবা ভৌজদে করিন্নু ঐনা, অতুবু ঐপী প্রজাশিংসিনা
রাবণনা শাখিনা কক্রব'মা ওইবনা, সীতাগী লমচত্ত থাজক্রি মখোয়না ।৭২

অহাবদা সীতা মশামন্না, থাজহন্নসতু প্রজাশিংবু
লমচত্ত মশাগী দোষ অমত্তা, নৈত্তে হায়বসি খঙহন্নসতু মীয়াবু
'তু ওইরখদি নয়াখং ইন্দুনা, মচাগ লোয়ননা সীতাবু
লৌশিঙগে খুই মমাঙ্দা, খু'হন্নিবু মুনিনা নীংজন্নিবসিবু ।৭৩

নিংথৌনা 'সুন্না বাশক্লবদা, নিরম কায়দবনা খবক্ পাঙথোক্পতন্না
শিষ্য মরাম্ খাদুনা আশ্রমদগী, সীতাবু লৌহন্নুই ভরাম ভরায়া ।৭৪

কচুথক বংশদা পোকপ শ্রীরামনা, অহুনী মখং লোংখদা
সভ্যশিংনা সভাদা ভিরবদা, খথক্ পুখ নীংখিন লেমশারবদা
কৌরম্ ই কবি বাল্মীকিবু, রাজসভা মরামদা ।৭৫

লেংলব উদাত্তনচিংব খোমাং'হনা, ভিরবী সখিত্রী মত্ননা
উপস্থান তৌরকপা শুধ্যত্তবা, শ্রীরামগী নাক বাল্মীকিনা
মচা'নীগ লোয়নবী সীতাগা, থ:ৎৈ সভাদা ভিরবী মীয়ামা ।৭৬

লেরুবা-কীজোল্ কীজিনা, খুমক-মারখোং-মিন্নানা,
খোঙ থাং খুদিং খোংথক য়েংহুনা, চত্তকপী সীতাগী মীয়ামা,
ঈতপু ওআ মকা দামুনা, মশাবু উবদা মশা-মশানা,
অমকপা লৈত্রবী সতীনি হায়বনি, থরখি-খঙনখি চিংনবা লৈতনা ।৭৭

সীতাগী মুর্তি-মঙাল্ লবীদা, চঙলুখদৈ হন্দোরকপ মীংলুন ভিরবা
মায়খোংবু লৈদ লুক্কুনা, ভুমিন্ ভুমিন্ চীক্ক লৈনখিবা
মীয়ামদো হেমন্ত ঋতুগী, মুরব মহৈনা মরেক্ চুমবা
কৌ পাবীশিংনা লুকৃথখিবগুম্, লুকৃথনখি ওয়দন সীতাদ য়েংবা ।৭৮

আসন-থক্ক লেঙননা কম্নিবা, বাল্মীকিনা হায়রকই সীতাদ'স্মমা
নপুম্রোরবৈ মাঙদ মীয়াম্'মাঙদা, উৎলু লমচত্ত নশাগী নশানা,
অমকপ লৈতবদো ঈখেমা !, চিংনব কোকৃহন্ন চিংনব লৈতনা ।৭৯

বাল্মীকি মুনিগী শিয্যনা পুরকপা, লেংলব ঈশিংবু খুত্ত লৌহুনা
আচমন তৌরগা সংকল্প তৌহুনা, লেংলম অচুম্ব বাহৈবু সীতানা
তাখদা কনবা বাহৈবুম্, রামগী মাঙদা হায়রকই 'স্মমা ।৮০

পূঙ্গীংব থম্মোমবা বাহৈদা, থবক্তা কবিগুব হীরম অমদা
ঈপুরোমবা রামগী মকথদা, লম্চক্ত'কামব'মভং চংথিত্রবা কম্নিগুবদা
'হুমক ওইর'থি পদেম্ মাদেম্-৬ !, লৌশিন্নবিরো ঐবু মংগী পর্জংদা ।৮১

মতৌম্বুমা মতা-মতা-ই কর্মদুলে, মরেবাকু মেরখিবা লোইবগী ফুংদা
রামমচিংবু নিংদো মচাঁমনাও মরীনা, লাইরেবাক লৈশুবী মবাশিল্পা
কংখি শ্রাদ্ধ পুজাবচিংবা, মখং মনাও কামনা মীরমেন্দা ।৭১

অতুগী ফুংদ মুনগী মীখোল্, লেত্তুনা কলব "কাল" কৌব লাইনা
লাক্তুনা হায়রকুই শ্রীরামচন্দ্রদা, লোম থুম্না নাপ চীল্পা'হুম্না
"এখোয়'নীনা ওাঙ্নরিব বাসিবু, তাহোবা উহোবা মীদো থাদোকুউ
থীম্মনা" ।৭২

কয়ে হায়না হায়রদম রামনা, কাল কৌবা লাইনা শ্রীরামদা
মশক্ অশেংবা পুথোক্লগা, "ব্রহ্মানা হায়জরকপা বাসিদা
মাখিত্তুনা লৈখিকরো লাইরেবাক্তা", অতুমা হায়রকুই নাকোংদা ।৭৩

অনীমা ওাঙনরিবা বাসিবু, তাহোরবসু লক্ষ্মণনা থোঙ্ম লেপ্তুনা
রামব্ উনিংলবসু দুর্বাসাগী, শাপপু কিবদৈ লৈখি তুমিন্না
হায়দোকখিদে কনা-ই মকমদা, কালগ রামগ ওাঙনখিব'নীনা ।৭৪

যোগ সাধনগী পাখেনা, যোগ মার্গ খঙ্লবা লক্ষ্মণনা
সরযূ তীর্থগী মপান্দা, মীরমলেন্ হকচাং থাদোক্তুনা
নহালমুক্ মপোক্ লাংওোন্দা, তৌখিবা বাশকপু মরাখনা
অচুমবক্ ওইনা পাঙ্থোকখি, চংখি ইহলোক থাদোক্তুনা ।৭৫

অতোপা ধর্মনা মথোও'হন্‌জনা, মাকেমথক লৈরব'হুত্তুনা
মশাগী শক্তিগী শরুক'হনুত্তনা, লৈমখনি পৃথ্বীদ শ্রীরাঘবনা
থোঙকম্ চেত্তনা ঈকোম্ কোম্না, লৈরব মরিওব শরুক্তনা
'হুক্কব লাইরেবাক মহাক্লা, চংখিগে নীঙলবনি মনীং ওম্না ।৭৬

মেরুথৈ মশক্ ওইরব শাম্ুশিংদা, শাম্ুকাতীওব কুশদ কুশাবতীবু
মবাথৈ নীঙ্খিব থোথোক্ থোহাংনা, মীৎলু ঊমা হোৎনলবদ শরাবতীবু
শিররগ মনাওশিংন ফুংইরমা, মাঙ্ওইন হন্না মক্ত-ই মৈরিবু
মপুরোমববু ফুংশিজবমা থাওম্লবী, অযোধ্যানা ইরজরি মক পুরবু
পুক্চেল্ তমবা শ্রীরামচন্দ্রনা, মথু থাদোক্তুনা লাকুই অবাং ওরবু ।৭৭-৭৮

শ্রীরামগী পুক্নীংথু মুত্থ থঙ্‌লবা, মোং-হিংচাব-তক্‌শিংনা
কবম-তৈরাং-তৈরীবুম্ চাঙ্‌জবা, শিরস্ত্রূপ শিরাং থরীনা
প্রজাশিং-চাহকংদে তারক্‌না, চোৎলব লমীদ রামগী তুংইন্না
লাক্লি ভগ্না মক লুক্না, মমীং মমায় ঈপোম্ পোম্না ।৯৯

ভক্তবু হুংশিবিবা শ্রীরামচন্দ্রনা, থুংজরিব নীঙথিব বিমানদুনা,
মশাগী নোংদোল্ লাইরৈবাক্ য়েংনবা, সরযূ কৌবী তীর্থনা
ইন্দ্রজয়রিব তক্কশিংদুগী লাইরৈবাক্ য়ৌনবা, কৈরাক্ ওইহন্‌থি
লুপচবকাম্ব ।১০০

সরযূদ লুপ্‌চথিবশিংদুগী মকমদা, সরযূ-তীর্থ মশামক্‌না
পাক্লবা-তাইবং-ঈপাক্‌পু, লাঞ্জনীংবশিংদু-ই মকমদ থীশনা
শল্ খোজ্‌লদ তুংবা ঈশিংমুক্ত পাক্‌থি, পৃথ্বীদ হৌজিকফাও মকমদুনা
গোপ্রতরণ তীর্থ হায়না ফাওদি, নোংগাখিবদৈ ময়ামদুনা ।১০১

প্রভু শ্রীরামচন্দ্রনা মালেমদা, পোক্লব লাইগী শায়োল্’মমম্‌ ওইনা
খোঙ্‌লোয় ভক্তশিং পুম্নমক্‌না, নোংদোল্ লাইরৈবাক্‌ য়ৌনখিবনা
মখোয়গীদমক্ত লৈফম্‌ লাইরৈবাক্তা, শেম্বিথি ভক্তবু হুংশিবিবনা ।১০২

বৈকুণ্ঠগী মপু বিষ্ণুনা’সুম্না, লাইশিং-দমক্ত দশাননমণ্ডক্‌ ফক্‌না
লঙ্কা-ই নিংখৌ বিভীষণবু, হুংশিংকী মচা হনুমানবু মশানা
থাদ চিত্রকূট কৌব চৌঙ্‌দা অবাংধা, হিমালয়-কদলী বনদা থনম্‌দুনা
মশাগী মিংচৎ যুম্বী’নীঙ্‌ম্, লৈথি মশাগী মূর্তি শুদ্ধনা ।১০৩

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদ ছন্দোরূপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরামঙাশুবা সর্গ লোইরে ॥

—|—

# তরাতরুককুবা সর্গ

রঘু শাদৈ-ই অকবা, লম্বল্লচংব তরেৎলা
শ্রীরামন নোঙ্গাথ্রবদা, চহীদ-ভগদ কুশনা
মখোয় থুাইদৈ হেৎমনি, থন্নুনা মানু নীঙাইদনা
সনাপুশা লম্‌ম্ পুবগী, মগু ওইহনখি হরাউনা
মচীমনাও হুংশিনবদি, শাদৈসিগী মিয়োল্ থুদিংমা
লীরুম্ কারবন চৎনরক-পা, লবীনি মখাইদৈ হোৎহনা ।১

লবী-থোং শেম-শাবা, লৌউব-দা শল্ মোক্‌খৎপা
শগোল্-শাঁম্ব্ দৈপথৎপনা, মপুং ওইন থবক্ পায়থৎপা
'হুগী মহৈনা মাগী মাগী, ফংনর'হু দৈখাক্ চাওথৎপা
ঈপাক্র চাংজো লাম্হোয়রক্তম্, মাগী মাগী খোইন চাওথৎপা
দৈপাক্-শম্‌খৈদৈ লায়দে, হুংডাইনদবা দৈত্তে খোইদোক্‌পা ।২

বিষ্ণু-ই শান্মোনৈ খোক্‌খিবা, দান্ ধর্মভদ খোয়দাবা
মখোয়-ই রঘু শাগৈদো, সামখেদনা পোক্‌ফম্ ওইরবা
লাইরৈবাক্ শামু নিপান্‌গী, শাগৈগী মঙ্গোঙরবা
নিপান্‌বু থোক্র শন্মোক্‌খি, মঙায় মালেম্ শীঙ্‌ৎখা ।৩

নোংম-ই কোয়ৌ হুমিক্তা, অহিং তাংজৌ 'খেঙবদা
থাউদৈ-মৈঙা মুৎনথ্রবা, মীপুম হুম-খুন্ ফানথ্রবদা
চীরুব-হুফম্ কাহ্নদা, থঙ্‌হৌদন হৌগত্তুন য়েংবদা
মথংলেন্ কায়নখী হুজাওবী, উখিত্রিবী'মুক্ত দৈকদৌদৈদ
হুপী'মবু উখি কুশনা, চীরুবা মাগী কাহ্নদা ।৪

নোংমদোন্-লাইরৈবাক নিংথৌভম্., মশেক্ মঙাল্ চাউরবা
মঙণ দৈবত্তন লোইঙবী, রাজলক্ষ্মীবু লোইরিবা
য়েরুবদ মায়খীম শীঙবা, অ'ক'থং খোইন দৈজ্রবা
নিংথৌ কুশগী মমাঙ্‌দা, "জয়" খোক্রেম মাঙ্‌ওইবা
দৈশিদৈথোল্ বাহৈনা, থুবাম্-চাংজো খোৎলবা
লোয়না লেপি হুজাদো, উক্তুনা থরদং খাদনীক্তা ।৫

পৌরোল্-হাংখিদ্র ইন্দ্রুংদ, চঞ্চলা চং্দ্রেংকু তাবনা
খমিত্তবী মঙোন্দ অতক্-পনা, খঙ্গ-খপোঁম 'ঙাইবা
নিংথৌ কন্দরখি নপারী, কুশ-নিংথৌর নৈতেংবা
শয্যাথকৈ চেপ্-খঙ্ননা, শয্যাবু তংথাইদ থাদোক্লি্বা
নিংথৌনা'স্থয় হায়রক্-ই থোরা'দ অয়ুত পুরবা ।৬

ঈবেন্মা । নংদি করমা, থোঙ্-ঙাঙ্খিবা কদুং কান্নিবা
চঙ্ঙক্-পগে লায়ব্ নীঙ্-খিবী । যোগশক্তিন্থ্ উবে নপাদা
উমা মৈখরবী থঙ্গাল্লুক্‌ন্ লুপ্নি, য়ায়খোংন অরা-ঘাইজহুংদা
অরা-মৈচাক্ শ্রাঙহুনা মৈরি, করিগীনো করিগীনো হায় ঐথোন্না
হায় কনানো নহাকপু, লোয়নবীনো কনাগী নীঙ্-খিবী ?
'সিদ লাক্লিবসিগী মরম্থ্, করিগীনো খঙনীঙ্-ক্লি হায়বা
রঘু শাউগদা প্লোকপশিংদি, ইক্লি খুত্তম্ চখ ঙাক্লি
অতোপ্প মীগী লোয়নবীদা, মায় ওন্দবমক্তনি
অহুনা নীঙ্ঙাইব নৈতনা, হংলিবশিংসি খুম্মুগবা ।৭-৮

কুশগী বাহে তাবদা, অবাংপ নৈতন নীঙ্-খিবী
মহাক্না'স্থয় হায়রকুই, ননাই-খুত্তম্ বিষ্ণুলোক্তা
লেঙখ্রব নপাবুং নিংথৌরেম্না, নৈজরম্ববুক্ মঙোন্দা পুবিখ্রবী
'ছুত্তবী অযোধ্যা কৌবীগী, মপুরোয়ববু ফুইনা কায়নরবী
লম্লেন্ লাইরেম্বীনি হায়নবু, খঙ্-খিয়্ ঐবু অকন্বা ।৯

মাস্থ্ নীঙ্-খিব নৈ-ঙাকুব্‌হুংদা, নৌকারিউ 'দুউ ঐহাক্না
লাহ্ন্ হয়াউ-হুঙাইদা, পান্দমীঙাইদ্ অগত্যা নৈক্লবী
কুবেরগী অলকাপুরীমক্পু, মায়খীক্লনপি হীরম্ পুখদা
'দুত্তবী ঐনী হৌজিক্তি, সূর্য্যগী শাটৈদা পোক্লবা
নিংথৌ-ই ঙণ পুখল তিক্লবা, পাজিটৈডলিক্ল নংঙম নিংথৌনা
ঙাইহিব ঐগী নীঙ্মগে, নেংখিব্ অমুক হন্‌বু ।১০

হৌজিক্তি মপু পাম্নবী, এইরবী ঐগী ঊঘুমগী
কুমা-চোক্পল্ চাম চামনা, কীহরক্লি নোংম নোংমগী
চোক্পল্ পয়েং কীহখিবনা, ঐনা লৈরিব ঊঘুম্সে
হুমিংনা তাখুব মতম্দা, অকম্ব হু·শিংনা মৈবন্দা
পাইরম্ব নোংনা মচেৎ মচেৎ, থোক্লা পুম্চাম চাইথাইথ্রবদা
শক্যা কৌবী মাগী ওইবা মতৌমো, ওইথে় ঐগীস্থ মেংঙ্সে অকম্বা ।১১

চাম্বব-ই নাক যৌনিংবী, হুজাশিংনা মতম্ অমদা
অহিং তাংলৌ খেঙ্বদা, হুপুম্ন খোঞ্জেল্গ লোয়ননা
নীঙাইব লৈতনা চৎলম্বা, সড়ক-লম্জাওশি·সিদা
চসিদি লম্হুই অমোম্শিংনা, মাক্লব খোঞ্জেনগ লোয়ননা
মপৈ মপৈ চৎলিদে', মচীঙাক্ শদুম্ থিম্নিদো ।১২

শাঙং-শাথেক্ ফজবী, ঈমুংদ কুম্হুন শাম্নবী
নীঙ্থিজবী হুজাশি·না, লাইজ ঊমায়থক্তুদা
নোম্নব থুংন তাম্বা পীদুনা, মৈবগী মখোল্ অহুনা
পুংগী ওংলম-লুম্নবা, খোঞ্জেল্ ওইনা শৈশকপী
খেঙ্গ জগোঈ শারবী, ঊথকুশিংহুনা হৌজিক্তি
লৈওঙ্গিবা ইরোইশিংগী, মচিন থিনবদ ওম্জদে
'হুচৈঙী হুংশিব ঊশৈদো শক্যবা, 'হুচৈঙী জগোঈদো শাজবা ।১৩

হুমক লৈবা অয়োকপা, বাহোংশিংনা হৌজিক্তি
লেম্বিনব কনা লৈজত্তুনা, কাম্বলোং কৈরা তেক্থিবনা
ঊমং-পামেল্ মশাথক্তা, অহিং লেঙ্গি ফুঁমিন্ন তুমি
পুংশেল্-মথোল্ লৈত্রবনা, জগোই শাজবস্থ লেপ্থরে
লম্লক্ ঊচেক্ ওনথরে, কে-কা খোঞ্জেল্ থাদোকথ্রে ।১৪

অলঙ্ক তৈবন থুরা তাঙলবী, নীঙ থিজরবী ফুজাশিংনা
অকা-অকুম্ চৎতুনা, মথক্তা খোঙদাবিরবা
মালেম-যুম্খোল্ সাউঁশিংদা, ওসিদি শজী শত্তাই হাৎনুবগী
মখোঙ্দা ঈখেং তৈরবা, কৈ নোংশাশিংনা মখোঙ্না
হকুৎহন্দা নেত্তুন চৎপদা, ঈনা পুম্ত্তৈ তৈখরে
কজবা পুখা মাঙখরে, অকিবগী মশক্ ওইখরে ।১৫

খবাম খলব পুখ্রীদ ফুমহুনা, পুখ্রীবু নৈহুনা খবান্বু নাত্তোম্না
হেক্ হেক্তুনা লোয়নবী শামু, অমোম্শিংদা পীরিবা ফুংশিনা
'ফুকথা শামুশিংগী মুক্তিবু য়েক্লিবা, কক্রাংগী লৈতেং ওইরিবা
অয়েক্পা লাইহুবু উরগা, ময়াম কারবা কল্লকপা শাউবনা
নোংশাশিংনা মথুজীম্না, লাম্-লামহুনা চিংখরক্লি
থিন্গাইরি অয়েক্প শামুশিংবু, থাজৈশেংব শামু ওইরবোই খন্দুনা
শামুশিংহুগী কলব মকোক্শিংবু, খিন্গাইরি মখোঙ্ খুজীম্না ।১৬

মুবী-মুবীদ হক্তুনা য়েক্লিবা, থিল্লিবা ফুপীশিংহুগী
মচু কোক্তুনা বাউথাংনরবা, অশাব তোঙলবা খোয়াংশিংদা
মকু হয়বা লিনশিংহুনা, হু হুনা থনবা মকুশিংহুনা
মান্-মান্দুনা লৈবহুনা, খোয়াং-খবাকুয়েৎ কীজোল্ ওইরি ।১৭

কুইনা লৈরকপনা শেখিদহুনা, ভোরবা বাংলবা মুবশিংহুনা
মচু কোক্তুনা উফুল্ তৈহুনা, ঈবাউ বাউন লৈথিবনা
মথক্ মথক্ত নাপীনা থম্না, হৌখিহুনা ঈমং মংখিবনা
মথক্ত অহিংগী মুক্তাগুম্না, লংলব ভোকলবা থাজগী মতাম্না
হায়গুম্ তাবনম্ নীঙথিবা ওইখিরে, অহোয়নদুম্ অকিব-ই মশক্ ওইংল্লে ।১৮

ঐগী নীঙথিবা লৈকোন্শিংদা, মখোক্ কারকপী কজবীশিংনা
লৈরাংগুম্ খোৎলবা মথুৎনা, খোৎলবা লৈরাং মশাব্
খোৎন নৌন লাম্থহুনা, লৈরাংবু হেক্হৈব হেকপনি
হৌজিক্তি পুলিন্দগুম্ থক্লবা, খোংগী মপৈনা থৎলক্তুনা
খুদেক্তি পুম্চাই চাইখাইরি, লৈকোদ্গী লৈরাং পাখীবু মাঙহল্লি ।১৯

ঈমুংদ থাম থাউমৈগী, লংলব মতাম্না অহিংদা
খোঙ্নাওদৈ হাইদোক্নুনা তাম্লবা, ভোকপ্রে ঐগী ইমুম্দা
নীঙ্খিজবীশিংগী মায়খোং মতাম্না, খোঙ্নাওশিংগী লৈতেং ওইরবা
লৈখিদ্রে হৌজিক্ অমুক্ হুংশিন্দা, সন্ধ্যায়াচঙ্ব মতম্দা
অগুরু চন্দন ধূপ থাউমৈগী, মনম্ শন্দোক্লম মায়গৈ পুৰদা
ভোকুখে ঐগী ঈমুম্দা, চেক্পল্গী অহোব খিবিক্তা
মিয়াংতন মুথল্ ওইথরে, কজবপুম লৈতরে মুৎখে ।২০

সরযু-ই মপান্দ-হিদেম্বা, ঈড়াপূজা তৌনরবা
হৈরাং লৈরাংন ঈশিংদা তাউরবা, লৈখিদ্রে মাহ্ন ইরৈবাকৃশিদা
ঈকজবগী মনম- হুংশিবা, পোংচঙ্গী হুংশিব মনমগা
হৌজিক্তি ঈশিংগ মরী লৈনখিদ্রে, সরযূ-ই মপান্-কুপ্পশিংদা
মীচীক্-মীরাওখোল্ তাখিদ্রে, মসি পুৰসি উজবদা
পূক্নীংদা হুংঙাইবা লৈজদ্রে, মীকুপ্মত পোথাকম- লৈজদে ।২১

অহুনা নিংথৌ ! নপাবুংনা, তাইবং হক্চাং থাদোক্তুনা
বিষ্ণুগী শক্লোল্ পুহনা, বিষ্ণুগী লোকত চৎখিবগুম্না
নিংথৌ নহাক্শু কুশবতী থাদোক্নুনা, চেকশিন্ন তাক্লব নপাবুংনা
অযোধ্যা কোম্নুংদা লেঙ্শিন্দুনা, পাম্নু নিংথৌ হুংঙাইনা ।২২

রঘু শাগৈগী অথোইবা, কুশ কোৰা নিংথৌনা,
ক্ষয়ে'ন্নমক্ তৌগনি হায়না, হায়রবতুদ লাইরেম্বীহুনা
থোইন হেম্নু হুংঙাইহুনা, মায়থোং থোইন মকায়াম্না
লেপ্পমগ ঙহাক্ নিংথৌগী মাঙ্দা, মীরম্লেন্ হক্চাং থাদোক্নুনা
লাইরৈবাক্ মুর্ত্তি পুহুনা, মকম্হুদৈ মাঙ্খি থঙ্হৌদনা ।২৩

নোংঙালবদা সভা মীয়াম্, কৌথৎলি নিংথৌ কুশনা
অহিংদা থোক্খিব পুৰা, মঙ্ওই-হাওই উথিব পুৰা
তম্নি সভাদ তিল্লিবা মীয়াম্দা, হয়াওখি মীয়াম্ পুৰনা
"নবুথৌশিংগী কোম্নু'-লাইরেম্বা, রাজলক্ষ্মী মশামক্না
মহারাজবু মথংলেন্তম্, পূক্নীং হুংশিনা কৌমঘনিনা
অম্নুমা হায়নরকুই মীয়ান্না, সম্ভাদ কম্মিৰশিংনা ।২৪

বেদ শাস্ত্র হৈরবা রাজনীতি খঙ্লবা, ব্রাহ্মণ মন্ত্রীশিংগী মপুক্তা
কুশবতী-ই তারপুবা, শিররমগা নিংথৌ কুশনা
লোয়নবী রাণী থিবিকা লোয়ননা, অযোধ্যা লমলম্ পাংজক্লই
নোং-মতুম্ পরেং পরেংনা, মুংশিংকী মতুং ইরবগুরা
ইরথি লাম্মীশিংনা নিংথৌ-ই তুংদা, চৎখি মথাম্ অযোধ্যা তাম্রা ।২৫

নিংথৌনা শুয় চৎলক্পদা, মচু-মচুগী ফিরাল্ পরেংনা
মচু মচুগী লৈরাং পাম্বীনা, থলব লৈকোল্শিম্ নীঙ্থিজৈ
খাংলবা শামু মপৈদুনা, কাদুনা শায়কম্ চীঙচুম্শিংশম্
থোইনবু হেয় নীঙথিজৈ, রথ অমমম্বা য়েংবদা
নীঙথিবা দলাল্ অমমশম্, থোইনা হেয়বু নীংথিজৈ
কোয়ুং মশানা মূর্তি নাইনা, মচাক্ অমতবু বাজনা
ইররকপশম্ ইররি মযামদুনা, নিংথৌগী তুংদ অযোধ্যা তাম্রা ।২৬

ভৌরুনরবা ছত্র চামরনা, অকোয়বদা থোগলিবা
নিংথৌ কুশনা লাম্মীশিংবু, কোয়ুং মমুংদা চঙহল্লকপদি
ভৌরুনন লংলব থাজনা, নোংমদোম্বক্ত হাইদোয়কপদা
চাংজো চোয় পায়বা ঈপাক্লা, ঈথক্ হৌশম্ নীঙথিজৈ থোইনা ।২৭

কুশ নিংথৌনা লাকপদা, লাম্মীশিংগী লুম্নব থোঙথাংবু
পৃথ্বী লৈপাক্-লৈমনা, পুবদ থাঙব শম্জদলুনা
ময়ুর-উকুল-মপৈ মশক্, জৌহুনা লোংথি ফীরুক খুয়া
বিষ্ণু-ই-'নীঙব খুভম্দা, নোংমদোন্-আকাশ কৌবদা ।২৮

লাম্মীগী তুংথংবা শরুক থবনা, থোরক্লি কুশাবতী কৌকপী
মাঙবু থাখিবা শরুক্কুনা, লৈকম্ পোথাকম্গী পুরাং লাঙলি
মরক্ত লৈরিবা মপৈদুনা, থোঙথাংলক্লি মথায় কান কানা
শরুক অমমম্তবু য়েংজুবশিংনা, মানা মানা ঊরবা শরুক্তমা
লাম্মী মপৈ-মপুম্ ওইরবোই, অদুমক্ মথক্তি মীপুম খুদিংনা ।২৯

লাম্নীশিংবু লমজিংদুনা প্নরিবা, লিংথৌ কুশনী মরাম কারবা
শামুশিংগী মরাম-ই মচুমলা, শিন্নরকপত্তুন লৈমামবা অক্তনা
শগোল মপৈ-ই খুজৌরা, থোংপগী লৈরোকুশিংদুনা
লৈথোমগী মশক পুখি থুদক্তা, লৈথোমত্তুন অমুক কংশিনখিদলা
উফুল-মপৈ-মশক লৌখি, অযোধ্যা দা লাকপসিদা কুশনা।৩০

বিন্ধ্য চীঙজাও চীঙথোঙগী, চীঙলক মতুং ইম ইমা
লাক্লিবা লবীবু থিন থিনা, কুশগী লাম্নী পরেংনা
মামপৈ মরি চাইন-চাইনা, হৌরব খোঙ্গেম লাউন লাউনা
মমাইকানা লাকপত্তুনা, রেবা তুরেলগী ঈরাওথোমা
থোঙাং রৈবক্তম চীঙমুংনা, নিলি অতং অথম লৈত্তনা
লাম্নী থোঙ্গেল থোঙাংনা, তুরেল ঈরাও থোন্দে হেন্না।৩১

ঙাঙলৈনব চীঙ লৈবাকপু, থিনগাই তকুথাম চেলকপনা
রথ-ই চাকা অকোয়ব পুম্বা, লৈরি উরুক ঈঙাঙ ঙাঙনা
তাম্বা নাইব পুংশেল মথোনগা, তিমথি লাম্নী থোঙথাং ইনিনগা
মত্তৌ'সুম্না নিংথৌ কুশনা, লবীদ চীঙগী শাদানবশি'না
পরেং পরেং লেপ লেপ্লুনা, কংলম অথেলপোংশিংদুম্ম
মীৎয়েং তাবিতাবিরমদুনা, বিন্ধ্য থনম্মি তুংওইননা।৩২

বিন্ধ্য-দৈ লোইরোই হাইথরকপা, লবী তুরেল খিবিক্তা
শামু-ই পরেং পরেংনা, থোংশাদুনা লাকপনা
নোংচুপ মামপৈ থৈরকপী, গঙ্গা-ই নোংচুপ তোমৈবু
লাম্বোরকই নিংথৌ কুশনা, তৌরব কাংঙ ই পরেং পরেংনা
[illegible]কপ মশা পরেং পরেংনা, তাইবং মীৎখুং য়াওদনা
মথত্ত হনজব চামরগুম্না, নিংথৌগী থৌগল তৌরগী।৩৩

কপিল মুনিগী অশাউ-বৈ মৈনা, উৎ ওইকমব মমুথৌ সাগরশিংনা
মাগী শেংলব ঈচেল লেপ্তনা, লাইরৈবাক য়ৌব [illegible]খিবা,
লাইরৈবাকতৈ কুমথরক্তুনা, মালেমথক চেনখিখিবী
মন্দাকিনীবু হন্না হনা খুদম্মি লিংথৌনা লোম্লা।৩৪

মতৌ'স্থম নিংথৌ কুশনা, চীংজোল্ তুরেল্ কয়া-কয়া লাম্বুনা
সরযু তুরেল মপান্ য়ৌরকই, রঘু শাগে-ই অথোইবা নিংথৌ
কয়া কয়ানা তৌরব যজ্ঞশী, যুপী চাম চামনা মকম মকমদা
থুং থুংহুনা লৈরিবশিংহুবু, নিংথৌ কুশনা য়েংঙি হয়াউনা ।৩৫

মথুধৌশিংনা মথং মথং পাররুপা, অযোধ্যা-ই নামিব থুংশিংনা
সরযু-ই ঈংলবা ঈরীকা, ভিন্নবদে থোইনা ঈংলবা
মনম্ থুংশিরবা মপাম থরবা, পামেল্-উশা-খুৎশানা
তপ্প নৌনা থোংন হুম্হুনা, থোঙলোম লাম্মীনা ঈকোম কোয়না
লৈরিবা লম্বী চৎপ-ই বারবা, নিংথৌ-ই মাঙদা চঙশিনকুনা
হয়াও ভয়াম ওকুচৈ নিংথৌবু, কাউহনি যাব পুম্বু ।৩৬

য়েক্লব-ওথা মীনা থুংশিবা, কলব শাগে-ই মৈভাল অয়াবা
কুশ কৌবা নিংথৌনা, থুংশিংনা হাইহুবা কীয়াম্না
মথুং মথুংকী লৈভেং ওইরিবা, ময়াম কায়বা লাম্মীশিংবু
অযোধ্যা-ই মপান্ অকোয়বদা, থম্ভম্ থম্মি তেঙ্গোল্ শাহুনা ।৩৭

কালেনুগী মৈশান ঈথৌলাংলবী, পৃথ্বী-মালেম্-লৈমনা
নোংমলোল্ লাইজ মরীম থীকৃপদা, তেকৃথচ্চ'ঙুম্'মুক্ ঈনৌ নৌনা
নিংথৌ-ই য়াথংনা মথুং হৈবনা, শেয়ক-শারকপা মচাক্ ময়ম্না
ময়াঙ কংলুরবী অযোধ্যা কৌবী, নগরীদু তেকৃথংখি নৌহৌনা ।৩৮

অহু-ই তুংদ নিংথৌ কুশনা, অযোধ্যা-ই নীঙথিবা মন্দিরদা
ঈড়াং-পূজা-ই পোচ্চং পোংলম্, শীম হৈবশিংদ য়াথং পীহুনা
বলিদান য়াওবা অচৌবা যজ্ঞবু, পাঙথোকহন্থি থোইন ময়াঙ কায়না
বিধি কায়দনা পূজাবু, তৌহন্থি দানদক্ষিনা লোয়ননা ।৩৯

চায়বনা চায়বী-ই চঙথিওম্ থম্মোয়দা
চঙথি নিংথৌ কুশনা অযোধ্যা কোহু'দা
মগ্নীশিংবু মভীক্ চায়-চারব যুম্দা
লৈহন্বুনা তৌখিথি সম্মান মথোঃদা ।৪০

মথল্ মথল্গী মমল্ য়াম্লবা, পোঠচি মপৈনা থম্লব কৈথেল্
শগোল্ শঙ্গা লৈব শগোল্ পরেং, উচুক্তা পুন্বা শাম্ পরেং
অচাথক্ খোঙ্গি মথেল্ মথেল্, শেৎপগুম্ নীঙ্খিবনা নীঙ্খিবা লৈরেং
অযোধ্যানগরী নীঙ্খিজে খোইনা, কীজোল্ মথল্ মথম্লা লৈরেংখিবদৈ ।৪১

হায়গী মতৌগুম্ অযোধ্যানগরী
নীংকম্ হোংব য়াদনা কজৈ
মিথিলা মিংথৌ-ই মযোম্ ই মপারি
কুশ কৌবা নিংথৌনা 'স্ময়া
অযোধ্যা ই নিংথৌ গুইরকপসিদা
ইন্দ্রগী অমরাবতীবুসু মহাক্না
কুবেরগী অলকাপুরীবুসু কুশনা
খোইনবু হেম্না পাম্জরক্রে ।৪২

মালেম্-মপু কুশ-ই লোয়নবীশিংদা
মুক্তা হৎলবা কীজোলবু শেৎপগী
ঙৌরুনবা খোম্লাং-মকোমথক্তা
নীঙ্খিজরবা সনরীক্ পরেংবু শিবগী
ছুংশাশোর মণিনুনা তপনা থেংবগদা
হাইন-হম্না থাঙ্লবা, পায়বা কীজোল্গী
শেৎচাবগী হীরম্ খুদিংমক্তা
পাউতাক্ পীগে লাকপ-ই মতৌগুম্
ওলাং থা কৌবী মাতু মহাক্না
থুংগরে অযোধ্যা নগরীদা থঙ্হৌদনা ।৪৩

নোংদোন্-কোরৌহম্বনা, অগস্ত্য মুনিনা পুম্নিবা
মথা-মায়গৈ লম্দম্ থাদুনা, অবাং পাংনবু লাক্পদা
অবাং কৌবী মায়গৈনা, ছুণ্ডাইবৈ পিয়াং শিম্বগুম্না
শিম্বরক্লি ঈংলবা উন্সী মরীকপু
অযোধ্যা-মালেমথক্তা হম্লা ।৪৪

ওলাং-থাদ হুংখিদ্রা শারদ্রি, থোইদোক্ হেন্দোক্লা
অহিংনা মখাঙ্ কংশিল্লি, লৈদ্রি মায়খোং লাংশিদ্রা
চারবা-চারবী অহিং-হুংখিদ্রা
হুংশি-থমনুগী শংনখিবনা
অমগমগ কৌনখিদনা, মক্রন লৈমিয়ত্নুনা
নী'ওম্হৌদবগী মৈনা চাক্লরকুনা
অমগমগা য়েংনরি লোয় লোয়া ।৪৫

নোংম নোংম-ই পৃথ্রী চরা'না
মথা ঈথ' থংবা থাক, সিডিবু থাদোক্লম্থুনা
লৈখাদ লৈথি তুম্মিয়া, হাইগংলি থম্না মথোক্লা
পৃথ্রীগী লাইজ মথৈনা লৈথি, নীঙ্থিবীশিংগী নীংহুত য়ৌনা ।৪৬

য়াচংবদা লৈরাং মালিকাশিং'না, লৈরাং লৈকোল্ থিবিক্লা
মকাকয় শাত্তুনা, য়েঙ্গক্লি মনম্ শীঙ্'না
থোইমুগী পরেং পরেংনা, লৈরা'থক্ত তো'ত্থুনা
লৈরাং মশীং থীরক্লি, ওংন ঙ'না লৈরাং খুদিং য়ৈনা ।৪৭

নীঙ্থিবী হুজাশিং নাপ্লদগী, নাম্বরবমু লৈরাং শিন্নীথনা
হমাংন চোংলবা থুজীল্ মফমনা, থলব চায়কংদ লৈরিকনা
নথুনা লেঙ্দনা লৈথিবনা, তারকৃপ ডম্দে লৈরাংনা ।৪৮

হুংঙাই-য়াইক ইমু'গী, পাথ'শিং'ন হকচীক্ লা'থুনা
লৈকোন্দ থিজিবা যন্ত্রশিংগী, কাপ্থোরকৃপা ঈশিং মরীক্লা
থীকৃপদৈ থোইনা ঈংলবা, কম্কম্ মু'পাকৃথক্ত কমথুনা
হুংশা-ই মৈশা ঈ'লবা হোংনরি, নু'পাকৃথক্ত হীপ্তুনা ।৪৯

ঋতু-বসন্তনা লাকৃপদা, যাচঙ্বদা শন্না' কনুবদা
লৈরাং মালিকা থেংলম্বা, ধূপকী মনম্ হায়বা
চায়কংদ থোইথোই তারকৃপা, লেঙ্-লেঙ চংপা শন্নাংবু
অপাম্ হুংশি বাথৈবা হন্নবা, লোয়বশিংগীমু থপ্পোয়দা
পোকুই বাথন্দো থঙ্হৌদনা, থপ্পোয়দা ঈহৌই কাময়েবনা ।৫০

মেথদাক কৌমত্র পাম্বেল্লী, খোংলবা লৈরীক্লা থজবী
ঙৌরুনবী থোয়ন শাংলবী, মঞ্জরীশিংনা লৈকোল্শিংদা
মমগী অশাউবগী মৈরীনা, বায়থদা ভংলবা কামগী ঙীকংগী
লীগীগী মস্তোঙম্ নীংথিজৈ, লাক্পদ ঋতু নিংথৌনা ।৫১

লৌন খোংলব হৈনৌ মপাল্, মনম্ হুংশিয়ব লৈরাং বকুল
পাটলী কৌবী খোংলবী, লৈরাংশিংসিনা পুন্নপ্পা
নাচোম্ শেয়গা ওলাং ঋতুনা, অপাম্ হুংশি মৈশানা
ওলাং ওন্শাউনরবা, হুয়া পাথং থম্মোয়দ
অমুকস্থ মৈচাক্ পীকবতুগী, ময়াল্ কোয়ব চীয়োল্ থুদোল্
ওইনা কস্তুনা মরাল্দুবু কাউহল্লি, বসন্ত ঋতুনা চঙ্লক্পসিদা ।৫২

অমুয়া ওলাং-ঋতুনা লাক্পদা, থম্মোয় হক্চাং চাল্লরবদা
হুমিৎ খুদিং চাওখৎপা থাজগা, নিংথৌ কুশগী খোংলবা
চরণ 'নীগা অনীসিভনা, প্রজাগী মৈচাক্ পূব কোক্হল্লি ।৫৩

'সিওব ঋতুগী ফজবা মতৌ, উবদা নিংথৌ কুশনা
ঈথক্ল-লাইজ-তথক্লবী, ভাম্বু পরেং-পরেংনা ভাউরিবী
তোর্বাল্দ হৌরিবী লৈরাংগী, লৈরীক্পু ঈথক্ থুংনা পুবী
ওলাংবন ফীজোল্ চোয় শেত্রবী, সরযূদ কুম্হুনা লোয়নবীশিংগা
শায়গে থন্থি হুংভাইনা, ভহাক্ হয়াও তয়ায়া ।৫৪

বিষ্ণু-ই মতৌঙম্ থুংকবা, নিংথৌ কুশ অকন্বা
তুরেল্-তোর্বাল্দ কিগী শঙ্, শাহনথি থুদক মনাইশিংদা
ঈহুংদা কুম্ভীয়নচিংবা, ভাকাবশিংদ ভাহোক্হল্লি লোইনা
'ঙ্গুটৈ হৌথি শায়বা নিংথৌনা, চায়বী নীঙ্থিবী লোয়নবীশিংগা ।৫৫

হিয়েন্ ভাকম্-সিড়ী থাকা, মথং মথং কুম্থয়ক্পদা
নিংথৌ-ই লোয়নবী কজবীশিংগী, অয়থময় খেঙলবতুদা
ভঙব থুবই লীয়কোল্ মথোল্দুদা, খোঙ্দ শিম্নিব নূপুর মথোল্দা
সরযু-ঈহুংদ শায়জবদা, ভাম্বু মথৈ কোয়ভাউ ভাউই
মনীক-মনা ভথক্ ভথক্লা, ভাউকহুল'মুক ফজবা ওইরি ।৫৬

নিংথৌ-ই লোয়নবী নীঙ্‌থিবীশিংনা, নায়জঙ্ঙুংদা কুম্‌থঙ্ঙনা
শাথৈ'মগমগ ঈশিং চাইনৈ, মথোঙগী মরক্ত হিদ তোংঙনা
কেনা-নৌনা-শায়বীশিংবু, য়েংজরি নিংথৌনা পেঙ্ক পেঙ্গা
মথুন্ত কাঙ্‌হাই চামর পাগঙ্ঙনা, তুংদা লেপ্প্‌না থৌগজিবী
কিরাত-হুজাদা নিংথৌনা, হায়রকুই নিংথৌন হৃয় য়েংনা
য়েংঙ্‌ ! ঐগী লোয়নবীশিংগী, মশা মশাদ তৈতরিবা মচু মচুগী
মনম্‌ হুংশিরবা লৈরাং লৈরিক্‌, নাদ চিম্ব লৈরাং নাচোম্‌
লাইজ ঈচেন্দা তাউথরকপদা, মুরব শম্লাংনা তাবদ চোইনা
নোংগী পরেং পরেংন কুপ্লবী, নোংজাবী মচু মচুনা লৈতেংবী
সন্ধ্যারানীগী মচু পুরি, সরযু ই লাইজ ঈচেন্ পুম্বা ।৫৭-৫৮

হোনকুপ হিগী-লীক্লম্‌-ঈপোগ্না, চাম্‌থোকপ্রব মীংকী কাজলগী
মহুত মথংলেন্‌ নিংথৌগী, মায়থোংবু য়েংন শায়জবগী
হৌয়কুপ কামগী ময়ায়গী, ভাংঙ্‌ংনয়বা মচুন মায়থোংদা তাবদা
ফজবদুনা কাজলগী ফজবত্থদগী, থোইনবু হেয়ত্থম্‌ ফজরি ।৫৯

নোয়রবা নীংহ তোঙ্‌লবা থবাক্‌, অনীগী লুহনা লেঙ্‌ঙম্রবী
ওইদুনস্থ নীঙ্‌থিবী হুজাশিংনা, থুজী থুদোপ্‌ পাম্বোম্‌ ফাবী
লৈতেংনা থলব পাম্বোম্‌ভনা, লাম্‌ লাম্‌ঙ্কুনা ঈরোয়রি ।৬০

ঈশিংদ শায়রিবী হুজাশিংগী, নাদ চিল্লিবা শিরীষ লৈরাং
নাগী লৈতেং পুখ নাদগী, নাম্বরক্কুনা তাউরি ঈমায়থক্কা
লাইঅহুংগী চরাংবু পাম্‌জবা, ঙাশিংন চরাং ওইরবোই থন্দুনা
চাগে চেন্‌শিলকপদা ওইরম্‌দত্থনা, ঈকায় ঈকায় তাউথখ্রি ঈরৈদা ।৬১

ঈশিংনা লৈরক্‌-ওনকপদা, কায়কুপ কোজোল্‌ মচাশিংমা
মুক্তা লীক্লুগুম্‌ নীঙথিজরবা, মথোয়না থোয়াং মরক্ত নপ্পদা
তোঙ্‌লবা থবাক্ত শিয়বা, মুক্তা লীক্লুনা কেন্‌থ্রবস্থ
কেন্‌থিবদো কেন্‌থ্রিগুম্‌ অত্থম্‌ মউরি, মুক্তাগী মহুৎ কোজোয়া শিজি ।৬২

মুজাশিংগী থোংলব কুংলব থোয়গী, চাংদয়কম্ ওইরিব কথিদা
কুংন লৈশিল্লিব ইরৈমচাশিংদো, লীরুংগুম্ থোয়ন ভারকূপ পীওনগী
চা'দয়কম্ ঈথক্-মপানুশিংদো, তোঙ্লব থোয়াং অনীগী
চাংদয়কম্ ভানু থজোং লাব'মোম্, উপমা-উপমেয় তিন্নরে লোয়না
মাইজয়ুংসিদা ওসিদি লোইনা, ভানু ঈথক্ ঈরৈ শুরে ।৬৩

সরযূ-ই তোর্বানথক্ত লৈরিবা, মথৈ মাংনবু থেক্কৎলিবা
মাহোংশিংগী কে-কা থোঞ্জেল্লা, তুংইমবী রাগিনী ঈশৈবু শক্লিবী
মুজাশিংগী খুংন যৈব-মুবদা, থোক্লিব ইপোম্-পুংগী মথোল্লা
ঐগী নাকোং'নীদা পুম্নীন্ নিম্না, চণ্ডকুলি নাকোংসিদ অতৈ ভাদরে ।৬৪

পীরুব মুক্তা লীরু্ পরেংগী, খ্বাঙ্লীশিংনা নীঙ্ত্তুদ মুজাশিংগী
চোৎলবা পারব কীজোল্লা নপ্শিন্দুনা, চেংলব খ্বাঙদৈ নাম্বরকু্মা
মথোল্ থর থর থোক্লমহৌ, লীরু্ মরিন্দ লাইজ মরীল্লা
থম্ব চঙ্ঙুন লৈথিবনা, মথোল্ থোকখিত্রে লৈনখ্রে তুমিল্লা ।৬৫

কনাগুবী নীঙথিবীনা মাগী লোয়নবী, চায়বী মতাগী মশাদা
ঈশিং খুজোক্-খুজোক্ চাইশিল্লি, মহাকুম্ মহাকী মায়থোংদা
পিচকারী কাম্গুম্ চাইশিল্লি, মুরব শম্লাং শম্দোন্দা
তৈরব্বা কুহুম্ মকূপ্শিংহু, লাইজ-খুজোকহুংদ ভাহুনা
ওাংঙ্াংনরবা লাইজ মরীকুমক্তা, চাইশিন্নম্নি মথোয় অমগমগা ।৬৬

শায়বদ নথায় কাববী, মুজাশিংগী, পুল্লব শম্লাং বেণী
হীকুথহুনা ভাম্নি পুম্চাই চাইনা, লাইবক্ত থজাইদ থিল্লব মেল্লবা
মনম্ হুংশিল্লবা চন্দন মথল্ মথম্না, কোকখ্রে লোইনা ওক্তা শিবা
মুক্তা পরেং নাম্বখ্রে লোইনা, শম্লাং শম্জী পুজিব পুবা
লোইনা থোকখে পুম্চাই চাইনা, 'হুবু ফজবদি মরীক্'মত হন্দ্রে ।৬৭

হিরুংগ থৌগল্ তৌরিবী, শাদাব ই কন্না নীঙ-থিবীছুদা
অসুর হায়রগা নিংথৌ কুশনা, হিরুংদৈ চোংথদ্রুনা লাইজরুংদা
মরায় কারবা শামুনা, থবালবু মনাতোন্না হেক্লগা
মরেংবান্দ হাইগত্তুনা লোয়নবী, শামু অমোম্‌শিংগা শারবওন্না
থবাক হাই হৈরিবা সনরীক্লা, থোইনবু হেন্ন কজনা
লোয়নবী হুজাশিংগা শারথি, লাইজরুংদা মরায় কানা ।৬৮

নিংথৌ-ই মশেক্ মঙাদা, পুরুং লন্দবা নিংথৌ কুশবু
লোয়ননা শারজখদা হুজাশিংহু, কজথি থোইন হেন্নবু
মখানা হান্ন কজবা মুক্তানি, অহুবু অশংবা মনিবু
থাখদা অমুকন্থ হেন্ন কজবদা, ওক্কম্‌দি লৈবগে করিবু ।৬৯

থবাল্-মীত্তা ভারবী, মীত্তা কোয়রাওনরবী
চান্নবী লোয়নবীশিংহুনা, অপাম-তুংশিগা থেক্ক নৌনা
কোম চুপ্লহুনা শারবদা, থবাক্ চায়রুংদা থৈঙরিবা
কুকুম চন্দনগা তিন্নরবা, লাইজ মরীক্ মরীক্লা
কুশ-ই পাক্‌চাউরব থবাক্তগী, মরী মরী শীঙরক্‌পদি
সনা লুপা-ই মরীক্ মরীক্তা, ভাঙ্জব চীঙ্‌লৈবাক লোয়ননা
বাংলবা হিমালয় চীঙদোন্দগী, শিঙবওম্ ফজৈ থোইনহুম্ ।৭০

কোন্নুং মন্থং-লৈমকোন্দা, লৈবী কজবী হুজাশিংগা
সরযু-ই পুরব লাইজরুংদা, শারথদি নিংথৌ কুশনা
মন্দাকিনীগী ঈচেন্দা, নীঙ্‌থিবী অপ্সরাশিং লোয়ননা
শারব লাইরৈবাক্ নিংথৌরেল্, ইন্দ্রগুম্ ফজৈ থোইন হেন্না ।৭১

অদুডৈ শ্রীরামচন্দ্রনা, মুনি অগস্ত্য-দৈ কংথিবা
লাইরৈবাকী থুংলায় কীজোল্ পুম্বা, পীথিবনি সিংহাসনগ কোয়না
মপারী অহল্ কুশদা, শেংপদা জয়ত ওইনিংঙাই ওইবা
ভাঙলবা কীজোলহু শারব মতম্‌দা, থংহৌদনা নাহথি লাইজরুংদা ।৭২

লোয়নবীশিংগ মনীং থুন্না, শায়ব লোয়নগা নিংথৌনা
নীঙথিবীশিংহল লোকননা, লাইজহুংদৈ কাখৎলক্‌না
সরযু-তোর্বান শায়িবা, থিনী শঙহুমহুন চঙডকুই
চঙডক্‌না কীয়োল্ হোংবদা, পুনী য়াওরম্‌গ্রবা পাবোমু
হয়না য়েংঙকুই নিংথৌ কুশনা, থুনক মায়থোং লাংশিন্‌থি ।৭৩

অপাম লৈজবা মঙগন থম্বা, নিংথৌ কুশগী মকমদদি
সনালুপা-ই লৈরেংগা লৈশুগী লৈতেংগা, অঙা অহুম্‌ মঙইবনি
মাঙখিব লৈতেং চুমডনা, রাজলক্ষ্মীনা মথা পোলবনি
মমাঙদা মপাবুং শ্রীরামনন্থ, লৈতেংহুব থাদনা থোলবনি
মরম্‌সিমঙনা নিংথৌ কুশন্থঃ লৈতেং'ম মাঙ্‌থিবন্থ থাঙডম্‌দে ।৭৪

ঈসুংদ তাথ্রব খুজীহুব, থিহন্‌গে হায়বগীদমক্তা,
ঈরুম হৈবা ওা-কাবশিংদা, য়াথং পীয়কুই 'খিনথা নিংথৌনা
ঈরুম হৈরব ওাকাবশিংনা, ঈসুংদা থিরকুই মা মাহুন
কংক্রহুনা মায়থোং লাংশিন্না, হায়রকুই নিংথৌদ অহুম্না ।৭৫

ননাই'থোম য়ায় থিজয়ে কয়া, অমদৈ'মদা ঈসুংদ লুহ্‌ন্‌না
অহুবু নিংথৌ ! থিবা কংদ্রে, অহুম্‌ থঙে ননাই'থোমনা
সরযু-লাইজ ঈসুংদ লৈবা, কুমুদ নাগ কৌবা লিন্দুনা
মণি হৎলবা খুজীহু পাম্‌হুনা, শোয়দ্রে পুরম্মনি হুহুনা ।৭৬

মপাজল্ মথৌনা থোইন লৈরবা, শাউবন মিয়াণী ঈ কায়বা
অযোধ্যা নিংথৌ কুশনা, অচৌব লীরুংদা লীয়ী হাপ্তনা
তেঙ্গা থোংহুনা সরযু মপান্দা, চীঙ্‌হুনা লৈথি ওহাক্‌ ভূমিয়া
কুমুদ নাগ মথ্যায় লোগে থন্দুনা, গরুড়াস্ত্র-থুংলাম পায়বংথি ।৭৭

তেল্‌ চীঙ্‌বতল সরযু লাইজ, ঈচেল্‌ পুখ কোয়রেঙ্‌ লোঙ্‌ডকুই
ইপোম্‌-নিংতোল্‌ পীং পীং চোংডি, ঈথক্‌-থুং ডিংথোক্‌ন তোথানি ময়াকুই
লৈথোম থলবা কোমুদ পুখমনা, শায়-ই থোমাউজম্ থোমবা
ঈথক্ মথোম অয়াম থোক্লোম, ওইন লাওমকুই সরযু হুমবা ।৭৮

অহুমৈ সমুদ্রগী মৈথ মতম্‌দা, কল্পবৃক্ষগা লম্নীগ লোয়ননা
ঈপাক্‌-ঈহুংদৈ চোংথোরক্‌ম্‌, নীতথিজরবী কন্যা'ম মথুং পায়দুনা
অকিদৈ মশক্‌ কংলবা কুমুদনাগ, কুশতীয়ন থললবা তোরৈদুদগী
মায়ব চৈনাখোল্‌ কংলবগুমা, চোংথোরকুই লাউন-থোংনা ।৭৯

মালেম্‌-মপু কয়ব কুশনা, মথুদাংদ লৈতেংহু মাওন মাওনা
কুমুদনাগনা থোরকপহু উবদা, লীতবব-খুংলাম লৌশিন্‌থি থুনা
অকব-পুক্‌চেল্‌-চাউবগী শাউবদি, চতজব নোমক্‌প মীগী মকম্‌দা
লৈতম্‌দে থোইনবু তুংগোইননা, সাধু মহাত্মাদি অসি ভাক্তনি ।৮০

গরুড়ায়গী মতম্‌ খতলবা কুমুদনা, মরোল্‌'হম মপু শ্রীরামগী
মপায়ী য়েক্লবা পুব ওয়বা, নিংথৌ কুশগী মকম্‌দা
থোয়মব-হাইগৎলব মকোক্‌ নোন্দুনা, অন্থম হায়রকুই নোমক্লা ।৮১

নিংথৌ নহাকপু ঐহাক্লা, পৃথ্বীগী অবাব কোক্‌হনগে থন্দুনা
তাইবং মী শক্লোম শাময়োন্‌ পুবা, থিক্তমকী মচা ওইব হকচাং
অতোম'মনী হায়ন থম্বিতদো, নহাক্তি ঐগী ঈড়াংনীতায়নি
নহাকী অশাউবা কোক্‌হন্‌বা, কয়মা তম্‌গনি ঐহাক্লা ।৮২

হুপীজা ওইবগী চনীং তাদবী, মথোং কায়কপী ওইয়বী,
ঈচাসিনা শায়ব মতমদা, মথক্ত লংথৎথিব কীবুল্‌বু,
য়েংথৎপদ উক্তরমায়ে, নিংথৌগী জয় পীতবা লৈতেংসিবু,
নোংমদোন্‌ থক্তে তায়ক্‌পা, থবাম্মিচাক্‌ম- লংলব থুজীসিবু
হুপীজা ওইবগী পামৃদুনা, লৌকরমায়ে ননাইসিনা ।৮৩

মালেম্‌-ই মপু অকন্‌বা ! লীয়ী চিংব কাপথোক্‌পগী
অকব-ই থুদম্‌ মরিমতনা, হৈদুনা লৈরবা থুক্‌তউদগী
হেয়ব চোয়বা পাথোমহুগী, য়েক্লববু তাক্‌থোক্‌পদা পৌয়োন্‌গী
মশক্‌ ওইরবা পাথোমহুগী, লৈতেং ওইহথিমো 'মুক্‌ থুজীসিবু ।৮৪

রঘু শাগৈগী মৈতাল্ অয়াবা ! রঘু শাগৈ-লাইথকী চন্দম !
'সিমগা নিজম্নি চয়ণদা, মাবিনি নীংজৈ নিংথৌরেল্ !
ঐগী ঐচল্ অতোপ্পী, 'কুমুদ্বতী কৌবী কন্যাসে
লৌ্তক্লবা ময়াল্সিগী দণ্ড ওইনা, পুন্শি চুপ্প চয়ণ সেবায়
তৌহন্দুনা থম্বিয়ু ননাক্তা, 'সিমতদি মাবিয়ু হায়জম্নিবসে ।৮৫

লৈতেংছু কংবদা হয়াওরব', নিংথৌ কুশনা হায়রকুই'স্ত্রা,
নহাকুবগা ঙাইশেল্ থোক্লবা, হয়াওনিঙায়নি লাইথকে্ কথনি
মাত্থ তাবদা কুমুদ নাগনা, মরূপ মপাং শাগৈ লোইনা তনা
তিন্নবা মচল কুমুদ্বতীবু, শাগৈ'নীগী লৈতেং ওইয়বীবু
কুশগী মাঙ্খিবা লৈতেংগা, অউনপোক্ লৈতেং অতৈগা
লোয়নবা কংখি নিংথৌদা, ওইনবা পুন্শিগী লোয়নবী ।৮৬

ধর্মশাস্ত্র-ই বিধি কায়দনা, বিবাহ কর্ম্ম পাঙথোক্কে থন্দুনা,
মৈরি থাংনা কায়ক্লবা, যজ্ঞগী মৈগী মনাক্তা
মোলম-শামতু-লংনা য়েংলবা, কুমুদ্বতী-ই মখুৎ পায়বিবদা
মায়গৈ পুম্ব পুম্নিন্ নিম্না, পুং-পেম্প-যন্ত্র মৈনখি খোংখি
লোংমদোল্ মকোয়দা থগহোদনা, মংঙ্কপা অঙকপা লোংদগী
লাইরৈবাক্কী মনম্ হুংশিনবা, লাইজ-লৈরাং তক্লনা চুথখি ।৮৭

মত্তৌ'স্রা কুমুদনাগগী, মরোল্'হুম্ মপু শ্রীরামগী
সতীশিং কোক্থক্কী লৈতেং ওইবী, নীঙথিবী জানকী সীতাগী
মপারী অহম্বা নিংথৌ কুশবু, মশেল্ ঙাইশেল্ ওইন কংবদা
হুংঙাইবৈ ঈপাক্ত তাউখিত্রুনা, লিল্-শাগৈদা যমরাজগুম্বা
গরুড়গী মকম্দৈ হুমিত্রুদগী, চিংনব কিবদৈ লোইন কোকুখি ।৮৮

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদ
ছন্দোক্কুপা রঘুবংশ মহাকাব্যগী ভরাতরক্তবা সর্গ লোইরে ॥

—— | ——

# তরাতরেৎশুবা সর্গ

অহিংগী অরোইবা যুথক্ হৈবদা, ব্রাহ্মমুহূর্তমা মৌরুক্প মতম্দা
তাইবংমীগী বুদ্ধি থাথমা, মোহ্রব মতুংথ ওপক্ ফংবতম্
নিংথৌ-ই মচল, নিংথৌ-ই লোয়নবী, কুমুদ্বতী কৌবী সভীনা
নিংথৌ কুশ-ই নিংথৌ ঈদগী, মপারী অতিথি কৌবনু ফংজখি ।১

চাংদম্নীংঙায় হৈত্রব মশেক্ মঙাম্না, থলবা কোয়োইথনা
অরাং-মথা মায়থৈ অত্তীবু, শেংদোক্পিবগী মতৌওম্না
হুমিৎকুম্ মতীক্ মঙাম্ম থলবা, অতিথি কৌবা নিংথৌনা
পথৌ পলেমগী শাগৈংনীমক্ শেংদোকখি নিংথৌ কুশনা ।২

ধর্মশাস্ত্র রাজনীতি, হৈবশিংগী মতুংদা অথোইবা
কুশনা মচাদা বিদ্যাপুম্বা, লোইন ওথিরব মতুংদা
নীঙথিবী নিংথৌ মচাহুপীশিংগা, মচাবু গৃহস্থ আশ্রমদা চত্তহনখি ।৩

অচৌব শাগৈদ পোক্লবা, অকনবশিংগীস্থু লুচিংবা
ইন্দ্রিয় খুত্থম্ চঙবা, অযোধ্যা নিংথৌ কুশনা
মতীক্ মথোনা হৈরবা, শিংলবা ওয়বা মহৈ হৈরবা
মচা অতিথি কৌবনা, মামক মায়বা মগুণ চেনবা
মচাবু মামকী মমিনি হায়না থঙজখি পুম্নীংদা ।৪

মথু শাগৈগী চৎনরক্পী, লম্বী লৌক্লম্ তুংইরনা
লাইরৈবাক্ নিংথৌ ইন্দ্রগী, লান্দা মতেং পীদুনা
মমিংদস্থু দুর্জয় থবক্তস্থু দুর্জয়, দুর্জয় কৌব দৈত্যবু
হাৎলম্লগা মশামকস্থু লাল-ফম্দা, থবায় থারম্লগ নোংগাখি । ৫

হৈরাং থরোগী ফুংঙাইনকম্, থাজগী মঙাম্ম থাজ মাবু
তুংইরনা চচ্চখিবতম্, তাংজ নিংথৌ মমোয়োই
কুমুদ্বতী কৌবী সভীস্থু, মায়থোং থাজ মালবা
মথংলেন নিংথৌ কুশনী, লাইরৈবাক্ ফাওবা তুংইরখি ।৬

লাইরৈবাক্ মৌথিব অনীছুগী, অমনা লাইরৈবাক্ নিংথৌ ইন্দ্রগী
ফন্দম্ তংথাই কোম্নুনা, অমনা লাইরৈবাক্ নিংথৌ ইন্দ্রগী
লোয়নবী শচীগী লোয়নবী, চায়বী মত্তা ওইছুনা
লাইরৈবাক্ কোম্নুং অমরাবতীদা, অনীমক্ লৈথি হুন্তাইনা ।৭

অহল্ ওইরবা মন্ত্রীশিংনা, লাম্দ চৎলম্দাইদ নিংথৌনা
তাঙ্গবা মাথং ফুংইরনা, কুশ মপারী অতিথিবু
সিংহাসনথক্তা থাংগৎলগা, অভিষেক তৌগে থরক্লে ।৮

মন্ত্রীশিংনা মথুং থৈবশিংদা, খাংলবা বেদীগা লোয়ননা
নীঙ্থিবা খাংলবা মরী মরিদা, কিগী মণ্ডপ থল্হন্থি ।৯

নীঙ্থিবা মণ্ডপ ময়ায়দা, ভদ্রপীঠ কৌবা আসনথক্তা
তাহোইছুনা লৈরিবা অতিথিবু, অভিষেক তৌগে হায়বগীদমক্তা
মণ্ডপ লৈরবা প্রজাশিংনা, তীর্থ-ই ঈশিংনা থম্ব হাপ্লবা
সনা-ই পুল্ পায়- পায়দুনা, অতিথি নাক্ত থুংলয়ে ।১০

খুৎন মৈবা পুংগী ওংলবা, লুম্নবা হুংশিরবা মথোমা
অতিথি কৌবা নিংথৌগী, শাগৈগী মরী ততনবা
হুংতাই মাইক শাংথহৌনবা, হীরম্ থিবিক্ত মঙ্গলগী
থোম্নোক্-খুদম্ মমাম্নু, তাহন্থি প্রজা থিবিক্তা ।১১

রঘু শাগৈগী অহল্ ওইরবা, প্রজাশিংনা কোয়না লেপ্তুনা
তিংথৌ-যবকী অনৌবা মযোল্, বট পাম্বীগী উকুনচিংবনা
অনৌবা মনাগম্ব লোয়ননা, হক্চাং শেংদোক্পৈ বিধিবু
শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা, মথং মথং পাঙথোক্থি ।১২

অহু-ই তুংদা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত, নিংথৌ-ই পুরোহিতশিংছুনা
অথর্ববেদ-ই মন্ত্রগ লোয়ননা, নিংথৌ তিথিগী জয় ওইনবা
জয়কার ধ্বনি তৌদুনা, অভিষেক তৌরক্লে নিয়ম কায়দনা ।১৩

লাইজ মরীনা ভারকৃপগী, হুংশিরবা মথোল্গ লোয়ননা
নিংথৌগী কোক্কে ভারকৃপী, ঊশিং মরীনা কজবদি
ত্রিপুরারি মহাদেবগী, জটাদৈ গঙ্গা-ধারানা
চেম্বরকৃপনা কজবহুতম্নি, কজবৈ মগা লৈতনা ।১৩

নোংমদোন্থক্কে অনৌবা নো না', নোংমদোন্ লাইজ মরীকৃপু
থীকৃথরকৃপা মতম্দা, নোংগোবীনা মথৌ পোক্কনা
হরাউনা থোংজবহুত্তম্না, নি'থৌ-ই'কোয়বদ লেপ্লুনা
চারণ কবিশিংহুনা, শৈশকৃথি হু'শিবা থোক্কা'না ।১৫

মন্ত্রনা শেংদোক্লবা তীর্থগী ঈশিংনা, অভিষেক তৌরব মতুংদা
অতিথি কৌবা নিংথৌসি, বর্ষা ঋতুগী মতম্দা
নোংন কুম্লবা নোংমদোন্দা, নোংথাংগী পরে'না ভান্তম্না তত্তপ তরেংনা,
ভাদ্বোইথি ।১৬

অভিষেক লোইরব মতু'দা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশি'দ নিংথৌনা
মতীক্চানা দক্ষিণা কংলি, সনা লুপা মপৈ য়েল্লি
কংজবহুমক্কা মথোয়মক্কীন্সু, দান দক্ষিণা য়াম্না কংপা
যজ্ঞ কয়া কয়া তৌজকবদা, মতীক্ চানা অকুম্ মথোকৃই ।১৭

ব্রাহ্মণশিংনা থোইন হরাউনা, নিংথৌ অতিথি কৌবদা
আশীর্বাদ বরদান্ তৌরকৃই, নহাল্মুক্কী মপোক্ক তৌরকৃপদা
কর্মগী মহৈহু থুদক্কা কংথি, অতিথি কৌবা নিংথৌনা ।১৮

কৈতমশঙবা কাজিল্লিবা, মরাল্ লৈবা কয়াবু
থাদোকৃপিথি নিংথৌ অতিথিনা, হাংপবু মতীক্ চারবা
প্রাণ দণ্ড কংলবশিংবুসু, কয়ব দণ্ডহুদৈ কোকৃপিথি
পোংলুম্ পুবা শক্তাউশিংবু, পোংলুম্ তোম্ব তোকৃহন্থি
শন্নাউনা 'পুক্ থম থক্চনবা, শবী-মথোম্তবা তোক্হন্থি ।১৯

নিংথৌ অতিথি-ই মাথংদগী, অক্লাহুংবা কাজিন্দুনা লৈরবা
চোঙ্‌ঙা জেনবা-থিবিক্‌পু, অক্লা'হুংদৈ থাদোক্‌হন্দুনা
মনীংতম্না শাইথোক্‌হল্‌লি, চংনীঙৎ মকমদা চংহনথি ।২০

অযোধ্যা নিংথৌ অতিথি, নীঙ্‌থিব কীজোল্‌ থোল্লুনা
ভূমথা কিদানা থুংন থামবা, লৈতেং মথল্‌ মথম থম্বা
নীঙথিবা শজাথ-কা অমসী, ময়ামদা কজনা থারিবা
শামু্‌ মরাগী তাংবম্বা, চীঙ্‌না লেম্ন কম্দলি ।২১

নিংথৌ-থৌগল্‌-চঙ্‌লিবা, মশা নাম্বা ভৌথিবা
মথুং-মশা শেংন হাম্লগা, মনম্‌ হুংশিন্নবা নীঙ্‌থিবা
ধূপকী থৈথু মনিমা, নিংথৌগী চোংলিবা শম্‌জোইন্থু
কংহল্লগা পুশিন্নকই, নিংথৌগী কিজোল্‌ নীঙ্‌থিবা ।২২

মরক্‌ মরক্ত মুক্তানা, লৈচল্‌ ওইনা থম্বা
মচু মচু-ই লৈমাং পরেংনা, অকোয়বদ য়েংলবা শম্‌জোইদা
পদ্মরাগ মণিনা মরক্তা, তঙ্গপ্‌ তরেংনা ভাল্‌হল্লি
মথুং মশা হৈরবা, মশা নানুবমক্তনা ।২৩

অতু-ই তুংদ কস্তুরী মামরবা, মনম্‌ হুংশিরবা চন্দননা
লৈমাং লৈরীক্‌ মকুপ্না, নিংথৌ-ই লাইবক পাথোম্‌
কম্বা থবাক্‌প্ন লৈতেংলি, কেশর-গোরোচন মামহুনা
নিংথৌ-ই নীঙ্‌থিবা মায়থোংদা, তোঙ্গাল্‌ তোঙাম মওংদা
য়েক্লি থিজি লাইয়েক্‌লঙম্‌, মথুং হৈবা মনাইশিংহুনা ।২৪

মথল্‌ মথল্‌গী লৈমাং পরেং, থোলব নিংথৌ অতিথিনা
লৈতেং পূম থোক্লগা, কাংঙ-ময়েক্‌ হুংলবা
মোল্লবা পাম্বা খাঙ্‌চেংগু, তঙ্গপ্‌ তরেংব নমথাংবু
থোজব হুংবা মাজলাঙাগা, লোনা ংবাহ তোকপা

সনা-ই থাজের উকম্ চন্নবা, লেপ্ থুম্ন বাংব মিংলেন্দা
মেংব মতমদা নিংথৌগী, তারিবা মনি অঙ্কুগা
হুমিৎনা থোরক্‌প মতম্‌দা, সুমেরু চীঙ্‌গী চীঙ্‌থোন্দা
পামেল্ কল্পতরুগী, তাব মমিগা চপ্‌চু মাটৈ ।২৬

থৌগল্-লাংগল্ কন্নাইবা, মনাই থোঙ্‌লোয় ময়ামা
কাঙ্‌হাই চামর-পেনচিংবা, নিংথৌ-ই হৌনবী কায়দনা
মথুং মথুত্তা পায়ছুনা, নিংথৌ-ই নাকল্‌'নীদ লৈছুনা
থৌগল্ ভৌন ভৌনা চথোরকুই, জয়ধ্বনি লাউ লাউছুনা ।২৭

লাইরৈবাক্ নিংথৌ ইন্দ্রগী, দেবসভাগী মতৌগুম্বা
সভা-'য়াম্দ লেঙ্‌শিল্লকুনা, অতৈ অতৈ নিংথৌশিংগী,
মুকুট্ থেংপা মণিন থেংবদা, মমি তারব থোঙ্‌থা'সন্না
নীঙ্‌থিব থাকয় থক্ক লৈতেংবা, মপাবুং-নিংথৌ-ই সিংহাসনদা
ভাম্বোইথি নিংথৌ অতিথিনা, ফজব মপা লৈতনা ।২৮

সিংহাসন থক্ক লেঙশিল্লবদা, মজলগী মশক্ ওহরবা,
শ্রীবৎস কৌবা পাকচাউরবা, অতিথিগী রাজ সভাদো,
শ্রীবৎস-ই থুদম্ন তিল্লবা, কৌস্তুভ মণিনা লৈতেংবা,
শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্‌কুম্না, থোইন হেন্নবু নীঙথিজৈ ।২৯

নিংথৌ-ই মচা অতিথিদি, অঙাং-নাবা ওইরিঙৈদগী
নিংথৌ-ই অমুৎং যুবরাজ ওইনা, অভিষেক'মুক তৌখ্রবনি হায়দগী
নিংথৌমুক্ ওইন'মুক্ কখান্ তোংবদা, থাজ-থায়াম্বগী মমিদগী
লাম্বোক্‌না থাজন থানিন্ কাবগুম্, হেন্নমুক্ কজথি হায়দগী ।৩০

মপান্-চাজবা মনাইশিংনা, কন্নাই কানাইবা অচৌবশিংনা
মায়থোং মকা লায়বা, মোমোন্ মীনোক্ক নীঙ্‌থিবা
নিংথৌ-ই মায়থোং অয়াবা, উবদা থাুইগী পুক্কীংদা
নীঙজব থুংলনি "থাজবা" না, মশক্ নাইনা থোরকম্ উথি ।৩১

ইন্দ্র-ই মতৌগুম্ মতীক্ চাউরবা, অতিথি কৌবা নিংথৌনা
ইন্দ্র ই শাম্ ঐরাবত কুম্বা, বাং-চাউব শামুথক্ত তোংহ্লনা
নগরগী মকম্ খুদিংদ কোয়বদা, অমময়া বাংলবা কল্পতরুগুম্না
ফিরাল্ চৈথোক্ ময়াম থলবী, অযোধ্যান ফজে অমরাবতীগুম্না ।৩২

অনীগুব'ম লৈজবা নিংথৌত্নগী, কোকত্ত থাজিবা অঙৌব পেগী
লংলবা মশেক্-মঙাম্না, মপাবুং-মবুথৌ নিংথৌশিংগী
কায়নব-ই অবাব অমঘ পুম্বা, লোইনা মাঙহন্‌খি প্রজাশিংগী ।৩৩

মৈথু কায়কপ লোইরগা, মৈগী মৈম্রি কায়ক ই
হুমিংনা থোরক্ল মতুংদা, মঙাম শীম্বুংন হাইদোরক ই
মমাংদৈ নিংথৌশিং-মঙাম্না, মমি শাম্থবদ হাইদোরক্লি
অতিথি-ই মঙাল্ মঙণনা, থাইব নম্‌হন্তুনা থোরক্লি ।৩৪

শরংকী যামিনী কৌবী অহিংনা, থবাম্নিচাকী মশক ওইরবা
লংলবা মীংপু পাঙথোক্তুনা, ধ্রুবতারাবু য়েংঙক্‌পগুম্না
নগরী-মুজা-শকহেন্বীশিংনা, মিম্বা-মীংলু ঈকুপ কুপ্তনা
ধ্রুবতারাগুম্ থাইগী য়েংনফম্, লৈনাথ নিংথৌবু য়েংহ্লনা ।৩৫

নীঙথিনা পূজা তৌথ্রবা, মন্দিরদ লাংলিব মূর্ত্তিশিংদা
লাইশিং মশামক চঙ চঙহ্লনা, খুরুম্‌জগে য়েঙক ইব নিংথৌদা
খুং থাজন্তুনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, তুমিম নিংথৌ-ই কবত্ত থজি ।৩৬

অভিষেককী থীকথিব লাইজ মরাক্‌, কংবু কংম্রি অত্তুবু
যাগী কল্লবা মতীক মৈশানা, য়োথ্রে ঈপাক চাংজো তাম্নবু ।৩৭
গুরু বশিষ্ঠ-ই মন্ত্রগী শক্তি, নি থৌ 'তিথিগী থুংলায়-শক্তি
শক্তি'নীসিন পুন্‌থ্রবদা, ক'রগী লৈনী ওম্‌থ্রবা থবক্তি ।৩৮

ধর্মনীতি-রাজনীতিদা, পুকীং চঙথ্রবা সভাবদ্‌শিংনা
ঈকোয় কোয়রথ নিংথৌনা, বাকৎলরিবত্তুব বাকৎপশিংগী
মথক্ত'মুক বাকৎলরিবশিংগী, লৌপোক-লৌশিন্ থৎন চৈনবগী
মশামক্লা পুক্লীং চঙনা, থিজিন্‌খি নচুং হজিন্না ।৩৯

লৈপাক্কী-দৈ পাউরু মায় পুরকপ, থাজবা মাব অয়োনুব মীশিংমা
পুরক্লইবা পাউবু নিংথৌ মশানা, তাংদাংনা থঙ্‌লব মহুৎপা
মথোয়না নীতমরবদ্বদগী হেন্না, অবাসল্ লম্‌ম্ মনা পীথি
মায়থোংদ কাওরকপ খুদম্না, থম্মোয়-ই পেনুবদু কোঙদোক্‌না
দানগী মশক্ ওইবা মনাবু, পীবগী মহৈ মাল্লে থক্তি ।৪১

চীন্দ'মুক্তং হায়দোক্‌খিবা, অয়েবদ থকুপু তাহন্দে
মমল্ মায়ম্ব তৌথব দানবু, করিঙবদ অমুক্ লৌশিন্দে
য়েক্লবদু ওন্সি খঙলগা লোইরে, য়েক্লবগী মমল্লু লৌখিদে
হায়রিবা অকোম্ব'সিমতংদি, ঈশোয় শোয়ত্রে হায়বদি ওম্‌দে ।৪২

শক্-লন্-মথোক্ কারক্‌পা, অহম্‌সি চাউথোক্লবব-ই মচাক্ ওক্লি
অক্তুব থুইদ ই অওক্‌পদি, অহম্‌সিনা পুক্লপ হৌহ্নুনা
নিংথৌ অতিথিদ তিল্লেদি হায়বু, নিংথৌ-পুক্লীংবু শম্‌ম নাম
মথোয়'হম্‌সিনা লেংহ্নব ওম্‌দে, অওক্‌পা নিংথৌ-ই পুক্লচেক্লি ।৪৩

মতৌ'ন্দয় প্রজাশিংগী, থম্মোয় হকচাং নিংথৌদ লুপথেু
নিংথৌ ওইবদি ওয়াংত ওায়রি, 'তুবু কুইরব কলব পামেল্‌ওয়
অমনা থুলেক্‌পা লাকচবা য়াদবনা, লাক্‌ওম্ কাওম্‌দবা মীশক্'ম ওইখি ।৪৪

মপান্‌গী য়েক্লবদি অয়েখনি, অরাপ্পনি অয়েপ্পা নাইদবনি
অহ্নুনা নিংথৌনা'হাম্বদা, হক্‌চাংহ্নুংদ পূক্লীংদা লৈরিবা
কল্লক্‌পা-অপাম্বা-অশাউবা, 'সিনচিংবা য়েক্লব ওক্লক্‌পু
হায় জয়বু তৌথ্রবনি, 'তুমক্লা মপান্ য়েক্লবদু লায়মা ওন্সি ।৪৫

লাল্‌গী লাইয়েম্মা লক্ষ্মীদি, মকম্'মতদা লেঙ্‌দন লৈতবীনি
অহ্নুবু নিংথৌ অতিথি-ই মকম্‌দদি, হুংথৌথক্ত তাব সনা মরীওম্
মকম্ লেঙ্‌দনা ফজনা লৈ, য়োচ্চাবীনা চিংশিনুখিব য়োচ্চৈওম্ ।৪৬

মরীল্ থৌনা উত্তব নীতিন্দ্র, পাঙ্‌দবগী থুদম্ অমনি
মরীল্ থৌনাত উত্তুন লৈবন্থ, হিংসা-ই থুদম্ অমনি
মীওম্‌দওম্ লৈবা-মরীল্ ফুদোকপা, নীতি'নীসিঙন থুংলায়ওম্
য়েক্লবদু ওমবা হোৎনৈদো, নিংথৌ অশিংব অতিথিনা ।৪৭

মশা-ই মশেক মঙাম্বা, মমব নোংলক্তগী হাইদোক্‌নবা
পুম্বাল্ তাম উবগুম্, হুমিংবা হুম্রিংকী মতোউবা
নিংথৌনা লাক্লাব-ই মশক ওইবা, মঙালবু মায়গৈ পুখদ হাইদোকহনবা
মকম্ খুদিংগী ঈয়াংবু, ঈঙাল্ তাম উথি থঙ-খি ।৪৮

অহিং হুংখিদ্দ নিংথৌনা তৌগদবা, মহুনচিংবনা তাম্বা
নিংথৌ-ই তৌগদব মথৌ পুম্বা, পাঙথোক্‌ই নিংথৌ অশিংবা
অতিথি কৌবা মহাত্মা, থাদোক্‌নবা হৈনিংদবা অতন্‌বা ।৪৯

মম্নাশিংগ তম্বনা মম্বনা তৌই, নৈনবা লোঙ্গিরবসু মহাত্মা
মহুং মপান্দা থুপ্পুনা থম্মি, হায়দোক্কে থোক্‌কাও থবক্ ওইনা ।৫০

লনাইগী মীচঙ্‌দা মীগী মীওঙদা, লাঙ্গাবশিং শীজিনবা তম্বনা
মথোয় মশেল্‌ন্ শক্‌থঙ্‌নহন্দে, অহুন লৈরবসু তুম্‌হুনা মতম্ চানা
লাঙ্গাবগী মশক্ ওইরবা মীৎনা, তম্বনা লৈ মীৎশেং থাগহনা ।৫১

য়েক্লববু কোয়শিন্দুনা খিংলিবা, নিংথৌ মহাক্কী লাখন্‌শিংসু
য়েক্লবনা পাক্ চঙ্‌বা ওম্‌দব ঙাক্লি, য়েক্লববু কিহুনা শাব নত্তে লাখন্দুনু
শাম্ হাৎকে তাম্নব নোংশানা, শাম্নবু কিহুনা লোত্তে লোক্‌লংদা
কৈদৌউৈদসু ।৫২

থাথন্ তৌনা মুম্ নৈনহুনা, য়ৈথাম্বব লৈতনা তৌথিব থবক্ পুম্বা
অঙক্কৌ মম্ব মহুংদা চেঙ্‌না, কনাসু থঙদন হুদিম্বা
মহুং মহুংদা মুজহুনা চেঙ ওইজবা, অহুগী মতৌহুগুম্বা
মহুং মহুংদ মহৈ অহুম্ মম্বাক্তৈ, পান্‌থিব থঙ্‌হৌদে কনামতনা ।৫৩

ঈপাক্সা ঈপোম্ ঈথক্ কায়বসু, ওয়-তৈজনব মায়গৈদ হন্দোক্‌থিদগুম্
অহোয়নহুম্ চেঙ্‌হিন্‌খিবগুম্· মচীজোংদা তুমেল্ খুদিংগী
মমল্ মথুম্ মশক্ মহৈনা, ফন ম্রায় চাওথংপা ওইরদনস্ব
অতিথি কৌব নিংথৌনা, চৎত্তে নত্তব লশীদ কৈদৌউৈসু ।৫৪

লাইগী নোংদম্দৈ প্রজাশিংগী, করিগুম্ব অশাউবা পোক্প্রবদি
লৈবাক্ কান্নবা মশক ওইরক্লবদি, থেম্জিল্লি মথোয়বু অতম্ম বাটৈ
কোক্লনবা পাখৈ থিগদব ভাবা, প্রজাগী শাউননব থবক অহুদি
থবায় থান্নব কাওবদা, 'ফুগুমগ্ন ভোদে নংখৌ অতিথিনা ।৫৫

মপু'ম ওইব ই গুণনা থজবগু, মায়থীব পীহনা নমূহংপ তাবা
ভম্গদবগু মাঙজোননা উরবা, 'ফুগুব মীগত লাম্বেংদৈ
ফুংশিংকী মতেং ফংলবদি, থিয়কৃই 'ফংব নাপীবু লৈম্মনা
অহুগা ঊশিং লৈব মকম্দদি, চঙ্দে লৈম্মনা কৈদৌঙৈদগু ।৫৬

অর্থ কাম অনীন চেল্হন্দুনা ধর্ম্মবু, ধর্ম অর্থ'নীন চেল্হন্দুনা কামবু
কাম-ধর্ম 'নীন চেল্হন্দুনা অর্থবু, থোওইদব ভোদে মহাক্না
ধর্ম-অর্থ-কাম অহুম্বু, ধর্ম-লল্-অপাম্বা অহুমসিব
পুং-মান্ চপ মান্ননা শীজিন্নৈ, ধর্মনীতি রাজনীতি'নী কায়দনা ।৫৭

মায় চোথপ্রবশিংগমু শামদে মরূপ, মহুদা থোইনা কায়ব ফংদে
মায় চেনুগৎপ্রবশিংগম্ব চায়দে থোইনা, মহুদা ফত্তবা মচৈ লাক্পনা চেল্লি
অহুনা থাক্ চপ মান্নবশিংগত শামৈ মরূপ., অশিংবা অতিথি কৌবা
নিংথৌনা ।৫৮

মেক্লব-ই পাগল্গা মবনাই পাজল্গা, অথোয়-'হেন্ কুপ্প নৈনরগা
মেক্লবদ-ই মাগীনা চেল্লবা মতম্দা, মহুৎদ কুপ্পি লাল্কম্দা মহাক্না
হায়রিবসিনা থক্ থা ওম্মরবদা, লাম্দৈ হন্দোকৃই মহাক্না ।৫৯

লন্থৈনা চোম্ব লৈরবতদা, মীয়াম্ব মথা পোটম্ব তাইবংদা
'সিগীদমক্ত লল্বু পৈশিল্লি, ঈশিংনা মংক্ চোল্লবা নোংদা
নোংগৌবী কৌবী চেক্লানা, হায়জৈ নীজৈ, নোংজৈ থোক্তদা ।৬০

মেক্লবনা পান্থংলাক্লিব থবক্তা মৈথায়বা হায় থোক্হল্লগা
চঙ্গদবৈ-তাল্লা মেংহুনা লৈ, মেক্লব-ই অচেৎ অকোম্ মুম্ব মেংলগা
নীঙহয়দনা মেক্লবদ ফুজিল্লি, কুপ-শিল্লি মশাগী অহোব লৈরগা ।৬১

তম্বা মরিল- লৈরম্বা'ক্তিখিদি, মশাবুং নিংথৌ কুশনা
শেয়্রবনি মেত্তুনা মথুংনা, হৈরবনি খুংলায়দ মপা। লৈত্তনা
লালগী তব মুর খত্তলবনি, উরবনি, মশাবু লান্মীদৈ থেজনা ।৩২

লিলগী কোক্ত লৈব মণিগুম্, পান্ডৈদে-মন্ত্রদৈ-খৌনাদৈ পোকপা
মাগী শক্তি অহুমু কনানা, লৌশিন্বা গুম্দে য়েক্লবনস্থ অরাম্ন নকপা
অরত্তাত্ত কৌবা মনি'মতনা, য়োত্নুম্ কয়াবু চিংশিন্নি অরাম্নকপা ।৩৩

অতিথি-ই মগম্দা ললোম্বশিংনা, চাউখংলবা মহাক্কী লৈপাক্তা
ভুমেল্শিংদ পৃথ্বীগী মতৌগুম্বা, লৈকোল্গুম্বা শূরুব উরক্তা
চীঙ্লক্তা মহুমেক্লি খন্দুনা, চংলি লৈত্তনা অখিংবা লম্লোমগী থবক্তা ।৩৪

মুনিশিংগী তপস্যাবু মৈথায়বদগী, প্রজা-ই মরনবু হয়াম্বদগী
তত্তনা ঙাকৃথোকৃই শোদৈ মানা, লোই অবামল প্রজাশিংদগী
ব্রাহ্মণনচিংব বর্ণ মরিদগী, তপস্যা-ঙাকৃপ -চাখোক্ সেবাগী
শরুক্ তদকী শরুক্'ম ফংজবহুগী, নিংথৌনা অযোধ্যা লৈবাক সেবাগী ।৩৫

মালেম্-পৃথ্বীনস্থ মহাকৃপু, ঙাকৃপিবগীদমক্ নিংথৌদা
থোংদৈ থোকৃপা য়ত্নবু, লৌবুক্তে থোক-পা মহৈবু
বনদ লৈব শামুশিংবু, ঙাক্পগী ওইন মনাবু
পী মফম্ মতম্ চানা, য়েম্নোকই 'মুক প্রজাদ মনাহুবু ।৩৬

কার্ত্তিকেয়গী মতৌগুম্ পাজম্বা, মরনবু শীজিন্নব হৈব'তিখিনা
থংনব-চান্নবনচিংব নীতি তরুক্পু, মনাই-মরূপ্নচিংব পাজল্ তরুক্পু
শিজিদৈ মফম্-মতম্ চান-চানা, প্রজাশিংনা ঊঙনা পাম্নবা ।৩৭

নিংথৌ'ভিখিনা মতৌ'স্থম্বা, রাজনীতি মথল্ মরিবু
মথং মনাও কায়দনা শীজিনহনা, মহৈবু চাথি অকায়ব লৈত্তনা ।৩৮

অথোম্বব নীতিনা হৈর'স্থ লাম্বেংনবা, লাম্বেংদৈ অচুম্ব নীতিত্তনা
অকম্বত পামজবী জয়শ্রীনা, রাজলক্ষ্মী কৌবী মহাক্কা
অভিসারিকা নায়িকা-ই মতৌগুম্বা, নিংথৌ নাক্ত লাকই মথোঙ থোংনা ।৩৯

মচুম্ তাব শামুগী মযায়-মচুম্, মনম্ তায়না মচুম্ তাদবা
মযায় কাদবা শামুশিংনা, মযায় লৈদুনা হন্দোক্‌পগুম্
মযায় কায়বা লিংথৌ মাগা, মায়োক্‌ব গুম-দবা নিংথৌশিংনা
মযায় ওন্দুনা হন্দোকই, মযাওদ লেপ্‌-ডম্‌-দে কনাম্ব ।৭০

ঈপাক্-থাজ'নীগী মতৌগুম, চাওখৎপ কংছি মহাক্না
অহুম্ব চাওখংলৈপ শকক্না হেল্লিলকপনা, থাজনা ঈপায় হম্বমকপগুমদি
হম্বদে নিংথৌগী চাওখৎপা মাদি, অসিতনি থেম্বা হায়বম্ব ।৭১

ঈশাক্তে চিংলগা ঈশিংবু নোংনা, অমুক্ হয় মত্তোম্ব হৈথয়কপগুম.
লায়রবা লবোইবা-অতিথিশিংনা, অতিথি-নিংথৌ-ই মকম্-দগী
মথোয়না লীড্ জরঘদৈম্ব হেন্দোক্না, কংজব দান'ছুমকনা
হৈথরকই "দাতা" মিংচংতুব, কাওহন্থি "মহাদাতা"নি হায়না ।৭২

খ্বাইদৈ হেয় থাগৎনীডায়; ওইরব নিংথৌ মহাক্নি
'ম্বু থাগংলগা ঈকায়বৈজে, মায়থোং ডাঙন লুক্কই
মাহুন'মুক্ হেয়থুম নিংথৌগী, মিংচৎনা হেন্‌গৎলি মথং মথং ।৭৩

নোংপোক্তা হাইগৎলক্‌পা হুমিৎপু, মশেক্ মঙায় তয়ং তয়ংনা
উজরগা পাপ্‌না উজবশিংগী, কোক্‌চবহুগী মতৌগুম্না
সংসারগী ভম্বু মুন্না থঙ্‌লগা, পুক্কীং-ই 'মথ মাঙ্‌বগুম্না
কোক্‌চৈ অবাবা প্রজাশিংগী, উজরগা মায়থোং নিংথৌগী
অশুম্না'ভিথিনা প্রজাশিংবু, থম্মি মথাপোম্ব হুংঙাইহম্না ।৭৪

খ্বাল্-লৈরাং-লৈহুংদা, থাজ-ই মঙালগী চঙকম্ লৈত্তে,
লৈরাং থয়ো লৈহুংদম্ব, কোয়োহম্ব-ই মঙামা চঙকম্‌দে
'অহুব নিংথৌ মাগী মগুণ মঙান্নি, মরূপ্ যেরুব'নীগী থম্মোয়দা
চঙওন্নি লৈজনা অথিংবা, করি হায়নি অমুক হেন্বু
অশ্বমেধ যজ্ঞগীদমক্তা, পুম্নমক্‌পু ভমগে তায়বা মাবা
নিংথৌশিংদা অবা'-না পীবদি, ধর্মগী চাওখৎপাদুম ওইনা থোকই ।৭৫-৭৬

লাইরৈবাক নিংথৌ ইন্দ্রনা, লাইবাম্-গী নিংথৌ ওইবগুম
নিংথৌ অতিথি কৌবনা, মালেমথকী নিংথৌ পুবগী
অমত ওইবা নিংথৌরেল্, ওইথি হীরম্ পুবদা
মখা-ই পাজমা মগুমা, হীরম্ পুবদা লৈহনা ।৭৭

মীখোয়-মীহেম মগুণতনা, ইন্দ্রনচিংবা মায়গৈ ওাকপা
মফিদগী তোঙায় মঙাওবা, পৃথ্বীনচিংবা পঞ্চভূতকী
তোঙানবা ভক্তওবা অমগুম্, মহেন্দ্র মলয়নচিংব লৈরিবা
কুলাচল তয়েক্তগী তোঙানবা, নিপানওবা'মগী মতৌগুম
লৈরম্মি অতিথি নিংথৌনা, রঘুবংশগী থাউমৈনা ।৭৮

লাইমায় ইন্দ্রগী য়াথংবু, মকোক্ থোংনা পুবগুম্
মালেম্-গী নিংথৌ পুখনা, মকোক্ মকোক্ত থাজখা
ছত্র-পেনচিংবা থাদোক্তনা, অরাপ্পদৈ মকোক্ নোয় নোয়া
চণ্ডশিল্লক্-না হাওলবা কোক্তা, পুখি অতিথি-ই য়াথংবু ।৭৯

অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরৈদা, অতিথি কৌবা নিংথৌনা
যজ্ঞ-কথা ব্রাহ্মণশিংগী, তৌথিবা দান অহুমক্তনা
লম্মনু কুবেরমক্কি হায়না, কাওথি জগৎ শীরুংনা ।৮০

লাইরৈবাক্ নিংথৌ ইন্দ্রনা, নোংবু চুথহন্দুনা মতীক্ চানা
যমরাজনা ওাকথোক্তনা অশি অনা, লাইজনিংথৌ বরুণনা
পৃথ্বী জুয়েল্ থিবিকপ্ন, হিনচিংবদ শামবগীন্থ ডংওাইমা
লুনা তঙ্গ তঙ্গ থলহন্দুনা, কুবেরনা রঘু শাগৈগী
মমাগৈগী অকম নিংথৌশিংবু, নীংশিংহুনা অতিথি নিংথৌগী
হী-য়াই লন্‌গৈ পুখবু, চোয় পানা থম্হুনা
মায়গৈ ওাকপা লাইশিংসিনা, নিংথৌ অতিথিদা লোইপোৎ হাবগুমা
চহী থুদিংগী মচাক্ মতম্ চানা, কচ্ছিলৈ মথা পোথ নিংথৌশিংগুমা ।৮১

মকম অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংগ
ছন্দোক্‌পা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরাহুরেৎওবা সর্গ লোইরে ॥

—— । ——

# তরানিপালশুবা সর্গ

য়েক্লবা ওব নিংথৌ'তিথিগী, নিষধ নিংথৌ অর্থপতিগী
মচানুপী সতী-ই গর্ভদগী, মপারী নিষধ কৌব লিরৈবাকী
নিংথৌ নিষধশুম্ মখিল্ লৈবা, মশুন লৈব'ম পোকৃখি হুংগাইনবম্ প্রজাগী ।১

মশুম্ চানা মরাঙ্ কায়না, তাথিব নোংগী মহৈনা
মহৈ মরোং চুখব লৌবুক্তা, উবদ পেঙ্গবন্থুগুমা
অতিথি কৌব নিংথৌনা, মপাজল্ কল্লব থোইন হেন্না
মচা নিষধদা নিংথৌ খুডম্ শিন্নি, খবদা হয়াউথি প্রজানা ।২

কুমুদ্বতী মপারী অতিথি কৌব নিংথৌনা, রূপ-য়নসনচিংব বিষয় পুখা
মংক্ পেন্ন ফংলবা তুংদা, তাউহল্লমগ হুংগাই'পাক্ত প্রজাপুখা
মতীক্ চারব মচা নিষধদা, শিন্নরমগা লৈবাক্তী ভারপুখা
অশ্বমেধ যজ্ঞনচিংবা যজ্ঞদান-মহৈনা, লাইরৈবাক্ত ফংথি খুডম্ নীংথিবা ।৩

মিন্না-খঙাল্ লৈনা মানবা, থমোয়না ঈপাক্নম্ লেন্ন তপ্নবা
পান্থোম্না সনথোঙ্ পৌরোল্‌শুম্নবা, মপা লৈতনা থোইন কল্লবা
কুশ-নিংথৌ-ই মশূ কল্লবা, নিষধ কৌব থোইন ফাওরবা
ঈপাক্তা থাগবাং ওইনা কোইবা, লমগী নিংথৌ ওইথি'মত চায়রবা ।৪

মতম্‌গী থোঙচং তু'ইমনা, তুংইমথি "অয়োইবা হুমিং" কৌবা মাগী
নিষধ কৌবা নিংথৌদো, মপু ওইরম্মগা চাউরবা লৈপাক্তী
মৈগুম্ থবক্ত মৈরি কল্লবা, নিংথৌ ওই নলনা মচা মাগী
নৈথাইগুম্ খঙাল্ মপৈবু শামুনা, য়েক্লববু নৈথাইরম্মি মানা মাগী ।৫

নোংমদোন্ নভোমগুলদা, গন্ধর্ব্বশিংনা লোয়নবীশিংগা
নল নি'থৌ-ই মশুণ শকথি, নভো'তিয়াদৈ পোকুপনা
নোংমদোন্ নভোমগুলদা, চংলিব গন্ধর্ব্বশিংন লোয়নবীশিংগা
নিংথৌ নলগী মশুণ শকুথি, মাম্নবা নোংমদোন'তিয়া মচুগা
মচা'ম পোকৃখি নিংথৌ নলগী, নভো'তিয়াগী মচু মানবনা
মচাব নাত হায়না থোন্থি, জগত্ত অফাওবা নিংথৌ ওইখি
ঈশ্তাদা শিহমকুপা নোং মমীগুমা, প্রজাপুব ই হুঙাইমবম্ ওইখি ।৬

ধর্ম খঙলবা নিংথৌ নলনা, মতীক্ চায়বা মচা মাজদা
নিংথৌ-ই খুত্তম্ শিন্নরম্মগা, অয়ানুব খুত্তম্ থিরুনব বনদা
আশ্রমদা লৈথি নিংথৌ নাত্তনা, শজীশিংগা লৈথি অচাকৃপদা ।৭

মায়গৈ তাকুপা শামু পুণ্ডরীককুবা, নিংথৌ তথৈনা তক্লুরবা
পুণ্ডরীক কৌবা মপায়ী অমা, পোকৃথি নিংথৌ নাত্তগী
মপাবুং নাত্তমা লোংশাগুরবদা, খুন্ত অত্তৌবা থবাল্ পায়বী
লল্গী মবেম্মা লক্ষ্মীনা, বিষ্ণু-ই মাক্ত চঙ-জবজুত্তমা
রাজলক্ষ্মী কৌবী মহাকুম্ব, চঙথি মিম্মা থবাল্ মাজব নাত্তদা ।৮

শোয়ব লৈত্রবা লীকং পায়বা, পুণ্ডরীক কৌবা নিংথৌনা
মতীক্ চায়বা অথাঙ্ কনবা, ক্ষেমধন্বা কৌবা মচাদা
শিরম্নগা লৈপাক্ তাকুপ-ই ভার পুম্বা, চৎথি বানপ্রস্থ ওইদুনা
উমংগী মহুংদা থোইনা শুরুবা, পুনশি লেন্থি তপস্যা তৌদুনা ।৯

পোকৃথি নিংথৌ ক্ষেমধন্বাগী মচা, ইন্দ্রগুম্না কল্লবা দেবানীক কৌবা
লাল্কম্-লাল্কম্ খুদিংদা. লাম্মী তেজোলগী মমাঙ থানা
হেক্ হেক্ চৎলি অকনুবসি, দেবানীক কৌবনি 'হুমকুনা
লাইরৈবাক্ কাওনা মমিং চৎপা, থঙলবা মীশক্তি জগৎ পুম্বনা ।১০

মপা-ই সেবাদা পুক্নীং লুপ্পা, মপায়ী দেবানীক কংজবদা
ক্ষেমধন্বা হয়াউইজে হুমিংচুম্না, দেবানীক মহাকুম্ব মপুনশিন্দা
ক্ষেমধন্বাগুম্বনু কংজবদা অপোকৃপা, মপাবুং ওইনা মপা লৈজবশিংদা
অথোইব'মনি থঙথি অত্তোপ্পা, কনাগুম্বনা বায়গদব কংবদা ।১১

নিংথৌগী গুণ থিখিল্লা তিল্লবা, থক্ত কয়া কয়া লি'থংথুবা
ক্ষেমধন্বা কৌব অকনবা, শিন্নরম্মগা মচাদা থবক্ পুম্বা
মথল্ মঙ্গি প্রজা আক্কানচিংবা, য়োকুপা তাকুপগী থবক্ অরাবা
ভাইকং টীকাক্ থাদোক্রম্হুনা, কংথি লাইরৈবাক্-খুত্তম্ অহেবা ।১২

দেবানীক কৌবা নিংথৌগী, ইন্দ্রিয় থুজুম্ চত্নবা
অহীনগু কৌবা মপারী, পোকৃখি পাজল খোইম কন্নবা
কিবনা থক্ থক্ নীক্ষবস্তু শজীশিংনা, য়েক্কব ওইর'সু হুংশিবা খোম্রেলগী
মথা পোন্দুনা লৈখিগুম্ হুংঙাইনা, হুংশিব মবাহৈদা নিংথৌ মাগী
লৈখি য়েক্কবশিংনা মথাপোন্না, মরুপশিংনা মথা পোম্বগুম্ মাগী
য়েক্কবশিংনসু লৈখি মাগী মথা পোন্না, হুংঙাইনা মরুপকুম্ নিংথৌ মাগী ।১৩

মপাখোম্ পাজল্ চাউরবা, দেবানীক মপারী অহীনগু কৌবা
হরাও-তন্নায় কেথোক্ক লৈবা, মতাং য়োরবসু পাথং কাবা
মরায় কাব চাব থকৃপা পুষা, থাদোক্ত্না অপাম্ হুংশিবা
ভাকৃখি রাজর্ষি ওইনা লৈবাক্ পুষা, ঈংনা লৈখি মহাকৃথক্ক মালেম্ পুষা ।১৪

মপাবুং দেবানীকনা নোংগাখ্রবদা, মীৎলৈ নারৈ থগুলব শিংলবা
অহীনগু কৌবনা মায়গৈ মরিদা, মরিথোকৃপা বিষ্ণু-ই শায়োনুগুবা
সাম-দান-দণ্ড-ভেদগী নীতিদা, লৈদুনা ইংনা হুংঙাইন পানুবা
ভমুহনুখি-প্রজা-ই য়ুমথোং কুদিংদা, 'দুমক্ক ওইখি নিংথৌ অথোইবা ।১৫

অহীনগু নিংথৌনা নোংগাখ্রবদা, পারিযাত্র কৌবা মাগী মচানা
থাংবদা থম্মোয়-হকচাংদ গুণদা, পারিপাত্র কৌবা চিঙদৈ হেনুখিবনা
ভক্তন লৈবী রাজলক্ষ্মীনা অবাংবদা, লৈখি মাগী মথা পোন্না
ভক্তনা লৈখি মশাইগোন্দা, লোয়নবী ওইনা রাজলক্ষ্মীনা ।১৬

নিংথৌ পারিযাত্রগী পুক্চেল্ চাউরবা, চাউরবা পাক্কবা নুংপাক্ কুম্বা
কন্নবা উইরব থবাকুনা মহাক্তী ওইবা, "শিলা"-নুংগী মতৌগুবা
কোলোয় মিংলেনসু "শিল্" কৌবা, মচা'ম পোকৃখি মপাগুম্বা
ভক্তনা ভমুখিবা য়েক্কব পুষা, থাগৎপ বাহৈদা ঈকায়গনুবা ।১৭

নিংথৌমা-ই য়াথংনা অহিং হুংখিন্দা, থবক্ পুম্ব ভৌবদ ভক্তনা
লৈভক্সি মথোয়ক্ক কৈভক্সুশগুদা. হুংঙাইব কম্না ঈকং কংবনা
অবাংপ লৈত্রবা নিংথৌনা মচাদা, বুদ্ধিদ লৈরিবা মীথোই মীহেন্না
শিল কৌব মতোন্দা'কব লয়দা, যুবরাজ হাপখি'ভিষেক ভৌদুনা
লোইন শিনরগা মচা-ই'মকম্দা, লৈথোকৃখি নিংথৌ থুমা ভুলীৎনা ।১৮

হয়াঙ-হুংঙাইদ পেঞ্জব লৈত্রবা, লৈত্রব মপা শক্ কজবদা
নিংথৌ শিলগা চীঙ্গ শারুজবা, কংলিবী শকুহেন্নৌশিং উবদ
"রতি"বু থমবী "জয়া"ন পাম্জবা, হকুচাংবু পোলহনখি নিংথৌগী মথাদা
মুজাশিংগা হুংঙাইন শারুজবা, ভম্হনখিন্রে নিংথৌবু অচীকুপদা ।১৯

থবাল্ লৈরাং লৈকাহুংগী, কুচুগ মায়না নীঙথিজরবা
কুংলবা থোয়না কজব শাবানগী, থোইদোকপা লৈভেং'মন্থ ওইরিবা
নিংথৌ ওইরিব নিংথৌ পুম্বগী, পোকৃথি মপারী উন্নাভ কৌবা
শিল কৌব নিংথৌরেলগী, গুণ খিংক্র লৈত্তেংলবা ।২০

মথুক্ত বজ্র পাঘরবা ইন্দ্রগুম্, থোইনা মপাজল্ কল্লবা
খোল্লাউনা মাগী লুল্লবা বজ্রগুম্, কোলোয়মা'হুনা, বজ্রনাভ কৌবা
উন্নাভ নিংথৌগী কল্লব মপাগুম্, পোক্থি মচা'ম কাওরবা
সনা লুপা মণিমুক্তাগী থোংগুম, লৈরিবী মালেম্গী 'মত ওইবা
নিংথৌ ওইখি লাইনা থারক্পগুম্, অমগ পান্দম্নীঙায় লৈভবা ।২১

মশানা ভৌজব পুণ্যগী মহৈনা, বজ্রনাভনা লাইরৈথাক রৌথ্রবদা
কোমরি উপাক্লা থাজবাং ওইনা, মালেম্ পুম্ব-ই নিংথৌ মগুণদা
রেক্কবা ওবা "শঙ্খণ" কোলোয়না, লৈভেংবনা ওইখি লৈভেং মালেমদা
থোংদৈ থোক্পা সনালুপাঙনা, লোইপোং হাথি সেবাদা
পুক্লৌং চঙ্না লৈপাক্ লৈমনা, লৈখি নিংথৌগী মশাইগোন্দা ।২২

হুমিংকী মশক্ ওইরবা শঙ্খননা, মশেক্ মঙান্ পুহুনা ভাথ্রবদ
অশ্বিনী কুমারগুম্ কজরবা মহাক্লা, হুমিংমক মাম্নরবা ভেজদা
মচানা ওইখি নিংথৌ মপা-শিম্না, মপাবুংগী পদবী মরল্ মথুম্দা
য়েথনীঙায় লৈভনা মনীং ভম্না, মপু ওইখি মালেম্থক্সিদা
উপাক্ ভোর্বান্ অকোয়বদা মানা, শগোল্-লাম্নী পুম্ব থম্থিবক্লদা
পুরাণ-তত্ত্ব থঙব পণ্ডিতশিংনা, "ব্যুষিতাশ্ব" মিংলেন্ পীখি মত্তোন্দা ।২৩

ব্যুষিতাশ্ব কৌবা নিংথৌনা, বিশ্বেশ্বর মহাদেবগী চরণবু
সেবা ভজনা ভৌজবনা, ওম্থি মথম্ভনা ঙাক্পা মালেম্বু
বিশ্বজগৎ পুম্বগী মহাক্লা, মরূপ ওইখি হুংশি জীব পুম্ববু
মহাক্তী মচাবু মিংথোনখি মানা, বিশ্বসহ হায়না পুক্লৌং পেম্নবু ।২৪

ছুংশিংকা তিন্নবকী লৈম্না, ঊজাউশিংনা থাওজম্‌লব ওইবতম্‌
নীতি হৈরবা বিশ্বসহ কৌবনা, হিরণ্যাক্ষকী য়েরুব বিষ্ণু-ই অংশতম্‌
পোকৃহিব মচা হিরন্যনাভনা, য়েরুবশিং-মকম্‌গা লৈম্নেতব-
থাওজম্‌লবা ওইখি থোইনা কন্‌খিবনা, লৈরমদে কনা কবদ মাতম- ।২৫

প্রজা-ই-মপু মিংচং চাউরবা, বিশ্বসহ কৌবা নিংথৌনা
মচাদু কংবদা পিতৃঋণ কৌবা, ভোল্লবা লমন্‌বু শিংদুনা
মশাবু থঙ্গখি মহৈ য়ান্‌বা, মপোক্নি হায়না মহাক্না
অমাঙ্‌-তা লৈত্রব থুডম কংনিংলবা, নিংথৌনা পাখোম খুকৃউ য়ৌনা
চোল্লবা মচা হিরণ্যনাভদা লৈবাক্‌ পুম্বা, শিন্নরম্নগা উকু শেং জটা পুদুনা
চংখি বনদা তপস্যা ভৌবা, বিবয় পুম্ব থাদোক্লমদুনা ।২৬

সূর্য্যবংশগী লৈতেং ওইরবা, যজ্ঞদানদ থোইনা পুক্নীং চঙ্‌লবা
অযোধ্যাগী মপু অকন্‌বা, হিরণ্যনাভগী মীংকী কুম্মৈ ওইবা
অনীগুবা থাজগুম- নীঙ্‌থিজবা, মপারী অমা কৌশল্য কৌবা
পোকৃখি থোইনা মিংচং চাউরবা, মপাগুম্ন মগুণ চেল্লবা ।২৭

মিংচংকী পাঙম্না গুণগী শক্তিনা, লাইরৈবাক্‌ লাইয়াম্না থম্ন তিল্লিবা
ব্রহ্মসভা কাওবা শীদু্ংনা, চংথ্রবা মাগী মিংচংনা চাউরবা
কৌশল্য কৌবা নিংথৌনা, ব্রহ্মজ্ঞানী ওইরবা ব্রহ্মিষ্ঠ কৌবা
মচাদা লৈবাক্‌ শিন্নরমদুনা, ব্রহ্মবু কংখি অমাঙ্‌'তা লৈত্রবা ।২৮

রঘু শাগৈগী লৈতেং ওইবা, ব্রহ্মিষ্ঠ কৌব নিংথৌনা
লৈপাকৃপু নীংথিন ভাকৃপ-ই খুদম থল্লবা, লৈপাকৃপু নীঙ্‌থিনা ভাকৃপবা
নিংথৌ মাগী হাক্কত্তা প্রজা পুম্বা, মীৎলুদ হুংভাই পিন্নাং হৌনা
মতম- কুইনা মীয়োল্‌ পুম্বা, লৈখি হুংভাইনা ঈংনা ভপ্না ।২৯

ব্রহ্মিষ্ঠ ই মচা "পুত্র" কৌবা, মচাত মচা ওইবগী "পুত্র" কৌখি
মপা-ই সেবাদা পুক্নীং চঙ্‌বা, পোকৃখি বিষ্ণুমকী মভোৎগুম্নবা
শ্যাওং শাদাদা বিষ্ণুগুম্বা, মিন্নানা থম্বাল্‌ লৈকা য়ানবা
মা পোকচবনা মপা ব্রহ্মিষ্ঠ কৌবা, ওইখি মচা লৈবশিংগী 'থোইবা ।৩০

তাইবং-ই অপাম্-মুংশিদা, লম্ব্ুম্ সনালুপাদা
পুক্নীং চঙ্‌দবা মতম্ পুম্বদা, ইন্দ্র-ই মরূপ- ওইকগদবং তুংদা
ব্রাহ্মিষ্ঠনা মাপী মপুন্‌শিদা, তৌগদবা পুম্ব ধর্মনীতিদা।
তৌরম্মগা থবক্ পুম্ব মচাদা, শিন্নরম্মগা পুক্কর তীর্থদা
চত্থুনা চংখি লাইরম্নেন্দা, থনমৃতুমা মিংচং মালেমদা ।৩১

নিংথৌ "পুত্র"গী লোয়নবীনা, পূর্ণিমাদ পুষ্যনক্ষত্রনা তিন্‌বা
পুষ্পরাগ মণিগুম হকচাং কুচুনা, পোকখি কোলোয়না পুবা কৌবা
অনীগুবা পুষ্যানক্ষত্রগুম্না, পোকপ হুমিৱৈ প্রজা পুম্বা
পান্‌খি ঙংনা হুংডাইনা চাওখংনা, নিংথৌবুদা শোরখি হুপী'ডাং পুম্বা ।৩২

অবাংবৱাখল্‌গী থাক কাথ্রবা, কা হেম্না আশা তৌথ্রবা নিংথৌহুনা
পোক্পা শিবগী ভাইবংদা পোক্লবা, কিবনা মচা-ই খুত্ত শিন্নরমহুনা
লৈপাক ডাকপগী থবক্ পুম্বা, ব্রহ্মতত্ত্ব খঙ্‌লবা লৈনিনিদা চঙজহুনা
মঙোন্দে দীক্ষা লৌরগা অরানুবা, খুডম্ কংখি ব্রহ্মতত্ত্ব খঙ্‌লব
নিংথৌনা ।৩৩

অহুগী তুংদ ধর্ম চেল্লবা, পুবাগী মচা থোইনম্বু কল্লবা
ধ্রুবতারাগুম্না মতাল্ চাউরবা, কোলোয়ন ধ্রুবসন্ধি কৌবা
নিংথৌ'ন ওইখি থোইন কাওরবা, থোইনম্বু বাশক্ চেংলবা
থোইম শাথিরবা য়েক্লব কাওবা, মহাক্কা অমুক্কং তৌনথুবা
সন্ধিবু ডমখিদে থুগাইবা, পুন্‌শি চুপ্প মথা পোল্লি য়েক্লব পূবা ।৩৪

নিম্নাং থাগী নোংম পান্‌বা, থাজগী মতৌগুম্ থ্বাইনা য়েংনিংবা
থোইন কজরবা সুদর্শন কৌবা, ধ্রুবসন্ধিগী মচানি অকনবা
মুগয়া চংপদা পুক্নীং লুপ্না, শজী মীতা তারবা
ধ্রুবসন্ধি কৌবা মরিল্ লৈবা, শ-কৈ নোংশাগা লাক্লব পাম্বা
ম্যাহীপ্ তান্‌খি অরোইবা, শা-নিংথৌগী মচীম্বা অকনবা
মুহোক্রম্‌হুনা মপান্নী নাবা ওইবা, সুদর্শন কৌবা মপানা হুংশিজরবা ।৩৫

প্রজাশিংগী অমাবচু উবদা, মরী পুক্না মাঙানফুনা
অয়েৎপা'ম মাঙনা ভাংবনা, থাংসৎথি লৈমাক্ শীরাম্ চঙ্লা
মরী তঙনবা রঘু শাগৈদা, চন্দ্রমকৃপা পল্লিং কায়হন্বনা ।৩৬

অঙাং নাবা ওইরিব নিংথৌনা, ঙাক্লিবী অযোধ্যানা কজথিবগি
নিঙ্গাং থাগী অসৌবা থাজনা, লৈতেংবা নোংমদোন্ মকোয়নি
ঙাক্লিব উমংনি মোংশা মচানা, পোম্শাৎনবা থথায় লৈতেংব পৃথ্বীনি ।৩৭

নিংথৌ-ই সুহপ্ কীজোয়া লৈতেংবা, অঙাং ওইরিব নিংথৌবু উরগা
থয়থি পুক্লীংদা প্রজা পুম্বা, হয়েং'থোমগী নিংথৌনা চাউরক্লগা
ওইগনি শোয়দনা মপাবুংগুম্বা, ভিলবা থৌনাগা মতীক্ মগুনগা
চহী'হম্ত ঙায়রিবা শামুমচাগুম্বা, নোং মতুম্না হুংশিংকা তিময়গা
শীর্‌ংঙকুই নোংমদোন্ মকোয়পুম্বা, কিননি মেক্লবনা মাবু উমদা ।৩৮

তগুপ্ অয়েং-কীজোল্-থোক্লবা, নিংথৌ-ই লৈতেংনা থক্লবা
সুদর্শন নিংথৌ অঙাং ওইবা, শামুথক তোংলগা মগরী পুম্বা
কোয়না চৎলকুই মীৎয়েং তাবা, শামু থৌবনা পায়রি পাম্বোম্ নীঙ্থিবা
নিংথৌবু উয়গা চহী তরুক্ত ঙাববা, মগুণনা নোক্লুকই কিনা প্রজা পুম্বা ।৩৯

অঙাং ওইব নিংথৌ-ই হকুচাংন পীকপনা, ওম্ত্রবত্ন মথা তাঙবল্ মকম্
পুম্বা কোয়া
সনাগুম্ লংলবা হকুচাংগী মশেক্লা, তাঙবল্ পুম্বা ঙালি ঊয়ং লংনা ।৪০

থোঙ্থাকম্ আসন মোঙম্দনা, কথদা য়াহম্লিবা ঙাঙ্রাংনরবা
নিংথৌগী চরণ'নীবু নিংথৌশিংনা, সুহপ্কা লোয়ননা মকোক্ নোল্লিবা
'হুঙবা নিংথৌনি অঙাং ওইনা, রঘু শাগৈ-ই মগুণবু পুরিবা ।৪১

ইন্দ্র নীলমনি মরীক্ অমতদা, মহানীল হায়না মিংগৌরবম্
কায়বা লৈতে "নীল"গী অর্থদা, 'হুনা অঙাং ওইবা রাজাদা মহারাজ
কৌরবম্
কায়বা লৈতে 'রাজা' গী অর্থদা, বায়দে 'মহারাজ' দা লৈরিবা 'রাজ'গী
অর্থদু ।৪২

অঙাং ওইরিবা সুদর্শন নিংথৌগী, নাকল্নীদা কাও্হাই চানরবা
থৌগল্বা মতম্দা চারুকংগী, লৈতেং ওইখি বাহোং মহুনা
হায়লোক্খিবা মাখং পীরব চীনগী, ওারুখি লৈপাক্ পুম্বা সমুদ্রকাওবা
শীং্খো ।৪৩

মোমোন্ লোক্লিবা অঙাং ওইব নিংথৌগী, সনা-ই মচুবু ভুমনা লৈতেংবা
পাম্বা কীনা কৃসব লাইথবী, মবাবদা রাজ তিলকনা লৈতেংবা
কজব মতৌত্রু উবদা মেরবশিংগী, হুজাশিংগী থোইম নীংখিবা
লুরবা মায়থোংশিংতুগী, লৈতেং ওইনা সিন্দুর নম্খিবা
কায়কৃপা মরীক্লা হমাংগী, ওইখি মশানা অহুম্ মূচ্চবা ।৪৪

লৈবাং শিজিনবগী হেমা থোক্লবা, নোরবা অঙাং ওইরিব নিংথৌনা
বারবত্রু নিংথৌগী কীজোল্শিংহু পুবা, লৈপাকী অরুব পুবদি মানা
নিংথৌগী ঈগী শক্তিনা তিনবা, মগুণনা থোকৃখি ঈরায় জারুল ।৪৫

মথেক্ চংকুম্ চত্তুন্ তৌরিবা, লাইমিক্ পায়কাও থোক্লিবা
নিংথৌহুনা শিংলবা মন্ত্রীশিংনা তখিবা, রাজনীতিবু হৌখি কয় ঊশাইথা ।৪৬

থোইন পাক্তিুবা কত্রিব থবাকৃপু, রাজলক্ষ্মীনা কোঞবা কংদরি
অহুনা মথোক্ কায়কৃপবু, লোয় লোয় ঙাইহুনা লৈরি
হৌজিক্ হৌজিক্তি ঈকায়না মাবু, ছত্র-ই মকম্ শাহুনা কোঞরি
মতুং মমায়বা ওইত্রিব মাবু, চাউরকৃপা ঙাইতুনা লোয় লৈরি ।৪৭

অপীকৃপ, পাথোম্ খুদাং 'নীত্তুন্থ, লীয়ী হাপ্লচিংবগী খুদম্ লৈজরি
থাওশাংবু'মুক্ত শোক্তি খুদুম্'নীন্থ, পাথোম্'নীন্থ থোইনা চাউত্রি শাংত্রি
অহুবু পীক্লিবা পাথোম্'নীত্তুতনত্থ, মালেম্ পুম্ব ঙাক্নুা লৈরি ।৪৮

হক্চাং কায়াংশিংত চাওথংপা নত্তে, হক্চাং চাউরকৃপগ লোয়ন লোয়নবা
মমাইগী মবুথৌশিংদগীত্থ থাত্তে, কথদ পূক্চেল্ চাউবগা লোয়ননা
থথোয়দ থুত্তুনা লৈব মথৈত নত্তে, মহুংগী গুণ পুম্বা মপানগীগা লোয়ননা
লোংম-নোংমগী থাজাংননা চাওথংপ লেত্তে, গুণশিং চাওথংলক্তি শীংম
শীংমনা ।৪৯

অহল্ লমন্ গুরুজন পূম্নমক্কী মীত্তা, হুংঙাইনবদ্ ওইরব নিংথৌদো
হৈরক্পা নহাল্মুক্কী মপোক্তা, পান্‌থংলম থবক্ পূখদো
মথং মথং নীঙ্‌শিঙ্ঙকুই হন্দক্কী মপোক্তা, থোইন তম্বিরব হায়ব হৈজেন্দো
মবুথৌশিংগী মভীক-মগুণশিংমক্তা, মথং মথং বাত্তনা মথা পোন্‌থিদো ।৫০

লীক্নংনচিংব খুংলায়বু ভবদা, কোক্ত শম্নাংবু বাংথংন পুন্দুনা
থোয়থক-হক্‌চাং ত'থাইন কয়দা, ওয়থংব থুক্-উ থেক্‌চিন্দুনা
লীয়ী চিংলক্‌পা মতম্দা, ওইথি মমাঙ্তদ থোক্‌খিদব কজবনা ।৫১

মথোক্ কায়ক্‌পীশিং-মীংলু থোইমুগী, শক্তা লৈয়াং-লৈহী ওইরক্নে
অপাম্-মিহৌ পোক্লনীঙায়গী, কায়াংশিংন নৌয়ব উনা ওইরক্নে
হক্‌চাং পূম্বন লৈয়াংনি অপাম্-হুংশি পামেল্‌গী, কায়াং থুদিং কীজোল্-
লৈতেংমক্ত ওইরে
থ্বাইগী মিহৌষম্ যৌবনগী, থাক্ত নিংথৌনা কারক্নে ।৫২

নিংথৌগী মপায়ী'ম কংহমীঙজুনা, মন্ত্রীশিং ময়ায়া বাত্তানজুনা
কজবী চেদ য়েক্‌পদগী হেম্ন', নিংথৌগী মমোম'ম পুয়কই ভিন্নবী গুণনা
কজবী নিংথৌ-ই মচানুপীজুনা, লৈথি নিংথৌ ই তম্পাক্কী লক্ষ্মী ওইনা
অতুবু হায়দৈ লৈরম্বী লোয়নবী ওইনা, বাজলক্ষ্মী-পৃথ্বী'মীগী লোয়বী ওইনা
লৈব তাথি অহম্‌গী অতোন্‌বী ওইনা, নিংথৌগী মচা-কজবীজুনা ।৫৩

মথম্ অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈরেংদা হন্দোক্‌পা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরানিপাল্‌শুব সর্গ লোইরে ॥

— | —

# তরামাপল্‌শুবা সর্গ

জানীশিংগী লুচিংবা রঘু শাগৈদ পোল্লবা, ইন্দ্রিয় খুড়ুম্ চল্লবা
সুদর্শন কোলোয়না লৈতেংবা, মতম্ যৌরবদ পুনশি-ই অরোইবা
মৈগী মতৌগুম্ তেজ লৈরবা, অগ্নিবর্ণ কৌবা অথোইবা
মচাবু অভিষেক তৌরবতুংদা, লৈখি তীর্থদ নৈমিষারণ্য কৌরবা ।১

কোন্থুংগী নীঙ্‌থিজরবা পুখ্রীশিংবু, তীর্থগী লুরবা ঈশিংনা
কজরবা থোংলবা মোন্দুম্ যোক্তেকপু, তপোবনগী কুশগী কমুংনা
নীঙ্‌থিবা বাংলবা শজায়শিংবু, উনাগী থাংপোক্‌শং অত্থনা
পুম্‌কাউ কাউত্থনা অপাম্ববু, থাদোক্লগা লৈখি তপস্যা তৌত্থনা ।২

অগ্নিবর্ণ নিংথৌগী হাক্তা, প্রজা'মত অবাবা কংথিদে
মরম্দি মপাবুং সুদর্শন-মখুত্তা, য়েক্লবা অমত লেম্‌হৌদে
য়েক্লব মক্ল ফংনা খুদক্তা, ফুক্‌খ্রবনি মথাক্ লেম্‌হৌদে
য়েক্ল-তিংখং লৈত্রবা লম্‌দমক্তা, পীরম্বনি ত্থনা বানীংঙাই'মত লেম্‌হৌদে ।৩

বাদনা ত্থুংঙাইবা কংলবা নিংথৌত্থনা, হরাউ ত্থুংঙাইদত পুক্লীং চঙ্‌খিত্থনা
মন্ত্রীশিং-মখুত্তা লৈপাক্ শিন্‌থোক্তুনা, লৈখি ত্থুপী-নহাশিংতগ লোয়ননা ।৪

অগ্নিবর্ণ কৌবা নিংথৌনা, ত্থুপীনহা জগোইশাবীশিংতগা লোয়ননা
মতম্ লেনখি নীঙাইব লৈতনা, পুংশেল মন্ত্র বীণা বাশী-ই মথোন্না
পুম্নিন্ নিনবা মথোন্না, মত্থতন মাগী উৎসব মেলা ওইখিবনা
মমাঙৈ মবুধৌশিং ময়াম্না, তৌনরকপা উৎসব ময়ামত্থনা
মথা পোনখ্রে মমিং কাও লৈতনা, নম্‌হৎখ্রে বেদগী ধ্বনিবু মথোয়না ।৫

ত্থম্বিংচুপ লৈমকোনত্থংদ লৈত্থনা, ত্থুপীনহাশিংতগ ঈরাং তৌত্থনা
চানীং চানীংবত চাত্থনা, লৈখি অতৈ করিমত তৌদনা
লাক্‌ত্থবা মাপ উননীংত্থনা, হংগচ্চরবা কনাগুম প্রজানা
কন্নি হায়গনি'মুক্ মন্ত্রীশিংমক্লা, হায়রম কাওবা থৌশাদে মানা ।৬

ঈকায়খুম্নবা মক্লীনা হংগংশিবদগী, প্রজা কনাক্ষনা নিজন্নিবহ্ন পীবিরবা
মথোঙ্ ভিংথোক্ত্না মীহথোংলোম্দগী, পীথোরকুই উহন্দনা মশক্ কাওবা
দর্শন তৌজগে লাকচব ময়ুম্দগী, ভাবা কংদন হন্নথি মথোল্ কাওবা ।৭

নিংথৌগী মশাম্ চাহনা, মপুন্শি লেঞ্জনীংবা মমাইশিংনা
থোরক্লদ ভায়রিবা হুখিংকী মঙাক্স, য়েবদা খবাল্ লৈনানা
ভাঙলৈমবত্নুজ্জর তঙুপ্ তমেংনা, ভাঙলবা মাগী খুম্নাদ কম্হনা
চরণগী সেবা তৌন তৌনা, থুকম্জরি মকোক্ নোর নোম্না ।৮

হুপীনহাশিংগ শাম্নবদ মম্নাই কারবা, অগ্নিবর্ণ কৌবা নিংথৌনা
ঈশিংদ কুম্হনা হৌরকুই শাম্নবা, মতম্গুদ ওংপদা তোঙ্লবা থোম্নাংনা
ঈশিংনা ঈপোম্ কমা হৌরবা, মতম্দা খবাল্ লৈথোক্শিংবু
তম্জদে ভুমিন্ন লেঙ্দন লৈবা, ঈশিংহুংদা শারিব শাম্নকম লোম্না
অপাম্-হুংশি মহৈ ম্নাম্নকম্ ওইবা, মকম্হুদ শাটৈ লোম্না লোম্না ।৯

ঈশিং চাইনহনা শাম্নবা মতম্দা, তনৌবী হুজাশিংগী মিপাইদ্ভাব
কাজল্বু'হুপ তৈরিব চীম্নান্দা, মচুবু তঙনা চাম্থোক্লিবা
ঈশিংমা হীগোক্ মচু মাবদা, হুগুথা লাইজহুংদ শাংলিবা
হুজা-মায়থোং থবান্শিংহু উবদা, হেম্ন পোক্থি'মুক্ মিহৌবা ।১০

শাম্ লাবনা অযোম্শিংগা লোয়ননা, ফুগাইনা শাংলবা থবাল্শিং থক্তুনা
শাম্নরক্পহুগী মতৌঙম্না, নিংথৌ'গ্নিবর্ণনা লোয়নবীশিংগা লোয়ননা
মযায় কাব অচাথক্ চাকম্দ চঙ্হনা, মযায় কাননীঙায় ওইব মনমহনা
মযায় কাবী অথুব মহীবু মযায় কানা, চামিন্নরি, থক্মিন্নরি ইরবি
হুংশিননা ।১১

মযায় কাবীবু থক্পদ মযায় কারবী, হুজাশিংগ নিংথৌনা পীরিবা
থক্থাক্ মহীবু লোম্না থক্লীংবী, হুজাশিংদ ইনবিবা অশায়বা
হয়াউনা থক্ই-চায় নিংথৌবু মিহৌহন্বী, মথোবগী মঠীম শোক্রব থক্না
মহীহুবু থোইনা মযায় কাহন্বী, থক্ই নিংথৌনা লৈজা অলেন্বা ।১২

থোয়াং হুংশিন্নবী বীণাদা, থোংজোক্ হুংশিবী হুন্দীগা।
নিংথৌ ভম্পাক্কী অনীশিডনা, শাম্নপোং ওইথি অঙৎপা লৈডনা।
ভম্পাক্ত থম্নিবা বীণা যোম্জেন্‌গা, হুজাহ্নুগী হুংশিবা ঊৈশেগা।
হুংঙাইনকম্নি নিংথৌগী অনীশিডনা, অনীশিডদ লৈথি মথায় কানা ।১৩

জগোইশাবীশিংনা জগোঈ শারকপদা, পুং-ঊৈশে জগোই হৈন্নবা
অগ্নিবর্ণ কৌবা নিংথৌনা, জগোইশাবীশিংগী খুজৌবু মখুৎনা।
লৈগী পরেংবু মশামন্না, হাইহন্দুনা লৈহন্দুনা খুংথেংননা
মখুত্ত যন্ত্র পাম্নন থোংনা, মথোয়গী পুক্নীংবু হুহন্নম্নি
জগোইগী পথাপ বাংম লাম্না, ভৌথিবত্তবু উজন্নগা মশানা।
পুং-ঊৈশে ওঝাশিং মমাঙতুদা, মমায় লুকুই'মুকুম্ভ ঊৈকাইথ কংনা ।১৪

জগোই শাবা লোইন্নগা জগোইশাবীশিংগী, মায়থোংদ শিন্থবা হুমাং মরীক্কা
চাম্‌থোকুই চন্দনবু থবাক্ থজাইগী, মতম্‌তুদ মন্নায় কান্নবা নিংথৌনা।
চুম্লিত্তুনা থজাই চীম্বান্দ মথোয়গী, কাম্‌থোকপা হুংশাশোন্ননা।
হুমাই হুম্‌গুম্ থোকহন্নি মথোয়গী, চুম্লগা'শুম্না হম্না হম্না।
অমরাবতী-অলকাপুরী, পুরী'নীগী নিংথৌ ওইন্নিবা
ইন্দ্র-কুবের অনীদগীসু, হেন্নি থঞ্জে লাইবক্ ফবা ।১৫

অনৌ অনৌবা অউ-অউবা, পাম্মুন্নিবা পোশক্ নিংথৌনা।
লোম্নবু ওইন্ন'সু ফোংনবু ওইন্ন'সু অপাম্ অপাম্বা, পুরকই নিংথৌদা হুজাশিংহুনা।
'হুবু ওইহন্দে নিংথৌবু মপুং ফানা, পেল্‌হন্বা ভংথাই'ম থাক্নহন্নি মথোন্নগী মথোম্ননা।
মপুং ফাগ্নু'দি লৈন্নম্নোই মিহ্নৌবা, মথোয়দা নিংথৌনা থন্দুনা ।১৬

নিংথৌনা পুক্নীং ভাবী অনৌবী, কনাগুবীদা পুক্নীং চঙহুনা।
নম্‌থাক্ ভৌহুনা থাদোকপিরন্নবী, মথোম্ননা লৌনব খুজোবী উজহুনা
মীচ্চি থোইরল পীশুম্ শুক্ল ওইনবী, হুজাশিংহুনা নিংথৌবু কাহ্নুনা
কীজোল্ থাঙলী কোজোম্ পুন্‌বী, মথোম্ননা থাঙলী লৌথোক্হুনা
পুজি নিংথৌবু ঊৈকায়-অজোর হাঙলবী, মমান্ দঙিনী হায়হুনা ।১৭

নিংথৌগী লোয়নবী ওইদুনা, অহিংচুপ্ল নিংথৌগা লৈমিন্নদুনা
ঙুংঙাইজরিবী মাগী (পালী) তাদুনা, মাগী কমুংনাক চঙ্‌দুনা লোয়া
অতোপ্পী কনাগুম্বীগী দূত্তীনা, "ঐবু কল্লু" হায়না নাকল্ল লোয়া
নাকোংদা হায়রবদুবু নিংথৌনা, তারগম্মু পেঙ্গরি ময়াম কানা ।১৮

রাণীশিংগা লৈমিন্নবদগী নিংথৌনা, মমাঙদা শাত্রিবী অগোইশাবীশিংগী
শাথেক্‌ শাওংবু উরগা মিহৌদুনা, মশা শোয়্নীংলবম্মু শোকহন্দে মথোয়গী
তপ্‌থকম্‌ থঙদনা হুমাং ময়ীয়া, পুম্‌চোৎ চোৎলবা থুদোম্বীদগী
নাম্বরক্‌পা ভুরীদু পায়তনা, থাওলি মুর্চিদু য়েক্কুনা মথোয়গী ।১৯

কামগী মৈনা চাক্লবী ভাওয়বী, নিংথৌগী লোয়নবীশি দুনা
নিংথৌ-ই পুক্নীং চিংশিন্ন ওন্বী. হুজাশিংদুবু কল্লক্‌ থমন্দুনা
অশাউবা হুংঙাইতববু কাজিল্লবী, মথোয়না নিংথৌবু নমথাক্‌ তৌদুনা
নিংথৌবু মীৎয়েং নায়েং হৈশিংবী, শংগাঈহুংদা প্পশিলক্কুনা
কামগী মৈবু মুখৎপা হৈবী, থুংজরে নীংজৈ নীওজব মথোয়না ।২০

চেপ্‌কম্‌ কাদগী নোংঙাল্লক্‌পদা, লেঙ্‌থোরক্‌পদা নিংথৌনা
অতোপ্পী'মপা অহিং চুপ্প তিন্নরুবদা, তিন্নরুবগী থুদম্‌ উরগা মথোয়না
ওইনজৈ মথোয়না নিংথৌদ, হায়জরবদা নিংথৌনা থুংলোয়না
শাউব ওইনবা কোকুই'হুদা, থৌওইবিদে উরগা অমুক্‌ মথোয়না
অমুক্‌মু হুংঙাইজদে নিংথৌদা, অসুম শাম্নৈ তত্তনা নিংথৌনা ।২১

মঙ্‌ওই হা ওই নিংথৌনা করিগুম্বদা, কনাগুম্বীগী মিংবু হায়দোরক্‌পদা
রাণীশিংদুনা কমুংগী নাকন্দা, কম্‌দুনা মপি শিন্নরক্‌পদা
কমুং নাকল্‌ পুম্‌চোৎ চোৎলি কপ্পদা, ওইনদুনা মথোয়না নিংথৌদা
থুজীনাচী কোয়দংলি নিংথৌ-ই মাঙদা, অকন্‌বা বাহৈম্মু ভাওজি
নিংথৌদা ।২২

দূত্তীনা ঊজিং তোবথা, চীক্রবা কুঞ্জগী মহুংদা
লৈগী শয্যা থোৎলবা, শেম্লিবা উরীন মায়গৈ মরীদা
কোয়শিল্লিবা মকম্‌দ থুম্নবা, চায়বীশিংগ চীক্ক শায়রিঙৈদা
পুক্নীংদ রাণীশিংবু নীংশিংলবা, নিংথৌদু নীক্‌ই উথিজ্রা থম্বা ।২৩

নিংথৌনা কনাওবীগী মিং হায়দোরক্পদা, লোয়নবীশিংনা হায়রকই'মুন্না
অপাম্ মুংশি মিহৌগনবা, থওনে তাজরে মিংদে' শেংনা
মাগী মরাম্বক কব উবদা, মিহৌজৈ পুক্নীং হুংশিজৈ'খোয়না ।২৪

নিংথৌ অগ্নিবর্ণনা কমু'দগী, হৌগংপা মতম্দা মহাক্কী
কমুংগী মকম্ মকম্দা খোঙগী, খুমাদা তৈবা অঙাঙবা চাগী
ভক্তনা তাম্নিবা থাঙলী খুজীগী, কুঙ্কুম চন্দনগী তৌদনবা মচুগী
তক্তনা তাম্নিবা লৈপরেংগী, মক্তৌ উরগা নিংথৌগী
ব্রতি ক্রিয়া মথল্-মথল্গী, খুদম্ ওাক্ত ওই মীত্ত অউবগী ।২৫

নিংথৌ-ই মথুংনা লোয়নবীশিংগী, খুমাদা অলক্ত তৈবিবা মতম্দা
য়েংথংপদা মায়থোংদা মখোয়গী, নিংথৌগী পুক্নীংবু মতমদুদা
চিংশিন্থিবনা শাথেক্না মুজাশিংদুগী, অলক্ত তৈবদু মখোয়গী খুমাদা
থংলেপ লেপ্নি পেন্নদে য়েংনবগী, অপাম্ মুংশিগী মীৎয়েং নায়েংদা ।২৬

লোয়নবীশিংদুগী থজাই চুপকদবগী, নিংথৌনা মমায় ওন্শিন্নকপদা
মমায় লৈথোকই চুপহান্নাইদৌবগী, কীজী লাক্নুনা চিংবা মতম্দা
খুৎপু পায়দুনা ইস্তোকই নিংথৌগী, অস্নুনা নিংথৌবু নীঙবা থুংহন্দবদা
অহোয়নদুম মদুনা অপাম্-মুংশিগী, মাঙশিল্লি শীংবু মৈহুংদা ।২৭

নিংথৌগী মুংঙাইনকম্ ওইবী মুজাশিংনা, মশকপু য়েংবদ লংলব মিংশেন্দা
শায়রুবগী মুংঙাই ইপোম্ হৌনা, উরুরগা খুদম্ মশাদা কীজোন্দা
উন্নিজৈদা লাক্নুনা নিংথৌনা, মখোয়গী তুংদা তুমিন্না লেপ্লবদা
নিংথৌগী মিৎ উবদা মখোয়না, ঈকায়বনা মমায় লুকথৈ মিংশেন্দা ।২৮

নোংঙাল্লবদা নিংথৌ অগ্নিবর্ণনা, চেপ্কম শয্যা থাদোক্লকপদা
অহিংচুপ্প শায়জরবী মুজাশিংনা, থোৎলবা পাম্বোম নিংথৌ-ওকপদদা
চেজেংনা কোন্দুনা হন্ন হন্না, মখোয়-ই থোঙবু নিংথৌ-ই থোঙদা
কন্ন কন্না ভক্কহন্দুনা, চুপচগে হোৎনৈ চীমান্ চায়ক'দা ।২৯

লোয়নবীশিংগা অহিংচুপ্পা, শায়রুবা পাথং নিংথৌদুনা
উরয়গা শায়রুবগী কীজোন্দা পক্পা, থুদম্ মিংশেন্দা য়ে'বদ হন্দুনা
মদুদা হয়াঙ মুংঙাইজবদুপ, ইন্দ্র কীজোন্দে কন্দয়বা হেন্না
মশা-ই কীজোনবু উরগা অদুপ, মুংঙাইব কংজদে নিংথৌদুনা ।৩০

মরূপ-কী কয়িত্তব থবকীনি, হায়জিয়ম্না মথোয়দা নিংথৌনা
হুক্‌ হৌগত্লুনা চংকে তৌবদা, নিংথৌদা হায়রক্‌ই হুন্নাশিংহ্না
লৌনবা ! ঈবুঙো থঙ্‌জরে, চেন্‌গদৌরে লৌনম্‌ তৌহ্না
'সি হায়হ্না শাংলবা শন্নাংনা, পুম্নি থংলি থৌরী ওইনা ।৩১

হুন্নাশিংদ অকন্‌বা অয়ো-চৈনা, কাওনি থঙদন হুংশি থঙদনা
শায়রব-ই কয় হক্‌থেংননা, মশা চোক্‌থরবী মথোয়শিংনা
নিংথৌ-ই থবাক্ত মোন্‌ থাওনহ্না, বাংচাউরবা থোয়াং থোম্‌জিন্না
নিংথৌ-ই পাক্লব থবাক্ত তক্লুনা, অজয়াগবু তৈথোক্‌ই হমাংগ লোয়ননা ।৩২

থোয়দাবী কনাগুম্বা লৈপুন্নকপে, লাক্‌পদ অহিংদা তুমিন্‌ তুমিন্না
লোয় য়েংবী লোয়নবী মনাইগী, মচীন্দ থঙহ্না অতোপ্পীশিংহ্না
লবী থত্লুনা হায়রক্‌ই "কনাগা লেন্‌থিরুগদৌরি ঈবুঙো অহিং চুপ্প
হুংশি-লৈপুন্ননীঙগন্‌বও ! চৎপ য়ায়রবোই-য়ে ঐথোয়বু থাদোক্লুনা"
'সি হায়ত্নুনা চিংশিন্নৈ মযুম্‌ মযুম্‌দা, মুন্নৈ নিংথৌবু থমবীশিংহ্না ।৩৩

থাবন্দ হক্‌চাক্‌ লাংগুম্‌ হু-চাইবা, কায়াৎশিংগ শোক্লুনা থাবন্‌ মাখী
মথোয়গা তুম্‌দন অহিং চুপ্প, শায়বদৈ তুম্বনা হুংথিল্‌ চুপ্পা
চেরোন থন্নব পৃথ্বীগী মতৌবু, তম্নি নিংথৌনা হুমিং চুপ্পা ।৩৪

অগোইশাবীশিংগী লোয়নবী লোয়া, চীথানবু চুপ্পি চীক্‌ই কয়া
নিংথৌনা থবাক্ত থোংলি খুজীয়া, চীথাদ্ব থম্মি থন্নব য়াখুয়া
বংশী থোংঙি বীণাবু থম্‌হ্না, থবাক্ত থন্নবা খুজীন্‌ মকয়া
চুনশ্নে তৌরিবদু নিংথৌদ মথোয়না, অহুবু মথোয়গী মীৎয়েং মীনোক্না
তক্কংখ্রবা নিংথৌনা পেটক্লে য়েংহ্না, ঈহুংত হুংশি তৌরি মথৈ মথোয়না ।৩৫

থোঙ-খুৎকী মুদ্রা চীন্‌গী বাডাঙ, হুংশিব-ঈকায়ব থম্মোয়গী মওঙ্‌
ভক্তি অভিনয় অহম্‌গী মওঙ, নিংথৌনা মথোয়দ শাথেক্‌ শাওঙ্‌
তৌই-'মূক্‌ পরীক্ষা মরূপ'শিং মমাঙ্‌, মরূপ নিংথৌনা ঈকোং কোং
অগোই-ঈশৈ-মুদ্রাগী মওঙ্‌, হৈয়ব ওন্নাশিংনা তাক্‌পদ মওঙ
নিংথৌনা-য়েংলি চাদন মথোঙ্‌, পুংগোল্লি মুদ্রাগী মওঙ্‌-মওঙ্‌ ।৩৬

অপাম-চুংশি ঐরাওত পাম্বা, নিংথৌবা বর্ষা ঋতুনা লাক্পদা
কুইরে অর্জুন-কদম্ব হৌবা, লৈরাংগী শরেংনা শিন্দুনা অকুপলরা
কদম-মপাল্ লৈরিক খোবা, অমরাশয় তৈতুনা মথুংনা মশাদা
বাহোংগী কেকা খোংজেং নিজবা, অপাম্ব চীংজ হৈরকাল্ লৈকোলদা
শামদি থোইনা ময়াম কারবা, মনীঙ্ তৌনা নিংথৌনা অচীক্পদা ।৩৭

চুংশিনা কেনা থংনাজ্ঞনা ওইনবী, শব্যাথক হীগ্ম ময়াম্ব ওয়োকথ্রবী
মথোয়বু থেম্মদে নিংথৌনা ওইনশনবী, মথৌ য়েংগে থমুনা থেজিজবী
ওন্‌শিনকুইমুক ময়াম লৈথোক্‌থবী, চেৎন কোজি থবাক কিপনবী
শাহনা তাবদা নোংগী কনবা, থোলাউ-লৈশক চঙশিঞ্জরক্‌পী ।৩৮

করিগুম্বদা নিংথৌনা লোয়নবীশিংগা, থাবল্‌গী থাকম্বা থক কুপ্রবা
হংলব দলাল্ মথক্তা কারগা, শরৎকী অহিংদ থাবম্বা থলবা
হক্‌চীক্ লাংঙি মথোয়গা, শামরুবগী চোক্থবজ্ঞ কোক্লনবা ।৩৯

কাংঙু-ই পম্বেংবু শক্লোল্‌গুম্ পুবী, থ্বাঙলীবু তঙপ তরেং শিবী
তোঙলব তোর্বাম শক্লোল্ ওইবী, ভাঙ্‌লৈনব তোঙ্‌লব নীংছু পুবী
লোয়নবীশিংগী শক্লোল্ পুবী, মথোয়গী শাথেক্ শাগং মান্‌বী
তুরেলবু নীঙ্‌থিবী সময়্ কৌবী, য়েংঙি মীছথোংদৈ নিংথৌনা মশানৌশিং
মান্‌বী ।৪০

মালংবন হম্বদ ক্রে-ক্রে লাউরবা, অগুরু চন্দন মনম্ম হারবা
বর্ষা ঋতুগী মতীক্ চারবা, কীজোম লৈতেংবী থ্বাঙদ চেংলবা
লোয়নবীশিংনা ময়াম কারবা, থ্বাঙলী-সাডী কিশিবু থোক্লীংবা
হোৎনৈ নিংথৌ-ই পূক্লীং হুনবা, সনা-ই থ্বাঙ্‌লীদো থ্বাঙদ শিরিবা
উমি লানা ফিহুংদৈ পারবা, হোৎনরি অপাম্ ঊথক্ হৌনবা ।৪১

চুংশি হক্‌থেংননা; লৈপুমনা শামবগী
মচাক্ ওইনা লৈরিবী, চুংশি ইপোম হৌনবগী
ঊংলবী অহিং যামিনী কৌবী, কংগ্রিবী ঊপোম্ মালংগী
থাউমৈ মৈরি মুৎকল্‌নিংবী, তাকি নিংথৌ অম্বিকাশী
চাজবীশিংগা শামবৈ লোজা, থুনম্ তৌরি মৈরিজা থাউমৈশী ।৪২

মলয়া চুংশিংন হবদা, থোংলবা মনাম য়োম্লবা
শাংলিম হৈনৌ মপান্ উবদা, থাদোক্না শাউম ওইনবা
নুপ্‌লবী অপাম্ চুংশি ঈরৈদা, মিংথৌগী লোয়নবীশিংচুনা
নিংথৌ অগ্নিবর্ণ কৌবচু, থেম্‌জরি মশা মশামক্তা ৪৩

থৌরী হাইবী শাম্লবদা, চাম্লবীশিংবু নিংথৌনা
মতম্তাক কম্‌হল্লগা, থাদোকহল্লি থৌবীবু পাইরম খুৎনা
ঈন্‌হল্লি কখৈ থৌগল্ সুজাশিংদা, তাগনি হায়বগী কিওম্না
কোন্‌শিল্লি লোয়নবীশিংচুনা, মথংলেন্ নিংথৌ-ই ওকপম্‌দা ।৪৪

ঋতু ওলাংথানা লাক্পদা, চাম্লবী লোয়নবীশিংচুনা
মনম্ চুংশিরবা চন্দনবু, তোওলবা থোম্লাংদ তৈতচুনা
নোয়রব নীওচু থক্নদা, থোহোক্পী থাওলী মাহন্দুনা
মণিমুক্তা হৎলবা পারবা, কীজোম্ম মশাবু লৈতেংচুনা
সেবা তোই থোংল-নোয়রব খুৎনা, লৈতেং মথল্ মথম্ম লৈতেংবীশিংনা ।৪৫

নিংথৌন নীওখিব ঋতুনা লাক্পদ, তাওলব-পাটল লৈরাংন য়োম্লবা
হৈনৌগী নোয়রবা মনাদা, হাপ্নুনা লৈবী মম্লাম কায়রবা
পেম থক্‌না হৈকোল্ লৈকোন্দা, বসন্তনা চৎখিবদা শোম্বকরবা
মথোই কাহনখি অপাম্ চুংশিদা, তেকহনখি পুল্লীং হবরবা ।৪৬

অপাম্ চুংশি মিহৌ চাউবা, সুজাশিংগ য়াওরহুনত লৈনিংবা
’সিনন্তনা অতৈ’ম থনবা লৈত্রবা, ইন্দ্রিয়গী চুংওাইনবত থজবা
নিংথৌ অগ্নিবর্ণ কৌবা, খংচুনা কাম-বিষয়গী চুংওাইব
লেনখি পুন্‌শি সুম্ম ঋতু পুম্বা, মীশক্’ম ওইখি পোলোইবু থন্দবা ।৪৭

অন্নুম্ম তাইবং মায়া লীলাদা, উরবস্নু থোইনা পুল্লীং চওখিবা
চওওম্‌দে য়েঙ্কবশি না মাগী লমদা, ওইখিবনা থোইনবু মন্নীল লৈবা
অচুবু দক্ষগী শাপনা থাজদা, ওইখিওম্ মথং মথং হবা
কা হেম্ম সুজাশিংগা চুংওাইনখিবদা পোক্‌খি মশাদা লায়না কজ্রবা ।৪৮

লোয়নবীশিংগা টৈনবিরবা কাহেন, থৌবিহু থাম্‌টৈ অমাইবশিংনা
নাদ হাপ্তে নিংথৌনা শোইনা, অম্‌খিরব মটৈ কংলহুকাও মহাক্না
বিষয়দা লুপথুব কাহেন্না, ইন্দ্রিয়শিংবু থাম্‌জিব অরুব ওইবনা
হন্দোকুহব অম্‌খিত্রে অমাইবশিংনা, কায়ত্রে হায়জব থাম্‌জবনা ।৪৯

মায়থোং তাইকেং তাইখ্রে নিংথৌগী, শেংনীও চামীতব লৈত্রে শোইনা
শোয়রক্তে খোহোক্ নোংম নোংমগী, মতম্ পুবদ চৈতহু নত্তা
লৈরক্লে পাইথ'ম লেত ওংনবগী, লাইথুং থম্মা-মোপ ফৌবনা
শোয়রক্লবদা নোংম নোংমগী কংখ্রে, অবম্বা কংগদব ওত্তব মীনা ।৫০

নিংথৌনা নোংম নোংমগী শোয়রক্‌পনা, অপত্তা কাওরবা মহু শাইগনা
কনা'মত্ত তায়রবা নীওখিব থাজনা, ভিনবতম্ নোংমদোন্ মকোয়না
কংশিন্‌খ্রবা-থরবা লৈথোয়া, ওলাংথাগী পুখ্রী কোমত্তা
মুৎকদোয়ব থাউমৈগী মীরবা মৈয়িনা, পুরক্‌প শক্রোন্‌তম্ পুখ্রে থত্তবোলনা ।৫১

নিংথৌগী অশিংব মন্ত্রীশিংনা, অবাব তায়নি 'মুয় থম্মুনা
চিংমরিব প্রজাশিংদা অম্ময়া, থঙহন্‌খি অরোম্ব থাহৈনা
"মপায়ী'মতং কংনবা হায়ছুনা, অনুষ্ঠান অম তৌয়ি নিংথৌনা"
হায়ছুনা নিংথৌগী অনাববু'মুয়া, থঙহন্‌খিদে প্রজাদা মথোয়না ।৫২

লোয়নবী চায়বী কয়া কয়াগা, ওহোইহুনত্ত শায়বা নিংথৌগী
কর্মগা লাইবক্ত তম্মক্তবগা, শাগৈ মমী ফত্তনবগী
মচাবু হুংওাইজবহু মমীংন উরগা, তম্‌খিত্রে লাইবক্ত নিংথৌগী
অহল্ ওইরক্‌পগ মশাগী লাইথুংগা, অনীনা পুন্‌শি লোইনবগী
ময়ম ওইহুনা পাওযেয়বা কনাগা, নংদনা তানখি পুন্‌শিগা
অরোয়বা মাহীপ মালং ইপোম্‌গা, লোইয়ক্‌পগ থাউনা থাউমৈগী
মৈয়িনা মুৎখিতম্‌ মুৎখ্রে তাইবংগা, লৈনরব মমী ককখ্রে মাগী ।৫৩

অরোয়ব সংস্কারগী বিধি থঙবা, রাজপুরোহিতশিংন তায়হুনা
রোগগী শান্তি ওইননবা, তৌয়িব যজ্ঞতম্‌ উহন্মুনা
হক্‌চাংহুগী যজ্ঞ তৌখে অরোয়বা, কোহুং লৈকোম্বা হুমিন্ হুমিনা
নিংথৌনা তত্তনা শায়জনবা, লৈংকাম্বা হুম-খি নিংথৌগী মশানা ।৫৪

শিংলষ মন্ত্রীশিংনা নিংথৌগী লোয়নবী, ওইরবী নীংথিবীশিংদুগী মরক্তা
হীরম্ পুম্বা মুত্র য়েংহ্ননা থম্লবী, তিরকম্- ওইরবী গুণ পূবগী
নিংথৌগী ঈনা মশা লুমবী, গর্ভবু পুন্নিবী নীংথিবা লক্ষণগী
মঙোন্দা শিরথি হেন্ন লুমবী, রাজলক্ষী লৈপাক্ পূবগী ।৫৫

মথংলেন্ নিংথৌ কাৱন লৈশানা, লুথু শান্নব পিরাংজনা
মহুং মপান্ পূম্বা চোংথিবনা, চাক্থি গর্ভনু মৈনিজনা
অহুবু লৈথি থোইনবু ঈংনা, লৈন্নিবী তাংবহক কম্হ্ননা
রাণীহুগী মশাদা কন্নাশিংহ্ননা, অভিষেককী ঈংলষ লাইজনা
শীক্পদা হাপ্তুনা সনা-ই চক্ থম্না, পূম্থৈং ঈংগ্রে রাণী থঙহোৎনা ।৫৬

মালেম্ লৈপাক্ লৈমনা, ইঙেন্ থা-ই থারায়দ হন্থিবা
মক্কবু মবুক পুত্তম্ হরাত্তনা, 'হুত্তম লৈবাক্তী মাইকনকম- ওইবী
ঈবু নিংথৌগী পুন-পুনা, তাঙবন্ থক সনান থান্নবা
কাথন্না হুইন্নবা মন্ত্রীশিংনা, পূম্‌কোম্ন কোয়না হৈন্নশিংলবা
তাক্থি মপুন্নোয়ব-ই লৈপাক্পু হৈনা, লৈতন য়েক্কবা মৈথায়ব পূবা ।৫৭

মকম্ অসিদা মহাকবি কালিদাসনা লেংবা, কালাচাঁদনা মণিপুরী শৈন্নেংদা হন্দোক্পা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরামাপল্‌তুব সর্গ লোইরে ॥

—— | ——

